[illegible]

# সাহিত্যদা ক্রিটিসিজম অমসুং অতৈ নৈন-ব্রাবেং খবা

ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯗꯥ ꯀ꯭ꯔꯤꯇꯤꯁꯤꯖꯝ ꯑꯃꯁꯨꯡ
ꯑꯇꯩ ꯅꯩꯟ-ꯋꯥꯔꯦꯡ ꯈꯔꯥ

# সাহিত্যদা ক্রিটিসিজম অমসুং অতৈ নৈন-ৱারেং খরা

অরিবম কুমার শর্ম্মা



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল
২০১৩

*Sahityada Criticism Amasung Atei Neina-Wareng Khara* a collection of critical essays in Manipuri by Aribam Kumar Sharma

Published by A K Enterprises Wangkhei Thambalkhong, Imphal East, Imphal-795 001, Manipur on behalf of the Writers Forum, Imphal Nagamapal Lamabam Leikai, (Opp Babuthong), Imphal West, PO Lamphel Manipur Pin - 795 004

© অইবা

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০১৩

মমল ঃ লুপা ১৫০ (মখুম অপানা)

ঃ লুপা ১৮০ (মখুম অথাবা, লাইব্রেরি ইদিশন)

মশীং ঃ ৬০০

[illegible]

ISBN 978-81-89101-64-0

লাইবিক ফংফম ঃ ১) রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

২) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

৩) মণিপুরগী অতৈ লাইবিক যোনবা দকানশিং

মাইবিরেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন) উরিপোক খাইদেম লৈকাই ব্রহ্মপুর, বীর তিকেন্দ্রজিৎ লৈকঙথোং মনাক, ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১ (মণিপুর) দা নম্মী।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

**মতম অমদা** মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংনা থেংনখিবা লাইবিক ফোঙবগী অৱাবা কযাদু খবদা ওইববসু কোক্লনবা সেপ্টেম্বর ৩, ১৯৮৮দা লিংখৎখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল ঙসিদি চহী কুনমঙা মপূং ফাবে। ফোরমগী পান্দম মণিপুরী সাহিত্যগী মগুণ লৈবা লাইবিকশিং পুথোক্তুনা ঐখোযগী সাহিত্যগী পূক্নৈদা হাপচিনবা হাযবা অদু ঙসিদি ঐখোযনা মাযপাক্লা চঙশিল্লে হাযবদা হাযমনবা থোক্লরোই। মরমদি ফোরমনা ফোঙজবা লাইবিকশিংনা ঙসিদি সাহিত্য অকাদেমি মনা, ষ্টেট কলা অকাদেমি মনা, মণিপুর ষ্টেট এৱার্দ ফোর লিটরেচর, ষ্টেট অসিগী লেমজনীংঙাই ওইববা লূপ কযানা পীবিবা মনা কযা ফংবা ঙম্লে। পূন্না লাইবিক ১৩৮ পুথোকখ্রে। পান্দম মখা চৎথবকপা ওইনা ঐখোযগী অনৌবা লাইবিক ফোঙবগী স্কীম - নিপালশুবসু চহী অসিগী মার্চ থাদগী সিলভর জুবিলী স্কীম হাযনা মিংথোনদুনা হৌদোকচখরে। স্কীম অসিগী মনুংদা অইবগী হান্নবা বাংলা মযেক্তা লৈববা লাইবিকপু মৈতৈ মযেক্তা অমুক ওন্থোক্লগা ফোঙবগী অযাবসু থমজবি। পান্দম অসি ঐখোযগী বাংলা মযেক খঙদ্রবা ঐখোযগী অনৌবা মীবোলশিংবু ঐখোযগী ফজববা সাহিত্যগী পূক্নৈবু খঙহনবদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌহনবা ঙম্নবগীদমক্তনি।

ফোরমনা ঙসি চহী কুনমঙা শুবকপগা লোযননা মসিগী হৌদোকখিবা নুমিৎ সেপ্টেম্বর ৩, ২০১২ দগী চহী অমা চূপ্পা চৎথজবকখিবা সিলভর জুবিলি সেলেব্রেসনসু সেপ্টেম্বর ১ দগী ৩ ফাওবা নুমিৎ হুম্নি চঙনা পাঙথোক্তুনা লোইশিনজখ্রে। লূপা ফুদোংবা চহীগী মনুংদা মণিপুরী সাহিত্য, কলা সংস্কৃতিবু মীযামদা হেন্না খঙহন-উহন্নবগী পান্দমদা সেমিনার, লেকচর, সিম্পোজিয়ম, ৱার্কশোপ, ঈশৈ-শৈরেংবা অমসুং শৈশকপা অনীগী শৈদিন্নবা, নহা ওইবিবা অশৈবশিংগী শৈরেং শৈদিন্নবা, ফোরমনা ফোঙজবা লাইবিকশিংগী একজিবিসননচিংবা থৌরম কযা পাঙথোকচখ্রে। ঐখোযগী তুংগী মীবোলশিং

ওইবিবা মহৈরোয়শিংদা মণিপুরী সাহিত্যবু হেন্না খণ্ডহন-তমহন্নবগী পান্দমদা মহৈরোয়শিংগী মণিপুরী সাহিত্যদা যুম্ফম ওইবা ক্লুইজ, মণিপুরী অশৈবশিংগী শৈরেং থীবা তান্নবনচিংবা থৌরমসু পাঙথোকচখ্রে। মসি খুদিংমক ঐখোয়গী মেম্বরশিংগী মতেং অমদি মীয়ামগী নুংশিবীবনা ঙমজখিবনি। খুদিংমক্কী মফমদা তৌবিমল খণ্ডবা অমদা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ইং ১৯৯০ দগী ফোরমনা থা অহুম/অহুমগী ওইনা পুথোকচবিবা চেফোঙ *সাহিত্যগী পাউসু* ঙসিদি চাং নাইনা পুথোকচবা ঙমজরে। চেফোঙ অসিনা থা অহুমগী মনুংদা ইরমদমগী, ভারতকী অমসুং মালেমগী ওইবা সাহিত্য অমসুং নাৎকী ওইবা থবক থৌরমশিংবু নীংথিজনা থিজিন হুমজিন্দুনা লাচল্লি। মণিপুরী সাহিত্যগী কুম্বাবা ওইবি। অতৈ চেফোঙশিংগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা মহাও অমা মণিপুরী সাহিত্যদা পীবি। মণিপুরী লোনদা দোকুমেন্টেসনদা যুম্ফম ওইবা অমত্তা ঙাযববা চেফোঙ ওইবি। চেফোঙ অসিবু চাং নাইনা পুথোকপদা অমসুং হিংহনবদা নুংশিজববা মেম্বর খুদিংমক্তা অঙম্বা মতেং পাংবিয়ু।

অরোইবদা, ফোরমগী চখজবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেবু হেন্না মপৃংফাহনবা হাযবা পান্দমসিগী মখাদা ঙসিসু অমুক হন্না ইকাযখুম্নজবিবা হৌজিক হৌজিক ফোরম অসিগী প্রসিদেন্টসু ওইবিবিবা ওজা অরিবম কুমার শর্ম্মানা ইবা নৈন-লাইবিক *সাহিত্যদা ক্রিটিসিজম অমসুং অতৈ নৈন-ব্রারেং খবা* অসি ফোরমগী ১৪০শুবা লাইবিক ওইনা পাবীবিবশিংগী খুৎতা শিন্নজবি। হবাও হবাওনা লৌশিনবিগনি নীংজৈ।

ইম্ফাল,
সেপ্টেম্বর ৮, ২০১৩

সোমোরেন্দ্রো
সেক্রেটরী

# অইবগী পূক্নিংগী ৱা

**মণিপুরী সাহিত্যগী** ইতিহাসতা তাঙনা ফংবা সাহিত্যগী মচল অমা হায়বা তাববদি লিটবেবি ক্রিটিসিজমনি হায়না লৌবদা থোইনা লানগনি নীংদে। লৈবিবা অৱাৎপা অসি মেনশিন্নবগী পান্দমদা হন্দক অনীশুবা ওইনা পুথোকচবি ঐগী অনীশুবা নৈন-ৱাবেং লাইবিক সাহিতাদা ক্রিটিসিজম অমসুং অতৈ নৈন-ৱাবেং খবা। লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মসিদা যাওবিবা ৱাবেংশিং অসি মতীক চায় নৎত্রগা চাদে হায়বগী কোক থাদকবা লৈখিদে। ঐগী হায়ববু মতমগী ঈবোন্নুংদা তিন্দুনা মাঙখ্রগদবা চোইজাইনববা সেমিনাব পেপবশিং অমদি মতাং মতাং কযাদা মকওইনা আকাশবানীগী সাহিত্যগী থৌবমদা লান্থোকচখিবা ৱাবেংশিং অসি নুংশিজদুনা তাশিন খোমজিনজহৌবতনি। মদুমক্তা লাইবিক অসি খ্বাইগী মাঙদা পুথোকচবা ঙমজবনি। লাইবিক্কী গুণ-দোষ উবিদনা লাইবিক অসিনা অৱাৎপা অমখক্তংদি মেনখৎপা ঙম্লে হায়বগী নুংঙাইজবদুদা শকক যাবিযু। লোযননা অশোয-অঙাম যাওববসু মথংগী খৃৎনমদা চুমথোক্লবগী খুদোংচাবা পীবিযু।

ফোবমগী নিপালশুবা স্ত্রীমগী মেম্বব অমা ওইনা শেন্থুং পীবিদুনা লাইবিক অসিবু ফোঙবা ঙমহনবগীদমক্তা ফোবমগী মেম্ববশিংবু থাগৎচবি।

লাইবিক অসি অথুবা মতমদা ফোঙদোক্লুনা পুথোকপগীদমক যাইবিবেন কম্যুনিকেশনগী প্রোপ্রাইটব ইমোজীৎ নিংঙোম্বমবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। ফোবমগী সেক্রেটবি সোমোবেন্দ্রোবুসু থম্মোয শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

**অইবা**

# যাওফম তাকপা

# অন্ধাযুগ : মতমগী সমস্যা অমা

অশেংবা কলা হাযবসিমক্তবু মশাগী লেঙদবা মমল অমদি লৈজবা তাবনি। মফম পূম্নমক্তা মতম পূম্নমক্তা মহাক্তি ইচন্দা চয়দুনা লৈগনি। জাতি-ধর্ম্মগী অখূবা পনখৈনা মহাকপু খক ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্লোই। সমাজগী অহোংবা কযা লাক্তুনসু অশেংবা কলাগী মগুণদি খক হোংবা নাইবোই। কলাগী পোত্থোক অমা ওইবিবা সাহিত্যগী মমল লেপ্লসু সমাজগী ফীভমনা লেপকদবা নত্তে, সাহিত্য অদুগী মশাগী লেঙদবা মতিক মগুণতনা লেপকদবনি।

কবিদি ক্রান্তিদর্শীনি, অন্তবদর্শীনি। মহাক্তি কবিগুম্বা ঈহৌ অমগা *ঈবোযনদুনতা লৈগনি অদুনা মশাগী নুংগী মিৎযেংসু শানগনি।* কবিগী মিৎযেংনা উবা ঙমদবা কবি লৈ'? 'জহাঁ ববি ন পহুচঁ জায তহাঁ র্কবি পহুঁচ জায।' (নুমিৎনা যৌবা ঙমদবা মফমদুদা কবিনদি যৌই।) মিৎযেং শানবা, মাঙ-তুং উবা ঙম্বা অশেংবা র্কবিনা ইথোবকপা খূদিংমক লাক্কদবা যুগ কযাদা অদুম্মক চুমদুনা লৈগনি। ব্যাসকী *মহাভাবত* তা যাওবিবা কুরুক্ষেত্রগী লান ঙসিসু অসুম্মক থোক্লি। কালিদাসকী শকুন্তলা ঙসিসু ঐখোযগী ইবক্তা অসুম্মক হিংদুনা লৈবি। মোইবাং থোইবী মৈতৈমচা খূদিংমক্কী থম্মোযদা ঙান্দুনা লৈবি। চৈজিংবশিংগী খূৎশেম্নবু ওইবো, অঙাংহলগী কবিত্ব শক্তিনবু ওইবো, থোইবী মণিপুবী জাতিগীদমক্তদি শিনাইদ্রবা চবিত্র অমনি। কল্পনাগী মতেংনা কবিনা সাহিত্যগী জগৎ অমা শেম্মী। জগৎ অসিদা চৎনবিবা লোনচৎতি অচুম্বা, অফবা অমদি ফজবগী কাঙলোন্দা শাগৎখিবনি। সত্যম শিবম সুন্দবমগী মূল মন্ত্র অসিগা ঈবোযননা শেমখিবা ভাবতকী সংস্কৃতিনি। সংস্কৃতি অমগা শাগোল্লবিবা ভাবতকী সাহিত্যদা অচুম্বা অফবা অমদি ফজবগী মফম অদুম্মক লেঙদনা লৈ। 'সত্যমেব জযতে' (অচুম্বনা জয ওই) অমদি 'যথা ধর্ম, তথা জয' (ধর্ম্মনা জয ওই) গী

পাউজেল অসিবু ঐখোয়না কবম্লা তবাই তবাই লৌগনি?

*অন্ধাযুগ* ইবা ডা ধর্মবীর ভারতী ব্রাখল লৈবা অইবা অমনি। সাহিত্য হায়রসি সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মমল নাইদ্রবা লনগৈ অমনি। মসিনা মীওইবা সমাজবু অচুম্বা লম্বীদা পুরক্নবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পাংই। শক ১৯৫৪ দা ইখিবা *অন্ধাযুগ* কৌবা গীতিনাট্য অসিদা অইবনা মহাভারতকী লাঞ্জাওগী ১৮ নি শুবা নুমিৎকী ব্রাথোক-থৌদোক খবদা যুম্ফম ওইবগা, লান হায়রসিনা মীওইবা জাতিদা কযামুক অমাঙ অতা পুরকপগে হায়রদু উৎলি। লাঞ্জাও অমনা ওইহল্লকপা অরুবা সমস্যা কযানা লীলা অসিগী থব্রায ওইবি। চহী ৫০ গী মমাঙদা ইখিবা লীলা অসিদা নৈনবিবা সমস্যা অমদি মসিনা পীবিবা পাউজেল ঙসিসু অদুম্মক চুমদুনা লৈবি। লীলা অসিদা উৎলিবা মহাভারতকী সমস্যা ঙসিগী সমস্যা ওইনা অদুম্মক লৌনবি। মসি সাহিত্যকার অসিগী মিৎযেং শানবগী লংলবা খুদমনি।

মহাভারতকী লাঞ্জাওগী মতুংদা ওইবকখিবা থম্মোয শোক্লীংঙাই ওইববা ফীভম কযাবু অপারশিংগী মাঙদা থল্লগা লান হায়রসি কযামুক শাথিবনো অমদি মসিনা মীওইবা জাতিবু কদায ফাওবা মাঙহনবনো হায়রদু নৈনবি *অন্ধাযুগ* তা। লান হায়রসি কৈদৌনুংদা মাযকৈ অমত্তগীসু তোংজবা নত্তে হায়না উৎপনা লীলা অসিগী মরুওইবা পান্দমনি। অইবনা লাঞ্জাও মতুংদা লাকপা অহোংবা ফীভম কযাবু মিৎ তাঙলবা সংস্কৃতিগী মশক্তি হায়না শীংথাবি। অমম্বগা চাংদম্নবিবা অপাম মিহৌবা অমসুং কবিগুম্বা মখল অমত্তগী ফিদম যাওদ্রবা মীওইবগী পুন্সিনা হিংবনি হায়দুনা হিংলিবসি অমম্বা যুগ অমদনি হায়না ভাবতীনা ফোঙদোক্লি। লীলাগী হীবম ইচম চম্মী। মহাভারতকী লাঞ্জাও লোইশিল্লকপা মতাং ১৮শুবা অধ্যাযদগী লৌথোবকপা ব্রাবী অসিগী হীবমদি অচুম্বা অমসুং ধর্ম্মগী থাজববু মাযকৈ অনীমক্লা ঙাক্লক্লবদা, নীংবা কায়বকপা অমদি লমন খুম্নীংবনা ঙাওবক্তুনা মীনা শা ওন্নবকপনি। লীলা অসিগী মঙ্গলাচরণদা অসুম্না ইবি—

লাঞ্জাও মতুংদা
অমম্বা যুগ অসি লাংওল্লকই

অসিদা ব্রাখল চোইবে শোইবোম্মে য়াইবী
লোইনা ফীভম কাযবে।

নোংচুপকী লৈবাকশিংদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ওইবক্লিবা সাহিত্য অমদি সমাজগী ফীভমদা নীংবা কাযবগী খোল্লাউ কযা তাবা ফংলি। মার্ক্সবাদী সাহিত্যদা মীওইবগী মমলবু অনৌবা মিংয়েংদা লেপ্পনবা হোৎনবক্লি। অচুম-অবানগী, আচাব-বিচাবগী, ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী, পাপ-পূন্যগী অনৌ অনৌবা ব্রাহম্থোক কযা পুথোক্লবকপা লেপত্রি। অচুম্ববু থওইনবক্তবা মান-মার্যাদাবু থৌশানবক্তবা, ধর্ম্মগী মফম লৈবক্তবা, চীনগা খৃৎকা মান্নবক্তবা, ফিদমদগী মীশক্লা লুবকপা পূম্নমক অসি অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈথেং ঙাক্তনি। ধর্মবীব ভাবতীগী ব্রাখলদা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনীনা সমাজদা তাইওন্নবা ফীভম অমা পোকহল্লে অমদি ফীভম অসিগী মথাদা তাইবং মীওইবসি অনৌবা থুংলবা জীব অমা ওইনা উহল্লে। ঐখোয়গী অকোযবদা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা, অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা পল্লেপফম খঙখিদ্রে, পম্লুং নাইখিদ্রে। অঙকপা অমদি অকি-তুজুংবগী মৈখূনা মীওইবগী পূক্নীং অতিযাবু পূম্মম মমহনখ্রে। ফজবা ফিদম মাঙশিল্লকপদগী মীওইবগী মশাদা হাযফম-তৌফম খঙদবা চমম্লবা ফীভম অমা ল্যাক্লে। মীনা মী ওইবক্ত্রে, শা ওল্লক্লে। অফবা লীচৎনা ফিদমগী মশক লৌবম্বা খঙহৌদনা ফত্তবনা শিল্লক্লে। মীওইবনা অসুম অসুম মীবমচৎ থাদোক্তুনা শাবমচৎতা ওনশিল্লকপগী ফলনা মীওইবা জাতি অসি ফনমক মপাম্থোংদা অবংবা সনাগুম ফৃদোংনা উববসু মনুংদদি ইহাম হাম্বা কোম্প্রেংগী মতৌগুম্লে। শম্লা হাযববদা, অমম্বা যুগ অমদা তাইবং মীওইবনা হিংদুনা লৈববে। পূম্নমক অসিনি *অন্ধাযুগ* তা ভাবতীনা উৎপা পাম্লিবসি।

ভাবতীনা মসিমসু হাযবি—চিংন-পবৈ থাংবা, শৃফম-চাফম খঙদবা অমদি লম্বী লম্মূক্লবা হাযবসিনা মীওইববু অমম্বগী কোমদা লংথবি। মীওইবগী শেংলবা আত্মানা ঙসি অমম্বগী লম্বীদা খুদি থীবি, অঙানবা মশক উবা ঙম্মদ্রি। অদুবু ভাবতীনা হংদি হংলি—অমম্বা অসিগী মকুমদা মঙালগী মশক্তি ইবৈমক লৈত্রব্রা? পাউখুমদা—লৈবি। কবিগীসু লৈতনি। অমম্বগী মকুমদা অঙানবনা লোংতুনা লৈবা হৌনশানি। 'তমসো মা জ্যোর্তি গময'। *সুবজকা সাতরাঁ ঘোড়া দা*

ধমবীব ভাবতীনা মঙালগী মশক অসি ইঙ্গিংনা উৎলি। নুমিৎকী তবেৎশুবা শগোলদা অইবনা থাজে। মঙোন্দা তুংগী আশা থল্লি। শগোল অসি মঙালগী মশক্লি, তুংগী আশানি। *অন্ধাযুগ* তসু মীওইবগী মমল নৌহৌনা লেপ্পখিগনি হায়বগী আশা অমা প্রভু কৃষ্ণগী মতেংনা পীবি। লীলা অসিদা ভগবান কৃষ্ণদি তশেংনমক মীওইবগী মান-মর্য্যাদা অমদি লেঙদ্রবা মমল অমগী সিম্বোলনি। প্রভুগী ৱাহৈমক্তদা অসুম্না হাযহল্লি—

অদুবু ঐগী লেমহৌবা দাইদু পুগনি
পূম্নমক্না লৈহৌবা
ঐগী দাইদুদি তৃংদুনা লৈগনি
তাইবং পূক্লীং লকা-নুংদুদা
মদুগী মতেংনা মীওইবনা
ফীভম পূম্নবু যৈখায তেমখাযদুনা
অনৌবা শাগৎকনি ঙবাংগী অতেক-অকায মথক্তা।
অনৌবা শেমগৎ শাগৎপদা
কিদবগী
থৌনাগী
মচা নুংশিবগী
বস চূপ্পগী
মিৎকৃপ্তা
হিঙ্গৎলক্কনি থৌবাংলক্কনি ঐহাক হন্না হন্না।

মান-মর্য্যাদা অমদি মতিক-মগুণগা লোযননা মমল নাইনা হিংবা যাবিবা মীওইবগী অসিগুম্না পুঙ্গিবু ঙসিগী সাহিত্যকাবশিংনা নৌহৌনা শেমগৎ শাগৎলক্লি। *অন্ধাযুগ* না মসিগী লেঙদ্রবা প্রমাণ ওইবি।

লানগী অকিবা অমদি মসিনা পুবকপা অমম্না যুগ অসিদা মীওইবনা থেংনবিবা সমস্যা কযানু ডা ভাবতীনা মহাক্কী *অন্ধাযুগ* তা মযেক শেংনা উৎলি হাযবসি মথক্তস্ পনখ্রে। ঙসিগী ন্যাক্লযবগী যুগ অসিদা মিৎকৃপ খূদিং লানগী অকিবনা মীওইবা জাতিবু মিপাইহল্লি। এটোম বোম অমনা হিরোশিমা অমদি

নাগাসাকিবু উৎ ওলহনখিবগুম ঙসিগী অনৌ-অনৌবা ন্যুক্লিয়বগী খূৎলায কযানা পৃথিবী অসিবু মিৎকৃপ্তা মাঙহনখিবা য়াবগী অকিবা অদু মীওইবগী পূক্লীংদা অদুম্মক যাতাদুনা লৈবি। মসি মীওইবা জাতিগীদমক্তদি অচৌবা সমস্যা অমনি। সমস্যা অসি *অন্ধাযুগ* তা অশ্বৎথামাগী খূৎলায ওইবিবা ব্রহ্মাস্ত্রদা যূম্ফম ওইবগা ঙাঙখিবা ব্যাসকী ৱাঙাঙদগী খঙবা ঙম্মী। লমন খুম্বগী লম্বীদা লোযবঙ শীংখোঙ শাদুনা লাক্লিবা মহাক্লা নহাকপু কনানো হাযনা অশ্বৎথামানা উশিৎতনা হাযবকপা মতাং অমদা ব্যাসনা খুল্লকই—

ঐনি ব্যাস

খঙঙব্রা নঙ কবি ওইনি মহৈ ব্রহ্মাস্ত্রগী'

মসিনা পান্দমফমদা হেক পানবদা, শা নঙবু'

লাক্লিবা চহী-চা কযা কযাফাও

মহী চেনবা অশং-অমান হৌববোই মালেমসিদা

পোক্লনি অঙাং শোইবোম্না তীনজং লাযজংনা

তাইবং মী ওইসি মী মবাম ওইখ্রনি

তাইবংনা তানশিনজবকপা লৌশিং পূন্বা

সত্য যুগতা, ত্রেতাদা, দ্বাপবদা

পূম্মাগু লোইনা মাঙখ্রগনি।

গেহূঁগী মমুদা লিল মবৈ তম্মবনি।

তৃদা-খোংদা চেল্লবনি মৈতগী তবং।

ব্রহ্মাস্ত্র শীজিন্নবদগী ওইবক্তদবা মালেম পৃথিবীগী মশক অদু মথক্কী ৱাহৈশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। অকি-খূৎলায ওইবিবা ব্রহ্মাস্ত্রবু শীজিন্নবিবা অর্জুন অমদি অশ্বৎথামা অনীমক্কী মফমদা চেকশিন ৱাহৈ পীদুনা ব্যাসদেবনা অসিমসু হায—

অর্জুন নঙসু ৱা হাযগে

ঐনি ব্যাস

নঙগী ব্রহ্মাস্ত্রসি হন্তিল্লু

অশ্বৎথামা নঙবুসু, নপাঙ পাণ্ডবদগী

মীওইববু লৈখা তাহনগনু।

ব্রাফম অসি অতে কবিসু নত্তে, এটোম বোমগুম্বা শাথীববা খূৎলায কযাবু লানগী খূৎলায ওইনা শীজিন্নবিবা মীওইশিংবু চৈবনি।

লাননা পুবকপা অমাঙ-অতা অমদি অকি-তুজুংবা কযাগী শক্তমদি কবি হায়না অমুক যেক্লগনি' কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাও লোইখ্রবা মতুংদা কৌবব-পাণ্ডব অনীমক্কী যেংহৈদ্রবা ফীভম কযা শীংথাদুনা লানগী ফলবু লীলা অসিদা মযেক শেংনা উৎলি। অকি-তুজুংনববা তান্দব জগোই শাকববা মতুংদা লাননা থম্বিবম্লিবসি কবি ওইগনি' অযো-নাহেগী খোঞ্জেল, মপুবোইবা কাযনববী লুখ্রাবীশিংগী মীকপ-মীবাওখোল, মচা কাযনববী মমা ওইবীশিংগী মিৎলুগী পিবাং অমদি থম্মোযনুংগী মৈচাক। ব্রহ্মাস্ত্র শীজিন্নদুনা উত্তবাগী গর্ভনুংদা মীবোল্লিবা অঙাং ফাওবা হাৎনবা হোৎনখিবা কযাদা তমথীখ্রবা মীওইবগী পূকচেলনো' ব্রহ্মাস্ত্র অসি থাখ্রবা মতুংদা ওইহৌগদবা মালেম পৃথিবীগী মশক অমা ব্যাসদেবনা অশ্বৎথামাগী মফমদা খঙহনখ্রবনি। অদুমক্তদা অশ্বৎথামা ভাব তাবা ঙমদে, ব্যাসকা মফমদা খুম্মী—

> মাঙতাকখ্রবস্ ত্রুম্না
> প্রলযদুমক লাক্রসনু ব্যাস'
> যেংগে কৃষ্ণ মাগী কনহৈবা মতিক্তো।

অসুম্না শক্তিগীদমক মী খূদিংমক শা ওইবকই অচুম-অবান খঙলক্তে। লৈঙাক মপুশিংগী লীচৎসু মিৎতাঙবগা পাংখকনি। লানগী চৈথেং ফংলবা অশোক-অনা কযাগী মফমদা নৌহৌনা থের্মজিন ব্রাহৈ পীববসু কান্নবদি ফংদে। লানদি লাননি। মসিনা মীওইববু মীগী থাক্তগী চিংথদুনা শা ওইহল্লি। লান পাম্বা কনাবু লৈগদগে?

লীলাগী অবোইবা মতাংদা অশ্বৎথামানা মশামকপু নিন্দা তৌদুনা হাযজে—

> অদুবু ঐদি তাইওন্নববা খাঙঙৈতগী অচুম্বদুনি
> তুক্কৎচবতনি ঐনা খঙবা হাযববু
> শা ওল্লবা ঐনি।

.. .

ঐনা লঙবা পাপনি

হাৎপনি ঐনা

ইখূৎশিং অসিনদি নৎখিদে।

ঐগী থম্মোযসিনসু নৎখিদে।

মীত্তাংবা যুগ অমনা ঐগী শিংলি শিংলিদা

মীত্তাংবা লমনখুন্না অমা ওইদুনা চঙখিবদগী

ঙাওখিদুনা ঐনা তৌখিবনি।

হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা হাযবদু কদাযদা লৈবি? নিংথৌসু প্রজাসু অবানবা তৌবদগী মশাবু ঙাকথোকচবা ঙমদে। শেঞ্জা-থুমজাগী থবক্তা শেল চাবিবা মীতনা লাপ্লি হাযনা লৌবা যাদ্রি। পীজবিবা মহাকসু মবাল অদুম্মক লৈবি। মাযকৈ অনীমক অধর্ম্মদা তোংবা ঙাক্তনি। লানঙম-ফীবাল থেৎলবা পাণ্ডবকী মাযকৈদসু অধর্ম্মগী অধর্ম্ম ঙাক্তা উবি। পাণ্ডবনা লান জয ওইবে কৈদৌনি। যুধিষ্টিরবু নুংঙাইবা ঙন্নিব্রা? মহাক্কী তোংজবনা কবিনো? নীংঙমদ-মৈচাক অদুবা? ধর্ম্মবাজ অসিগী মচীনমক্তদগী কবি থোবকখি? মঙাশুবা তাঙ্কক্তা যুধিষ্টবনা হাযখি—

অসিগুম্বা অকিবা লাঞ্জাওসিদা

খাঙথৈতগী অচুম্বা, ঈখেঙ তানবা,

হাৎন-শুনবতনা মায পাক্লনা

তশেংনা মাযথীববনি খল্লবদা

থম্মোয অসি পুবা যাদবে।

যাম্বগী ইবুংঙো দুর্যোধন

নবাযবক ফবা নঙনা উবম্বা পুম্নমক্তো

অমত্তা লৈতবে,

ঐদং লৈহৌবি

মিৎকুপ্তুনা যেংহৌনবা অমম্বদা ফৎত্রবা যুগ অদুবু।

অদুবু কনাদনো তম্মুগদবা
ঐগী ইমুংগী মী পুম্নমকসি শিংদবনি, থৱায পান্দবনি
থকসি-খাসি খঙদবনি নৎত্রগা লৈখা তাববনি হায়না?

অশেংবনি লানদা কনাগীসু তোংজবা লৈতে। মাযকৈ অনীমক্কী অমাঙবা ঙাক্তনি। ৱাফম অসি যুধিষ্টিৰগী ৱাঙাঙ অসিনা তশেংনা তাক্লি।

*অন্ধাযুগ* তা উৎলিবা অতোপ্পা সমস্যা অমনা লৈঙাক শাসনগী খুর্জি পাযবিবা মীওইশিংগী মশাদা চেল্লিবা ওইজবা তানবগী ৱাখল অমদি মসিনা থোকহল্লকপা শেঙ্গা-থুমজাগী ৱাফম অসিনি। গান্ধাৰীবু অইবনা মশাগীতা যেংবদা মমিৎ তাঙলবী অমদি ফমদবু মিহৌবী কবামচাউবী অমা ওইনা উৎলি। লোযনন্য ধৃতবাস্ত্রবুসু মহাক্কী শিকাব ওইহল্লি। উত্তৰাগী গর্ভদা অশ্বৎথামানা ব্রহ্মাস্ত্র থাখ্রে তাবদা মশাগী ওইজথিবা পূকচেল উৎথোক্তুনা ধৃতবাস্ত্রনা মচা যুযুৎসুদা হাযখি—

ইপাগী ইবুংঙো,
ইপাগী চহী ফংনা পুক্সিযুকো নঙ
অশ্বৎথামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা
উত্তৰাদা তাখিবা থোক্লবদি
যুধিষ্টিৰনা মবৈবাক মবল-মথুম পুম্বা
নঙোন্দা শিন্নবম্বসু কনানা খঙবা।

(গান্ধাৰীগী শাপ)

ঙসি পৃথিবীদা খৃৎলায লমজেল তান্নবগী অচৌবা সমস্যা অমা উবা ফংলি। দিসঅবমামেন্টকী পোলিসি কযা পুথোক্তুনসু অমদি যান-চে কযা সহি তৌদুনসু খৃৎলায শাবদি লেপত্রি। অহোইনদুম অফবা অমদি অহেনবা খৃৎলায শাবগী লমজেলদা চোকথবা নাইনদ্রি। লমজেল অসি মীওইবগী জাতিগীদমক্তা অমাঙবা নত্তনা অতোংবদি ওইদ্রি। লান তৌবা তৌদবা খৃৎলাযশিং অসিগী চাংযেংদি অদুম্মক তৌনবি। মখোযগী মথৌ পাঙথোক্লি। ৱাফম অসি মঙাশুবা তাঙ্কক্তা যুযুৎসুনা মথন্তা তানা থিন্দুনা শিজবা উবগা থোঙশঙবা অনীনা শাখিবা ৱাবী ৱাতাযদগী খঙবা ঙম্মী। মখোয অনীনা শানবা ৱাবীদি—

থোঙশঙবা ১ ঃ লান ওইগে ওইয়ু শান্তি ওইগে ওইয়ু

থোঙশঙবা ২ ঃ ঈমুদি অদুম মতাবনি

থোঙশঙবা ১ ঃ খুৎলাযনবু লৈববদি,

থোঙশঙবা ২ ঃ শীজিন্নগনি অদুম্মক।

থোঙশঙবা ১ ঃ হৌজিক ফাওবদা অদুগুম্বা খুৎলাযশিংদু

থোঙশঙবা ২ ঃ অতোপ্পদা থাবম্বা

থোঙশঙবা ১ ঃ হৌজিক্তি মশাদা ওনশিন্নবগনি

থোঙশঙবা ২ ঃ কাঙখথাঙ তাদুনা লাক্লিবা ঐখোযগী খুৎলাযশিংসে

থোঙশঙবা ১ ঃ যামদ্রবদা ঙসিদি

থোঙশঙবা ২ ঃ খজিক্তা ওইববসু শীজিন্নববে

খুৎলাযনবু লৈবিবমখৈদি লান খক লেপ্লোই হাযবসি অইবগী থাজবনি। খুৎলায থাদোকপতনা পৃথিবীদা শান্তি পুবকপা ঙমগনি হাযবগী থাজবা থমদুনা শান্তি পাম্বা জাতি কযানা খুৎলায থাদোকপগী পোলিসি (দিসঅবমামেন্ট পোলিসি) দা পূক্নীং চঙনবক্লিবসিনি।

ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসি পেন্দবগী খোল্লাউ কযানা থল্লবনি। লৈঙাক মপুশিংগী মাযোক্তা প্রতিবাদকী অকনবা ঈহৌ কযানা মীযামগী পুন্সিবু কাং-খোং চাইহনবা অঙকপা নত্তে। সিষ্টেম অমগী মাযোক্তা অতোপ্পা সিষ্টেম অমনমুক মপু শাগদবগী চোকথবা লৈতনা হোৎনবিবা মীওইবগী সমাজনি। অচুম-অবানগী পবিভাষা লৈত্রবা, পাপ-পুন্যগী ব্রাহম্ভোক থিবা ফংদ্রবা অমদি ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী লংলা-লংজিল মাঙখ্রবা অসিগুম্বা অনৌবা যুগ অসিদা থোবক্লিবা ঐ ঐনা তৌবনা মচুম্লে হাযবগী খোল্লাউ অসি পংলায লাযনা নমথবদি ঙম্ফম থোক্তে। অহোংবা কযা লাক্কনি, অদুবু অহোংবশিং অদুগী অচুম্বদি খাংঙৈতা ওইগনি। চাওখৎলে লৌনবিবা ঙসিগী যুগ অসিদা পোকপা মীওইবনা হিংবনি হাযদুনা হিংলিবা অসিবু তশেংনমক অহিংবা অমগুম হিংলিববা নৎত্রগা কবি, হাযবসি মীওইবা ঐখোযনা মুন্না খন্থফম থোক্লবনি। অবি-অনৌগী লান্দা অনৌবনা লানঙম ফীবাল থেৎলবসু, অবিবগী ভেল্যুশিং অদুদি মাঙদ্রি। থম্মোয পানবা, মীবু মী ওইনা খনবা তাইবং মীওইবনা সভ্যতাগী ফুম অসিদা অসুম্মক

তাউদুনা লৈবা অসি পাম্লবক্লি। মসি পূম্নমক অসি তাইবং মীগী মশাদা মীওইবা হাযবা অদু মাঙখিবননি। ধর্মবীব ভাবতীনা মহাক্কী *অন্ধাযুগ* তা মীওইবগী ফীভমদি অহোংবা খক লৈতে হায়না উৎলি। লান লোইখিদুনা শাসনগী অহোংবা কযা লাক্লবসু লৈবাক প্রজাগী ফীভমদি হামুগী হামুনি হাযবসি থোঙশঙবশিংগী মচীন্দগী ফোঙদোকহল্লি—

থোঙশঙবা ১ ঃ ঐখোযদি হান্ন-হান্নে

থোঙশঙবা ২ ঃ হামু হামু হৌজিকসু

থোঙশঙবা ১ ঃ লৈঙাক মপু হোংলে

থোঙশঙবা ২ ঃ ফীভমদি হামুগী হামু

থোঙশঙবা ১ ঃ হৌজিক্কীসিদৈদি হান্নে লৈঙাক মপুদুনা ফবম্মে।

*ঐগী ঐগীনা লুবা হাযবসি তাইবং মীওইবগী লীচৎনি।* ইচানি ইনাওনি, ইশেলনি ইবাইনি হাযনা মীচঙ মীখায নাইবগী পূকচেল অমদি তাইবং মীগী মশাদা অদুম্মক চেল্লি। মকুওইনা পূকচেল অসি লৈঙাক্লোযশিংদনা অমুক *হেন্না চাং ব্রাংনা যাওবি।* ধৃতবাস্ত্রগী মচীন্দগী অইবনা ব্রাফম অসি মযেক শেংনা উৎথোকই। বিদুবগী মফমদা মযাম্বা ধৃতবাস্ত্রনা হায—

ঐগী নুংশিবা, ঐগী তুক্কৎচবা, ঐগী নিযম ঐগী ধর্ম্ম
ঐ ইশাগী লন্নাইতগী ওইখিবনি।
মদুদা নিযম কাঙলোনগী ওইবা
মপাম্লোংগী লমজে অমত্তা লৈখিবা নত্তে।
ঐগী তোংশাদগী ওইখিবা কৌবব
মখোযনি ঐগী অবোইবা অচুম্বা।
ইচা নুংশিবনা মফমদুদা নিযমনি
অচুম অফ লীচৎকী ঙমখৈনি।

অশেংবমক্লি, ঙসিগী সংসাব অসিদা মী খৃদিংমক মহাক মহাক্কীনা মকুবে হাযনা খন্নবা ঙাক্লি। 'ঐগীনা লায়, মীগীনা লুই' হাযনা খনবগী ফজবা পূকচেল অসিদি কনাদসু চেন্নদ্রবনি অসিগুম্বা মশাগী ওইজবা থিবগী পূকচেল অসিনা লৈবিবমখৈদি মীওইবগী পুক্নিদা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা লৈখিগনি

হাযবগী ইঙ্গিৎ অমসু লীলা অসিদা অইবনা পীবি। মতৌ অসুম্না হৌজিক্কী মতমদা থোক্লিবা সমস্যা কযা অসি অইবনা হৈশিংনা *অন্ধাযুগ* হাযবিবা লীলা অসিদা মযেক লানা উৎলি। তশেংনমক ডা ধর্মবীব ভাবতী যুগকী সমস্যা খণ্ডবা অইবনি। সমস্যা অসিগী সমাধান থিদোক্তুনা মসিগী ফত্তবা ফলদগী মীওইবা জাতিবু কলহৌনবা অমদি মীওইবগী মান-মর্য্যদা ঙাক্লা চৎনবা অইবনা ঐখোযদা মমল য়াম্লবা পাউজেল অমা পীবি।

লীলাগী ইবোই লোইবা মতাংদসু ৱাবী শকপনা অসুম্না হাযদুনা মীওইবগী পূক্লীংদা থেমজিন ৱাহৈ খবা পীবি—

'দুবু মচং অমদি লৈবি পূক্লীংদা মকুণ্ডম থৌনা,<br>
নীংতম্বদা অনৌবা শেমগৎ শাগৎপদা<br>
কনাগী নত্তে মাদি 'দুবু কুমথবি পুন্সিদা<br>
দাযি লৈবা অশেং শাজৎ ঙমখৈ নীংতম লীচৎতা।<br>
ঐখোযগী পূক্লীংদা লৈহৌবা শকক খবদুনা<br>
অদুম্বা খাণ্ডৈদগী ব্রহ্মাস্ত্রগী অকিবদৈ<br>
তাইবং তুংলমচৎপু মতম পূম্বদা কনবিসনু<br>
অমম চিংনপবৈ মীনাই ফুঙ্গা মাযথীবদগী।

পীবিবা খৃদমশিং দীনমণিগী অনুবাদতগী

# মণিপুরগী অপূনবা শক্তমদা সাহিত্যগী ঈথিল

**ঈংনা চীক্লা** ঙাল্লম্মী মতম অমা মণিপুব সনা লৈবাক। শকখি শৈশকপশিংনা সনা লৈমযোন অসিগী কোলোয মিংলেন—

মণিপুব সনা পুঙমযোল।
চীংঙু লাইগী শাইযোনলম।
'শংবা ফিজোল থোল্লিবী।
ঋতু তকক্লা থৌগনবী।
লোইবী চীংলোন্না ঙাক্লিবী।

কবি বত্ন খ্বাইবাকপম চাউবনসু অসুন্না শৈথাবম্মী—

চীংনবু কোযনা পনশাবা
হাওনবু কোযনা পনঙাকপা,
হৈবাং লৈবাংনা থল্লবী
ঋতু তকক্লা থৌগনবী,
ব্রাখল চাউববা কবিগী
লাইনা থাবা মফম্নি।

(মৈতৈ লৈবাক)

মণিপুবী জাতিগী পুন্সিদা চীংমী-তম্মী অনীগী মবক্তা থানবা যাববোইদবা মবী অমা লৈবম্মী হাযবসি নৌহৌনা হাযকুবগী দবকাব লৈত্রববা খঙ্গে। চীংলোন মাপন্না কোযবিবা মণিপুব অসিদা লৈবিবা চীংমী-তম্মী অনীমক মথায থাযনদগী হৌনা মচীন-মনাওগুম নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবক্লবা ঙাক্তনি। মৈতৈগী লাই হবাওবদা তাংখুল শাবা যাওবিবা, লুহোং-কৈহৌংবদা লৈকম ফি

চঙদবা য়াদ্রিবা, মেবা থাদা মেবা-হাওচোংবগী থৌবম পাঙথোক্লিবা অসিনসু মৈতৈগা চীংমীগা অনীগী মবক্তা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মবী অমা লৈবক্লি হায়বসি লায়না খঙবা ঙম্মী। মোইবাংপর্ব্বগী ৱাবীদা কবুই শলাং মাইবনা লৌবিবা থৌদাং নৈনবদা চীং-তম অনীগী অপূনবা মবী অদুম্মক খঙবা ঙমগনি। ধর্ম্মগী ওইবা বিচুয়েল্স কযাদা কবুই জাতিগীগা ঐখোয় মৈতৈগীগা মান্নবা কয়া লৈবি। মণিপুবগী ইন্টিগ্রিটি অমসুং পেট্রিয়োটিজমগী মশক শাগৎলকপদা চীং-তম অনীগী অপূনবা থৌদাং চঙই হাযবা ৱাফম অসি থমজবগা মতৌ কবম্না মণিপুবগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা সাহিত্যনা কবি কবম্না ঈথিল পীখিবগে অমদি পীবা যাবগে হাযবদু খবদং নৈনজগে।

কবিগুম্বা জাতি অমগী অপূনবা শক্তমবু শীংনবকপা মতমদা জাতি অদুগী সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং লৌনবা ঙাক্তনি। সমাজগী মমি সাহিত্যদা তাফম থোকপনা সমাজ অমগী থৌদোক কযাগী মমি মতম মতমগী সাহিত্যদা তাই। সমাজনা সাহিত্যগী মচাক হুনবনি অদুগা সাহিত্যনা অমুক সমাজবু শেম্বনি। অনীগী মবী অসি আদান-প্রদানগীনি, পীথোক-পীশিনগীনি। অইবশিংগী খূৎইনা মীযামগী ঈহৌ শাগৎপদা ৱাখল-লমজিং পী অমদি পাঙ্গল-লিংজেল হাপ্লি। ফ্রেঞ্চ বিভোলুসনগী থৌবাংদা ভোল্টযাব, মোন্টেস্কক্যা, রুসোনচিংবা অইবশিংগী খূৎ যাওখ্রিবনি। অমেবিকাগী সিভিল ৱাবদসু সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগী ৱাবী লৈবি। হেবিযেট বিচব স্টোগী *অংকল টোম্স কেবিন* (১৮৫২) কৌবা লাইবিক অসিনা সিভিল ৱাব অসিদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অমুক মার্ক্সিম গোর্কীগী খূৎইনা রুসিযাগী ওক্টোবব বিভোলুসনদা যাম্না মতেং পাংখি।

ভাবত নীংতম লানগী ইতিহাস অমুক্তা ফাক্তোক্তনা যেংসি। বৃটিশকী লোইলম শাসনগী মখাদা বাজনীতিগী লুচিংবশিংনা লৌখিবা অচৌবা থৌদাং কযাগী মথক্তা ববীন্দ্রনাথ, প্রেমচন্দ অমদি বঙ্কিমগুম্বা অইবা কযানসু কলমগী মতেংনা হিন্দু-মুসলিম একতাগী ৱাখল্লোন শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগী ৱাবী লৈবি। ঋষি বঙ্কিমগী ঈশৈ— 'বন্দে মাতবম' না ভাবতবাসীশিংগী থম্মোযগী অপূনবদা লীচিং অমা শাগৎপা ঙমখি। ববীন্দ্রনাথকী 'জন গন মন'ন

সু ভাবতকী 'জাতীয় একতা' শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইখি অমদি ঙসিফাওবা 'জাতিগী ঈশৈ'গী থাক্তা সন্মান ফংলি। উর্দু কবি ইকবালগী 'সাবে জহাঁসে অচ্ছা হিন্দুস্তান হমাবা' হাযবা অসিনসু দেশপ্রেমগী ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা মতেং পীখি। লম অসিদা 'বিদ্রোহী কবি' হাযনা খঙনবা কাজি নজরুল ইসলাম অমদি তামিল কবি সুব্রমনিযম ভাবতীগী মিংসু পন্নবি। মখোযগী সাহিত্যনা, মখোযগী ঈশৈনা ভাবত জাতিগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা অমদি ভাবতবাসী খুদিংমক্কী থম্মোযদা নীংতম ৱাখল ঈহৌহনবদা শীংথানিঙাই ওইবা থৌদাং লৌখি।

মণিপুবগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা মণিপুবী সাহিত্যগী ঈথিল শোযদনা লৈফম থোকই। অইবা হাযবসিদি মবৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মীওইনি। কবম্না অইবনা, কবম্না কবিনা মবৈবাক মজাতিনা অৱা-চৈথেং ফংলকপা মতমদা তৃমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা যাওগ্রবগে'? নুংশিবগী ঈহৌ কযা অদু শৈবেং নৎত্রগা ৱাবেং ওইনা ইথোক্লগা অপাবা নৎত্রগা অতাবশিংগী থম্মোযদা ফুমদুনা লৈবিবা মমালৈবাক নুংশিবগী বাখল অদু যাকাযহনবা ঙাক্তনি। ইবমদম নুংশিজববু থিংবা কনাগী মতিক লৈবগে'? 'জননী জন্মভূমিচ স্বর্গদাপি গবীযসী'—ইমা পোক্লফম লমদমনা স্বর্গদগীসু হেল্লি হাযনবিবনি। ইংলিশ কবি সাব ৱাল্টব স্কোটনসু—'ব্রেথ্স দীযব দ মেন ৱিথ সোল সো দেদ', হাযদুনা মবৈবাক নুংশিবগী অযৌবী থাক উৎলি। ঐখোযগী মণিপুবী শৈবেংদসু অসিগুম্না মবৈবাক নীংবগী নুংশি শৈথাবোল উবা ফংই—

মালেম লৈমনা লূম্ববা
পলেম ইমানা মব্দমই
কোবৌ নোংনা ৱাংববা
পন্থৌ ইপানা মৱাংই,
পলেম পন্থৌ পোক্লিবী
পোক্লফম লমদমনা মহেল্লি।

মণিপুবগী ইতিহাসতা চহী তবেৎ খুন্তাকপগী ৱাবী মীপূম খুদিংমক্কী থম্মোযদা তাশোন ওইনা লৈখ্রবনি। চহী তবেৎ চুপ্পা অৱাগী লোইলম শাসনগী

মখাদা অৱা কোঙ্গায নংলক্লবা জাতি অসিগী মীবোলদা মবৈবাক নীংবগী ৱাখলদু কাউঙমদনা লৈবকখি। মসিগী ফলনা কুনশুবা শতাব্দীগী অহৌবা শরুক্তা লীলা ড্রামানচিংবা কযাদা সাহিত্যগী খূদোল ওইনা মীযামগী অপূনবা লীচিং শাগৎপদা মতেং ওইবা ঈশৈ কযামকম থোবকখি। ইং ১৯২৫ গী সেপ্টেম্বব তাং ৩০ দা ইহান হান্না শান্নখিবা, স্বর্গীয লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহনা ইবা *নবসিংহ* ড্রামাদা অৱানা মণিপুবদা লান্দাবকপা, প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবা অদুগী মখা তাবদা মণিপুববু গম্ভীবসিংহ-নবসিংহ মচীন মনাও অনী চঙদুনা উদ্ধাব তৌবা পূম্নমক অসি উৎলি। লীলা অসিদা যাওবা ঈশৈ অমনা মৈতৈ জাতিবু যাকাযহল্লি। ঈশৈ অদুদি—

চৎলু চৎলু মৈতৈ পূম্নমক
মাতৃভুমিনা কৌবি ঐখোযবু
মচা নত্তনা মমাগী অৱাবা
কনানা কোকহনবা ঙমগদগেনে
পূম্নমক তিন্নদুনা হাযযুকো
শিগে ঐখোয ইমা নহাক্কী।

ঈশৈ অসিনা পঙথকববা মৈতৈ জাতিবু নাকোযননা হৌদোক্লুনা মবৈবাক মজাতিগীদমক মথৱায থাবা পাম্মৃগনুকো হাযনা ঈনশিল্লি। অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎকী *ভাগ্যচন্দ্র* ড্রামাদসু ইমা মণিপুবগী মতিক মগুণ শীংথাদুনা অসুম্না শক্লি—

মণিপুব কৌবী জন্মভূমিনি
অকনবগী পোক্লফমনি
মতীক মগুণ চাউববা নিংথৌ কযানা
নঙগী থৌগল তত্তনা তৌবক্লি ।

*সোবোকখাইবম ললিতকী* *অবেপ্পা মরূপ* (১৯৩১) তা শকখিবা লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমত্তং লৌখৎচবি। ঈশৈ অদুদি—

ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা
মাযকৈ সলাই খূদিংদা

নচা চানবী ওইবনা
মীবক তিঞ্জদ্রবী ইমানি
অশংবা মণি চীংনা থল্লি
লুপাগী তাবা মাল্লবা
তুবেন্না খোয়না চেল্লিবসিবু
কবম্বা নৈপাক্তা নৈবিগবা।

সিনাম কৃষ্ণমোহনগী *মোনু থাঙ্গাল* দগী লৌথোকপা ঈশৈ অমত্তংগসু পঞ্জবমগে। ঈশৈ অদুদি—

চৎসি, চৎসি মৈতৈ মচাশা
পুন্সি লানফমদা চঙলসি
ঐখোযনা নৌনা শাগনি অমুক
মণিপুব সনা লৈবাকসে
হিন্দু মুসলমান অমত্তা
হাওগী জাৎসু শুনা তিন্না
মচীন-মনাও নুংশিবা প্রেমনা
চেৎনা পুন্না।

মণিপুবী ড্রামাদা যাওবা অসিগুম্বা ঈশৈ কয়া অসিনা মতম মতমগী ওইনা মণিপুবী ভাবোকশিংদা মাতৃপ্রেম অমদি জাতীয় একতাগী পাউজেল পীবগুম্না আধুনিক মণিপুবী সাহিত্যগী লমযানবা কবিশিং—চাউবা, কমল, অঙাংহল, দবেন্দ্রজিৎনচিংবনা লৈবাক নীংবগী ৱাবেং-শৈবেং কয়া ইদুনা মণিপুবী জাতিগী থম্মোযদা মবৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী মক্তবা ঈবা খিকপীবম্মী অমদি জাতিগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা মতেং পীবম্মী। অঙাংহলনা মহাক্কী অমব ওইববা উপন্যাস *জহেবা* দসু হিন্দু মুসলিম অনীগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপগী পাউজেল পীবম্মী। "হিন্দু-মুসলমান অনী অসিবু খক তিন্নবা যাববোইদবা তা জাম্নি" হাযনা নাযক ওইবিবা কুঞ্জবিহাবীনা মযাম্বা শক্লবা জামিনীদা হংখিবা মতাং অমা উপন্যাস অসিদা অইবনা উৎলিবা অসি যাম্নমক অর্থ চেনবা ৱাহংনি। অঙাংহলগী মিৎযেংদা ধর্ম্ম হাযবসি মপাম্ঘোংগীনি,

মীওইবগী লেঙদবা ধর্ম্মদি মীনা মীবু মী ওইনা খনবা হাযবসিনি হাযনা উৎলি। তশেংনমক হিন্দু-মুসলিম একতাগী সমস্যা অসিগী মকমদা জহেবা অমসুং কুঞ্জোগী মবক্তা লৈবিবা নুংশিবগী মবী শাগৎখিবনি।

হিজম ইবাবতকী কলমদগী থোবকপা শৈবেং কয়ানা অমুক মণিপুরী জাতিবু মিৎকপ থোকহনখিবগী ৱাবী লৈবি। মহাক্কী শীংথানীংঙাই ওইবা শৈবেং খবা লৌখৎচববদা অহানবমক্তদা য়েংসি—

শকউ শকউ জয জয অপূনবগী জয
কিগনু অপূনবনা ওইনি জয়, জয ওইনি জয
মীখা পোনবা ঐখোযদি অপূনবনা খূৎলাইনি
অপূনবা নত্তনা কবি লৈবি থেংননবা।

মখা তানা অমুক্কা মীযামদা মাতৃপ্রেমগী অমৃত-ঈবা শীকপিখিবা, জাতিবু অপূনবগী লংলানা লেংশিন্দুনা অমত্তা ওইননবগী যাকাযবোল শকখিবা ইবাবতকী কলমদগী খোল্লাউ অমগসু থোবকই—

চৎসি চৎসি ঐখোয পূম্নমক
মাতৃভূমিনা কৌবে ঐখোযবু।
মচা নত্তনা মমাগী অৱাবা কনানা কোকহনগদগে?

*ইমাগী পূজা*, লা ৪৫

মণিপুবগী অপূনবগী শক্তম শাগৎপদা হিজম ইবাবতকী অবদান মৈতৈ জাতিনা খক কাউগদবা লৈতে।

ইমা মণিপুবগী কোলোয মিংলেন শকপদা চোকথখিদবা কবি অমদি অশাংবম মীনকেতননি। মতমগী যাওল মতুংইন্না বেদিও, টেলিভিজন অমদি খবব-কাগজনচিংবা মাস মেদিযাগী খূথাংদা মতম মতমগী ওইবা ৱাবেং-শৈবেং কয়ামসু মণিপুবগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা অমদি মৈত্রবাক মচাশিংদা মবমদম মজাতিগী ৱাখল খলহনবদা অচৌবা মতেং পাংলি। লৈবাক নীংবগী ঈশৈ হায়দুনা আকাশবাণীনা শব্দোক্তিবা ঈশৈগী থৌবম অসিনসু লম অসোমদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌবি। খুবাইজম ফলেন্দ্রনা ইবা—

অনৌবা যুগকী অনৌবা আশা পুদুনা

লাক্লো নহাবোল লাক্লো নহাবোল

শেন্নসি অনৌবা সংসাব .

হাযবা ঈশৈ অসিনা হৌবক্লিবা নহাবোলশিংদা অনৌবা মণিপুব অমা শেমগৎলক্লবগী লম্বীদা আশাগী থৌইনশিন পীবি। মতাং অসিদা বি জয়ন্তকুমাব শর্ম্মনা লেংবা মমিং চৎলবা—

খোন্নাং লমন শিংঙন্নোই নঙগী
মিনুংশি চাউবী হে ইমা
নাউযোক নাউকোন কাউজবোই নঙগী
মণিপুব কৌবী হে ইমা

হাযবা ঈশৈ অসিমনসু হৌবক্লিবা নহাবোলশিংগী থম্মোযদা অকনবা শাফৃ পীবা ঙম্লি। মহাক্কী অসিসু থোইদোক্লা মগুণ লৈববা, নুংশিখ্রবা ঈশৈনি। ঈশৈ অনী অসিনা মণিপুবী জাতিগী থম্মোয হূখিবা কনাসু খঙদবা লৈতে।

আধুনিক মণিপুবী শৈবেংগী লমদা কবি নীলকান্তগী মিং তাদবা কনা যাওবগে' মবৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা, পুন্সিবু থবক্লি খনবা কবি অসিনা অসুম্না শৈথাবি --

মণিপুবীনি ঐখোয নাইতোম ঙাক্লিবা ভাবত মহাজাতিগী
চীং-তমগী অপূনবা সংস্কৃতিনা মালেম লৈমগী লৈকোয়ুংদা
শীৎলিবা নুংশিৎতা তিল্লিবা

মণিপুবীনি ঐখোয থৌনা ফববা
চেল্লিবা শিংলিদা শিবা কিদবা ঈচেল
মণিপুবীনি ঐখোয ইজ্জৎ ঙাক্লিবা থদৎনবা মীনাইগী যোম্লিং
তুক্কৎচববা
মণিপুবীনি ঐখোয শিবা নাইদ্রবা চোংথোবক্লিবা ঙাক্লবা
ইমাগী ইজ্জৎ।

শৈবেং মতেক অসিনা পীবিবা ঈথিল অসি কযাদা অকনবা শাফৃ অমগা ঈবোযনবিবনো' মণিপুবী জাতিদা পাঙ্গল থৌনা হাপ্পা শৈবেং অসিতনসু লোইদ্রি। মখা তানা শৈথাবি কবিনা—

মণিপুব মণিপুব ঐহাক্কী মণিপুব
শকচবি ইমা, নহাক্কী কোলোয
চীংবুবোয তম্বুবোয কযাগী ব্বাবীনা
চৎথবক্লি যুগ কয়া ইতিহাসকী লামায়দগী,
অকনবা নচা কয়াগী ঈগী বলিদান্না
ঙাকচবক্লি ইজ্জৎ ইমাগী ইতিহাসকী পম্বেং কযাদা ।

বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেম, মেমচৌবী, ভানুমতিনচিংবা মৈতৈ কবি কয়া অমনসু মবৈবাক মবমদমগী মতিক মগুণ শীংথাদুনা মণিপুব অমত্তনি, চীং-তম অমত্তনি হাযবগী খোল্লাউ লাউবক্লি।

ব্বাবীমচা অমদি উপন্যাসকী লমদসু চীং-তম অনীগী মবী উৎপা লাইবিক কয়া লৈবি। হিজম গুণগী *লমন* অমদি *ইপাম মৈহৌবে* হায়বিবা উপন্যাস অনী অসিদা চীং-তম নুংশিনবগী মবী যাম্না নীংথিনা উৎলি। *লমন* দা উৎলিবা পাবি-চনিং অনীগী নুংশিব্বাবীগী মকমদা শাগৎলিবা অপূনবা শক্তমগী লীচিং অসি ওম্ব্লোক্লা অর্থ লৈহনখ্রে।

মণিপুবগী অপূনবা শক্তম ঙাক্লনবগীদমক্তা মণিপুবী অইবশিংগী থৌদাং চাউনা লৈবি। অইবশিংগী মিৎযেং তম্পাক্কী লমদতা থম্বনা যাবোই, চীংদসু মখোযগী মিৎযেং যাম্নমক দবকাব ওইবি। বজনীকান্ত এলাংবমগী ব্বাবীমচা 'চীংগী ইমৌ', কৈশাম প্রিযোকুমাবগী 'নোংদি তাবকখিদবে' নচিংবা ব্বাবীমচাশিংদা চীংমীগী পুন্সিদা মিৎযেং থম্লকপা থাগৎনীংঙাইনি। চীং-তম অনীগী মবক্তা ইমোসনেল ইন্টিগ্রেসন শাগৎনবগীদমক্তা অইবশিংগী কল্পনানা অমদি মখোযগী *থোং-নৌবা ব্বাহৈ ব্বাতানা চীংমীশিংগী থম্মোযবু খুদুম চনবগী* দবকাব অমা যাম্নমক চাউনা লৈবি হাযবসি ঐখোযগী অইবশিংনা কাউফম থোক্তে।

# টেগোরগী *গোরা* অমদি ঙসিগী ভারত

**বিশ্বকবিগী খুভম** ফংখ্রবা, বিশ্বসাহিত্যদা মশাগী মতিক চাবা খুদোল তমখ্রবা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী মিংলেনবু তাদবা কনা যাওবিবগে? নোংচুপ তোর্বানদগী শক্লকপা শেক্সপিযাবগী নুংশিববা ঈশৈনা ভাবত সাহিত্য লৈকোলগী লৈবাংবশিংগী পূক্লীং হুখিবগুম, নোংপোক তোর্বানদগী শকখিবা ববী ঠাকুবগী ঈশৈনা ইংলিশ সাহিত্য লৈকোলগী লৈবাংবশিংগী পূক্লীংবুসু শুমহৎপা ঙমখি। ববীন্দ্রনাথ কবিনি, কথাকাবনি, শিল্পীসুনি, দার্শনিকসুনি, শিক্ষাবিজ্ঞ অমদি সমাজসেবী অমসুনি। শান্তিনিকেতন অমদি শ্রীনিকেতননা মসিগী লাববা খুদমনি। বাজনীতিগী ক্ষেত্রদসু মহাক্কী অবদান লৈখিদবা নত্তে। মহাক্তি শক্লোন যাম্বনি, বহুরুপীনি। মহাক্কী ৱাখল ঈবোং নাইবনি, বহুবিচাবীনি। মহাক্কী মিৎযেং পাকচাউবনি, বহুদর্শীনি। নোংপোক নোংচুপ অনীমক্কী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী মঙাল ফংলবা অইবনি। কনাগুম্বা শ্কোলাব অমনা মহাকপু 'এ প্রোলিফিক বাইটব ৱিথ এ মেনি সাইদেদ জেনিযস' হায়না শীংথাবম্বা থেংনৈ। ইংলিশ কবি *শেক্সপিযবগী* মবমদা মেথিয়ু আর্নোল্ডনা 'মাইবাএদ মাইন্দেদ' (পূক্লীং মপান নাইদবা) হাযনা শীংথাবম্বগুম ববীন্দ্রনাথকী মবমদসু শীংথাবদা থোইনা কায়গনি নীংদে। কনাগী কলা, কনাগী সাহিত্য, কনাগী শিক্ষা, কনাগী সংস্কৃতি, কনাগী বাজনীতি মহাক্লা শোক্লমদবা লম লৈত্রবনি। মহাক্তি যুগ পুরুষনি, যুগ দ্রস্টানি, যুগ পুবা অইবনি। মরুদা অমব কবিনি।

অসিগুম্বা মতিক মগুণ লৈখ্রবা মহাপুরুষ অসিগী সাহিত্য নৈনবা হায়বসি মণিপুবী সাহিত্যকাবশিংগীদমক্তদি ওম্থোক্লা কান্নখ্রবা প্রয়াস অমনি। *গীতাঞ্জলি* না মহাক্কী মিংলেনবু পৃথিবী শীনবা থুংনা শন্দোকপা ঙমহনখ্রবসু ভাবতবাসীশিংগী থম্মোযবু হূবা ঙমহল্লিবদি শৈবেং লাইবিক অসিনা নত্তে,

মহাক্কী ওল্লিবগী মতমগী কাব্যকলা, সংগীতকলা, চিত্রকলা, শিল্পকলা অমদি নাট্যকলাননি হায়বদা লানগনি নীংদে। মসিগী মথক্তা মহাক্কী শিক্ষানীতি, সমাজনীতি, বাজনীতি অমদি ধর্ম্মনীতিগী মবমদা পুথোক্লম্বা ব্রাখল্লোন কয়ানা অমুকস্ মহামানব অমগী শক্তম লৌদুনা ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্লে। বেঙ্গলীশিংতা নত্তনা ভাবতকী জাতি খুদিংমক্কা মহাকপু ভক্তি অমদি শ্রাদ্ধাগী মিৎয়েংনা য়েংই। ভাবত জাতীয়তা (ইন্দিয়ন নেশনেলিজম) গী ঈহৌবু কনখৎনবা হোৎনবদা মহাক্লা লৌখিবা থৌদাং ভাবতবাসীশিংনা থক কাউগদবা লৈতে। জালিয়ানৱালাবাগকী থৌদোকপু নিন্দা তৌবা ওইনা মহাক্লা বৃটিশ সবকাবনা পীবা 'নাইটহুদ' হন্দোকখিবা অসিনা মসিগী ময়েক লাববা খুদমনি। অসিগুম্বা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী মবৈবাক অমদি মজাতিবু নুংশিবগী ব্রাখল্লোন অসি মহাক্কী মহাকাব্যগী শক্তম লৌববা উপন্যাস *গোবা* (১৯১০) দা ময়েক শেংনা উৎলি। চহী ১০০ বোমগী মমাঙদা ইখিবা *গোবা* হায়বিবা উপন্যাস অসিনা ঙসিগী ভাবতকী সমাজদা কবি কবম্বা ঈথিল পীবিবা নৎত্রগা শাগৎখ্রিবা অইবগী ব্রাখল্লোন কয়া অদুগী শক্তম ঙসি কবি ওইনা লৈবিবা হায়বসি খজিক্তং নৈনজগে।

ইং কুমজা ১৯১০ দা ফোঙখিবা *গোবা* হায়বিবা চাউববা উপন্যাস অসি ববীন্দ্রনাথনা ইবম্বা উপন্যাস তবানিথোইগী মনুংদা মঙাশুবনি। উপন্যাস অসিদা অইবনা মকওইনা উৎনীংলিবদি ভাবতবর্ষগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপা অসিনি। ইং কুমজা ১৯১১ দা কলকতাদা পাঙথোকখিবা ভাবত জাতীয় কংগ্রেসকী মীফমদা ইহান হানবা ওইনা শকখিবা 'জনগণমন' হায়বিবা কোন্না জাতিগী ঈশৈ ওইবকপা অসিদা কবিনা শাগৎলিবা অপূনবগী শক্তম অসি হান্না *গোবা* দা শাগৎখ্রবনি। 'লাইবক ফবী ভাবতনি, মসিগী চীং-তুবেল, লম অমদি মসিদা খুন্দাবিবা মীওই কয়া অসি মপান নাইদ্রবনি, পূম্নমক অসিনা ভাবতকী অবংবা যুগ অমগী মশক তাক্লিবনি জয় ওইয়ু ভাবত' হায়দুনা লাউবন্নিবা খোল্লাউ অসি *গোবা* উপন্যাসতা শাগৎলিবা জাতিগী অপূনবা শক্তম অদুগী খোঙ্খাংনি হায়না লৌনৈ। মীওইবা জাতিগী য়াইফনবগীদমক্তা, অপূনবগী শক্তম অমা শাগৎপা হায়বসি ভাবতকী দর্শন শাস্ত্রদা অদুম্মক য়াওজববা

ব্রাফমনি। বেদ-উপনিষদকী হৌবকফম ওইবিবা, ঋষি মুনিশিংগী পোক্লফম ওইবিবা ভগবান বুদ্ধ অমদি ভগবান মহাবীবগুম্বা লাইপোক কয়াগী দেববাণীগুম্বা ধর্ম্ম তত্ত্বগা মবী নৈনবা পাউজেল কযাগী ঈহৌফম ওইবিবা ভাবতবর্ষ অসি পুন্যগী লমনি হাযবগী খোঞ্জেল অমসু উপন্যাস অসিদা তাবা ফংলি। বৃটিশকী লোইলম শাসনগী মখাদা চহী অনী চুপ্পা মীনাই যোৎহ্লিং থাংদুনা লৈবক্লবা ভাবতবাসীশিংগী থম্মোযদা ফাওবকপা নীংতম্বগী ব্রাখলনা লীচিং ওইদুনা বৃতিশকী মাযোক্তা নীংতম লানগী খোঙজং চঙবা হৌবকপা মতম অসিদা নোংচুপকী ইংলিশ শিক্ষানা পুবকখিবা অহোংবা কযানা ভাবতকী বাজনীতি, ধম্মনীতি, সমাজনীতি অমদি শিক্ষা নীতিগী লমদা অকনবা চৈথেং পীবা হৌবকখি। নবজাগবণগী ঈহৌ অসিদা ধম্মনীতিগী লমদা, হিন্দু ধর্ম্মগী থাযনদগী লৈবক্লবা চৎনবোল কযাগী মাযোক্তা, মতমগী যাওল মতুংইন্না অহোংবা পাম্বা কাঙবু খবনা ধম্মগী আন্দোলন হৌবকখি। অসিগুম্বা কাঙলূপ অসিবু ব্রাহ্ম সমাজ হাযনা খঙনখি। হোংবা পাম্বা অমদি পামদবা কাঙবু অনী কন্না থেঙ্গাযনবকখি। কাঙলূপ অনী অসিগী লুচিংবশিংগী মবক্তা অমগা অমগা মবৈ যেৎনদুনা অমনা অমদগী হেল্লি হাযনা মূকখাযনবা অসিনা যূম্ফম ওইবগা *গোবা* গী ব্রাবীপবীং শাগৎখিবনি। শম্না হাযববদা ধর্ম্মবিচাবগী ব্রাফমনা উপন্যাস অসিগী যাঙলেন-শব্দ ওইনা পুখৎলকই। নাযক ওইবিবা গৌবমোহন (গোবা হাযবগা হেন্না খঙনবা) নুপা অসিনা পক্কা হিন্দু অমগী শক্তম লৌদুনা যেৎনবা অমদি মূক্লবা কযা অসিগী কেন্দ্রবিন্দু ওইহল্লি। মহাক অসি সেন্ট্রেল কেবেক্টব হাযবদুমক্লি। হিন্দুগী লৈজবম্বা বিচুযেল্স কযাবু মহাক্লা চেৎনা থাজৈ অদুমকপু মহাক্লা হিন্দু ধর্ম্মবু মানবতাবাদকী মিৎযেংদগী যেংননবা হোৎনৈ। মহাক অমদি মহাক্কী মরূপ বিনয অনীগী মবক্তা ধম্মগী ওইবা যানদবা লৈ। অদুম্নদি ওইবগা থম্মোযগী মবীদদি অমত্তনি। উপন্যাস অসিগী মক-ওইবী নাযিকা ওইবিবী সুচবিতা গোবাগী ব্রাখল্লোন্দা লূপচবী নুপী অমনি। মঙোন্দা মীওইবগী মিনুংশি অমদি থৌজালগী পূকচেল চেল্লি। ব্রাহ্ম সমাজগী ফীবাল পাযবা মকওইবা মীশক অনীখক্তি ববদাসুন্দবী অমদি হাবাননি। গোবাগী মপা হবদযাল মযায (মোদবেট) ওইনা চৎপা মীশক্লি। মপা মচাগী মবক্তা ধম্মগী ওইবা মিৎযেংগী

খেন্নবা লৈ। হিন্দু ধর্ম্মগী মরুমদা গোরানা ভারতবর্ষবু তশেংনা নুংশিজৈ। মফম অসিদা লৈরিবা লায়রব-অনং, তুহৎ তাহৎপিরবা, মরুদ্ধি মবৌশিং ৱাৎপা, মীচঙ সঙ্গন লৈজদবা মীওই কযাগী মরুপ্নি গোরা। অসিগুম্বা অশোন অনা কয়া অসিগীদমক্তা ইচঙ থৌনা জেল ফাওবা চঙখিবা মীশক্লি। জেলদা অমাং অশেংনচিংবা ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবী কয়া ঙাকপা ঙমখিদরদগী জেলদগী থোরক্লবা মতমদা প্রায়শ্চিত তৌগে হোৎনখি। অদুবু মপানা যাখিদে। মপা মচা মৃক্লবগী ফলনা মমৈথংদা গোরানা মশাগী আইদেন্টিটি খঙজরকখি। অসুক কুইরসি হিন্দুনি হায়দুনা লৈরকপনি। হিন্দুগী ধর্ম্ম ঙাক্কে হায়রগীদমক্তা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা যেক্লবগা লাম্হেংনরকখিবনি। হৌজিক্তি মহাক খঙলে মহাক হিন্দু ওইরমদ্রে, আইরিশ ওইরম্রে। সিপাহী লালহৌদা মপা শিখি, অদুগা মহাক পোকপা অহীং অদুমক্তদা মমাসু লৈখিদে। মহাক কনা লৈজদ্রবা লমজা শরানি। অদুবু পৃকচেল চাউরবা কৃষ্ণদাস অমদি ধর্ম্মা লৈবী মহাক্কী নুপী আনন্দময়ীনা কনা খঙহন্দনা মহাকপু মচা শক্লা নাউকোল্লকখি। গোরা ঙসি আইরিশ ওইরবসু আইরিশ ওইদ্রে। মহাক হিন্দু জাতিদসু তিন্দ্রে, আইরিশকী জাতিদসু তিন্দ্রে। মহাক মানব জাতিদা তিল্লরে। মীওইরগী জাতিতনা অমত্তা ঙাইবা অশেংবা জাতিনি হায়রসি মহাক খঙজরক্লে। মতৌন্দা হৃদয় পরিবর্তন (থম্মোয়গী অওনবা) অমা লাক্লে। অশেংবা জাতি খঙলর্বানিনা অশেংবা ধর্ম্মসু খঙজরে। মহাক্কী ধর্ম্মদি মানব ধর্ম্ম ওইরে। মী-গোরা মীওইবা জাতিগীদমক্তা লেপ্লে, মী-গৌরমোহন মীওইবা ধর্ম্মগীদমক চোংথোরক্লে। মতৌন্দা হিন্দু অমদি ব্রাহ্মগী খেন্নবা লৈত্রে। মহাক মীনি—শৃপ্নগী মী। মীবু মী ওইনা খনবা মী। মহাক্কী লৈফমনা শৃপ্নগী ভারতবর্ষ। মহাক মশানা ভারতবাসী। ভারতবর্ষবু মহাক্না নুংশিজৈ, ভারতবর্ষগীদমক মহাক্না চাউথোকচৈ।

মতৌ অসুম্না ভারতকী অপূনবা শক্তম ঙাকপগী রাখল্লোন অমনা উপন্যাস অসিগী মপূং ওইবা পাউজেল ওইনা ঐখোয়গী মাঙদা চোংথোরকই। হৌজিক নৈনীংলিবা ৱাফমদি *গোরা* হায়রিবা উপন্যাস অসিদা উবা ফংলিবা মীওইরগী ৱাখল্লোন অমদি মদুগা ঈরোয়নবা পাউজেল অসি ঙসি ঙসিমক ঐখোয়গী ভারত হায়বা দেশ অসিদা চন্নফম লৈরিব্রা। লৈত্রব্রা হায়বা ৱাফম

অসিনি। লৈবি, *গোবা* গী চন্নফম হৌজিকসু লৈবি। মবমদি ঙসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা জাৎ-ধর্ম্ম কুচু অমদি লোন খেন্নবগী অচৌবা সমস্যা অমা লৈবি। মসিনা জাতিগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা অচৌবা পল অমা ওইবি। জাতীয় একতা হায়বসি ঙসিগী খোল্লাউনি। মান্নদবা কয়া অসিগী মনুংদা মান্নবা অমা পুবক্লবা হোৎনবগী তঙায়ফদবা অদু লৈবি। 'য়ুনিটি ইন দাইভর্সিটি' হায়বা প্রিন্সিপল অসি ঙাক্লনবা হোৎনবদা অৱাবা অমসু ওইবি। ঐ ঐগী লমগী, ঐ ঐগী জাতিগী, ঐ ঐগী লোনগী হায়বা বিজনেলিজমগী অখূবা ৱাখল অমদি মিৎয়েং অসিনা জাতীয় একতাগী লমদা খুবৌ চেনবা অমা ওইববি। মীবৈবাক্লা লান্দাবক্লবা মতমদদি ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম অদু মশা মবোমদোম অদুম্মক চোংথোকচবকই। কাঙলূপ মশেল অমগা অমগা য়েংথীনবগী (কম্ম্যুনেলিজম) ৱাফমসু লৈবি। ভাবতকী য়ু পি, বিহাব, গুজবাতনচিংবা বাজ্যশিংদা হিন্দুগা মুসলিমগা উংখৎনবা অমদি য়েংথীনবা লৈবিবা কযা অসি পল্লুদুনসু কান্নদে। অযোধ্যাগী বাম মন্দিব বাববী মসজিদকী ৱাথোক, গুজবাতকী হিন্দু-মুসলিম হাৎন-শুনবগী ঈবাং ফোঙ ফোঙ শাদুনা লৈবি। ভাবতকী মফম কয়াদা মীনা শেম্বা আইন্না মীগী য়েক্লবা ওইবসু থোক্তবা নত্তে। জেন্দব জষ্টিস হাযদুনা পঙহায় হায়জবগী ৱানি। নুপীশিংনা নুপাশিংগা মীমান্নবা ঙমদ্রি। ভাবতকী বাজনীতি অমোৎপা বাজনীতি ওইদুনা অদুম্মক লৈবি। মখল মখা কযাগী শেঞ্জা থুমজা, অঙক অঙকপা স্বাম অমদি স্বান্দলনা নাকোং শীংজা যৈবি। লাইবিক লাইশু হৈববা অৱাংবা ফম পায়ববা মীওই কয়াগী কোক্তা মীগী মমল খঙবা ঙম্বগী শক্তি অদু ৱাৎনা লৈবি। চীন্দনা অমা, খূৎতনা অমা তৌবা মীওই কয়ানা লৈবাক অসিগী শাসনগী চূক্লি পাযবি। মফম মফম খুদিংদগী ভাব তানদবগী, উংখৎনবগী, নুংশিনদবগী খোল্লাউ কয়া লাক্লি। অকনবনা অচুম্বা শকপগী শেঞ্জাও পায়বশিংনা লৈত লায়ব কযাবু ওৎপিবগী হাযফম খঙদ্রবা সমস্যা কয়া ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈবি। লাইবক থীবনি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা ভাবতকী অপূনবা চাং মান্নবা শক্তম অমা শাগৎপা হায়বসি ফনমক লাউখোংদুনসু ইঙম ঙমদ্রি। ভাবত হায়বিবা লৈবাক অসি কায়হল্লোই অমদি মসিগী অপূনবা শক্তম ঙাক্কদবনি হায়বা তাবগদি ঐখোয় মীওইবগী পূকচেল

ৱাখল অমদি মিৎয়েং পাকথোক চাউথোকপা তাই। মীওইবগী মোবেল ৱাংহনবা তাই। *নেসনেলিজমগী ৱাখল অসি ঈহৌহনবা তাববদি কলচৱেল ইন্টিগ্রেসন* অমদি ইমোসনেল ইন্টিগ্রেসনসু যাম্নমক দবকাব ওই। দবকাব ওইবিবা কযা অসিগী শক্তম অদু *ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মহাক্কী গোবা* হাযবিবা উপন্যাস অসিদা যাম্না ময়েক শেংনা উৎলি।

ভাবতকী অপূনবা শক্তমদা হৌজিকমকসু জাৎ, ধর্ম্ম, লোন অমদি কুচুগী খেন্নবনা শীংনবি হাযবসি ঐখোয কাউফম থোক্তে। ভাবতনা নীংখা তমদ্রিঙৈ বৃটিশ পেবিযদতা হিন্দু মুসলিম অনীগী উংখৎনবা লৈবম্বদু ভাবত অমদি পাকিস্থান খাযদোক্লগা কোকখিগদ্রা হাযনা খন্নবম্বনি, অদুবু হৌজিক কোক্ত্রি। জাতি অনী অসিগী মবক্তা যেংথীনবদি নোংম নোংমগী হেঞ্জিল্লক্লি। অযোধ্যা ৱাথোক, কদাযদগী কবম্না লাকখি, গুজবাতগী ঈবাং কদাযদগী কবম্না হৌখি? মীপূম খূদিংমক খন্নবি, নৈনবি। অহায অহাযবনা চুম্বগী ভাবতা লাক্লি। অদুবু মকুদা কৈনোমদি লৈবি। ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা যাবোইদবগী মওংনি। মণিপুবদা থোকখিবা কুমজা ১৯৯৩ গী মেগী তাং ৩ গী থৌদোক, মণিপুবগী ইতিহাসতা ব্লেক দে হাযনা খঙনবা নুমিৎ অদু ঐখোয কাউবা যাবোই। যেলহৌঙৈদগী মৈতৈগা পাঙলগা অনী অসি চাবৌ মৌবৌনদুনা, নুংশি চান্ননা লৈবক্লবা অদুগা নুমিৎ অসিদনা খঙহৌদনা মচীন মনাও অমদি মরূপ মপাং ওইবগী ৱাখল অদু কাউথোক্লখিদুনা কবিসু নত্তবা ৱাফম অমদগী হাৎন-শুনবা কযা থোকখিবা অদুনি। লাইবক থীবা থৌদোক অদু লন্নাই মী ফত্তবা খবগী থৌইনশিনদগীনি। মশাদা মীওইবগী ৱাখল চেন্দবা, অমদি মবৈবাক মজাতিগী খন্দবা মীওই খূজোক খবনা শান্নখিবা লীলানি। চীংগী লমদা লাকখিবা নাগা কুকিগী ঈবাং অদু মীচম নাগা অমদি মীচম কুকিনা থোকহনখিব্রা? নত্তে, মখোযদি লাঞ্জদবনি, খঙজদবনি, মখোযদি ঈশ্বগী মচা ঙাক্তেনি। থোকখ্রিবশিং অদু মশাগীতা খনবা মপূকচেল পীকপা, মপানগী হন্না-নুংশিৎ খঙদনা লুচিংবা শাবা, লুচিংবগী গুণদি চেন্দবা মীওই খূজোক খবতনা থোকহনখিবনি।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা ঐখোযগী লৈবাক্কী ফীভমশিং অসি লাক্কদবগী মমি অদু ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগুম্না যুগদ্রস্টা (সীঅব) অমনদি লাযনা উবা ঙমখি। *গোবা* দা

য়াওবিবা ব্রাথোক থৌদোক অমদি চবিত্র কয়াগী ব্রাখল্লোন নৈনবগা ব্রাফম অসি ময়েক শেংনা খণ্ডবা ঙমগনি। মথক্তসু পঞ্চখ্রে, উপন্যাসকী নায়ক ওইবিবা গৌবমোহন নৎত্রগা গোবা নোংপোক নোংচুপকী কলচবগী খেন্নবা মশক মুন্না খণ্ডই। মীবু মী ওইনা খনবগী ব্রাখল মঙোন্দা লৈ। বুদ্ধি অমদি থম্মোয অনীগী গুণ চপচানা চেল্লি। ফিদম্নীংঙাই ওইবা ভাবত অমগী মঙ মহাক মঙই। মরূপ বিনযগা তর্ক তৌনবা মতাংদা মহাক্লা হায, "ঐ লশ্বী লম্মুব্রুবা যাই ঈবাক্রদুনা শিখিবসু যাই অদুবু ঐগী ইমা শক্রবী হিথাংফম অদুদি লৈখিগনি। মদুনি মপূং ফাববা ভাবতবর্ষ—লনদা মপূং ফাববা, জ্ঞানদা মপূং ফাববা, ধর্ম্মদা মপূং ফাববা অদুগুম্বা ভাবতবর্ষবু মফম কদাযদসু ফংলোইদবনে।" তৌশিন্নবা দেশ ভক্তি মহাক্তি যাদে। মখা তানা মহাক্লা বিনযদা হায, "লাইনীং চেৎলু। নপূক্লীংদা থাজবা হাযবদো লৈববদি অচেৎপা লাইনীংতনা অপেনবা হাযবদু ফংগনি। ঐখোযগী শাশিন্নবা পেট্রিওটশিংসে মশাদা তশেংনা থাজবা হাযবদো যাওদে অদুনা আশাসু লৈতে।" (১৯-২০) গোবাদি মশাদা শ্রদ্ধা লৈজবা মীশক্লি। মশানা মশাবু ইকাযখুম্নজবা আত্মসম্মান হাযবদু (সেল্ফ বেস্পেক্ট) মঙোন্দা লৈ। অদুনা মবম ওইবদুনা মহাক্লা কনাবুসু কিখিদবনি, মশাগী ফিবেপতগী হোংবা লৈখিদ্রবনি।

মীওইপোক্তা পোক্লগা ইবৈবাক ইজাতিগীদমক্তা খনবা, ইবৈবাকসিদা পোক্লগা ইবৈবাকসিদা শিজগে হাযবগী ব্রাখল চেনবা হাযবসি হৌজিক্কী মতমদা যাম্না তাঙনা থোকই। ঙসি ঐখোযনা ভাবততা উবিবা অসিদি মশাগী ওইজবা থিবনা অযাম্বনি। কবিগুম্বা থবক অমত্তং তৌবদা 'ঐগী' হাযবা ব্রাখলনা মাঙওইনবনি, মবৈবাক নুংশিবা, মজাতিগীদমক খনবা হাযবসি গোবাগী চবিত্রদদি মশাগী ওইনা যাওজবক্লবনি। মবৈবাক্কী লোত্তুনা লৈবিবা পাঙ্গলদা মহাক্লা চেৎনা থাজবা, মদুদা ভক্তি লৈজবা গোবানি। লৈবাক অসিবু মচেৎ তাহন্নবা হোৎনবিবা পূকচেল ফত্তবা মীওইশিংদা গোবানা হায, "হান্না ঐখোয অমত্তা ওইখিবা তাবনি, অদুদগীদি চুমথোকপা হাযবদু মনুংদগী অদুম লাকচনি। (লা ৫৪) অশেংবসু, অপূনবনা পাঙ্গলনি হাযনবিবনি। ব্রাফম অসি ঙসিগী কন্টেক্সটসু অদুম্মক চুম্লিবনি। মচীন অনী লোঙবা (দবল দীলিং) গোবাদি য়াদে। গোবাগা

মহাক্কী মব্দপ বিনযগা অনীগী মবক্তা নুংঙাইনদবা লৈবমাল্লে হাযনা মমা আনন্দময়ীনা মচাগী মফমদা ফোঙদোবকপা মতমদা গোবানা মমাদা হায, "ইমা, ঐদি চুমদ্রিং চৎপা পাম্মী। নাকল হাইদুনা চৎনীংবা কাঙবুগা ঐগা চুংশিন্নবা যাবোই।" (লা ৭২) অসিগুম্বা হি অনী তোংদুনা চৎপা মশাগী ওইজবনিবু হাযববদি অচুম্বা ঙাঙলবসু অবানবা ঙাঙলবসু থোইদোক্লা চিংনবা লৈতবা মীওই কযা ঙসিসু ঐখোযগী ইবক্তা লৈবি। মখোযগী লীচৎ শাজৎ অদুবু নিন্দা তৌবগী ইঙ্গিৎ অমা *গোবা* উপন্যাসতা ববীন্দ্রনাথনা উৎলম্লিবা অসি মতমগা ওম্হোক্লা চূনৈ হাযনা লৌবা যাই। মসিসু বেলেভেন্স অমনি।

ধর্ম্মগী অখূবা মিৎযেং অসি ঙসিগী ভাবতকী সমাজদা অভিশাপ অমা ওইনা লৈববনি হাযবসি নৌহৌনা হাযকবগী কান্নবা লৈতে। ধর্ম্মদা যূম্ফম ওইদবা সেক্যুলব ওইবা লৈবাক্লি ভাবত অসি। সেক্যুলাবিজমবু থাজবনা অমদি মসিগী নীতিবু ঙাক্লা চৎপনা ভাবতকী অপূনবা শক্তম অসি মাঙখিগদৌবদগী কনগদৌবিবনি। অন্ধবিশ্বাসকী কৃযোম্না কৃপ্তুনা লৈবিবা মীওই কাঙলূপ কযা ঙসি ঐখোযগী সমাজ অসিদা লৈবি। মসিনা জাতিগী চাওখৎ খোঙথাংদা অপনবা ওইহল্লি। ববীন্দ্রনাথকী গৌবমোহননা ঐখোযদা অসিগুম্বা অন্ধবিশ্বাসকী কৃযোম অসি হাংদোকউ হায। মহাক মশানা মশাবু পক্কা হিন্দুনি হাযনা লৌজৈ অদুবু ধর্ম্মগী অখূবা মিৎযেংদা মীওইবগী মচবিৎপু মখৌবি চবম মেৎকে হাযবগী বাখলদি খন্দে। মতাং অমদা মহাক্লা সুচবিতাদা হাযখিবা লৈ—"ঐবু ধর্ম্মদা হকচিনবা মীনিকা হাযনদি খনবিগনু ভাবতবর্ষগী শক্তম কযাদা অমদি খোঙথাং কযাদা ঐনা নুংগী ওইবা চাউববা অমত্তা ওইবগী শক্তম অমা উজৈ। অমত্তা ওইবগী নুংঙাইবা অদুদনি ঐনা ঙাওজবিবসি। অমত্তা ওইবগী হবাওজবা অদুনা ভাবতবর্ষগী খ্বাইদগী পঙলবশিং অদুগী কাঙলূপতা যাওজদুনা উফুল মবক্তা ফম্বদা ঐ কবিগুম্বা হঙ্গোইবা তৌজদে।" গোবাগী অসিগুম্না ব্রাঙাঙ অসিদা জাতীয একতাগী লীচিং অমা যাওবি হাযবসি ঐখোযনা লাযনা খঙই। ঙসি ভাবতনা দবকাব ওইবিবসি লীচিং অসিনি। লীচিং অসিগী ভেল্যু অসি ববীন্দ্রনাথনা মুন্না খঙখি। জাতীযতাবাদ অমদি মানবতাবাদতা থাজবা বিশ্বকবিগী ব্রাখল অসি তশেংনমক ঙসিগী ভাবততদি মহামন্ত্র অমগী মশক লৌববনি।

জাতিভেদগী মতাংদা অইবনা পবেশবাবুগী মচীন্দগী হায়হল্লি। "জাতিভেদনা পোকহল্লিবা মীওইবনা মীওইবগী মফমদা নংলিবা ইকায়বা অমদি তুক্কৎচবা অসিবু নিন্দা তৌনবোইদৌবিবা কবিগীনো?" (লা: ১৩৮) ঙসি ঙসিসু জাতিভেদগী তম্মলাই অসিনা অপীকপা অমদি অতোনবা জাতিশিংগী ঈ চূপ্পদা নত্তনা জাতিগী অপূনবা শক্তমদসু তেমশীংনবক্কি।

লৈবাক অমা নংত্রগা জাতি অমা চাওখৎপদা সমাজ সেবাগী অচৌবা থৌদাং লৈ হায়বসি খেৎপা যাববোইদবনি। ঙসি ঐখোযনা আচার্য বিনোবা ভাবেবু নীংশিংলিবা, মাদব টেবেসাবু কাউগে ঙমদ্রিবা, মসিগী মবম কবিনো? মবম হাযববু মখোযগী মশাদা চেল্লিবা সমাজ সেবাগী ব্রাখল অদুননি। 'নব সেবা নাবাযণ সেবা' হাযবা মূল মন্ত্র অসিবু ঐখোযনা কবিগী কাউগনি। সমাজগী খনবা হাযবসি ঐখোযগী ইবক্তা যাম্না তাঙনা থোকই। মশা মশাগী ওইজবতা খল্লবা মীওই কযানা খূবক হাঙদনা লৈবিবা সমাজ অদু লৈখা তাবা শোযদ্রবনি। ভাবতকী ব্রাদি থম্মু থমখিসি ঐখোযগী মণিপুবদা যেংসি। ঐখোয অযাম্বনা মীগী খক খন্দে ঐ ঐগীতা খল্লি। মসিনা সমাজ অসিগী হীবম খূদিংমক্তা অশোযবগী অশোযবা ঙাক্তা চোংথোবকই। অশোযবশিং অদু চুমথোক্লবা হোৎনবদি লাযবদুনা, মসিদ্দি শোযববনি হাযবা ঙমদবনা অযাম্বনি। কুনশুবা শতাব্দীগী অহৌবদা যেকখিবা ববীন্দ্রনাথকী গোবাগী চবিত্রনদি, কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শকক অসিদা ঐ শিদ্রি হাযনা চোংথোবকপগী মতাগুম সাহিত্য প্রেমী পুম্নমক্কী মিৎলমদা অহিংবা সমাজ সেবী অমা ওইনা চোংথোবক্কি। উপন্যাসকাবগী ব্রাহৈমক্তদা "গোবানা খুঙ্গংদা লৈবিঙৈদা নোংমা লৈকায অমদা মৈ চাকই। অদুক শাথীনা খুদোংথীবা মতাং অদুদসু মখোয মযাম পূন্দুনা খুদোংথীবদো থেংনবগী মপাঙ্গল ইবৈ লৈতবা উবদা গোবা ঙকপনা লোইখি। মী পুম্নমক পঙলাঙতা লাঙনৈ, পঙচেন্তা চেনৈ, পঙকপ্তা কপ্লে, অদুবু মযাম পূন্না কবিনো তৌবা যাবদুদি কবিমতা তৌবমদে। খুঙ্গং অদুগী অনকপদা পূখ্রি পাৎ লৈতে, নুপীশিংনা অবাপ্পদগী ঈশিং হোল্লুবগা ইমুং মনুংগী থবক চলাই, অদুবু নুমিৎ খূদিংগী ওইনা থেংনবিবা খুদোংচাদবদো কোকহন্নবা অনকপদা শেল পংতিং তিংদনা পূখ্রিমচা অমত্তং তৌগেনা হাযবা ব্রাখল অসি মচীঞ্জাক খবা চাবা

ইমুং ফাওবনা খল্লমদে। হান্নসু মবক মবক্তা খুঙ্গং অসিদা মৈহৌ লাংপোক কয়াবক থোকখ্রবনি অদু পূন্নমক অদো লাইগী চৈবাক্লি হায়না লৌদুনা কবিমত্তা তৌদনা লৈথোবকই, অনকপদা কবিনো অমা তৌবগা ঈশিংগী থৌবাং তৌদুনা থমগে হাযবসি সুকহোৎ হোৎনবক্তে।" গোবাগী ব্রাখল অমদি মিৎযেং অসি নৈনকুবগা ঐঙোন্দা ফাওবকপসি ঙসিমক ববীন্দ্রনাথকী গোবাসি মণিপুবী সমাজ অসিদা হিংদুনা লৈবিব্রা হাযবা অসিনি। মণিগী লমদমনি মণিপুব। অদুবু অব্রাৎপগী অব্রাৎপা ঙাক্তা, অশোযবগী অশোযবা ঙাক্তা। চীংদা যেংঙুই কৈদৌনি, চীংমীনা চীংমীবু হাৎলি, তমদা যেংঙুই কৈদৌনি তম্মীনা তম্মীবু ওৎপি-নৈবিবি। ফম্নাইবা চীংমী অমনা চীংমী মীচম অমবু থম্মোয শেংনা নুংশিবমগদ্রা, চিংননীংঙাইনি। অদুবু তাশোন অসি কনাগী থম্মোযদা ফাওবগে'? *গোবা* উপন্যাস অসি পাকুবগা খল্লকইবা ব্রাখল অসি ববীন্দ্রনাথনা শাগৎচবম্বা অপূনবা ভাবতকী শক্তম অদুগী মচেৎ অমা ওইনা ঐ ঐগী সাহিত্য যোকখৎনবা হোৎনবদা ঐ ঐগী অচৌবা থৌদাং লৈব্রা হাযবা অসিনি। মসিসু ঙসি গোবানা ঐখোযদা পীবিবা ঈথিল অমনি।

ঙসিগী ভাবততা দেশভক্ত অমা ওইবগী মাযখুম উপ্পা পূকচেল শেংদবা মীওই কযা অমা লৈবি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিবু শীংনদুনা, গোবানা জেলদা লৈবিঙৈদা মমাগী মফমদা থাবকপা চিঠি অমদা ফোঙদোকহল্লি—"পৃথিবীগী মী অযাম্বনা অফবা মীওই শাশিন্নদুনা ফমদুনা লৈবিবদো, মখোয অদুগী মবক্তো তিন্দুনা ঐ সন্মান ঙাক্কুনা চৎচনীংদ্রে।" (লা ১৮১) গোবা মথন্তা নত্তনা মহাক্কা লোযনবিবা মরূপ বিনয অমদি ব্রাখল তিন্নবী সুচবিতাগী মিৎযেংদসু মী অমা ওইবা ভাববদি মপূকচেল শেংগদবনি, মবমচৎ চুমগদবনি হাযবসি উপন্যাস অসিগী মফম অযাম্বদা অইবনা ইঙ্গিৎনা উৎলি। মীগা মীগগী মবক্তা খেন্নবা লৈতে হাযবগী ফজববা ব্রাখল্লোন অমসু গোবাগী মমা শক্কবী আনন্দমযীনা সুচবিতাগী মফমদা হংখিবা ব্রাহং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। "নখোযগী ব্রাহ্ম সমাজসু মীগা মীগা তিন্নবসি যাদববা'? ঈশ্ববনদি মনুংদা অমত্তা ওইহল্লি, মদুবু নখোয়গী সমাজনা মপাঙ্গোংদা কবিগীদমক তোখায তাহন্নগদৌবিবনো'?" আনন্দমযীগী ব্রাখল্লোন অসিনা অঙাংহলগী *জহেবা* বু নীংশিংহল্লি। মতাং অমদা কুঞ্জোনা

জামিনীদা হংখিবা ব্রা লৈবি—"হূবানবা বামোনবুদি মাংদ্রগা মপোকওঁদগী ফত্তবা অমত্তসু তৌবক্লিবা হাবি অঙাং অমবুদি মাংগদ্রা?" (লা ৩১) কুঞ্জোগী ব্রাখল অমদি ব্রাহং অসিগী মকুমদা অঙাংহলনা পীনীংলম্লিবা মানবতাবাদকী পাউজেল অসিগুম ববীন্দ্রনাথনা মহাক্কী *গোবা* গী অযাম্বা শকক্তা মীবু মীনা মী ওইনা থনবগী ব্রাখল অসি শন্দোকই। হবিমোহিনীনা সুচবিতাদা অমাং অশেংগী ব্রা হৌদোক্কুনা দোলাইপুবা বামদীনগী মখূত্তগী ঈশিং থক্কনু হাযকবদা সুচবিতানা খুম্লকই, "কবিগীনোনে ইন্দোমচা, দোলাইপুবা বামদীন, মাননিনে মাগী ষন মখোম শুম্লগা নঙোন্দা পীবম্লিবদো?" (লা ২৪০) শঙ্গোমগা ঈশিংগদি মান্নবা যাদে হাযনা ফনমক হবিমোহিনীনা হাযজববসু অইবনা সুচবিতাগী মতেংনা খঙহন্নীংলিবদি অমাং অশেংগী ব্রাফমদা অর্থ যাওদবা ব্রাখল্লোন কযা শাগৎলিবসি চুমদে হাযবা অসিনি। ঙসিগী ভাবতকী সমাজদা অসিগুম্বা অর্থ থোক্তবা ব্রাখল্লোন অসি কোকঙমদনা লৈবা মফম কযা লৈবি। মীওই কযা *ব্রাখল্লোন অসিগী ভিক্টিম ওইবি।* *অসুম্লা গোবা* হাযবিবা চাউববা উপন্যাস অসিগী মনুংদা উপন্যাসকাবনা মীওইবগী মমলবু ব্রাংনা থাঙ্গৎনবা হোৎনবম্মী অমদি মখোয অদু ঙসিফাওবা তাইবং লোনচৎ ওইনা, চুম্লা অদুম্মক লৈবি। অদুবু অবাবদি তাইবং মীওইবগী থেল্লবা বুদ্ধিনা মীওইবগী মমলবু খোঙ্গা ওনবি। মদুগী ফলনা মী মশেল নুংশিনবক্তবা, কাঙলূপ অমগা কাঙলূপ অমগা মূক্রুবকপা কযা অসি থোবক্কুনা ভাবতকী পুন্সি ঈংনা চীক্লা অমদি শান্তি লৈনা লেনবদা অপনবা অমা ওইবি।

ভাবতকী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা তোঙান তানীংবগী ব্রাখল্লোন অসিনসু যাম্নমক খুবৌ চেলহল্লি হাযবসি হাযদবা ঙম্লোই। ঙসি ঙসিমক অসিগুম্বা খুবৌ চেনবা কযা অসি ঐখোযনা মাযোক্নবিবনি। ঐখোযনা খঙগদবদি তাইবংপানবদা লৈবিবা মীওইবা ঐখোযগী জাতি অসি তোঙানবা যাই, লাইনীং-লাইশোনসু তোঙানবা যাই, চৎনবীসু মান্নদবা যাই, বাঙাঙ-শাঙাঙসু খেন্নবা যাই, কুচুসু খেন্নবা যাই অদুবু ঐখোযগী ধর্ম্মদি অমত্তনি। মসিবু ঐখোযনা মানব ধর্ম্ম হাযবদি মীওইবগী ধর্ম্ম হাযনা খঙনৈ। মীওইবগী মশাদা থৌদাংগী ব্রাখল চেন্দ্রবা, সেবাগী ভাব যাওদ্রবা কাঙলূপ

মশেল নুংশিনবক্লোই, মীগা মীগগী মবী তৎনবক্কনি। মবম অসিনা শান্তি পাম্বা, চাওখৎপা পাম্বা, পুন্সিবু অর্থ লৈনা হিংনীংবা মীওই খুদিংমক্কা মীওইবগী ধর্ম্ম হায়বসি ঙাক্লা চৎকদবনি। মসিদা জাতিগী, ধর্ম্মগী, কুচুগী ব্রা চঙদে, লায়ব ইনাক খুনবসু থিদে। দবকাব ওইবিবা অমখক্তংবু ঐখোয় মীনি হায়বসি কাউবোইদবনি। মীদি মীগী গুণ চেনগদবনি। হায়বিবা ব্রাফমশিং অসি বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথনা চেৎনা থাজখি। চহী ১০০ বোমগী মমাঙদা মহাক্লা পীবম্বা পাউজেল অদু ঙসিসু অদুম্মক চুল্লি।

উপন্যাসকী লোইশিল্লকপা শকক্তা গোবানা মশাগী আইদেন্টিটি খঙজবক্কুনসু মহাক আইবিশ নত্তে, হিন্দুসু নত্তে, শূপ্পগী, মী অমনি হায়বা ব্রাখল অসি মঙোন্দা লাকখি। ভাবতবর্ষদা পোকপা মহাক্লা ভাবতবর্ষবু নুংশিজে, মসিতবু মহাক্কী মবমদমনি, মহাক্কী মবৈপার্কনি হায়না খল্লি। মব্দপ বিনযগী মফমদা মহাক্লা হায, "ঐদি ঐগী ভাবতবর্ষবু নুংশিজে—মাবু নঙনা ফনা মবাল শীববসু, ফনা চৈববসু, ঐদি মাবু নুংশিজে, ঐ ইশাবু নৎত্রগা কনাগুম্বা মীওই অমবু মঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা ঙমদে। ঐগী ভাবতবর্ষগা শম্না মফৈ অমা ফাওবা কায়নবা যাবা কবিগুম্বা থবক অমা ফাওবা ঐদি তৌবা ঙম্লোই" (লা ২৪০)। বিনযগা অসুম মবৈ যেৎনবা অদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মমৈথংদা মহাক্লা অমুকসু হায়বকই, "তোক্লসি বিনয, অবেশ্বদা নঙনা ঐগা মবৈ যেৎনবিবনি। পৃথিবীগুম্বনা ঈনথোকপিববা ভাবতবর্ষসে খোঙ্গোইনবিবিবসে—মাবু খোঙ্গোইনবিবিবা মফম অদুদা ঐসু মাগা লৈজনীংই। জাতিভেদ নাইবা ভাবতবর্ষ, ফত্তবা চৎনবীগী ভাবতবর্ষ মূর্তি পূজা তৌবা ভাবতবর্ষ— মসিনি ঐগী ভাবতবর্ষ। নঙনা মসিগা কায়নগে খল্লবদি ঐগসু কায়নবা তাই।" (লা ২৪০, ৮১)। কযাদা মপূকচেল চাউখ্রবা, কযাদা মবৈবাক নীংখ্রবা গোবানো। মচোয মচোয তাববা ঙসিগী ভাবতপু গোবাগী ফিবেপ অসিনা খবমখৈতা ওইববসু তাইশিনবদা মতেং ওইগনি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। 'জননী জন্মভূমিচ স্বর্গদাপি, গবিযসি'গী মহামন্ত্র অসিবু থাজখিবা ববীন্দ্রনাথনা মমালৈবাকপু নুংশিবগী খোল্লাউ কযা মহাক্কী ঈশৈদা, লীলাদা, ব্রাবীদা মবাঙ কায়না উবা ফংলিবনি। মাতৃভূমিগী প্রেম অসিগা ঈবোযননা মাতৃপ্রেম (মমাবু নুংশিবা) গী

ইফূৎ অমসু গোবাগী থম্মোয়দা ফাওবকখিবা খঙহৌদে। অপোকপী মমাবু থৌওইনবক্কুবা ঙসিগী সমাজদা গোবাগী মমাবু নুংশিবগী প্রেমনা কয়াগী মতিক ঈথিল পীবিবা হায়বদু গোবাগী ৱাঙাঙ অসিদগী খঙবা ঙমগনি। মহাক্না হায়, "ইমানা কৌবি হায়বা—অতৈমক নৎত্রবসু ইমাদি লৈবিদনা। মহাক্না ঐবু কৌবক্লি। মহাক্না ঐবু মযামগা তিন্নাহনগনি, মহাক্না কনাবুসু তোঙান্না তাহল্লোই। ঐ উবা ফংলগনি ঐগী মী পূম্নমক মহাক্কী মযূমদা লোইনা তিল্লবগনি।" অপোকপী নত্তে হাযবা খঙলবা ফাওবদা মমাগী প্রেম অদুনা কনমনখ্রদুনা মমা আনন্দময়ীগী মফমদা চঙজৈ অদুগা হায, "ইমা নঙনিনে ঐগী ইমাদি। ঐনা কোর্যথি থিজবক্লিবা ইমাদো ঙসিদি ইযূম্মক্তদা লেঙশিন্দুনা লৈবিবল্লে। নঙগীদি জাত লৈতে, অশেং অমাং লৈতে, তাথী তাওইনবা লৈতে—নঙদি যাইফ মঙ্গলগী মশক্লি। নঙনি ঐগী ভাবতবর্ষ।" মতাং অসিদা ঐখোযনা উবিবা মাদব ইন্দিযাগী কন্সেপ্ট অসিনা ভাবতকী নেসনেল ইন্টিগ্রেশনবু শীংনবকপা মীওই কযাদা মমল যান্নবা মেসেজ অমা ওইগনি হাযবসি ঐগী থাজবনি। মসিগী বেলেভেন্স অসি যাম্না মকওইবনি হাযনা লৌবা যাই। 'এক হৃদয হো ভাবত জননী' (*ভাবত ইমাগী থম্মোযদি অমত্তা ওইসনু*) হাযবা মহামন্ত্র অসি ভাবতবাসী খুদিংমক্কী থম্মোযদা পালহনবা ঙম্লবা অদু ওইববদি ভাবতকী অখন্দতাদা হাযবদি অপূনবা শক্তমদা তেমশীংনবক্লিবা কযা অসি কবিগী ঐখোযনা লাযনা ঙাকথোকপা ঙল্লোই' পাউজেল অসি ববীন্দ্রনাথকী গোবানা ঙসিগী মীবোলদা মযেক শেংনা তাক্লি। ধন্যনি গোবা, ধন্যনি ইমা ভাবতী।

অবোইবদা ঐনা অমুক্কা হন্না হাযজনীংই—মুনি ঋষি কযা পোকখিবা পুন্য চেল্লবা ভাবতভূমি অসিদা ঙসিসু জাতি, ধর্ম্ম, লোল, সমাজ অমসুং বাজনীতিগী লমদা ৱাখল্লোন মান্নদবা মীওই কযা, কাঙলূপ কযা অমগা অমগা মূকখাযনবি। মসিগী সমাধান থিবদা লোইবা নাইদ্রবা সমস্যা কযামকম অমা থোবক্তুনা লৈবাক্কী অৱাবা ওইববি। অসিগুম্বা চযেৎনবা অমদি চবাঙনবগী পুন্সি মবেল অসিদা ববীন্দ্রনাথকী *গোবা* না পীবিবা মবৈবাক নুংশিবগী, মথৌদাং মশক খঙবগী, মী মশেল নুংশিনবগী, মী মশেল থাজনবগী অমদি শান্তি লৈনা হিংমিন্নবগী পাউজেলশিং অসিনা মঙালগী মশক লৌদুনা মীওইবগী অমম্বা পূক্লীংবু

ঙালহনগনি অমদি মীওইবগী থম্মোযদা মবৈবাক মজাতিগীদমক্তা খনবা ৱাখল (বাস্ত্রীয চেতনা) ঈহৌহনবদা মতেং ওইগনি লোযননা ভাবতকী বাজনীতিগী অতিযাদা সপ্তর্ষি মন্দলগুম্না ঙাল্লম্না বালগঙ্গাদব তিলক, গোপালকৃষ্ণ গোখলে, লালা বাজপতবায, মহাত্মা গান্ধী, নেতাজী সুভাসচন্দ্রবোস অমদি মদনমোহন মালবীয হাযবিবা মীওই তবেৎ অসিনা চুখৎপিবম্না নোংমদোন খেৎনা ঙাল্লম্না দেশভক্তিগী মৈবা অদু মূৎঙমদনা লৈগনি। মসিনি ববীন্দ্রনাথকী *গোবা* অমদি ঙসিগী ভাবত।

# অনুবাদক অমা ওইনা মীনকেতন

লুবদগী লুবা আর্ট অমনি অনুবাদ। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না অনুবাদ কলাবু সাহিত্যগী বিধা অমা ওইনা ফাওবা লৌনবক্লবনি। বিজ্ঞান ওইনসু লৌবা য়াবা, কলা ওইনসু লৌবা য়াবা অনুবাদকী থাক নোংম-নোংমগী ব্রাংখৎলক্লি। মসিবু খ৬গে হোৎনবগী মীশীংসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। ববি ঠাকুববু নোংচুপ সাহিত্যগী অপাবশিংদা কবিনা শক তাকখি' অনুবাদনা। সংস্কৃত সাহিত্যবু নোংপোক-নোংচুপ খাযদনা পৃথিবী'পুম্বগী সাহিত্যদা কবিনা শক খঙহনখি'' অনুবাদনা। অনুবাদতি জাতি অনীগী মবক্তা শাবা সংস্কৃতিগী থোংনি। জাতি অমগী সাহিত্যদা অনুবাদ সাহিত্য মশা মবোমদোম অদুম লাকচবনি। মণিপুবী সাহিত্যদসু সংস্কৃত অমদি বেঙ্গলীদগী হন্দোবকপা লাইবিক কযানা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী যুম্ফম থোনখ্রবনি। মসিদা অঙোম গোপী, নুঙ্গাংবম গোবিন্দ্রাম, নবানন্দ যুববাজনচিংবা খূৎমাবা অইবশিংগী অচৌবা অবদান কযা লৈবির্বনি।

মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা অশাংবম মীনকেতনগী অবদান ঐখোযনা খক কাউগদবা লৈতে। বেঙ্গলীনা যোৎলুববা মণিপুবী লোলবু বেঙ্গলীগী মযাৎতগী লৌথোক্তুনা মশাগী শক্তম নৌহৌনা শাগৎপিখিবা খূৎমাবা অইবশিংগী মনুংদা মীনকেতনসু অমনি। মাইকেল মধুসুদন দত্তগী *মেঘনাদ বধ কাব্য*, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী *গীতাঞ্জলি* অমদি শেক্সপিযাবগী *দি বেপ ওফ লুক্রেসি*গী মণিপুবী অনুবাদ পুথোকপিবন্না মীনকেতনবু ঐখোযনা মতিক চাবা অনুবাদক অমনি হাযনা লৌবা য়াই। বেঙ্গলী সাহিত্যদা নত্তনা ইংলিশ সাহিত্যগী মপূং ফাবা জ্ঞান লৈবা মীনকেতননি। লোন অনী অসিদগী মমাবোল ওইবিবা মণিপুবীদা অনুবাদ তৌবকপদা মঙোন্দা থোইদোক্লা অকন্বা ওইখিদে।

মীনকেতনগী অনুবাদতি কপান্তবগী মওংদা পুথোকপা অনুবাদনি

হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্না য়ানৈ। অইবা মশানসু লাইবিকশিং অসিগী ভূমিকাদা ৱাফম অসি মশানা য়াজৈ। 'রুপান্তর'বু ঐখোয়না ইংলিশতা ট্রান্সফোর্মেশন নৎত্রগা ট্রান্সক্রিয়েশন হায়না কৌবা যাই। শৈবেং হায়বসিমক্তবু চপ চানা হন্দোকপা য়াদে। মসিগীদি শব্দানুবাদ তৌবসি খবা ৱানা থোকই। মবম অসিনা অযাম্বনা অর্থানুবাদ ওইনা তৌনৈ। কবিনা ফোঙদোক্লিবা ভাব অদুমখৈদা লৌশিল্লগা ভাব অদুগী শাদোং ওইবিবা লোল অমদি লোল অদুগা ঈবোয়ননা চৎলিবা শৈলী (ষ্টাইল) অদুদি অনুবাদকনা মশানা পামজবা মওংদা, মশাগী ক্রিয়েটিভিটি শীজিন্নদুনা তোপ তোপ্না পুথোক্লবা হোৎনৈ। শেম শাবা হৈবগী শক্তি (ক্রিয়েটিভিটি) অসি যাওদ্রগদি মহৈ যানবা অনুবাদক খক ওইবা ঙমদে। মবম অসিনা শৈবেংগী অনুবাদতা মহৈ যাল্লবা অইবশিং অসি অনম্বনা ক্রিয়েটিভ বাইটব ওইগল্লি। মীনকেতন ক্রিয়েটিভ বাইটব অমনি। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী লমযানবা কবি তরুক খনগৎপদা মহাক্কী মিং পন্নবিবনি। মহাক্কী বাবেং-শৈবেং খূদিংমক তোঙান তোঙানবা কাব্য প্রতিভাগী লংলবা খূদম ম্লাক্কনি। মীনকেতন শক্লোন যাম্বা বহুরুপীনি, দর্শন ৱাংবা বহুদর্শীনি। মহাক্তি গুণ শুনা লৈতেংলবনি। মহাক কবিনি, পণ্ডিতনি, ওজানি। মহাক্কী অনুবাদ লাইবিকশিংদা কবি অমা ওইবগী কাব্য-প্রতিভা অমদি পণ্ডিত অমা ওইবগী পাণ্ডিত্য অনীমক তূনা উবা ফংই। কবি অসিনা থম্বিবম্বা অনুবাদকী লাইবিক অহুম অসি মথং-মনাও নাইনা অমমমতা লৌখৎচবগা শন্নপ-শন্নপ্না নৈনজগে অদুগা মঙোন্দা লৈবিবা অনুবাদ কলাগী হৈশিংবদু খবমখৈদি পুথোকচগে। পুথোকচবিবা অসিনা অবোইবনি হায়নদি লৌবিবোইসি। থিজিন-হুমজিনগদবা এবিয়া কয়া অমা লৈবি। অৱাংবা থাক্তা বিসর্চ তৌবিবা ছাত্রশিংনা 'মীনকেতনগী অনুবাদ' হায়বা বিষয় অসিদা খোঙ থাংজিল্লক্কনি হায়বগী আশা লৈ। থুংবসু ওইসনু।

অহানবদা—*মেঘনাদ বধ কাব্য* গী অনুবাদ লৌখৎচগে। মাইকেল মধুসুদন দত্তনা মহাক্কী কাব্য অসি ইদুনা ইহান হান্না বাংলা সাহিত্যদা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী ফজবা মশক খঙহনখি হায়বসি যেৎননীংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি। ইং ১৯৬২ দা ফোঙখিবা মীনকেতনগী রুপান্তর অসিদা অনুবাদকনা মাত্রা ৭/৭ না

শাবা মাত্রা ১৪ গী পয়াব ছন্দগী ফজবা ময়েক শেংনা উৎলি। লাইবিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা মহাক্না হায—"লৈ থম্বালগা উ থম্বালগা পানবগুম মেঘনাদ বধ কাব্যগা মাগী রুপান্তরগদা থোক্লবা হোৎনজবনা রুপান্তর-কর্ত্তাগী মিৎয়েংনি।" অচুম্বনি ফজবা লাইবিক অমদা যাওবিবা কবিগী ফজবা ভাব অমদি নীংথিবা লোল অদু লাইবিক অদুগী অনুবাদতা খবমখৈদি মাঙবা তাবনি। অদুবু মূল গ্রন্থদগী অনুবাদনা হেন্না ফজবসু যাওদবা নত্তে। অনুবাদককী কল্পনা শক্তিনা অমদি মহাক্কী লোল শীজিন্নবগী হৈ-শিংবনা মূল গ্রন্থগী ভাব অদুতং লৌশিল্লগা অনৌবা মশাগী ওইবা লোলদা পুথোবকপা মতমদা মতা চানখিদুনা হেন্না ফজবা পোৎথোক অমা ওইখিবসু অঙকপা নত্তে। মীনকেতনগী সৃজন-শক্তিনা শেমদোক্লবা ৱাহৈ-খৃৎশেমদা শৈরেংগী ছন্দনা অঙকপা জাদু কয়া যাওহল্লিবসি মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা অতাঙবনি। *মেঘনাদ বধ কাব্য* গী মণিপুরী অনুবাদ মরি শুরে। মরি অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী শীংথানবিবসি হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগীনি। অনুবাদকী লাইবিক অসিনা মহাকপু মিংচৎকী উবোং খিনবা ঙমহনখিবনি। অনীশুবনা মীনকেতনগী, অহুমশুবনা লৌরেম্বম ইবোযাইমগী অদুগা মরিশুবনা নিংঙোম্বম ইবোবীগীনি। মীনকেতনগীদি ৭শুবা সর্গ খক্তগীনি, নবদ্বীপকীসু ১ দগী ৫ ফাওবর্তনি অদুগা ইবোবীগীদি পূন্না ৯ মক্সি। অনুবাদ মরি অসিগী মনুংদা মীনকেতনগী ৭শুবা সর্গগী অনুবাদ অসিনা পাবদা, খ্বাইদগী হেন্না লুনা থোকইদি হায়ববু অনুবাদককী কৃপশিন্না য়েংবা মিৎয়েং অমদি মচল চানা শেমখিবা লোনশেমনা লাইবিক অসিগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমদি তাক্লি। লাইবিক অসিগী অহৌবা পরেং খবা লৌখৎতুনা য়েংলবদি বাংলাগী মূল গ্রন্থগা মণিপুরীগী অনুবাদকা ফনমক খেন্ননীংঙাই ওইববসু অনুবাদ কলাগী ফজবদুমদি লায়না খঙবা ঙমগনি। ৭শুবা সর্গগী অহৌবদা মাইকেল মধুসুদননা অসুম্না ইবি—

> উদিলা আদিত্য এবে উদয়-অচলে
> পদ্মপার্নে সুপ্ত দেব পদ্মযোনি যেন,
> উন্মীলি নয়নপদ্ম সুপ্রসন্না ভাবে।
> চাহিলা মহীর পানে। উল্লাসে হাসিলা

কুসুমকুন্তলা মহী, মুক্তামালা গলো
উৎসবে মঙ্গলবাদ্য উথলে যেমতি
দেবালয়ে, উঠিলিল সুস্বব লহবী
নিকুঞ্জ। বিমল জলে শোভিল নলিনী
স্থলে সমপ্রেমাকাঙ্ক্ষী হেম সূর্যমুখী।

মীনকেতনগী রূপান্তবদা—

হুন্দোবক্লে অঙানবা শেনজীং চীঙ্গী চীংযাঙদা
ফমদেংবগুম থম্বাল্থক চীঙূ থম্বালখোঙহৌবা
মিৎম্না থম্বান্মাঞ্জবা মিৎচি খোইখোই তেঙ্গা থোং
যেংজবক্লে মালেম তম পূক্লীং হেদৌ-তন্না কা
হেদৌজবি মালেমসু শীংঙেল শন্নাংনববী
তম্ফা পবেং ঙক্ত থোল নুজা থবাক পূন্নং লং
ইপোম্নবি খোঞ্জেন্ন নুংশিববা উকোন্নুং
পূংন শেন্ন লাইনুমিৎ নিঞ্জবগুম লাইকোইনুং
হেঞ্জবিযে থম্বান্ন লাইজথক্তা অব্দবা
কংফান্দনা নুমিৎলৈ সনামচু হেন্নবৈ
শীঙেল থম্বাল শযেংঙা কোবৌ নুংশি শীংনবৈ।

মথক্তা পীবিবা বাংলা পদ অসিদা যাওবিবা 'উদিলা উদয অচলে' দা 'উ' গী আবৃত্তি, 'পদ্মপর্নে-পদ্মযোনি' দা 'প'গী আবৃত্তিনচিংবা থমদুনা অনুপ্রাস অলংকাবগী ফজবা খূৎশেম অমা মধুসুদননা পুথোক্লিবসি অনুবাদতা মাঙথ্রবসু মসিগী মহুৎত অনৌবা অনুপ্রাসকী খূৎশেম অমমুক অনুবাদকনা পুথোক্লি। 'হুন্দোবক্লে অঙানবা শেঞ্জিং চীঙ্গী চীংযাংদা' হাযবসিদা 'চ' ব্যঞ্জণনা অহুম্লক হন্না লাক্লুনা শব্দদা চমৎকাব অমা পোকহল্লিবসি কবম্না ফজদে হাযসিগে। মসিনি শব্দগী চমৎকাবনা পীবা অলংকাব—অনুপ্রাস অলংকাব। 'পদ্মযোনি' গী অর্থ 'থম্বাল খোঙহৌবা' হাযনা হল্লিবসিগীসু অর্থ লৈ। মসিগী অনুবাদ ইচম চম্না 'ব্রহ্মা' হাযনা তৌদদুনা 'থম্বাল খোঙহৌবা' হাযনা তৌবিবসি মৈতৈলোনদা সমাস পুথোকপনি। মৈতৈ লোঞ্জনগী পণ্ডিত অসিনা লোলগী লাবোল লাথুপতা অর্মদি

শব্দগী শীন্দোক শীঞ্জিনদা কযাদা পূক্লীং চঙলিবা—'পদ্মপর্ণে সুপ্ত'—থম্বালথক্তা তূম্লিবা অসিগী অনুবাদ 'ফমদেংবগুম থম্বাম্থক' অদুগা 'দেব পদ্মযোনি'গীনা 'চীংঙু থম্বাল খোঙহৌবা' হাযনা পীবিবসি ওম্মোক্রা ফজনা, অর্থ লৈনা সমাস তৌ তৌদুনা পুথোকখ্রে। সংস্কৃত শব্দ 'দেব'গী অর্থ অনৌবা মণিপুরী লোলদা লাই হাযনা হন্দ্রদুনা অবিবদা 'চীংঙু' হাযনা হল্লিবসি য়াম্না অর্থ লৈবনি। মধুসুদননা সংস্কৃত লোল শীজিন্নবদা লেমজবা ফাওবগুম ঐখোয়গী কবি অসিসু মৈতৈলোনগী অবিবা মশক পুথোকপদা নুংঙাইজবা ফাওই। মসি মূল গ্রন্থগী ফজবা মশক অদু কায়হন্দনা থম্বগী মওংনি। মতৌ অসুম্না 'নযনপদ্ম'গী অনুবাদসু 'মিৎম্না থম্বাল' হাযনা কযাদা ফজনা তৌবিবা! 'কুসুমকুন্তলা'গী অনুবাদ 'শীঙেল শম্লাংনববী' হায়না মীনকেতননা তৌবিবা অসি নিঙোম্বম ইবোবীনদি 'শীঙেল লৈবাং শম্লাংবী' হাযনা থম্মী। মীনকেতনগী অনুবাদ অসিদা 'শ', 'শ'গী আবৃত্তিনা অনুপ্রাসকী ফজবা মশক অদু হেন্না মযেক শেংহল্লি। 'মুক্তামালা' গী অনুবাদ ইবোবীনা 'মুক্তা থোনবী' অদুগা মীনকেতননা 'তস্ফা পবেং' হাযনা তৌই। 'মুক্তা পবেং' নৎত্রগা 'তস্ফা পবেং'না চুমগনি, 'মুক্তা থোনবী'দি নত্তে। 'কুসুমকুন্তলা মহী মুক্তামালা গলে' গী পূন্না 'শিঙেল লৈবাং শম্লাংবী মুক্তা থোনবী মালেম' হাযনা ইবোবীনা হনবদা, মীনকেতননা 'শীঙেল শম্লাংনববী তস্ফাপবেং ঙক্তো থোল' হাযনা হল্লি। অনুবাদ অনী অসি চাংদম্নদুনা যেংবদা শব্দগী ব্যঞ্জনা শক্তিদা যেংলে মীনকেতনগীনা মহেল্লি, ছন্দ অলংকাবদা যেংলে মীনকেতনগীনা মনীংথি। 'ইপোম্নবি খোঞ্জেন্না নুংশিববা উকোন্নুং/পূংন শেন্ন লাইনুমিৎ নিঞ্জবগুম লাইকোনুং।' পদ অসিদা 'উকোন্নুং', 'লাইকোন্নুং' দা যাওবিবা অনুপ্রাসকী ফজবসি যেংবিয়ু। অমুকসু 'বিমল জলে শোভিল নলিনী স্থলে সমপ্রেমাকাঙ্ক্ষী হেম সূর্যমুখী' গী অনুবাদ যেংবিয়ু; হেঞ্জবি থম্বান্না লাইজথক্তা অব্দবা কংফান্দনা নুমিৎলৈ, সনামচু, হেন্নবৈ/শীঙেল থম্বাল শযেংঙা, কোবৌ নুংশি শীংনবৈ।', মধুসুদননা হাযবন্লিবদি বিমল জলে—'অব্দবা ঈশিংদা', শোভিল—'ঙাল্লি/ঙাম্থোইবি', নালনী—'থম্বাল'না। স্থলে—'কংফান্দনা', সমপ্রেমাকাঙ্ক্ষী—'মান্নবা নুংশি ঈখৌলাংলিবা', হেম—'সনাগী', সূর্যমূখী—'নুমিৎলৈ'। অব্দবা ঈশিংদনা থম্বালনা মথোই কাজবি অদুগা কংফা-

দনা, থম্বালগা নুংশি কাদা শীংনবিবা নুমিৎনা শাৎচবি' হায়বগী ভাব অসি মীনকেতননা ওম্থোক্লা ফজখ্রবা লোন্দা অমদা উৎথোক্নুনা অপাববু শুমহৎলি। 'সমপ্রেমাকাঙ্ক্ষী' হায়বা সামাসিক শব্দ অসি থুগায়বগা মসিগী নাক-য়েৎতা মবী লৈনবিবা পাত্র অনী অদুসু কোনশিল্লগা হায়বদি লৈবাং থম্বাল অমদি নুমিৎলৈ অনীবু যাওহল্লগা নুমিৎলৈবু 'শীঙেল থম্বাল শয়েংঙা, কোবৌ নুংশি শীংনবৈ' হায়না হল্লিবসিদা অনুবাদককী কপ্পনা অসি কযাদা ব্রাংখ্রবা। কল্পনা অসিগা চানবা লোলসু মশানা অদুম লাকচবা। মসিনি অনুবাদক অমা ওইনা মীনকেতনগী গুণ।

মীনকেতনগী মথক্কী খৃদম অসিদা মাত্রা ৭ / ৭না শাবা পূন্না মাত্রা ১৪গী পযাব ছন্দগী ফজবা অদুসু উবা ফংগনি। অবোইবগী পবেং অনীদা য়াওবিবা হেন্নবৈ, শীংনবৈনা পীবা অনুপ্রাসকী ফজবনসু কযাদা অনুবাদ অসিগী মগুণ হাপ্পিবা। মতাং অসিদা নীংশিংলকই—কবি সমবেন্দ্রগী 'লৈ লাংবা'। অনুপ্রাসকী কযাদা ফজখ্রবা খৃৎশেম্লো!

'চাংযা ঙান্না ইঙেল্লে, পাৎযা থন্না থম্বাল্লে
থানিংবগী থাজবনি কবি ইতিক লৈ।'

মসিনি শব্দগী খেল। তাবদা কযাদা নুংঙাইখ্রবা!

মীনকেতনগী অনুবাদতা চেল্লিবা লোলগী শুমহৎযাই অসি অমুক্কসু যেংসি। মাইকেলগী 'বত্নাকব-বত্নোত্তমা ইন্দ্রিবা সুন্দবী'। অচম্বা লোন্দা মসিগী অনুবাদ 'বত্নশিংগী মবক্তগী অথোইবা বত্ন, নীংথিজবী ইন্দিবা' হাযবনি। মসিগী রুপান্তব অনুবাদক্নদি অসুম্না পুথোক্লি—'তম্ফাখোংগী তম্ফালক তম্ফা ওইবী তম্ফাযাই' (লা ২৭)। মসিবু মীনকেতনগুম্বা জিনিযস অমা নত্তনা অতৈ কনানা ঙমগনি? মসিদা যাওবিবা শব্দালংকাবগী ফজবসিদি কবি অমুক হাযকনি। 'বত্নাকববত্নোত্তমা' দা যাওবিবা 'ব' অমদি 'ত'গী ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা পীবা ফজবা অদু মীনকেতনগী অনুবাদতসু 'তম্ফা' শব্দগী আবৃত্তিনা অদুম্মক কাযদনা থম্মী হায়বদা কবি চিংননীংঙাই লৈ? ইবোবীনা পদ অসিবু কবি হাযনা হন্দোকই—'বত্নখোংগী বত্নবেন নীংথিজবী ইন্দিবা' (লা ২৩২)। মসিনা অনুবাদতা অনুবাদ হায়বদুনি। 'বত্নবেন' হায়বা সামাসিক শব্দ অমা ইবোবীনা শেম্লিবা অসি

ঐখোযগী নাকোংগা চুশিন্নৌ হায়বা যাদে। ‘বস্ত্র’না সংস্কৃত নৎত্রগা বাঙ্গলানি। ‘বেন’না মৈতৈলোননি। অনী পূনবদা ওইওইননা থোকই। নুংশিংকী মচা হনুমানবু ইবোবীনা ‘নুংশিং পাবি’ (লা ২৫৫) হায়না হল্লি। মীনকেতননা হনবনা ‘নুংশিং নিংথৌ মপাবী’ (লা ৫৮)। মতাং অমদা ‘অঞ্জনাগী মপাবি’ হায়নসু হল্লি। কাব্যদা ধ্বনিগী মফম চাউনা লৈ হায়বসি পণ্ডিত মীনকেতনদি মুল্লা খঙই। মণিপুরী লোল অমদি সাহিত্যগী ওজা ওইনা লৈবকপনসু মঙোন্দা লৈবা এসিগুম্বা গুণ অসি অমুক্তা হেনগৎহল্লি। মীনকেতননা যাম্না পামজনা শীজিন্নবা সামাসিক পদ অমগা লৌখৎচগে—‘ব্রাহোংযিবালদোলাই’। মসিগী অর্থদি সমাস, খায়দোক্লগা ‘ব্রাহোং যেকপা ফিবাল থেৎপা দোলাই’ হায়বনি। ইবোবীনাদি মসি ‘ব্রাহোং যেকপা দোলাই’ হায়না হল্লি। দোলাইদা ব্রাহোং যেকপা ওইথোক্তে হায়বমক যাদ্রগসু যেক্তি যেক্রুদে। ব্রাহোং যেকপা ফিবালদি থেংনে। ফিবাল অসিবু আর্যগী লোনদা ‘ময়ূরধ্বজ’ হায়না খঙনৈ। সমাসকী নময় যেংলুবগসু ‘বাহোং যেকপা ফিবাল’ হায়বসি সমাস নত্তে। বাহোং ফিবাল’ হায়বগদি সমাসনি। মীনকেতননা শীজিন্নবিবা ‘ব্রাহোং যিবাল দোলাই’ হায়বসিদি অচুম্বা সমাসকী খূদমনি, কর্মধারয় সমাসনি।

মীনকেতনগী লোনশেমদা জাদু অমা যাওবি হায়বসিদি মীপুম তিং থানবগদবা ব্রাফমনি। রাবণদা যুম্ফম ওইবগা লক্ষ্মনবু ‘মচা হাৎপা নিপা’ অদুগা রাবণবুনা ‘মচা শিবা মপা’ হায়না অনুবাদকনা শীজিন্নবিবসি কবম্না ফজদে হায়গনি? যেংবিযু, খূদম অমা পীজগে—

> ফুজিল্লক্লে সৌমিত্রি শক্তা লাইগা শীংনবা
> বক্ষ মাঙদা লেপ্লবে লম্বী মাগী তন্না থিং
> থেংনবেদো হৌজিক্তি যেক্রুপন্থেংনববা
> মচা হাৎপা নিপাগা মচা শিবা মপাগা। (লা ৬০)

মসিদা যাওবিবা শব্দ-শক্তি অসি কযাদা ব্রাংখ্রবা' অঙকপনি, কবি মীনকেতনগী কপ্পনাগী খেল। খূদম খবগা অমুক যেংসি—অহৌবগী শকক্তগীনি ‘বস্ত্রময় কঙ্কন লইলা’। মসিগী অনুবাদতা—‘সনা খুজি তন্ন শি, নুংযাই তম্ফা থিল্লবা’ (লা ২)। কযাদা ফজখ্রবা লোলনো। লোলগী মযাই হায়বদু পবেং অসিদা শোযদনা

'উবিববা মৈঙান্সে নোংদোম্মৈরাযনবগুম
পোলোই মৈজাউ তন্ন হৌ অকি শম্নববা।
তিয়ামকোয থুংনা ঙাল, তাদবনে লাক্লিবা
ঈবাউখোলসে অতাম্বা, ঈ ওল্লব্রা কবিনো।'

বিভীষনগী মফমদা প্রভু বামনা হাযখিবা ব্রাফমনি। মাত্রা ১৪/১৪না শাবা শব্দ অসিদা 'অতিযা'গী মহুত্তা 'তিযা' হাযনা থম্বা অসিনা মাত্রা অমা হেনখিগদৌবদগী কলহৌবনি। 'অ' যাওবগদি মাত্রা ১৫ শুগদৌবিবনি। মসিনা মাত্রা অমা হম্নবগা শেম্নগী খূদমনি। হাপচিল্লগা শেম্বগী খূদমসু যেংসি—'ইচাক ইবল অপূম্না ফংজবনি নহাকথং' (লা ২৩) 'অপূম্ন' হাযবা অসি শৈবেংগী লোন্দদি 'পূম্ন' হাযনা থম্বনা ফজবনি। অদুবু, মাত্রা ১৪ শুদনা ১৩ তা ঙাযহৌগদৌবনা 'অ' যাওনা 'অপূম্ন' হাযনা অদুম্মক থম্বনি। মসিনি মীনকেতননা কূপ্না অমদি হৈশিংনা শেম্না লোলগী খূৎশেম। মীনকেতনগী শব্দ-চযনগী হৈশিংবসিদি অতাঙবনি। ইচম চম্বা সমাসকী ব্রাহৈ 'বঘুকুলপতি'গী অর্থ বঘু শাগৈগী মপু হাযবনি। অদুবু মীনকেতননা 'অঙান শাগৈ অঙানবা' (লা ১৮) হাযনা যাবিবমখৈ মৈতৈলোন অশেংবা শীজিন্নদুনা 'মীপোৎ মীবল ব্রাযদবা, মীতোপ মীপান তাংদবা' হাযবা ব্রাখল্লোন অদু ঙাক্না চৎলি। লোযননা অনুপ্রাস অলংকাবগী ফজবসু ওইহল্লি। ব্রাহৈগী নাচোম শেম্বদা হেঞ্জিনমর্নাখদুনা মদু পাবদা অর্থ লৌশিনবগী অব্রাবা নৈতবদি নত্তে। মীনকেতনগী লোল লুই লুই হাযনবিবসি অসিগুম্বা খূৎশেম অসিদগীনি। খূদম অম-অনীদং লৌববদা 'তাবেন তাবোনযোৎশীংযোৎযোৎচৈচ যোচ্ছুক' (লা ১৮) 'নোংদোয়্নোংলম্মকোযনুং' (স্বর্গবুনি) (লা ২৮), 'খোইখোই শন্নাং শন্নেপফা শন্নেন শন্নাংনববী' (ইন্দিবাবুনি) (লা· ৩১) পনবা যাই। অসিগুম্বা খূদম অসি যাম্না লৈখ্রে, নৈনবগী লোইবা নাইবোই। লামায ৬৬ তা পানবা অনুবাদকী লাইবিক অসিদা শীজিন্নবিবা লোলগী মবমদা ইগে হাযদুনা ইববদি লামায ৩০০ গী মথক্তা ইবা যাগনি। 'মীনকেতনগী লোল' হাযদুনা বিসর্চ ব্রার্ক অমা পাযখৎপা তাবগসু অনুবাদকী লাইবিক মচা অসিনা মচাক ফনা যাম্না হুনবা ঙমগনি নীংই। লাইবিক অসিগী মবমদা অনুবাদক মশামক্লা মাইকেল মধুসুদনবু শীংথাবা ওইনা

নোঙ্‌-শৈবেংগী মওংদা পবেং তবেৎতং লাইবিক্কী অহৌবদা শৈথাবি। মসিদগী অবোইবা পবেং মবি অদুদং লৌখৎলগা যেংসি—

ইখূৎ ফংনা হেকচক শীঙেন নাচোম তন্না শেম
মৈতৈ লৈচন সুনা চল লৈবাংজবি নঙোন্দা
লাইজ ওঁযে লৈথম্বাল লোইবি ওংঙে উথম্বাল
নীংথিজদ্রা নপাংলক লেন্নবিসি নোংদোনথক।

অসিনি মীনকেতন, অসিনি মীনকেতনগী অনুবাদ। মীনকেতননা লাইবিক্কী ৱাহৌদোক্তা অমুকসু হায়বি—'কবিগী ধ্বনিগী খেল শব্দগী খেল, অনুপ্রাস পুন্নমক, রূপান্তরদদি মশানা মাঙজফম থোক্লরমক্তদসু, রূপান্তরগী বাহন ওইবিবা লোনগী চপ চাবা মওংনা মাঙদনা যৌবাংজবদা নত্তনা মফম চান্মদা লোন মশাগী ফজজবা মফজনা নীক্লিক লাউজববা রূপান্তর্বনি হায়বসু মূল শব্দ খঙনবিবা পাঠকশিংগী মফমদদি মশানা অদুম তাজগনি।" ৱাফম অসিনসু মীনকেতনগী *মেঘনাদ বধ কাব্য*গী মমল অদুমক লেপচবে। অশেংবমক্লি, লাইবিক মচা অসিতনসু মহৈ যাল্লবা অনুবাদক অমা ওইনা মীনকেতনগী পরিচয় পীরবনি।

অনীশুবদা লৌখৎচরিবা *গীতাঞ্জলি* মিংথোনবা, ইং ১৯৬৪ দা ফোঙবা অনুবাদকী লাইবিক অসিসু মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাসতা মফম অমা কন্দুনা লৈখ্রবনি। হৌজিক ফাওবদা মণিপুরীদা *গীতাঞ্জলি*গী অনুবাদ অহুম লৈবে। অমনা মীনকেতনগী, অমনা সিনাম কৃষ্ণমোহনগী অদুগা অতোপ্পা অমদুনা কে তোম্বীগীনি। মীনকেতনগীনা ইং ১৯৬৪গী অবোইবা শকক্তা ফোঙবনি, কৃষ্ণমোহনগীনা চহী অসিমক্কী অঙনবা শকক, এপ্রিল থাদা, অদুগা তোম্বীগীনা ইং ১৯৯৮দা ফোঙবনি। মসিদগী খঙবদি মীনকেতনগীসি ইহান হান্না ফোঙবদি ওইদ্রে, অনীশুবা ফোঙবা ওইবে। অনী অসি চাংদম্নদুনা যেংবদা খেন্নবা কযামকম উবা যংই। মীনকেতনগীসি মশানা হায়জবগুম রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ইংলিশ *গীতাঞ্জলি* দগী হন্দোকপনি। মহাক্কদি মসি অনুবাদ হায়দে, রূপান্তর হায। কৃষ্ণমোহনগী অনুবাদতি বাংলা *গীতাঞ্জলি* দগীনি। *গীতাঞ্জলি* অনী অসিগী খেন্নবা হায়ববু ইংলিশ *গীতাঞ্জলি* দদি ঈশৈ ১০৩ তমক যাওই অদুগা বাংলাদনা ১৫৭। ১০৩ অসিগী মনুংদা বাংলা *গীতাঞ্জলি* দগী ৫৩ অদুগা

কবিগী গীতিমালা নৈবেদ্য, খেযা কীচ বিতান শিশু, স্মবন, কল্পনা, চৈতালি অমদি উৎসর্গদগী লৌথাকপা শৈবেং ৫০ যাওবি। কৃষ্ণমোহনগীসিনা ওবিজিনেল বাংলাদগী হন্দোকপনি। তোম্বীগীনা ইংলিশতগীনি। মীনকেতনগী দপান্তব অসি পাকবগা বিশ্বকবিগী পূক্লীং-ব্রাখলবু মনুং ফাওনা উশিনবা ঙম্বা মীনকেতনগী নুংগী মিৎযেং অমা লৈবি হাযবসি খঙবা ঙম্মী। ববীন্দ্রনাথ বিশ্বকবি ওইবতা নত্তনা ঋষিনি, দার্শনিকনি অমদি শিক্ষাগুরুনি। মহাক কলা-প্রেমী অমসুনি। সংগীতকলা, নাট্যকলা, নৃত্যকলা, চিত্রকলা, মূর্তিকলা— মহাক্কা শোক্রমদবা কলা অমত্তা লৈতে। শান্তিনিকেতননা মসিগী শাক্ষীনি। সমাজ সেবাগী লমদসু মহাক্তি মাঙজিল থ'বা সমাজ সুধাবক অমনি। শ্রীনিকেতননা মসিগী লেঙদ্রবা প্রমাণনি। শম্মা হাযববদা, মহাক মানবতাবাদকী অচৌবা শক্লোন পুবা মানব ধর্মদা থাজবা, বিশ্বশান্তিবু খৌবাংজবা দেশপ্রেমী অমনি। ভারতগী ঈশৈ 'জনগন ...'না মসিগী খুদমনি। ঐখোযগী মীনকেতনসু লমদম অসিগী ওইনা যেংলগদি অবাধক মীশক নত্তে, মণিগী লমদম মণিপুবগী তাঙলবা মণি অমনি। মহাকসু মল্টিফেসেটনি, মাযথোঙ যাম্বনি। মমালৈবাকপু নুংশিজবা মীশক্লি। *মেঘনাদ বধ কাব্য* (৭ শুবা সর্গ) গী অনুবাদ পুথোক্লবা মতুংদা থোবকখিবা *গীতাঞ্জলি* গী অনুবাদ অসিদা মীনকেতনগী লোল অমদি শৈলীগী, অহোংবা মশক খবদি উবা ফংলে। *মেঘনাদ বধ কাব্য* হন্দোকপদা লোনশেমগী অরূপ্পা ভাব লৌখিবদু *গীতাঞ্জলি* দদি খবা যাঙলপ থোক্লে। অহানবগীসিদনা ককণ বসনা মপৃং ওইবনি অদুগা অকোনবগীসিদনা শান্তবস (ভক্তিবস) না মপৃংনি। *গীতাঞ্জলি* দি ঈশৈগী কাব্যনি, থম্মোযগী শৈশক্লি অমদি আত্মা পবমাত্মা অনীগী লেঙদ্রবা মবী তাকপনি। মবম অসিনা কাব্য অসিগী লোলসু অমেঙবা, অথোৎপা অমদি অরূবা লোল ওইফম থোকই। অশেংবমকসু মীনকেতনগী *গীতাঞ্জলি* দা মাধুর্যগুণনা লৈতেংলবা শব্দ-বিশেষ কযাগী নীংথিজবা প্রযোগ উবা ফংই। বিশ্বকবিগী নুংগী ভাব অমদি ভাব অদুগা ঈবোযননা চেন্থবক্লিবা লোলগী ঈচেল যাবিবমখৈ কাযহন্দনা থম্লবা অনুবাদকনা হোৎনৈ। অনুবাদ অসিদা যাওবিবা শৈহৌ ঈশৈগী অহানবা পবেং মবিদং লৌখত্তুনা যেংসি —

খমহন্দে নহাক্লা খোঙফম ঐগী খক
শান্নে কূম্মে নংন সুম
পূক্সিনা খক্লে খকহন্দে নংন খক
হৈথৈ নৌহৌ খল্লায সুম।

ঈশৈ অসি ইংবাজী *গীতাঞ্জলি* দগীনি। *গীতিমালা* দগী লৌথোবকপনি। মূল বাংলাদা অসুম্না লৈ—

আমাব তুমি অশেষ কবেছ
এমনি লীলা তব
ফু বাযে ফেলে আবাব ভবেছ
জীবন নব নব।

ইংবাজীদনা—

Thou hast made me endless such is thy pleasure
This frail vessel thou emptiest again and again
fillest it even with fresh life

অনুপ্রাস অলংকাববু যাম্না খোযদাজবা মীনকেতননি হাযবসি ঐখোয পূম্নমক্লা খঙলবনি। ইহান হানবা ঈশৈগী শৈবেং অসিমক্তদা অনুপ্রাস শীজিন্নদুনা শব্দগী লৈতেং পুথোকপা হৌই। অহানবা পবেংদা 'খ'গী অনীশুবদা 'শ', অহুমশুবদা 'খ'গী মবিশুবদা 'হ'গী আবৃত্তি তৌহন্দুনা অনুপ্রাসকী ফজবা মশক উৎল্লি। মসিদা নত্তনা পবেংগী মতোনতাবা মান্নহন্দুনা (খক-খক, সুম সুম) অন্ত্যানুপ্রাস (মতোন তাবা মান্নবা) কী তাবদা নুংঙাইবসু পোকহল্লি। ভাবার্থসু কাযদনা অদুম্মক থম্মী। ১১শুবা ঈশৈগী অহৌবা পদ অসিসু অমুক্তা যেংসি—

ভজন পূজন সাধন আবাধনা
সমস্ত থাক পড়ে
রুদ্ধদ্বাবে দেবালযেব কোনে
কেন আছিস ওবে।

ইংলিশতনা অসুম্না লৈ—

Leave this chanting and singing and telling of beads

Whom dost thou worship in this lonely dark corner of
a temple with doors all shut

মসিগী রূপান্তরদা মীনকেতননা—

লাইনীং লাইশোন লেপখো ’মুক্তা লাৎপ-খোৎপ
তোকখিসি তোকখো ’মুক্তা
খোঙনা পৌবোল থা লাইশঙ কাজুম লাঁঙিবা
লেপখিসি লেপখো ’মুক্তা।

ঈশৈ অসিদসু মৈতৈলোনগী তাম্বা নাইবা রাহৈশিংনা শেম্বা অনুপ্রাসকী ফজবদু অদুমক যাওবি। ‘তোকখিসি তোকখো ’মুক্তা/লেপখিসি লেপখো ’মুক্তা।’ কযাদা ফজখ্রবা শব্দ-বিধাননো! থাগৎনীংঙাইনি। তশেংবমক্তি পদ অসি মূলদা যাওবা নত্তে অদুবু অনুবাদকনা মূলগী ভাবার্থ অদু কবিমত্তা কাযহন্দনা থন্নগা ফজবা রাহৈগী নাচোম শেম্বনি। ৬৩শুবা ঈশৈগী অহৌবা পবেং অনী অমগা অমুক যেংসি—

কর্ত অজানাবে জানাইলে তুমি
কত ঘবে দিলে ঠাই।

মসিগী রূপান্তরদা—

খঙনদবা কযা খঙনহল্লে নংন
যুমথুংহল্লে যুমথোঙ্ কযা
নকুহল্লে অবাপ্প, মরূপ নহাক্
সেম্মে মীবান্না ইপিজা।

ইংলিশতনা অসুম্না লৈ—

Thou hast made me known to friends whom I knew not
Thou hast given me seats in homes not my own

মীনকেতনগী অনুবাদ অসিদা ওরিজিনেলদগী দিপার্চর খবদি লৈবে। অদুমকপু রূপান্তরগী ফজবা অদুদি হাপচিল্লক্লিবা অকোনবগী পবেং অনী অসিনা অদুমক তাক্লি। মীনকেতনগীদা ফর্জবিবসি অতৈ কবিসু নত্তে, শৈবেংগী মহাও (পোইটিক ইসেন্স) হাপ্পা অদুনি। শৈবেং হাযববু কবিনো ’ ছন্দ নাইবা শৈশক্লি,

ম্যুজিকেল থোটনি। তান্থা যাওদ্রবা শৈবেংবু শৈবেংলা, খোঙচৎ লেপ্পবা পুন্সিবু পুন্সিবা? মীনকেতনগী শৈবেংদা সুব অমা যাওবি, তাল অমসু ঈবোযনবি। খ-খ, য-য, ন-ন গী ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা পীবা ফজবা অদুতা নত্তনা 'মীবান', 'ইপিজা'নচিংবা মৈতৈলোনগী মাঙশিল্লক্রবা রাহৈশিং শীজিন্নদুনা ঐখোযগীসু মতিক চাবা লোল নৈজবি হাযবগী চাউথোকচবা উৎলকপদা ঐখোযনা মীনকেতনবু থাগৎতবা ঙমদে। পদ অসি কৃষ্ণমোহননা কবয়া হনবগে হাযবদু অমুকসু যেংসি—

খঙনদবা কযা খঙনহল্লে নঙনা
যুম কযাদা পীবে থুংহনবা
লাপ্পবু ওইহল্লে নকপা মরুপ
মীতোপ্পু পোকমিন্নবা।

কৃষ্ণমোহনগী অনুবাদ অসি হন্থবা থাক্কীর্নিদি হাযনীংদে অদুবু পোইটিক ইসেন্স নৎত্রগা লিটবেবি ফ্লেভর অদুদি কদাযদা যাওবি' খুদম অমত্তংগা লৌখিসি। ববীন্দ্রনাথনা—

'কথা ছিল এক তবীতে কেবল তুমি আমি।
যাব অকাবনে ভেসে কেবল ভেসে।
ত্রিভূবনে জানবে না কেউ আমবা তীর্থগামী।
কোথায় যেতেছি কোন দেশে সে কোন দেশে',

অদুগা মীনকেতননা—

'ঙাঙনখিবদাই রাকযৈ-হিথক অমদা তোং
ইবানীদ চৎলুসি পঙহোন্দ হোন্ন হোন।
ঐখোয কবি-তীর্থ চৎলিব লমদম কৈদা কদাযদা।
খঁঙেই কনা মালংদ চৎসি পঙহোন্দা হোন।'

তাবদা কযাদা নুংশিবিবা। মসিদা শ্রুতি মাধুর্য অমা যাওবি। অনুবাদককী খোঙ্থোক খোলহাযনা অর্মদি মহাক্কী লোলগী জাদুনা বিশ্বকবিগী রাখলবু অপাবশিংগী মাঙদা মূর্তি ওইনা চোংথোকহল্লি। তশেংনমক মীনকেতনগী *গীতাঞ্জলি* মাযপাক্লা হন্দোক্লবা গীতিকাব্য অমনি।

মথংদা অবোইবা ওইনা লৌখৎচবি—শেক্সপিয়াবগী *দি রেপ ওফ লুক্রেসি* গী মণিপুরী অনুবাদ। *লুক্রেসি ফন্নানবা* মিংথোন্দুনা হন্দোকপা (১৯৬৫) শৈবেংগী লাইবিক অসি অহানবা থোবকপদা সাহিত্য প্রেমীশিংগী মবক্তা মথুম মবাং হৌবা অমদি থোকখি। লাইবিক্কী মিংথোলনা অপাবশিংগী পক্লীংদা কামগী ৱাখল পোকহন্নীংঙাই ওইবা মবম্না কামুক ওইবা পাঠকশিংদা লাইবিক অসিবু পানীংবগী ঈখৌলাংবা পোকখিদবা নত্তে। শৈবেং লাইবিক অসিসু মীনকেতন মশানা রূপান্তর্বনি অদুম হায়জে। অনুবাদক্কী ৱাহৈদা - 'মহাকবিগী শৈশক অসি মকোক মতোল চপচানা থম্মবদা মৈতৈ নাকোঙ্গ চন্দদ, মৈতৈগী ৱাখল্ল নাতোন-নাকচি কাঙদবা ঙম্মোইদৌবা অনুবাদ ওইনা চৌদনা রূপান্তর ওইবপ থমজে।' লাইবিক অসিগী ৱাবীদি মপুংদা মপুবোইবা লৈবী লৈমকোলগী নুপী অমবু নক্লবগী খুদোংচাবা লৌদুনা অমদি মশাগী কামগী পানদবু ফাথবা ঙমহৌদবদগী পাদোংখিবা/ফন্নানখিবা নৎত্রগা ইজ্জৎ ম ঙহৌখিবগী ৱাবীনি। সতীত্ত্বৱু যাম্না থাজবী অদুম্নদি ওইবগা ইজ্জৎ মাঙলবী লুক্রেসিনা পেন্দবগী মৈশা খাঙবা ঙমদদুনা মথন্তা মথৱায় থাজখিবা অমদি মদুগী পান্না নায়ক ওইবিবা সেক্সটসকী বোম লৈবাক্তা নিংথৌ খুভম মুৎথৎখিবগী ৱাবী অসিদা মহাকবি শেক্সপিয়াবনা শক্লিবসি অনুবাদককী লোন্দা হায়বগা -- 'নীংথিবী লুক্রেসিগী মিৎকী পি, থম্মোয়গী ঈ-অনীগী ঈহৌদা লৃপখবে লোনচৎ াইদবা টাবক্কিন্স-ফুঙ্গা। উৎলম্মে ল্যুক্রেসি লৈবাং ইনুং-পুঙ্গোয লানঙমদ লিক্লা পোয়নীন তম্ন ওই শীংঙেল নৈকা চোইনা তা নুজা ওইবী খোঙফম বোমক চন্দ্রাশিংগী কা।' অনুবাদক্কী ৱাহৈশিং অসিদগী খঙবা ঙম্নদি ল্যুক্রেসিগী ৱাবী অসি যাম্নমক ট্রেজিক ওইবা ৱাবীনি হায়বা অসিনি।

এলিজাবেথান এজগী ক্রক ক্রক লাউবা ইংলিশতা ইবম্বা যাম্না প্রেক্টিকেল ওইবা লোলদগী মণিপুরীদা হন্দোক্নুনা থৌনা উৎপিবল্লিবা অনুবাদক অসিগী প্রযাস তশেংনমক থাগৎনীংঙাইনি। লাইবিক অসিদা শীজিন্নবিবা লোলদি অযাম্বনা লোনশেমনি। মৈতৈগী হান্না লৈজবম্বা, মৈতৈগী নাৎকা শাগোন্নজবা ৱাহৈ কযাগী লৈতেংনা শেমখিবা প্রেম-কাব্য অসিদা অকাম্বা ৱাহৈ-ৱাতা অমত্তা যাওহন্দবা অমদি মূল কাব্যগী নুংগী ওইবা ভাব অদু কায়হন্দনা

থম্বা অনুবাদককী অঙকপা মগুণ অমনি। অবি-অনৌ পূংবা চানা শেল্লবা, শব্দ-শক্তি মফম চানা যাওববা, ছন্দ অলংকাবগা খুজেং পালোইনববা, মৈতৈ লোঞ্জন যাচন্নববা লোনগী লোম্মীৎ লুবপ তাবা, পূল্লপ লৌশিনবদি ব্লাবা, শাদোক্লগদি মফজবা মৈতৈ ঐখোযগী লেমজনীংঙাই ওইববা মৈতৈলোনদুনি মীনকেতনগী লোলদি। শেক্সপিযাবগী পবেং ৭/৭না শাবা শৈবেংগী অহৌবা ষ্টেঞ্জা অসি লৌখৎতুনা যেংসি—

> From the besieged Ardea all in post
> Borne by the trustless wings of false desire
> Lust breathed Tarquin leaves the Roman host
> And to collatium bears the lightless fire
> which, in pale embers hid, lurks to aspire
> And girdle with embracing flames the waist
> Of Collatine's fair love, Lucrece the chaste

মসিবু মীনকেতন্না অসুম্না হন্দোক্লি—

> তুংওইনবম আবদিযা চাউগান খোঙ্গাপ মৈদা
> নেৎ অপাম-নুংশি-নিংশানববা,
> বোম তেঙ্গোল পন্দ
> থম, ফুগৎলক্লে টাবক্লিন লৌনম অপাম-শেগা
> তাং লুমজনিংঙাই লৈতবা
> কোলেটিনগী মবাল তম পুবি খাম্বী অশাবা
> খাম্লেন-উৎমৈ অওম্বা মৈহৌ তাঞ্জা ঙাইবিবা
> নুজা ওইবী খ্বাংদ কোল মৈবিনা চাউদম থাগা
> খোল মৈচাক তমগে তাল্লিবা
> ল্যুক্রেসিগী নীংথিবী কোলেটিন্স মশানৌ
> চাকহঞ্জবী মথংলেন।

মীনকেতননা 'লষ্ট-ব্রেথেদ' পু অপাম নিংশানববা, 'ফোল্স দেজিয়াব' বু

'অপাম', 'লাইটলেস ফাযব' বু 'খাম্বী অশাবা', 'চেষ্ট' পুনা 'চাকহেঞ্জবী' হায়না হন্দোক্লিব্বসি কয়াদা ফজনা অমদি কযাদা হৈনা হন্দোক্লিবনো। 'হৈবাং লোঞ্জা চা, লৈবাং লোঞ্জিন চিন' গা মবী লৈনবা বর্ণন ঙাক্তা ওইবনা অপাবশিংদা কামগী রাখল পোক্লক্কদ্রা অমদি অকামপেৎকী মওংদা তাগদ্রা হাযনা চিংনবম্বদু মীনকেতনগী লৈবাকমচা তাবা, মফম-মতম চানা শীজিন্নবা লোলগী চীংলেম্বনা ইবায় লাযনা কোকহল্লি। 'তম্ফাখোংদা ঈকপ্প, তম্ফা মাগী মহাকথং!' (লা ৩০), 'চীন্দম্মগে ঙসিদি তাউজিংনিদ নীংথিব', 'লৈবাং মাবু নাপ্প লাং হেদৌজগে চানবিযু। তাউজিং মাবু চীন্দ থোং হেলাংজগে পীবিযু' (লা ৩৬), 'হৈবাং নমঙানকগে, লৈবাং নমজিন্নকগে'—রাফোঙদোকশিং অসিদা যাম্না চেষ্ট ওইবা লোল শীজিন্নবা ঙম্লিবসি মীনকেতনগী অঙকপা গুণ অমনি। মসিনা ঙাকপদি অনুবাদক অসি নমচৎ শাজৎতা, ফিজেৎ-চাকচাদা, মিৎযেং শাযেংদা যাম্না বিফাইন ওই হযবা তাকপনি। মীনকেতন বসিকনি, বস চুপ্পা হৈ। অদুবু এখম চানা, মতাং চানা বসাস্বাদন তৌবা মীশক্তি। রাফোঙদোকশিং, অসিদা অকামপেৎকী রা অমদি যি শেত্তবা রাঙাঙ-শাঙাঙ অমত্রা যাওহন্দনা নাযকক্কী প্রেম অমদি রাসনা অদু ইশেং শেংনা উৎথোকই। মসি অনুবাদক অসিগী ভাষাবিদ ওইবা পণ্ডিতগী গুণনি। ইংলিশকী 'কেট'স আই' বু হৌদোং মমিৎ হাযনা হন্দোক্তনা 'মিৎমা থম্বাল মনবী' হাযনা হল্লি। প্রোতর্ন অমা কবম্না হন্দোক্কদগে হাযবা খঙবগী খুদমনি। মসিসু মণিপুরী লোলগী কলচবগী চুশিন্ননা শেম্বা বাহৈগী খুৎশেমনি। ফজ ফজবা বাফোঙদোক কযা কযা লৈখ্রে। অনুপ্রাসকী ফজবা খুৎশেম যেংগে হযববদি উগনি পবেং অসিদা—'লৈম্লবনা, লমংবা লম্লঙবদ, মথংবা (লা ১৫)। লৈবি অতৈসু—'নঁঙে নঁঙে মনাংবা, লৈন নেংন লেইজবা' (লা ২০)। 'লান্দাবক্রে লাক্রে লাল লৈমকোন্দ ইবেম্মা' (লা ৪৭)। অসিনচিংবা।

মীনকেতনগী লোলবু নৈনবদা লোইবা নাইগদ্রা? প্রেমতত্ত্ব মশক মুন্না খঙবা মীনকেতননি। শেক্সপিয়রবনা নুংশিবদা যেংবা মিৎয়েং অদুমক ব্যবহাব তৌনা মহাক্কী ভাব অমদি লোল অনীমক কাযহন্দনা থম্বা হাযবসি মীনকেতনগী অপাম্বনি। তশেংনমক *লুক্রেসি ফম্লানবা* হাযবা শৈবেং লাইবিক অসিনা

মীনকেতনবু মতিক চাবা অনুবাদক অমনি হাযবসি তাক্লি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা অসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্লে—মীনকেতন অফাওবা ক্রিযেটিভ বাইটব অমা ওইবগী মথক্তা মহৈ যাম্লবা অনুবাদক অমসুনি। মীনকেতনদি মীনকেতননি, মৈতৈলোলগী জাদুগবনি। মীনকেতনদি মীনকেতনদগা চাংদম্নগদবনি। *মৈতৈ উপন্যাস* কৌবা মহাক্কী নৈন-লাইবিক্তা মহাক্না অসুম্না ইবম্মী—"লোল অমগী লাইবিক অতৈ লোল অমদা ওম্থোকপদা খোজৈর্জনা ফনা হৈদুনসু লোলওং খেন্নবনচিংবা লানঙমদবা মবম কয়ানা পল ওইবদগী লাইবিক মশাগী নীংথিজবা শব্দক খবদং মাঙবা হাযবদুদি মশোযদ্রবনি। হৈদ-হৈখ্রবা খোজৈর্জনা মথ্বায মঙা হাপ্না হোৎনববদা লাইবিক্কী শাগোন্নজবক্লবা ফজবগী শব্দক চামগী মনুংদা হুমফুতবামঙাদগী হেন্না ফোঙবা ঙম্নদে হাযনা অউবশিংনা পাউবৌনবিবনি। অদুনা অনুবাদতা ফজবগী শকক লোইনা ফংগনি হাযবা নীঁঙ্কর্নীঙাই কবিসু লৈতে।" (*মৈতৈ উপন্যাস*, অহুমশুবা ফোঙবা, লা ২০৫) মীনকেতনগী ৱাহৈ খবা অসিনা অনুবাদক অমা ওইনা অশাংবম মীনকেতন মশাগী মমল লেপ্পা ওইবসনু।

# মীনকেতনগী সাহিত্যদা নুপীগী শক্লোন

**তরামাপললগুবা শতাব্দীগী** অরোইবা অমদি ২০শুবা শতাব্দীগী অহৌবা শকক্তা আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী অহৌবাদা ইহান হান্না তগুপ তবেং থোক্লকখিবা সপ্তর্ষিমণ্ডলগী মনুংদা কবি অশাংবম মীনকেতনসু অমনি। মণ্ডল অসিগী অতৈ কবিশিংদি মথাং মথাও থাইনা ১ ছিজম অঙাংহল (১৮৯২), ২ খাইবাকপম চাউবা (১৮৯৬), ৩ ছিজম ইবাবত (১৮৯৬), ৪ হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র (১৮৯৭), ৫ ডা কমল (১৮৯৯), ৬ অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬), ৭ অবাম্নম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭) নি। মীনকেতন (১৯০৬) না ডা কমলগী হেক মথংদা তককশুনদা লৈরাবনি। মীনকেতনবু ঐখোয়না খণ্ডই— সাহিত্যকার অমা ওইনা, পণ্ডিত অমা ওইনা অমদি ভাষাতত্ত্ববিদ অমা ওইনা। মহাক মায়থোং যাম্না পাংথোকপা মনি অমনি, মল্টিফেসেটনি। রাবেং, শৈরেং, নিবন্ধ, ড্রামা, জীবনী, আলোচনা মহাক্না শোক্রমদবা বিধা অমত্তা লৈতে। অনুবাদকী লমদসু মহাক্কী মতৌ অকনবা লৈরি। হোয়, যিক্রনদদি মহাক খুৎ থাবমদে। অদ ওইবদসু মহাক্কী সাহিত্য অসি কপ্পু, থম্মোয় শেংনা অমদি পুক্নীং চংনা লৈনবগী হেতুনা হাংনা খুমদা মহাক বহুরূপীনি, বহুদর্শীনি। সংস্কৃত অমদি বাংলানা হেন্না মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা থরায় হাপ্লিখিবা অইবশিংগী মনাংদা মহাক অমনি। মসিগুম্বদি মীনকেতন প্রতিভা লৈবা অনৌবা থাক্কী কবিনি।

মণিপুরী লোলগী চাঙদম অকনবা এইবা অসিনা মমাবোলদা নত্তনা মচৈবাক মতমগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু লৈনা নীংজৈ অমসুং নুংশিজৈ। মহাক্ত অরিবা মণিপুরী লৈরেংগী পরম্পরাবু কায়হন্দনা থম্বা পান্না অচৌবা কবি অমনি। মহাক্কী লোলগী মতম মণিপুরী সাহিত্যদা তোপতোপ্লা মচল অমনি।

মহাক্কী লোনশেমগী জাদু অতৈ অইবা কনানসু তানবা ফংলবোইদবা অচৌবা আর্ট অমনি। মীনকেতনগী কাব্য-প্রতিভা শীংথাকদুনা কান্নদে। শীংথাবতনা ৱাংকনি। লমদম অসিগী নৈহাওদা শাগৎখিবা, লমদম অসিগী ৱাখলগী ঈচেলদা লুপখিবা, লমদম অসিগী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগা যাওন্নখিবা লমযানবা অশৈবা অসিগী সাহিত্য তশেংনমক অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যনি। কবিগী অবোইবা শৈবেং 'পোক্রবম দর্শন'দা উৎলিবা কবিগী মবৈবাক নুংশিবগী ৱাখল তশেংনমক মাতৃ প্রেমগী অযৌবী থাক্লি। কবিনা শক্লি—

নুংশি নুংশি লম্নুংশি
লোইবি চীংনা কোনববম
কোলোয নুংশি মণিপুব
চীংদা যেংলুই মনুংশি
তমদা যেংলুই মনুংশি

মণিপুব মণিপুব
কোলোয নুংশি মণিপুব
কোলোয নুংশি মণিপুব
মণিপুব ম-ণি-পু-ব

মীনকেতননা নুংশিজববা মবৈবাক লমদম মণিপুব অসিদা ইমাগী শক্তম অমা উবকই। কবিগী মিৎযেংদা নুপী পূন্নমক ইমানি। কবি অসিনা নুপীদা যেংলিবা মিৎযেং অসি সাধক অমগী মিৎযেংনি। নুপী খৃদিংমক ইমানি হাযবগী দর্শন অসি যাম্না ৱাংখ্রবা দর্শননি। কবিনা নুপীবু অমুকসু প্রকৃতিগী শক্তম ওইনা উই। পুরুষ অমদি প্রকৃতি অনী পূল্লগা তাইবংপান অসি শেন্নিবনি। তাইবংপান অসিনা লেঙদনা লৈবিবমখৈদি পুরুষ অমদি প্রকৃতিগী মবী অসি অসুম্মক তত্তনা লৈখিগনি। খন্না খক নাইবোই। প্রকৃতিনা শক্তিনি, পুরুষনা শক্তি লৈবা—শক্তিমাননি। শক্তি যাওদনা শক্তিমান ওইবা যাদে, অদুগা শক্তি লৈবা মী (শক্তিমান) লৈতনা শক্তিগী চন্নফম ওইথোক্তে। পুরুষ অমদি প্রকৃতিগী মবী হাযবিবসি অতৈ কবিসু নত্তে, নুপা নুপীগী মবী অসিনি।

পুরুষনা নুপানি, প্রকৃতিনা নুপীনি। অনীগী মরী অসি অমনা অমগী তেংবাংনবনি। অনী অসি পূল্লগা মপূম ওইবিবনি, খাযদোক্লগনা তংখায়। নুপীবু নুপাগী হকচাং তংখায (অর্দ্ধাংগিনী) হায়নবিবসি ওষ্ণোক্লা অর্থ লৈখ্রবা রানি। হিন্দুগী দর্শনদা নুপীগী অশেংবা স্বরূপতি মমানি। মমা ওইবীগী থম্মোয নৎত্রগা থরাযগা মপা ওইবগী বুদ্ধি নৎত্রগা হকচাংগা তৎন থানবা যাদবা মরী অমা লৈবি। ভারতকী সংস্কৃতিদা দেবী লাৎপগী পরম্পরা অমা লৈবি। মণিপুরী সংস্কৃতিদসু পান্থোইবী অমদি ইমোইনু লাৎপগী চৎনবী লৈবি। লৈমরেন শিদবীগী খুডমরু মৈতৈ ইমুংশিংদা জাৎ-বিজাৎ থিদনা লাৎনবি। মৈতৈ জাতিগী মশক মুন্না খঙবদা নত্তনা হিন্দুগী বেদ-উপনিষদ অমদি স্মৃতি-গ্রন্থ কয়া নীংথিনা লৈনরবা মীনাকেতননি। সংস্কৃতি অনীমক্কী মশক মুন্না খঙলবা অইনা অসিগী সাহিত্যদা উৎলিবা নুপীগী শক্তম অসিদসু সংস্কৃতি অনী অসিগী সিন্থেথিক ওইবা হাযবদি চংশিন্নবা মশক অমা অদুম্মক উবা ফংই।

মীনকেতননা শাগৎলিবা ইমাগী শক্তম অসি তান্ত্রিক সাধনাগী অরাংবা দর্শন অমগা শাগোন্নবগুমসু তৌই। অইনা অসিগী রাখলদা শ্রী অরবিন্দগী রাখলগী মমি তাবা উবা ফংই। রামকৃষ্ণ পরমহংসগী সাধনাগসু নকশিন্নে। কবি মীনকেতন ইচম চম্বা কবি অমা ওইবদা নত্তনা ইমা নীংবা সাধক অমসুনি। মহাক্কী তোঙানবা লাইনীং লম্বী অমা লৈতে। ইমা লৈমরেল শিদবীবু চেৎনা লাৎচবগী খুদম লৈ। মরম কয়া অসিদগী মহাক্কী লাইনীংদা অমদি মহাক্কী পুন্সিগী মিৎযেংদা নুপীবু অরাংবা থাক্তা থম্মী। মীনকেতননা উবিবসি নুপীদা শক্তম অনীথক্কি। অমনা ইমাগী শক্তমনি অদুগা অমনা তালোযগী। তালোযগী ফজবা শক্তম উবরগা কবিনা খোযবাংনা থিজিল্লুই 'তালোযসি কনানো' কবিগী নুংগী মিৎনা উবকখি— তালোয অসি অতৈ কনাসু নত্তে, ইমামক্কী শক্তমনি। কবিনা শকই—

'মিংথৈযাম্মী নমা নি খঙজৌ মিংথৈনীদং
মিংথৈ মনা কৌই ইমা, অমুক মনা তালোয

(অশৈবগী শৈবোল, লা ৩১)

'নংসে নুপী', ইমানা ইমা হায়বা শৈরেংদনা অমুক্কা হেন্না ময়েক লানা ইমাগী শক্তম অসি কবিনা ফাবকই—

নুপী খঙজববা নহাকপো
নশাগী নশক
নশাগী কোলায
ইমানি ইমা
ইমানি ইমা
মানি নংসে নুপী
মপু মাগী মঙলান
মঙলান মশামক
তাইবংদা থোকপা
লৃগী তোংগী হকচাংদা।

ইমাগী শক্তম অসি কবিগুম্বদা কবিনা পাম্হোইবীগী শক্তমনি হাযনা লৌই। কবিনা ইমাদা অসুম্না হায—

পাম্হোইবীনি নংদি ইমা
পাম্হোইবীনি নংদি।

(সনাবিক পবেং, লা ১২৮)

কবিনা নুপীগী মতিক মগুণবু রাংনা থাঙ্গৎলি। যেলহৌঙৈগী মতমদা তাইবং মপুনা জগৎ শেমগে থৌবাংবদা নুপী হান্না শেমগে খনখি। শেমসু শেমখি 'নঙসে নুপী, ইমানি ইমা' হাযবা শৈবেং অসিমক্তদা কবিনা শৈথাই—

নুপী পোকখিবনি নহাক্লে এলেহৌ ইনুং ঙানবদা
ঙানখিবনি ইনুংদো নুজা নংনা হেনবদা
শানৌ নঙগী সউম ফং পুক্লীং তুজুং হেদৌকা
তমখিবনি মতম্না যাওল খোঙফম নৌহৌনা
পোকখিবনি—নুমিৎ থা
নুবা নশেক নঙান্না থোকখিবনি 'তিযাদা
থৱানমিচাক পবেং পবেং—
লেংখিবনি মণি পবেং
তগুপ তগুপ তবেং তবেং।

'খঙন খঙনা অদুবু কুইব কুইব মমম্মি' কৌবা শৈবেংদসু নুপী ওইবীগী শক্তমদি নূপী তোংগী হকচাংনি, নুজা মাগী খোইজি থাং মালেম খোঙদাবকপনি হায়না শৈথাই। 'মিংখৈ'মনা কৌই ইমা অমুক'মনা তালোয' শৈবেংদা নুপীগী ফজবা থাবদা কবিনা হায—

ঈংনা ফজ মফজ থম্মোই মাগী থম্মোইনি,
থবায মাগী থবাযনি—পুন্সিগীনা অমৃতনি।
অসিনিদো ফজবি ফজ নংগী মফজ,
অসিনিদো হেঞ্জবি হেঞ্জ নংগী মহেঞ্জ।
ফজৈদকো ফজবী ফজজবী ইতালোয
ফজ নংগী মফজ কবি মফজনোনে'

মপুগী খৃৎশেম ফজবা হাযদুনা লৈবিবা পোৎলম খৃদিংমক অসি নুপী ওইবীগী মতিক মগুণ অমদি ফজবা শক্তমগী মমি ঙাক্তনি হাযবা ভাব অসিমসু মীনকেতননা মহাক্কী অযাম্বা শৈবেংশিংদা শীংথাবা থেংনৈ। মোম্মু ওইবী মহাক্কী মচু মমেয়া লৈবাংশিংসু লৈবমগুনা শাৎখিবনি অমদি হৈবাংশিংসু হৈবম গুনা হৈপাল তম পানখিবনি হাযনসু কবিনা শীংথাবি। হৈবাং লৈবাংগী নুংশিবা হৈনম লৈনমসু নুপী মহাক্কী স্ববদগী থোকখিবনি হাযনা পল্লদুনা কবিনা নুপীবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎলি। নুপীগী মতিক মগুণ শকপদা কবিগী মশাদা চোকথবা লৈতে। 'নংসে নুপী ইমানি ইমা' হাযবা শৈবেংদা কবিনা হায—

শক্কে 'দুবু ঙসি কৌবা নোংসিদি
রাক্ষ ঐবু শৈবোম্বা
নুপী নংগী নতিক নগুণ
নহাক্কী নশক
নহাক্কী কোলোয
মৈনা ৱায তাংনা শম।

মীনকেতননা মাগী শৈবেং অযাম্বদা অতম্মনবু ওইববসু, নাকোযননবু ওইববসু নুপীগী শক্তমদি মতাং অমদা নৎত্রগা অমদা অদুম্মক যেকই। 'অশৈবগী শৈবোই' কৌবা শৈবেং লাইবিক্তা যাওবা 'বিদায় কবিতে বিদায' শৈবেংদা

কবিনা কবিতাবু নুপীগী শক্লোন পুবী, ঈ-তোংনা শাগৎপী হকপানবী মূর্তি অমা ওইনা কল্পনা তৌবি। কবিতা-কামিনিগী কল্পনানি। যেৎসি কবিগী কল্পনা—

কোলোয ফান্না ৱাহৌগে নুংশি নংবু ঙসিদি,
হাযু তাসি কবিতে, কবি লাক্লি হৌজিক্তি।

মঙ্গী লৈবাং কবিতে, হল্লো হল্লো মঙ্গী কোল
তাকুবেদো নদাইদি নোংদমখোল্লোয তাইবংকোল।

কাযবসনু থম্মোয অনী নুংসি নংবু বিদায
কংলসনু লকা অনী পাম্মু নংবু বিদায
বিদায কবিতে বিদায।

অসুম্না শৈবেংবু মীনকেতননা প্রিযতমা অমগী মওংদা লৌদুনা মহাক্না তিন্নবা অমদি কাযনবগী পৃংফম কযাদা থাদোক্লবা যাদ্রবা মবী অমা লৈ হাযনা উৎলি।

মীনকেতনগী প্রেম কাব্যদসু নুপীগী শক্লোন অসি যাম্না নীংথিজনা উৎলি। 'অশৈবগী নিতাইপোদ'তা যাওবিবা 'পিযে থাদোই' অমদি 'নুংশি ৱাখৈবা' দা পুথোক্লিবা নুংশিবগী দর্শন তশেংনমক শীংথানীংঙাইনি। নোংবানগী আত্মানা পি থাদোই কৌবী চেক্লা অমা ওন্দনা মহাক্না নুংশিজবী থাদোই থোইবীবু কৌবগী কল্পনা অসি প্রেমতত্ত্বদা যৃম্ফম ওইর্বনি। মসিদা উৎলি—আত্মানা পরমাত্মাবু ঈখৌলাংজবা। প্রকৃতিগী নুপীগা লৈনবা মবী অদু থোইবীদা প্রমাণ তৌদুনা অনী অসি অমওনি হাযবা তাকই। প্রকৃতিগী শকফম খৃদিংমক্তা থোইবীগী মমি তাবা উৎপা, কবি মীনকেতনগী ফজখ্রবা কল্পনানি। নুপীলক্তগী অথোইবী থোইবীনি। অসিগুম্না নুপী অসিগী মতিক-মগুণ, মশক-মঙাল প্রকৃতিগী তম্পাক্তা শাৎলিবা হৈবাং-লৈবাং খাদিংমক্তা তাবি হাযবগী কল্পনা অসি কযাদা ফজখ্রবা! কবিগী শৈরোলনি -

শীংঙেল লৈবাং খর্বিক্মক তঙাং লৈশাং তমজবী
লৌখি থাদোই শক্তম্মক নুংশি চেংলৌ নীংথিবী,
লৈমায যেংই থাদোই ঙাক ঈমায যেংই থাদোইঙাক

থাদোই চাম্ম চাম্মনি, থাদোই লিশিং লিশিংনি।

থাদোই লখা লখানি, থাদোই কোটি কোটিনি।

(অশৈবগী নিতাইপোদ, লা ২১)

'পিযেথাদোই'দা শাগৎলিবা নুংশিবগী শক্তম অসি নুপা নুপীগী মবীদা শাগৎলকপনি। মপৃংনা নুপীদা, নুপীগী শক্তিদা অমদি নুপীগী ধর্মদা। তশেংনমক শক্তম অসিসু শাগৎপদা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা নুংগী ৱাখল যাওবি। অশেংবা নুংশিবগী মূর্তি ওইরবিবা থাদোই থোইবীগী মফমদা অপাম্বগী মূর্তি ওইবিবা নোংবানগী আস্থানা চঙজর্বনি। নীংজবগী খম থেংবা মতাংনি। পিযেথাদোইগী শক্তম অসি অচম্না শক্তম নত্তে। মসি মপোক লাংঙোন খঙবা ঙম্বী লাইগী শক্তি চেনবী চেক্লা অমগা শক্তমনি। 'পিযেথাদোই'গী অহানবা লামাযমক্তদা ৱাফম অসি পল্লি—

মহাকথংনি ঐহাক্লা চেক্লা ওইনা পোক্লকপা

মশুংলাংনি ঐহাক্লা মালেম থুংনা কোযবিবা

চেক্লা ইপোক যাম্লক্লে নুংশি মাসু মমখবে

থম্মোয মানা অদুবু কাউসি কৌবা মঙমদবে।

'নুংশি বাখৈবা' দসু অদুমঙায, মীনকেতননা নুপীবু নুংশিবগী সিম্বোল ওইনা উৎলি। ইতিহাসনগী চবিত্রদা উৎলিবা নুংশিবগী মশক অসি লৃ-তোংগী ওইবা মপাম্লোংগী মশক অদু নত্তে, মসিদি নুংগী ওইবা আধ্যাত্মিক প্রেম অদুনি। তশেংবসু নুংশিবা হাযবসি আত্মা অনীগী আধ্যাত্মিক মিলননি, থম্মোয অনীগী ওয়বা মশকনি।

নুংশি নুংওনগী ৱাবীনা মপৃং ওইবা 'অশৈবগী জয ভাই' শৈবেং লাইবক্তসু মীনকেতননা নুপী ওইবীগী থম্মোযগী অশেংবা মশক অদু উৎলি। মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বগা মবাম নিংঙোল ইঙাল্লৈগা অনীগী মক্তবা প্রেমগী ৱাবী অসিদা কবিনা নুপীবু ৱাংনা থাঙৎলি হাযবসি উৎলি। নুংশিবদা কৎথোকপা নুংশিবদা লোইবা নুপীগী থম্মোযনি। নুংশিবগীদমক্তা নুপীনা তৌবা ঙমদবা অমত্তা লৈত্তে। হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবসু পূক্নীংগী পাঙ্গলদদি নুপীনা নুপাদগী হেনবনি। মীনকেতননা শাগৎলিবা নুপীগী শক্তম অসি অনৌববুদি নত্তে। অদু ওইববসু নুপীদা মহাক্কী যেংলিবা মিৎযেং অদুমদি ঐখোযদা তোয়না নীংশিংহল্লি।

ওক্লোং খুল্লাকপগী মচাদা থাজত্রবী ইঙাল্লেগী থম্মোযদা চাক্লিবা অব্রা-মৈচাকপু খঙবিদুনা মমানা মচাগী পূক্লীং থেমজিনবিদুনা হায—

'নুজা ওইবী ঐখোয়দি মালেম ইমাই মশক্লি
পুগুম তুমিন লোইনা ইশানা পুবা তমগনি
খাঙহৈবনা নুপী ঐখোই অশেংবা শক্তমনি
খাঙউ খাঙবা তম্মু নঙ নুপী ঐগী ইচানি
থোকউ নুপী নশাগী লাংলেল নঙসে নুপীনি।
(২শুবা সর্গ, ৫শুবা অধ্যায)

মীনকেতননা অসিমসু থাজে— মীওইবগী পোক্লফম লমদম ইমালৈপাক অমদি পাক চাউববা মালেম পৃথিবীগী অচৎ-চৎত অবেঙ-লেঙদ পোৎলম খূদিংমত্তা নুপী ওইবীগী শক্তম অসি মশা মথন্তা অদুম্মক চোংথোকচবকই। মালেম অসিবু কবিনা জগৎ পোকপী ইমাগী অউবা মশক্লি হাযনা লৌই। মীনকেতননা ইবা অসিগুম্বা মখলগী শৈবেংশিংদা উবা ফংলিবা তোপ-তোপ্পা মশক অমদি মহাক্লা শীংথাবিবা পোক্লফম লমদমগী ফজবা মশকপু নুপী ওইবীগী ফজবা শকফমদা থব্রায হাপ্তুনা যেকপা অসিনি। যেংসি অশৈবা অসিগী শৈবেং মতেক অমা—

লোইবী শল্লাং খোইখোইবা শাংথ লেংথ চোইনা তা
মালং কাইদ শকম লাং শংবান চবৈ কোমগোমতা
লাইজ তবং খোল্লাং হৌ হাজং থাখুম চেৎনা তা
মালং নিংশা চিংনা-চিং মাযগৈ কাবল মিযেং তা
পাবি কনা মশুংলাং পীবুক নুংহৌনবিবা
নমোম কনা মহাকথং পাযমা নুংজেংনবিবা
নুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপি।
(লৌবো ইমা নচাগী শিম্বুবিবা মিৎকী পি)

পোক্লফম লমদমগী সেবা তৌবনা পলেম ইমাগী সেবা তৌবা শকই হাযবা রাখল্লোন অমা মীনকেতনগী শৈবেংদা উবা ফংই। শিববু কবিনা হবাওনা লৌশিল্লি। পুন্সিগী অবোইবা যাত্রাবা অসি পোক্লফম ইমাগী মথাদা যাহিপচবনি

হায়না লৌই। কয়াদা ফজখ্রবা দর্শননো'

মীনকেতনগী সাহিত্যদা নুপীগী শক্লোন অসি শুপ্নগী মহাক্কী শৈবেংশিংদতা থেংনৈ হায়না লৌবা য়াদ্রি। *ভাবতচনু* (লাবোন ১-৪, ফোঙবা ১৯৫২), *তোনু লাইজিংলেম্বী*, ড্রামা, ১৯৪৯), *সীতা বনবাস* (ড্রামা, ১৯৩৬), *মৈতৈ উপন্যাস* (সমালোচনা, ১৯৫০) নচিংবা লাইবিকশিংদসু নুপীগী অৱাংবা আদর্শ উৎপা মতাং কয়া অদুম্মক থেংনৈ। *ভাবতচনু* ভাবতকী ফিদম্নীংঙাই ওইবী নুপীশিংগী বাবীনি। বাবীশিং অসিদা উৎলিবা নুপীগী চরিত্রনা মীনকেতনগী সাহিত্যদা নুপীগী অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈ হায়বসি অমুক্কা হেন্না চেৎশিনহল্লি। মীনকেতননা শাগৎলিবা ভাবতচনুগী শক্তমদি ত্যাগ অমদি তপস্যাবু শাগোম্নবিবী, ধর্মক্ষেত্র-কর্মক্ষেত্র অনীমক্তা থবায-হকচাং লূপ্লিবী, মমা ওইবীগী নুংশিহৈবী পৃকচেল চেল্লিবী সতীত্বগী শুগনা লৈতেংলবী ঙাকপিহৈবী অখাঙকনবী নুপীশিং অদুনি হায়বসি অসি শুপ্না ৱাবেং অসি পাবগা খঙবা ঙম্মী।

*সীতা বনবাস* অমদি *তোনু লাইজিংলেম্বী* ড্রামাগী লাইবিক অনী অসি পাকৎবগসু মীনকেতনগী নুপীদা যেংবা মিৎযেং লায়না খঙবা ঙম্মী। সীতাগী চরিত্র ফিদম্নীংঙাই ওইবী নুপী অমগী চরিত্রনি। তোনু লাইজিংলেম্বীগী মক্তবা প্রেমগী লীপুননা মশাবী কদেং থাখুজহনবগা নুংশি ৱায়থুংনবগী ৱাবী অসিদা মীনকেতননা প্রেমতত্ত্বগী অৱাংবা আদর্শ অমা উৎলি। মসিগী যুম্ফম ওইবিবসু নুপীনি। নুপীদি প্রেমগী মূর্তিনি। নুপীতনা উৎলি—নুংশিবগী জয়।

মীনকেতনগী *মৈতৈ উপন্যাস* কৌবা ক্রিটিসিজমগী লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱাবেংশিং পাকৎবগসু মীনকেতন সাহিত্যদা উবা ফংলিবা নুপীগী শক্লোন অদুগী মমি খৱদি অদুম্মক উবা ফংই। শীতলজিৎকী *ইমা* উপন্যাসতা কবি উৎলিবগে হায়বদু তাক্লনা অইবনা হায়—"নুপী ওইবা পুন্সিগী মমা ওইবা খোঙফম উৎতুনা কনাগীনা মমা, কনা অমগীনা পুন্সিগী খোঙলোয অমুক কনা অমগীনা মচেম মচল অসুম শক্লোন কয়া থোক্লা মালেম খোঙফম্নবিবী নুপীগী অবেপ্পা শকফম অমা ওইবদনি হায়না খোঙজেল্লনা উৎলি।" (*মৈতৈ উপন্যাস*, লা ১৪৫) শীতলজিৎকী *থাদোকপা* নৈনবদসু অইবনা নুপা নুপীগী অচেৎপা মবী তাক্লনা অসুম্না হায়— "নিপা নুপী অনীগী মবী নুংপাল অনীগীনি। পানগী

মবীদি পানগী থৌবম কযা কযানা থদৎপা যাই, নুংগী মবীদি যাদে। পানগীদি লাযবদুনা নুংদুমক্কী মবমশিংমক্লসু থাদৎপা ঙমদে।" (*মৈতৈ উপন্যাস*, লা ১২৩) খূদম খবা অসিনা তাকপদি মীনকেতননা মহাক্কী সাহিত্যদা নুপীবু ব্রাংনা থাঙ্গৎলম্মী হাযবসিনি। মীনকেতনগী সাহিত্যদা শাগৎলিবা নুপীগী দর্শন অসিগী মবমদা সমালোচক নীলকান্তনা হায—"কবি মীনকেতন চুম্নগী বচনা ইবা, সমালোচক, ভাষা তত্ত্ববিদ অমদি সাহিত্যকাব-পণ্ডিত ওইবদা নত্তে। সাধক অমসুনি। ইমা সাধকনি। অপোকপী মমাগা, নুপী ওইবীশিংগা, মমা লমদমগা অমসুং মালেম নৈমগা অমত্তা ওইনা উবা ঙম্বগী তাঙলবা দর্শন অমা মহাক্কী পুক্সিদা ফাওখি।" নীলকান্তনা অসিমসু হাযবম্মী, "কবিগী অবোইবা শৈবেং 'পোক্লবম দর্শন' হাযবসি মমা লমদম মণিপুবদা কৎচবা মহাক্কী পুক্সিগী শ্রদ্ধাঞ্জলিনি। মমা লমদমবু কবিগী অবোইবা মিৎফমদা যেংজবগী অযৌবী মশক্তি। কবিগী মিৎফমদা অমত্তা ওইবকই— নুপী পূম্নমক ইমাগী মশক। ইমা লমদমসু ইমাগী মূর্তি।

মীনকেতনগী সাহিত্যদা উবা ফংলিবা নুপীগী শক্লোন অসিগা কবি মশাগী লাইনীং লাইশোনগা যাম্না মবী লৈনৈ হাযবসি মথক্তসু পঙ্খ্রে। মীনকেতন ধর্ম্ম-শাস্ত্র কূপ্না নৈনবা সাধক অমনি। বৈষ্ণব ওইজবগসু লৈমবেন শিদবী ইবাৎপা কবি অসিগী পুক্লীংদা হিন্দুগী দেবী দূর্গা, চণ্ডী অমদি কালিগা মৈতৈগী ইমা লৈমবেনগা কবিসু খেন্নবা লৈতে হাযনা ফাওই। শম্না হাযববদা বৈষ্ণব লাইনীংগী দেবী উপাসনাগা ইমা লৈমবেনগী লাইনীংগা অমত্তনি হাযবসি মহাক্কী থাজবনি। বৈষ্ণব-দর্শনদা দূর্গা, সবস্বতী লক্ষ্মীনচিংবসু মাতা (ইমা) হাযনা মিংগৌনবি। হিন্দু লাইনীংগী শিব-শক্তি উপাসনা, তন্ত্র সাধনা, শৈবদর্শননচিংবা কযাগী জ্ঞাননসু কবিনা মহাক্কী নুপীগী শক্লোন অসি যেকপদা লাযনা থোকখি। কবিগী 'অশৈবগী শৈবোই'দা ইমাগী শক্তম অসুম্না যেক্লি—

*ইমা, পোক্লফম লমদম, তালোয, নুপী ওইবী*
*মখোয খিবিক অসি জগৎপোকপী*
*ইমাগী ফমপাক্লি তাকপনি—ইমাগী ইচ্ছানি।*

অসিনি, মীনকেতনগী সাহিত্যদা নুপীগী শক্লোন।

# অনুবাদক অমা ওইনা হাওবম ইবুংঙোয়াইমা

**মহাবাজ গবীবনিৱাজগী** সনা চাক্লেক্তা (১৭০৯-১৭৪৮) মৈতৈগী অবিবা পুথী কয়াবু ইম থাদোক্লুনা খাঙহনখ্রবা মতুংদা হিন্দুগী বেদ-পুবান, বামায়ণ, মহাভাবত, স্মৃতিগ্রন্থ, উপনিষদনাচিংবা লাইবিক কয়া অনুবাদকী মতেংনা তপ্না তপ্না অদুম্মক ঐখোয়গী মৈত্রবাক অসিদা চঙলকপা হৌখি। মহাবাজ অসিগী বাজদরবারগী মশক নাইবা পণ্ডিত অমা ওইবম্বা অঙোম গোপীনা বাংলা কবি কীর্তিবাসকী বামায়ণ অমদি গঙ্গাদাস সেনগী মহাভাবতপু মৈতৈলোন অবিবদা হন্দোক্লুনা মণিপুবী সাহিত্যদা অনুবাদকী মরু হনবা হৌখি। ইং ১৭৮১ দা নবানন্দ যুববাজনা বামকৃষ্ণদাসকী 'বিবাট পর্ব্বদগী মৈতৈলোনদা *বিবাট শান্থুপলোন* হায়না হন্দোক্লুনা মখা তানা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী যুম্ফম থোনবা হৌবকখি। হিন্দু ধর্মনা মপান ফববকপগা লোয়ননা সংস্কৃত অমদি বাংলা সাহিত্যনা হায়না লৈজবম্বা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যবু তপ্না তপ্না অসুম যোংশিল্লকপা হৌবকখ।

তবাম্নাপনশুবা শতাব্দীগী। অবোইবা শকক্তা নবজাগবণগী ঈহৌ লাকপা হৌখিবদগী হন্না লৈবম্না সংস্কৃত অমদি বাংলাগী অকনবা প্রভাব অদু অসুম অসম তপ্না তপ্না খাউশিল্লকখ। ইংবাজী শিক্ষাগী ফলনা মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিজবা মী ওইশিংদা অনৌবা মিৎয়েং অমদি অনৌবা বাখল লাকপা হৌখি। চাউবা কমল দবেন্দ্রজিৎ অঙাংহলগী কলমনা অনৌবা মণিপুবী সাহিত্য অমা শেমগৎপদা নত্তনা বাংলা অইবশিংগী বাখলগী ঈচেলসু লমদম অসিগী লৈহাওদা তিনশিনবা হৌবকখি। মসিগা ঈবোয়ননা বাংলাগী ফাওববা উপন্যাসকাব বঙ্কিমচন্দ্র অমদি শবৎচন্দ্রগী উপন্যাস কয়া মণিপুবীদা অনুবাদ তৌদুনা পুথোক্লকখি। উপন্যাসতা নত্তনা নাটক অমদি শৈবেংগী অনুবাদ কয়াসু

মতমগী মতুং ইন্না মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা তিল্লখি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী *গীতাঞ্জলি* অমদি মাইকেল মধুসুদন দত্তগী *মেঘনাদ বধ কাব্য* গী মণিপুরী অনুবাদসু থোরকখি।

কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শকুক্তা চোংথোরকখিবা, মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মৈতৈগী অইবা খরনা লম অসিদা খুৎমাবগী থৌদাং লৌরিখি। মীওইশিং অদুগী মনুংদা অশাংবম মীনকেতন, ৱাহেংবম রীবমনি, হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, মুতুম কোইরেং, হাওবম ইবুংঙোযাইমা, অযেকপম শ্যামসুন্দর অমদি গুরুঅরিবম সুবর্চাদ শর্ম্মাগী মিং পনবা যাই। ৱাহেংবম রীবমনিনা হন্দোকপা শরৎচন্দ্রগী উপন্যাসশিংগী মনুংদা *চন্দ্রনাথ*, *বিন্দুগী মচানিপা*, *পরিনীতা* অমদি *বিপ্রদাস* শীংথানবা যাই। মুতুম কোইরেংগী *কপাল কুণ্ডলা*, গুরুঅরিবম সুবর্চাদ শর্ম্মাগী *শ্রীকান্ত* (অহানবা শরুক), অযেকপম শ্যামসুন্দরগী *কৃষ্ণকান্তগী উইল*, *দুর্গেশনন্দিনী*, *বিষবৃক্ষ*, *চন্দ্রশেখর* নচিংবা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসশিংদগী হন্দোকপা লাইরিকশিং অসি মণিপুরী অনুবাদকী যজববা খুদম ঙাক্তনি। অইবা খবা অসি বাংলা লোল অমদি সাহিত্যবু মুন্না মশক খঙবা মীওই ঙাক্তনি। লোযননা মণিপুরী সাহিত্যগী নবজাগরণদা অনীশুবা পরেংদা লেপখিবা খুৎমাবা অইবশিংনি। মখোয অসিগী মরক্তা হাওবম ইবুংঙোযাইমসু যাওরি। মহাক্না শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস অনী— *পরিনীতা* অমদি *বিপ্রদাস* (অনীমক, ১৯৬৮ দা ফোঙবা) অদুগা রমেশচন্দ্র দত্তগী মাধবী কংকন গী মাধবীগী খুজি উপন্যাস অহুম অসি মণিপুরীদা হন্দোক্লনা ফোঙলম্মী।

ইং ১৯০৬ তা পোকখিবা ইবুংঙোযাইমা অরাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংলবা শক্লাইবা মীশক অমা ওইখি। কলকতা বিশ্ববিদ্যালযদগী ইং ১৯৩১ দা বি এ পাস তৌরবা মতুংদা অহানবদা মতম খরা ওজাগী শিনফমদা লৈদুনা অদুগা মখা তারকপদা ওফিসার অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা দিপার্টমেন্টতা শাসনগী ভার পুদুনা লাকখিবা অইবনি। নিংথেমকোলগী নিংঙোলনা পোকপা, নিংথৌগী থৌজাল ফংলবা ইবুংঙোযাইমা পুন্সিগী শিন্থা কযাদা মরৈ য়ানবা অমদি মায়পাকপতনা লৈতেংলকখি। লৈবাক-শাসনগী চিল্লবা থৌগাই কযা লৈদুনসু মহাক্না পামজকরবা সাহিত্য-সেবাগী থৌদাং অসিমদি থোইদোক্লা কাইহৌকরবা

লৈতনা অদুম্মক চৎথবর্কখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি (১৯৭৯) ফাওবা ওইরম্বা মীশক অসিগী সাহিত্যিক জীবন খঙনীংবা অমদি মহাক্কী রচনাশিংগী মরমদা নৈননীংবা মশানা তাবনি। মরুদা যেংলবদি ইবুংঙোযাইমা ড্রামাবু পামজবা ড্রামাটিষ্ট অমনি। মহাক্কা ইরম্বা ড্রামাগী লাইবিকশিংদি— *নলদময়ন্তী*, *বব্রুবাহন* অমদি *ভক্তবাজ* অহুম অসিনি। ড্রামা ইরদা নত্তনা মশামকসু কলাকারনি, ডাইরেক্টরনি। এরিয়ান থিয়েটরগী ফাওন্দর মেম্বর অমা ওইনা তৌরকখিবা ইবুংঙোযাইমা মণিপুরী ড্রামাগী ইতিহাসতা মশাগী মফম কনবা ঙমজবরা মীশক অমনি।

হাওরম ইবুংঙোযাইমবু ঐখোযনা ড্রামা ইবা অমদি ড্রামা কুম্বা মীশক অমা ওইনদা উদে। মহাক অফবা অনুবাদক অমনি হায়বসিসু মণিপুরী সাহিত্য প্রেমী খূদিংমক্তা খঙই। মণিপুরী সাহিত্যদা বাংলা সাহিত্যগী অকনবা প্রভাব চংলক্লবা মতম অসিদা মহাকসু মথৌদাং অমা ওইনা অনুবাদকী খূৎলায পাযখৎতুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবা হৌরকখি। সাহিত্য অমত্তা অনুবাদ যাওদনা মপুং ফাদে হায়বসি মহাক্না খাজখি। কলকতাদা মতম কুইনা মহৈ তমদুনা লৈরকপা অমদি ইংরাজী বিষয় লৌদুনা বি এ পাস তৌরকপনা মরম ওইদুনা ইংরাজি অমদি বাংলা লোল অনীমকপু তুনা মমৃৎ তানা খঙলকখিবা ইবুংঙোযাইমনি। বাংলা সাহিত্যগী নবজাগরণবু হকথংননা উবকপা অমদি খঙলকপা ইবুংঙোযাইমনা বঙ্কিমচন্দ্র, শরৎচন্দ্র, রমেশচন্দ্রনচিংবা বাংলা উপন্যাসকারশিংবু লখনা শকহঙবা ঙম্মখি অমদি মখোয়গী রচনাশিংবু মণিপুরী অপাম্বাশিংদা শক তাক্লেংখি। মসিগী মলনা মহাক্কী অনুবাদকী লাইবিক অহুম থোরক্কখি। লাইবিকশিং অসিনা তোক্রি - ইবুংঙোযাইমা নাটকতা নত্তনা উপন্যাসসু পামজবা মীশক অমনি।

আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা তাংককতা ইবুংঙোযাইমনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা ঙমজবা খূদোল খরদি তৌরম্লে হায়বসি চেনবা যাদ্রবা ওয়ামনি। তৌজক মখা তানা নৈনগদৌরবদি ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী মমল লেপ্পা অসিনি। কবিতম্বা অনুবাদকী লাইবিক অমা নৈনবা মতমদা লাইবিক অদু পাল্লি নংএগা চুম্মী হায়না নৈনরসি কয়া চংনদে। মদুগী মহুত্তা লাইবিক অদু ফজে

নংত্রগা ফজদে, অনুবাদকী থাক যৌই নংত্রগা যৌদে হায়বা অসোমদা মিৎযেং থম্লে। ইবুংঙোযাইমগা থংমু নাউমু হৌমিন্নবকপা, মঙোন্দগীদি চষ্টী হনবা ৱাহেংবম বীবমণিনসু শবৎচন্দ্রগী পবিনীতা অমদি বিপ্রদাস মণিপুবীদা হন্দোক্কুনা ফোঙলম্মী। হাযবিবা উপন্যাস অনীমক্কী মণিপুবী অনুবাদ এল বঘুমনি শর্ম্মানসু পুথোকপিবন্লে। মাঙদা লৈবিবা অনুবাদকী লাইবিক খবা অসি চাউবাক্লা চাংদম্নদুনা যেংবদা ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদ অসি অতৈদগী নোপ্লা থোক্লে হাযবসিম্মদি চাউথোক্লা হাযজগে। অনুবাদ হাযবসি অব্ব্বা আর্ট অমনি। মহৈ যানবা অনুবাদক অমা ওইগে হাযববদি সোর্স লেংগ্বেজ অমদি টার্গেট লেংগ্বেজ অনীমক্তা মহাক্কী চপ মান্নবা অধিকাব লৈগদবনি। সোর্স লেংগ্বেজদি নীংথিজনা খঙবা অদুগা টার্গেট লেংগ্বেজ অদুদি কয্য খঙফাত্তবা অইবা অমনা অনুবাদ তৌবা মতমদা অনুবাদকী লোল অদু পাবদা নংত্রগা তাবদা নাকোংগা ইচ্চ চুশিন্নৌ হাযবা যাবোই। মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা হিন্দীদগী মণিপুবীদা হন্দোকপা লাইবিক কযামকম লৈবে। হিন্দীদি খঙবা (হিন্দীদা মাষ্টব তৌববা) অদুগা মণিপুবী সাহিত্যদদি থোইদোক্লা খৃৎ থাদ্রিবা হাযবদি ৱাবেং-শৈবেং ইদ্রিবা নংত্রগসু মণিপুবী সাহিত্য তম্বিবগী লমদা চঙশিন্দ্রিবা মীওই অমনা হন্দোকপগা, মশা হিন্দীদা অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংলবা লোযননা মণিপুবী লোল অমদি সাহিত্যগী জ্ঞান নীংথিনা লৈববা মীশক অদুনা হন্দোকপগা খবমখৈদি থেন্নগনি। অহানবা মখলগী অইবশিং অসিগী অনুবাদকী লাইবিক্তা 'মৈতৈলোন তাদবা' হাযবা দোষ অদুমা শোযদনা থেংনবিগনি। মণিপুবী লোলগী চৎনবী অমদি শীজিন্নফম খঙদবা হিন্দীদি যাম্লা হৈবা (মৈতৈমচা ওইববসু ওইদ্রবসু) অনুবাদক অমনা 'নৌ দো গ্যাবহ হোনা' হাযবা হিন্দী কহাৱট অসি মৈতৈলোনদা হনবা মতমদা 'মাপলগা অনীগা তবামাথোই তাই' হাযনা হল্লকপদা অনুবাদ অদু সর্ব্বনাশ শাগদৌবিবনি। অখঙবনবুদি 'যেংন যেংনা চেনখিবা' হাযনা অদুম্মক হনগনি। ইংবাজী যাম্লা হৈবা মীশক অমনা 'হ্বাইল ইন বোম দু এজ দ বোমান্স দু' হাযবা পাউবৌ অসি মৈতৈলোন্দা 'বোমদা লৈবিঙৈদা বোমানশিংনা তৌবগুম তৌ' হাযনা হনবদা অনুবাদতু লাল্লি হাযনা লৌবদি যাদে অদুবু অশেংবা অমদি ফজবা অনুবাদতি নত্তে। 'লৈবক অমা শৈশক অমা' হাযনা হল্লগদি লমদম অসিগী কলচবগা চুশিন্ননা থোকই। মসিনা তাকপদি অনুবাদক অমনা লোল

অনীমক চপ মান্নমা মমৃৎ তানা খঙবা তাই হাযবা অসিনি।

মথক্তসু পপ্পখ্রে, হাওবম ইবুংঙোয়াইমা বাংলা লোল নীংথিজনা খঙবা মীনি। ছাত্রগী পুঙ্গিদা শবৎচন্দ্র অমদি বঙ্কিমচন্দ্রদা নত্তনা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব, দ্বিজেন্দ্রলাল বাযনচিংবা বাংলাগী অফাওবা সাহিত্যকাবশিংগী বচনা মমৃৎ তানা পাবকপা মীশক্তি। লোযননা মণিপুবী লোল অমদি সাহিত্যবুসু নুংশিবা, মসিগী সেবা তৌজনীংবা অচঙবা সাহিত্য কর্মী অমনি। মবম অসিনা মহাক্না ইথোবকপা নাটক অমদি হন্দোবকপা উপন্যাসশিংদা মণিপুবী লোলগী অশেংবা মশক অদু উবা ফংই। মহাক্কী অনুবাদতা বাংলা অমদি মণিপুবী লোল অনীগী চুশিন্নবা বাহন্থোক অর্মদি বাফোঙদোক মবাঙ কাযনা যাওই। হৌজিক ঐখোয়না মখা তানা নৈনবা যাবিবসি ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী লাইবিকশিং অসি যেংলগা মসিদা শীজিন্নবিবা মৈতৈলোলগী মশক-মওং, লোন্দা-পুদা, খোন্থোক-খোনহায, অর্মদি লোল অসিগী মফোঙদোক (বে ওফ এক্সপ্রেসন) অমদি মশীজিন্না (যুজেস) তশেংনমক মৈতৈলোন তাবব্রা অমদি অপাবশিংগী নাকোংদা অপনবা অমত্তা য়াওদনা চঙবা ঙম্লব্রা হাযবা অসিনি।

অহানবদা মপৃং ওইনা *পবিনীতা* দা মিংয়েং অমত্তং থমসি। মিংথোল অসি বঘুমনি শর্মানদি 'লুহোংলবী' হাযনা হল্লি। ইবুংঙোয়াইমনা 'পবিনীতা' হাযনা অদুম্মক থম্লগা মখাদা ব্রেকেট মনুংদা 'লুহোংলবী নুপী' হাযনা হল্লি। অনী অসি কবম্বনা হেন্না চুশিন্নবগে নৎত্রগা ফজবগে'? খন্নবা যাবা ব্রাফমনি। 'পবিনীতা' হাযবসি প্রোপব নাউন নত্তে, হাযবদি মিং নত্তে। চৎনবীদবুদি মসিগী অর্থ মৈতৈলোনদা 'লুহোংলবী' নৎত্রগা 'মযুমপাল্লবী' হাযনা থম্বা অসি যাই, কবিসু কাযদে অদুবু অর্থ হন্দোক্তনা 'পবিনীতা' হায়না অদুম্মক থম্বনা শবৎচন্দ্রগী মমিং চৎলবা উপন্যাস অদুবুদি খৃদক্তা হেক্তা নীংশিংহল্লি। বেদব্যাসকী *মহাভাবত* পু 'অচৌবা ভাবত', বাল্মীকিগী *বামাযণ* বু 'বামগী ব্রাবী', কালিদাসকী *বঘুবংশ* বু 'বঘুশাগৈ', প্রেমচন্দগী *গোদান* বু 'শনগী দান' হায়না হনবসি যাদে হায়বর্মক্ত হাযজনীংদে অদুগা মসি তৌদি তৌহন্নীংদে। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মহাক্কী বাংলা *গীতাঞ্জলি* বু ইংবাজীদা 'গীতাঞ্জলি' হায়না অদুম্মক থমখি। মসিনা মূলগ্রন্থ অদুগী মগুণসু হেঙ্গৎহল্লি। মিৎয়েং অসিদা,

হাওবম ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদতা থল্লিবা লাইবিক্কী মিংথোল অসি অচুম্বা অমদি হেন্না ফজবা মিংথোলনি হায়নীংঙি। শবৎচন্দ্রগী *বড়দিদি* বু 'ইচেহল', *মেজদিদি* বু 'ইচেয়াইমা' হায়না হনবগী মহুত্তা মিংথোলদা অদুম্মক থম্লগা মখাদা ব্রেকেট মনুংদা 'ইচেহল', 'ইচেযাইমা' হায়না থম্বদুনা হেন্না লাইবিক্কী মশক-মমিং শেংনা উগনি।

বাংলা *পরিনীতা* দগী ব্রাহৈপবেং অম-অনীদং লৌখৎলগা মৈতৈলোন্দা কবম হায়না হন্নবগে হাযবদু যেংসি অদুগা ইবুংঙোয়াইমগী অনুবাদ কলাগী মমল লেপসি। উপন্যাস অসিগী অহানবা পন্দুপকী অনীশুবা পেবেগ্রাফকী অহৌবদা ইবি—'গুরুচবন ষাট টাকা বেত্তনেব ব্যাঙ্কেব কেবানী।' ইচম চম্বা লোলনি। 'গুরুচবন তলব লুপা হুমফু চাবা বেঙ্ককী কেবানী অমনি' হাযবনি। মসিবু কনাগুম্বা অনুবাদক অমনা অসুম্না হল্লম্বা থেংনৈ—'গুরুচবন লুপা হুমফুগী তলব চাদুনা বেঙ্ককী কেবানী ওইবি।' ফজবা ব্রাংলি হায়না খল্লি। ইবুংঙোযাইমনবুদি 'গুরুচবন অসি থাদা লুপা চনীদা ফংবা বেঙ্ককী কেবানী অমনি' হাযনা অনুবাদ তৌই। মফম অসিদা হুমফু হাযগদবদা চনী হায়না ইবিবসি ছাপা তৌবদা শোযবা ওইবমগদ্রা হাযনা খল্লি। ষাটকী অর্থ মহাক খঙদবা হৌনদে। মতাং অসিদা হাযনীংলিবদি ইবুংঙোযাইমনা যাম্না শিংনা অমদি জ্ঞান তানা 'থাদা' হাযবা ব্রাহৈ অমা হাপচিল্লম্মী। ওবিজিনেলদদি যাওবা নত্তে। অনুবাদতা অসুম্না যাওবমদবা যাওহনবা যাওবম্বা যাওহন্দবা অসি থোইদোক্লা দোষ লৈতে। শবৎচন্দ্রনা কাউদুনা 'মাসে' হাযবা ব্রাহৈ অদু হাপ্লমদ্রগসু নৎত্রগা হাযপত্রবসু যাই হাযনা হুন্দোক্লম্লগসু ঐখোযগী চৎনবীদদি 'থাদা' নৎত্রগা 'চহীদা' হাযনৈ। মসিগী অব্রাৎপসি মণিপুবী অপাবশিংগী পুক্নীংদা ফাওখিদনবা হাযদুনা অনুবাদ মশানা খঙনা অব্রাৎপদু মেনশিনবা ওইগনি। ব্রাহৈপবেং অসিদা 'বেত্তনেব' হাযবা ব্রহৈ অমা যাওবি। 'তলব' হাযবনি। মসি ইবুংঙোযাইমনা মহাক্কী অনুবাদতা যাওহন্দ্রে। মসিসু কাযদে। যাওদ্রগসু 'ফংবা' হাযবসিনা তলব চাবনি হায়না অদুম্মক খঙহল্লি। অনুবাদতা য়াবিবমখৈ 'ব্রার্দ ইকনোমি' লৈহনগদবনি। শম্না হায়ববদা, মৈতৈলোন তাহনবা তাবনি, মণিপুবগী চৎনবী যেংবা তাবনি। অতোপ্পা অনুবাদক অদুনা 'লুপা হুমফুগী তলব চাদুনা' হায়না

শীজিন্নবম্লিবা ব্রাহৈশিং অসি তাবদা কযা নুংঙাইতে। ঐখোযগী লমদম অসিদা নৎত্রগা ঐখোযগী লোলদা অসুম্না খক হাযনদে। 'চাউবা থাদা লুপা ২০০ গী তলব চাদুনা স্কুলগী ওজা ওইবি' হাযবগী মহুত্তা 'চাউবা থাদা লুপা চনী চাবা স্কুলগী ওজা ওইবি' হায়বসিনা হেন্না মৈতৈলোন তাই। মযাম্না ঙাঙনবিবসু মসিমক্লি। মখা তাবা ব্রাহৈপবেংগী অনুবাদসু ফজে, মশক থোকই। 'সুতরাং দেহটিও, যেমন ঠিকা পাড়ীর ঘোড়ার মত শূষ্কশীর্ন'। ব্রাহৈপবেং অসিগী অনুবাদ ইবুংঙোযাইমনা অসুম্না তৌই—'মশাসু গাড়ীচিংবা শগোলদৌনা তিঙ্গং যাঙ্গংই।' 'শূষ্কশীর্ন' গী অর্থ 'তিঙ্গং যাঙ্গংবা' হাযনা হন্দোক্লিবসি মৈতৈলোলবু মশক মুন্না খঙলে হাযবা তাকপনি। মসি ইবুংঙোযাইমগী হৈশিংবগী খূদমনি। অতোপ্পা অনুবাদক অমনা মসিবু চুম্নগী 'মযাংকংবা' হাযনা হন্দোকই। 'তিঙ্গং যাঙ্গংই' হাযবগা মযাং কংই' হাযবগা অনীসিগী মনুংদা অহানবগীসিনা লূম্বা হেল্লি। তাবদা কবম্বনা নুংঙাইবগে যেংসি। ইবুংঙোযাইমগীনা—'গুরুচবন অসি থাদা লুপা চনী (হুমফু) দা ফংবা বেঙ্করকী কেবানি অমনি। মশাসু গাড়ীচিংবা শগোলদৌনা তিঙ্গং যাঙ্গংই।' অতোপ্পা অনুবাদক অদুনা হল্লম্মিবনা 'গুরুচবন লুপা হুমফুগী তলব চাদুনা বেঙ্করকী কেবানী ওইবি। মবম অদুনা মহাক্কী হকচাংদু গাড়ী চিংবা শগোলগী মতৌগুম মযাঙ কংই।' অকোনবগীসি যাংনা থোকই হাযনা খল্লি। চাংদম্নবা অসিদগী হাওবম ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদ তৌবগী হৈশিংবা অদু খঙবা ঙম্মী। মশামক মগুণ লৈবা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইবনা উপন্যাসকী মনুংদা যাওবিবা পাত্র অনীগী ব্রাবী শাবকপা মতাংদা শীজিন্নবিবা লোন্দা পুদা অমদি ব্রাঙাঙ-শাঙাও অদু ড্রামাগী ডাইলোগকুম নীংথিজহল্লি। খূদম অমত্তং লৌদুনা যেংসি। *পরিনীতা* গী অহানবা পন্দুপতা গুরুচবনগা শেখরগা ব্রাবী শানবগী মতাং অমত্তং লৌখৎচগে। গুরুচবননা শেখবদা—'ফম্মো লাউ ইবুংঙো। ঙসি অযুক্কী নখোযগী নন্দোনগী পাউদু তাববিনিনা?'

শেখবনা (মোমোন নোক্লুনা) "পাউ হাযববু নুপী অমা পোক্লে হাযবদু নৎত্রনে খুবাইবুংঙো।" গুরুচবননা (নুংশাম্বব মপী হোন্দুনা) "হোযনে অদুনিনে লুবিবা।"

শেখবনা—"অদুম হাযবিগনুদা খুবাইবুংঙো। ইন্দোননা তাবগদি য়াম্না

নুংঙাইবোইদা৷ কবিনোনে ঈশ্বরনা পীবা পোত্তি হৰাউনা লৌবা তাইনা।"

মথক্কী খূদম অসিদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ-ৱাতা, খোঙ্হোক্কী অক্নম-অযাং, না-পু তাবা, ৱাহৈগী পল্লেপফম যাম্নমক নেচবেল ওই। মী অনী ৱাবী শাবগী অশেংবা কলব অদু উৎথোকই। ড্রামাবু পামজবা অনুবাদক অসিনা মহাক্কী ড্রামাটিক ষ্টাইলনা উপন্যাসতসু ডাইলোগকী মহাও অদু হাপ্পা ঙম্মী। মসি মহাক্কী মশাদা ক্রিয়েটিভিটি অমা শাগোন্নবকপননি। শীজিন্নবিবা লোন্দা-পুদাদা লৈবাকমচা তাবগী মমি উবা ফংই লোয়ননা পাত্রগা চানবা লোল হায়বদুসু থোকই। 'ঐখোযগী নন্দোনগী পাউ' হায়বা এক্সপ্রেসন অসিমক যাম্না কোলোক্কেল ওইবা অমদি কম্মন ওইনা শীজিন্নবিবা লোননি। ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী ফজবা অসি মখাগী খূদম অসিগা চাংদম্নববা মতুংদা অমুক্কা হেন্না মযেক শেংলক্কনি। অতোপ্পা অনুবাদক অমগী লোননি।

গুরুচবননা হায়বকই, "ফম্মু, ঙসি অযুক নঙগী নন্দোলনা থৌদৌ অমা তৌবে হায়বা তাববিনি।'

শেখবনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়বকই, "কবি থৌদোক অমুক তৌববগে, নুপী পোকই মদুবা?"

শেখবনা হায়বকই, "অদুম্না হায়বিগনু কাকা, ইন্দোলনা য়াম্না নুংঙাইখিবোই। মদুদা নত্তনা ঈশ্বরনা থাবিবক্লিবা মহাক অদুবু হবাও-তযাম্না লৌশিনবনা চুম্মী।"

মথক্কী ডাইলোগ অসিদা ঐখোযনা উবিবসি শীজিন্নবিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি খোঙ্হোক-খোলহায় নাকোংগা চূশিন্নৌ যাদবা অসিনি। 'নন্দোলনা থৌদৌ অমা তৌবে' হায়বসি কবিনো? নুংগী অর্থবুদি গুরুচবনগী নুপীনা মঙাশুবী কন্যা অমা পোক্লে হায়বগী ৱাদুনি। ইবুংঙোযাইমনা মসিবু শমজিন্না অমদি লায়না 'নন্দোনগী পাউদু' হায়না ফোঙদোক্লিবা অসিনা মৈতৈলোন তাবসু হেল্লে, ৱাহৈ শমজিনবসু হেল্লে। মসি অনুবাদ হৈবগী খূদমনি লোয়ননা মৈতৈলোনগী মশক মওং অমদি শীজিন্নফম খঙলে হায়বা তাকপনি। 'কবি থৌদোক অমুক তৌববগে' হায়বসিসু কয়াদা ফজখিদ্রবা।

মথক্কী ডাইলোগ মতেক অসি বাংলাদা কবি ওইনা লৈবগে হায়বদু

অমুক্তং থমজগে—মসি পাবিবগা ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী মশক অসি খবগা হেন্না কুপশিন্না খঙবা ঙমগনি। অহানবগী ৱাহৈপবেংনি—গুরুচরন বলিলেন, বসো, আজ সকালে তোমার খুড়ীমার কান্ডতা শূনেচ বধ হায়।' গুরুচরন বলিলেন- গুরুচরননা হায়বম্মী, বসো-ফম্মু, আজ সকালে-ঙসি অয়ূক, তোমার খুড়ীমার-নঙগী নন্দোনগী, কান্ডতা-থৌদোক, শূনেচ বধ হায-তাবে হায়না খল্লি। মসিগী অর্থ ইবুংঙোযাইমনা হল্লিবা—'ফম্মো লাউ ইবুংঙো। ঙসি অয়ুক্কী ঐখোযগী নন্দোনগী পাউদু তাবরিনিনা?' হায়বসি কযাদা নেচবেল ওইখ্রবনো' মূল বাংলাদা ইবুংঙো হায়বা বাহৈ অসি যাওদে অদুবু অনুবাদকনা মসি হাপচিল্লগা হেন্না খজবা বাঙাঙ অমা ওইহল্লি। মসি মাগী হৈশিংবগী খুদমনি। ৱাহৈ অসি হাপচিল্লকপনা মৈতৈলোনগী লাইবক্তা চন্দোল মচেৎ অমা নমশিনবিবগা চপ মান্নখ্রে। সিনি ক্রিযেটিভিটি হায়বিবসি। অনুবাদ হায়বসি কলা অমনি। কলা হায়বদু কবিনো' মেন মেদ ব্যুটি। মীনা শেন্বা ফজবা হায়বদি খুৎশেমগী ফজবা। সোর্স লেংগ্বেজদা লৈবা ৱাহৈশিং অদু টার্গেট লেংগ্বেজদা তোববিং অদম হল্লবদি ফোটোকোপি তাবেদনা। খুৎশেম যাওদ্রে, আর্ট যাওদ্রে, ইমিটেশন যাওদ্রে। 'আর্ট ইজ ইম্যিটেশন' হায়নবিবনি। অদুদি ফজবদু (সৌন্দর্যম) কদাযদগী থোক্লক্কনি। ফজবদু যাওদ্রগদি কবম্মা অপাবশিংগী পুক্নীংবু শুমহৎপা ঙমগনি। ইবুংঙোযাইমগী ফজবা কলাগী খুৎশেম বাহৈপবেং অমদমুক যেংসি। মথক্তা পীখ্রিবা ডাইলোগ অদুগী মখা চংথবকপদা শরৎচন্দ্রনা—'গুরুচরন একটা নিশ্বাস ফেলিয়া বলিলেন, তুমি ত বললে তাই, কিন্তু তাই যে কি, সে শুধু আমিই জানিসে।' ইবুংঙোযাইমগী কলম্না শোকপদা বাহৈপবেং অসিগী অনৌবা মশক-মচু থোবকই, মতু মমান খীংলকই। ড্রামাবু পামজবা অইবা অসিনা খবা থৈদোক্লনা ডাইলোগকী মওংদা অসুম্না থম্মী- গুরুচন (নুংশাম্বর মপী হোন দুনা) "হোযনে, অদুনিনে লুবিবা।" শব্দানুবাদ তৌবগদি ৱাহৈপবেং অসি মৈতৈলোন্দা অসুম্না থমগদবনি 'গুরুচননা নুংশামপী হোন্দোক্লগা হায়বকই, নঙনবুদি মদুম্না হায়গনি অদুবু মদু কবিনো হায়বদুদি ঐতনা খঙই।' মূল বাংলাদা লৈবিবা অর্থ অসি চপচানা মৈতৈলোনদা হনবদা ভাব তাবোইদবগী অকিবা অমা ইবুংঙোযাইমদা ফাওই। অদুনা শমজীল্লগা মথক্কী শেখবনা হায়খিবা—'নুপী

পোক্কে হায়বদুগীবা' হাযবা ৱাঙাঙ অদুগী কন্টেক্সকা চাননা 'হোযনে অদুনিনে লুবিবা' হাযনা থক্লিবসি ওস্থোক্লা ফজখ্রে। অনুবাদকী লাইবিক অমা পাবদা জব জব পাথবা যাদ্রবা, মনীংগা মমাঙগা শম্নদ্রবা, কবি হায়বিবনো হায়বগী চমম্নবা লৈববা অদু ওইববদি লাইবিক অদুগী মগুণ মাঙণ্ডি। ফজ ফজবা খূদম কযা পুথোক্তুনা নৈনবা কান্নগনি খল্লি। তশেংনা হাযববদা ইবুংঙোযাইমগী *পবিনীতা* গী অনুবাদ অসি য়াম্না চঙখোন্না হন্দোক্লবা লাইবিক অমনি হাযনীংই। লাইবিক অসিনা অনুবাদক অমা ওইনা মহাক্কী মতিক মগুণ তাক্কুনা লৈববনি।

*পবিনীতা* গী মতৌগুম শবৎচন্দ্রগী অতোপ্পা উপন্যাস *বিপ্রদাস* সু মহে যাম্লবা অনুবাদকী লাইবিক অমনি। মসিদসু অনুবাদক অসিগী অনুবাদ কলাগী হৈ-শিংবা অদুম্মক উবা ফংই। বিপ্রদাস কী অহৌবা চেপ্টবদগী খূদম মচা অমা লৌখৎতুনা যেংসি। লাইবিক্কী অহৌবমক্তদা অসুম্না ইবি—"বলবাম খুলগী লম্পাক্তা লৌমীশিংগী সভা অমা ফমখি। নোংমাইজিংগী ছুটি ওইদুনা মনাক্তা লৈবা বেলওযে লাইনগী কুলিশিং অদুসু যাওশিন্দুনা সভা অদু মপুং ফাহনখি। অদুগা কলিকতাদগী মমিং চৎলবা বক্তা খবসু লাক্কুনা হৌজিক কালগী অচৌ অপিশক খাযবা অমসুং অমগা অমগা হন্না যেংনদবগী মওং অসি থীনা ঙাংদুনা ফজববা ভাষন কযামুক পীখি। থাঙ্গৎলকপা ৱাফম অযাম্বা লৌখৎলগা মীযাম অদু বন্দে মাতবম লাউদুনা খুল অদুগী অকোযবা থুংনা চৎলগা মীতিন অদু লোইশিনখি।" পাবদা ফ্লো লৈ, আইদিযা লৌশিনবদা লুনা থোক্তে, মৈতৈলোনগী যুসেজ ঙাক্লা চৎলি। মসিগা অতোপ্পা অনুবাদক অমগী লোলগা চাংদম্নদুনা যেংসি। 'বামপুব খুঙ্গংগী তাইবেন মখোঙদা লৌমী-শিন্মীশিংগী মীফম ফমখ্রে। অনকপদা লৈবা বেলৱে লাইনগী কুলি কাঙবু নোংমাইজিংগী ছুটিগী অহাংবদা যাওবদুনা সভাদু মপুংফাবা হেনগৎহল্লে অমসুং কোলিকতাগী মমিংলৈবা বক্তা কযামকম লাক্কুনা হৌজিক কালগী মান্নদবা মিৎযেং অমদি অচান-মীবায *নাইবগী মায়োক্তা কা হেন্না যানীংদবা ফোঙদোক্কুনা মৈ হৌববা* ভাষন পীবৈ। প্রস্তাব মশীং নাইদনা লৌখৎখি অমসুং মদুগী তুংদা শোভাযাত্রাদা বন্দেমাতবমগী খোঞ্জেলগা লোযননা খুঙ্গং কোয়কুবগা নুমিৎ অদুগী ওইনা সম্মেলনগী থবক লোইশিনখি।' মথক্কী খূদম অনী অসি চাংদম্নদুনা যেংবদা

অহানবগীসিনা মৈতৈলোনগী ব্রার্দ কন্সট্রক্সন অমদি সেন্টেন্স পেট্রনগী মিৎযেংদা হেন্না মওংতাবা উই। লোযননা শম্না অমদি লাযনা ফোঙদোকই। নোংমাইজিংগী ছুটিগী অহাংবদা' হাযবসি মৈতৈলোন তাদে। 'ববিবাবেব ছুটিব অবকাশে' হাযনা মূলদা লৈবমগনি খল্লি। মসি শব্দানুবাদনি, ব্রার্দ ফোব ব্রার্দ ট্রান্সলেশন নি। ইচম চম্না, 'নোংমাইজিংগী ছুটি ওইদুনা' হাযনা ইবুংঙোয়াইমনা হন্দোক্লিবা অসিনা হেন্না চূশিন্নৈ। মিটিং অদুদা প্রস্তাব কযা লৌখৎলবা মতুংদা বন্দে মাতবমগী খোল্লাউগা লোযননা শোভাযাত্রা অমা চৎলুববা মতুংদা মিটিং লোইশিনখিবগী ভাব অসি উৎনবা হোৎনবদা অনুবাদক অনীনা শীজিন্নবিবা লোন্দা পুদাদা চাউনা খেন্নবা অদুম্মক উবা ফংই। 'প্রস্তাব মশীং নাইদনা লৌখৎলি' হাযবসি ফজবা রাফোঙদোক নত্তে। মসিগী মহুত্তা ইবুংঙোযাইমনা, 'থাঙ্গৎলকপা ব্রাফম অযাম্বা লৌখৎলগা' হাযনা হল্লি। মখা তানা 'শোভাযাত্রাদা বন্দে মাতবমগী খোঙ্গেলগা লোযননা খুঙ্গং কোযরুবগা নুমিৎ অদুগী ওইনা সম্মেলনগী থবক লোইশিনখি' হাযবসিগী মহুত্তা 'বন্দেমাতবম লাউদুনা খুল অদুগী অকোযবা থুংনা চৎলগা মীতিন অদু লোইশিনখি' হাযনা হন্দোকই। ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদ অসিনা হেন্না শম্না অমদি মচা তানা আইদিযা অদু ফোঙদোকপা ঙম্মী। লোযননা অনুবাদ মালহন্দে। অতোপ্পা অনুবাদকনা শীজিন্নবিবা 'বন্দেমাতবমগী খোঙ্গেলগা লোযননা হাযবদগীদি ইবুংঙোয়াইমগী 'বন্দেমাতবম লাউদুনা' হাযবসিনা তাবদা নুংঙাইনা থোকই। 'সম্মেলন'গী অর্থ মীতিন হাযনা শীজিন্নবনসু ঐখোযগী সোসিযেল কন্টেক্সতা হেন্না চূশিন্ননা থোকই। অনুবাদ তৌবা মতমদা সোর্স লেংগ্বেজগী ব্রাহৈ খূদিংমক চপচানা টাগেট লেংগ্বেজদা হন্দবা যাদে হাযবা লৈতে। খূদম ওইনা মমানা মচাদা, 'মাই দিযাব দস্তুব' হাযবসিগী মণিপুবী অনুবাদতা 'ঐগী চান্নববী ইচানুপী' হায়না থম্বগী মহুৎতা 'ইমাগী লাংলেন' নৎত্রগা 'ইমাগী ইবেম্মা নুংশিবী' হায়না হনবনা হেন্না সাহিত্যিক ওইনা থোকই। ইংবাজীগী 'হি লিভ্স ওন ফিশ'কী অর্থবু 'মহাক ঙা চাদুনা হিংঙি' হাযদদুনা 'মহাক ঙা মথক্তা হিংঙি' হাযনা হল্লুবর্বদি অঙাওবা তাবোইদ্রা? 'গুদ নাইট' পু 'অফবা অহিং' হাযনা হল্লবদি কবি ওইবা তই?

অনুবাদকী লাইবিক অমা হেক পাবদা লোলগী মতাংদা নোক্লীং নোক্লীংবা মতাং কয়া থেংনদবা নত্তে। লাইবক ফবনা ইবুংঙোযাইমগীদদি থেংনদে। প্রেমচন্দগী মমিং চংলবা হিন্দী ৱাবীমচা 'কফন' (কাযখুমফি/কুকুপফি) গী অনুবাদতা অনুবাদক অমনা ইবি—'খাংপোকশঙদা পাল্লিবা থোঙদুগী মপাদা ফল্লিবা মপা মচা অনীনা মুৎলি মুৎলি তৌববা মৈফু অমগী মনাক্তা তুমিন তুমিন ফল্লি।' মসিগী মহুত্তা অসুম্না হল্লবদি কমদৌই? 'খাঙপোকশঙগী থোঙ মপাদা মপা মচা মুৎশি মুৎশিববা মৈফু অমগী মনাক্তা ফল্লি।' 'ফল্লিবা ফল্লি' হাযবসিসু ফজবিৱা? মুৎলি মুৎলিগা মুৎশি মুৎশিগগী অর্থসু খেন্নফম থোকই। অতোপ্পা ৱাহৈপবেং অমগা যেংবিয়ু। 'মতমসু নিংথমথাগী নুমিৎনি।' কবি কবন্না মফোঙদোক্লো? ইশম শম্না 'নিংথমথাগী মতমনি' নৎত্রগা 'মতমদু নিংথমথানি' হাযবগা লোইবে। 'মখোয শউন তূবা শাগৈগী মীনি। (ৱে চমাব হৈঁ।) 'মখোয মুচিনি' নৎত্রগা 'মখোয খোঙউপ শেম্বা মীনি' হাযবগা লোইবে। শউন তূবা শাগৈগী মী খুদিংমক মুচি নৎত্রগা খোঙউপ শূবা মী ওইগনি হাযবসু লৈতে। 'ঘীসুনা নোংমা থবক শূরুববদি নুমিৎ হুমনি পোৎথাই'। মসি অবানবা অনুবাদতি নত্তে অদুবু 'নোংমা শূবগা নুমিৎ হুম্লি পোৎথাবা ঘীসুনি' হাযববদি হেন্না ফজবা অনুবাদ ওইবোইদ্রা? মসিনা হেন্না মৈতৈলোন তাবা হাযবদু থোক্কদ্রা খল্লি। অনুবাদ হাযবসিদি খুৎশেম চঙবনি। সাহিত্যগী অনুবাদতি অনুবাদতা অনুবাদ হাযবদু নত্তে, মসিদি ট্রান্সলিটবেশন নৎত্রগা ট্রান্সক্রিযেশননি, নৌহৌনা শেমদোকপা তাই অদুগা আর্টকী পোৎথোক অমা ওইনা পুথোকপা তাই। ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদতা নৌহৌনা শেমদোকপগী হৈশিংবা অসি উবা ফংই। মহাক মশামক ক্রিযেটিভ বাইটব অমনি। মবম অসিনা মহাক্কী অনুবাদতসু ক্রিযেটিভিটিগী মমি তাবা অদুম্মক উবা ফংগনি।

'মাধবীগী খুজি' হাযনা হন্দোকপা ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী লাইবিক অমসু লৈবি। মসিসু অনুবাদ কলাগী মিৎযেংদা মহৈ যাল্লবা খুৎশেম্মি হাযনীংঙি। অনুবাদকী ফজবসি অনুবাদপু অনুবাদ মালহন্দবদা লৈ হাযবসি অচুম্বনি খল্লি। 'মাধবীগী খুজি'গী অহৌবা শরুক অসি অমুক্তা পাদুনা যেংসি, অনুবাদ মানৱা যেংবিয়ু—''ভাগীবথীগী নোংচুপথংবা তোর্ব্বান্দা তাবিবা বীবনগব কৌবা খুন্দা,

ওলাংথাগী নোংমা নুমিদাংবাইবম নীপামচা অনীগা নুপীমচা অমগা গঙ্গাগী লৈঙোই মথক্তা শান্নবম্মী। সন্ধ্যা ওইশিল্লক্তুনা খুঙ্গং, লৌবুক লম্হাং অমসুং গঙ্গা তুবেল লোইনা মমশিল্লক্নে। তুবেন্দা হি খবা লৈ। নুমিৎচুপ্পা থবক শূরুববা হিহোনবশিংনা চাক-ঈশিং থোংনবা লাক্লবি। হিশিং অদুদগী থোবকপা থাউমৈ মঙালনা তথক তথকপা ঈশিং মথক্তা জগোই শাবি। লৌমীশিংনা লাঙ্গোল লেংবান্দা হাইগত্তুনা মযুম মযুমদা হন্নবি। শনশিংদু মাগী মাগী শঙ্গোন তম্না চেনশিন্নবি (শর্নশিংদু হাযবগী মহুত্তা শনবী শন্নাও কযাসু হাযবগনা হেন্না ফজগদবা)" পাবদা পন্দবনি, খুবৌ চেন্দবনি, মশানা ক্লো অমা অদুম লৈজবনি। খৃদম মচা অমগা য়েংসি। নায়িকা ওইবিবী হেমলতাগী শক্তম যেকপদা (লা ১২৩) অনুবাদকনা শীংথাবি—'হেমলতাগী চহী তবামঙা ওইবনী, মশা পায, নোঙ্গ, বাশী লৈ। মমিৎ অনীদু ফজৈ। পীশুম অনী নুংশি, চীন্বাল পিশক পীকই। খজাই অনীদু তঙাং তঙাংঈ। মাযথোং লাংঙি, ফজৈ।' যাম্না লাযনা অমদি চম্না ফোঙদোকপগী মওংনি। ব্রাহৈ খবতনা ফোঙদোকপনি। যাম্না লৈশি লৈথোনবা ব্রাহৈ শীজিন্নবগী দবকাবসু ওইদে। ইবুংঙোয়াইমা মশাগী ইজ্জৎ লৈনা য়াম্না চম্না লেঞ্জবা মীশক্নি। মঙোন্দা লৌথুপ লৌকোই লৈতে। মহাক্কী অচম্বা অমদি লৌথুপ লৌকোই লৈতবা মতৌ অসিগী মমি মহাক্কী লোন্দা অদুম্মক তাই। মবম অসিনা ইবুংঙোযাইমগী অনুবাদকী লাইবিকশিং অসি পাবদা নুংঙাইনা থোক্লিবনি।

ইবুংঙোযাইমগী লোল শীজিন্নবা হৈবগী খৃদম অমমুক যেংসি। হেমলতাগা মনম্মা শৈবালিনীগা ব্রাবী শানবা মতাং অমদা হেমলতানা—"ইনম্মা, ব্রাবী তাদবা যাম্না কুইবে, ঙসিদি থবক খিত্তং হাংলিঙৈ অসিদা ব্রাবী অমা তাসিনা লীবিগেবা।" শৈবালিনীনা নুংশিনা হায—'লীদবদিকো, কবি ব্রাবী লীযুগে।' ডাইলোগ মতেক অসি 'পুবানগী ব্রা হাযবা ২৯ শুবা পন্দুপ (লামায ১২৮) অদুদগী লৌথোবকপনি। 'লীবিগেবা', 'লীদবদিকো' হাযবা এক্সপ্রেসন অসিনা মচন-মনাংগী লুন-চান্না লৈনজবা মবী অদু ফোঙদোকই, ড্রামাটিক ইফেক্ট অমসু পী। অসিগুম্বা ফজ ফজবা ব্রাহৈ-ব্রাতা, ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ, ব্রাফোঙদোক 'মাধবীগী খুজি'দা মবাং কাযনা উবা ফংই। 'নুংঙৌতনা লৈমায চন্নবা শঙ্গাই মনুং অদুদা সিংহাসন্দা বানী লেঙশিল্লে। নিংথেমনুবীশিংনা মাযকৈ

মবিদা কোযশিন্দুনা চামব থৌগল তৌবি।' (লা· ৭৬) মফম অসিদা বানীগী লোযনবীশিংবু 'নিংথেমনুবী' হায়না শীজিন্নবিবা অসি কযাদা ফজম্রবা! ঐগুম্বা অমনা হনবা থোক্লগদি 'নিংথেমনুবী'গী মহুত্তা 'মনাইনুপীশিংনা' হাযবমগনি। অসিগুম্বা ফজ ফজবা খূদম কয়া লাইবিক অসিগী মশাদা যাওবি। তশেংনমক ইবুংঙোযাইমা মশা নান্না অনুবাদ তৌবা হৈববা অইবা অমনি।

*গুণ লৈবনা দোষ লৈবসু হৌনবনি।* ইবুংঙোযাইমগী ব্রা ঙাক নত্তনা অনুবাদক খূদিংমক্কী লাইবিক্তা অশোয-অঙাম, চিৎথ-নাম্বা খবদি অদুম মযাওগনি। যাম্না লানখিবা নৎত্রগা থীবা হাযবদুনা অমনি। 'মাধবীগী খুজি'গী লামায ১৪৮ দা 'দেবালয' বু 'লাইফম' হাযনা হল্লি। মসি 'লাইশঙ' হাযহন্নীংই। মতাং অমদা নাযক ওইবিবা নবেন্দ্রদত্তগা নাযিকা হেমলতাগা ব্রাবী শানবদা শীজিন্নবিবা ব্রাহৈ অমখক যেংসি। লামায ১৫০ দনি। হেমলতানা নবেন্দ্রদা হায—"ঐখোয অনী কাযনবমদাইদা নুংশিবগী খুদম ওইনা নহাক্না ঐঙোন্দা পোৎ অমখক পীবম্মী। মদু শেৎপ-শিবগী ঐগী অধিকাব লৈতে।" ব্রাহৈপবেং অসিদা 'শেৎপ-শিব' হাযদুনা সামাসিক শব্দ অমা শীজিন্নবিবসি তাবদা নুংঙাইনা থোক্তে। 'শেৎপা' লৌথোক্লগা 'শিবা' দমক থম্বনা ফজবা হেনগনি। খুদোপতু শিবগী ব্রানি। মতম অমদা নবেন্দ্রনা পাখঙ ওইবিঙৈদা মহাক্না নুংশিজবী হেমলতাগী মফমদা মাধবী কৌবী উবিনা কোল্লগা শেম্বা খুদোপ মাধবীগী খুজি অমা নুংশি খুদোল ওইনা পীখিবা অদুগী মবমদনি। হেমলতানা মখা তানা হায—"জীবন লৈবিবমখৈ নঙবু কাউগদৌবা লৈতে।" (লা ১৫০) 'জীবন লৈবিবমখৈ' হাযবসিসু হাযনদে। মসিগী মহুত্তা 'থব্রাযনা লৈবিবমখৈ' নৎত্রগা 'হিংলিবমখৈ' হাযনা হাযহন্নীংই। মতৌ অসুম্না পবিনীতা গী ১০শুবা পন্দুপকী অনীশুবা পেবেগ্রাফতা 'থবাক ফক্কাযবা' হাযবা ফ্রেজ অমা শীজিন্নবম্বা থেংনৈ। ব্রাহৈপবেং অদুদি অসিনি—"নুপীদি থবাক ফক্কাযববসু মচীন্দি ফক্কাযবা ঙম্মোই।" থবাক ফক্কাযবা হাযবগী মহুত্তা থবাক শেগাযবা হাযহন্নীংঙি। মূল বাংলাদা মসি *'বুক ফাটিযা গেলেও মুখ ফুটিতে চাহে না'* হাযনা লৈ। অসিগুম্বা অশোযবা খবদি বিপ্রদাস তসু অদুম্মক উবা ফংগনি। লাইবিক অসিগী লামায ৯৯ দা বিপ্রদাসনা হাযবা অমা যাওবি। মহাক্না হায– "নুপা হাৎপিখিবদগী মী

চান্দোল-লৈতোল ফবেদা, গুংগুবা যাম হৈবেদা।" মফম অসিদা শীজিন্নবিবা 'লুপা' হায়বা ৱাহৈ অসিগী মহুত্তা 'শেল' হায়না শীজিন্নবনা হেন্না চুম্মগনি, 'লুপা হাৎপা' হায়নদে, 'শেল হাৎপা' হায়নৈ। অসিগুম্বা অশোয়বা খবদি লাইবিক অসিদসু য়াওবে। অদুম ওইদুনসু দোষকা গুণগা গুণনা হেনবা মবম্মা ইবুংঙোযাইমনা চন্দোক্লিবা উপন্যাস অহুম্মাক অসি অবাংবা থাক্কী অনুবাদনি হায়নীংই।

অনুবাদক অমা ওইনা চাওবম ইবুংঙোযাইমগী মতিক-মগুণ পুথোক্কে হায়ববদি লাইবিকশিং অসি অমমমতা ওইনা কৃপ্পা নৈনবা চঙই। হিংলিঙৈগী মতমদা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা ফাওখিবা অদুগুম্না ইবুংঙোযাইমদি ফাওবা ঙম্মখিদ্রে। লৈখিদ্রবা মতুংদতা মহাক্কী মতিক-মগুণ শক্তবক্লি। মহাক্না হন্দোক্লম্বা লাইবিক অনী *পবিনীতা* অমদি *বিপ্রদাস* ডিগ্রীগী থাক্তা তম্ম-লাইবিক ওইনা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়না লৌশিনখিবে। মসিমক্তসু মহাক্কী অনুবাদকী থাক ৱাংনা লৈ হায়বা প্রমাণ তৌরবনি। চওবম ইবুংঙোযাইমা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী অতিয়াদা অবংবা থবানমিচাক অমগুম লেংডদনা লৈহৌবগনি।

# মণিপুরী সাহিত্যদা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ

**অনৌবা ৱাখল-মিৎয়েং** অমদি অনৌবা আশা পুদুনা লাকখিবা মতমগী মণিপুরনা মৈত্রবাক অসিদা ইহান হান্না মরু হুনখিবসি ১৯শুবা চহীচাগী লোইবমদাই শরুক্তনি হায়বসি নৌহৌনা পল্লুবগী কান্নবা লৈতবনি। শক ১৮৯১দগী বৃটিশনা মণিপুরগী শাসনগী চুক্তি পায়বা হৌবকপদগী মণিপুরদা সমাজনীতি, অর্থনীতি, শিক্ষানীতি অমদি ধর্মনীতিগী অহোংবা কয়া লাকখি। অহোংবা অসি নোংচুপকী সভ্যতানা পুরকখিবনি। ফিজুয়েলিজমগী অচেৎপা যুম্ফমদা শাগৎখিবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম মহি-ময়াই কল্লবা বৃটিশ শাসনগী শাফুদা মচেৎ-মচেৎ কিন্থবক্তুনা অনৌবা সমাজ অমা তপ্প-তপ্পা শাগৎলকখিবগী ইতিহাস ফাক্তুনা য়েংবদা মিৎলমদা ফন-ফন চোংথোবকই-শিক্ষাগী অনৌবা য়াওন, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অহোংবা মশক, রাজনীতিগী হোংলক্লিবা ৱাখল্লোন। শিক্ষা পথাপ শেমদোকবকই, ইংলিশ স্কুল হাংনবকই, সাহিত্যদা অনৌবা মঙাল লাকই, সংস্কৃতিদা তোৎশিন-য়ানশিন্নদুনা অনৌবা শক্লোন অমা শেম্লকই। সিন্থেটিক কলচরগী ফজবা মশক উরকই। পৃম্নমক অসিগী ফলনা মীওইবগী ৱাখল পাকথোক-চাউথোবকই, মিৎয়েং শানলকই অমদি পুক্সিবু অনৌবা মিৎয়েং অমদা য়েংবা হৌবকই। মসিগা লোয়নননা মৈতৈগী লাইনীং-লাইশোন্দা, ফিজেৎ-চাকচাদা, ৱাঙাং-শঙাংদা, লমচৎ-শাজৎতা মতমগী নুংশিৎনা পুরকপা 'অহোংবা' হায়বদুগী মমি তাবকই। অহোংবা অসিগী অর্থ থিবদা 'চাওখৎপা' হায়বা নত্তনা অতৈ কবিসু ফংখিদে। হান্না লৈবম্বা সোসিয়েল ভেল্যুজ কয়া থুগাইদুনা ভেল্যুজশিং অদুনা অনৌবা অমদি অহোংবা শক্তম লৌবকপা লোয়নননা মখোয়গী অনৌবা মমল লেপ্পকপা-পৃম্নমক অসি বিনাঁশা (নবজাগরন) হায়বদুগী মচবিং ঙাক্তনি। অনৌবা মিৎকপ থোক্লকপগী

মতম ওইদুনসু হায়গী অবিবা সোসিয়েল অমদি হ্যুমেন ভেল্যুজশিং অদুদি মমি-শামি ওইনা অদুম্মক লৈরৌই। পুংমুং মুংখ্রববা হাযবদুদি নংতে।

১৯শুবা চহীচাগী অরোইবা শকক অমদি ২০শুবা চহীচাগী অহৌবা শকক্কী লংদাইদা, মণিপুরী সমাজদা লাকখিবা কলা সংস্কৃতিগী অওনবা কয়া অসি মতমনা পুবকপা অনৌবা যাকাযবোন অমনি হায়না লৌবা যাই। বৃটিশকী লৈঙাকলোনগী মখাদা নোংচুপকী শিক্ষানা মণিপুরগী লৈমাযদা খোঙদাবকপা অসিমক অচৌবা অহোংবা অমনি। তপ্প-তপ্পা মণিপুরগী জগোই-ঈশৈ, লীলা-পালা, সাহিত্য, কলাবিদ্যা, শান্ন খোৎনবনচিংবা লম কযাদা থিংঙমদ্রবা চাওখৎ খোঙথাং অমনা অসুম অসুম মাঙলোমদা চঙশিল্লকখি। ইং ১৮৯১গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৮দা মশাগী চহী ৬৩ ওর্যবিবা চুডাচান্দবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লবা মতুং চহী ১৬ লৈবগা ইং ১৯০৭কী মেগী তাং ১৫দা লৈঙাক-শাসনগী ভাব পুম্না মহারাজ অসিগী মফমদা শিন্নখি। মেজর মেক্সরেলবু মণিপুরগী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট হাপ্পুনা মহারাজগী মিংদা বৃটিশনা হকথেংননা মণিপুরগী শাসন তৌখি। অসিগী ফলনা ঐখোযগী মিৎযেংদা, ব্রাখলদা নোংচুপকী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী মমি তাবা হৌবকখি। স্কুল-কলেজ, অনা-লাযেংশঙ কয়া লিংখৎখি। লম্বী শোরোক শেম্লকখি। ইম্ফাল সহরদা ইলেক্ট্রিক থানবা হৌবকখি। কাংচুপুগী থক্লবা টোতি ঈশিং যৌবকখি। মীওইবগী ব্রাখল পাকথোক-চাউথোবকখি। শক ১৮৮৫দা জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখিবা অসিমক মণিপুরগী মাইলস্তোন অমনি।

মথক্তা খরদং পঞ্জখিবা অহোংবা কয়া অসিগা ঈবোযননা লাকখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী বিনাশগী বাফম সাহিত্য প্রেমীশিংনা ইখঙ্ খঙনববা ঙাক্তনি। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী যুম্নীবেল মবী-চাউবা, কমল, দবেন্দ্র, অঙাংহলগী পবিংদা চহীদা যেংবদা দবেন্দ্রজিৎনা খ্বাযদগী অঙাংনি। মথং-মনাও যেংবদা-(১) অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩), (২) চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), (৩) কমল (১৯০০-১৯৩৪), (৪) দবেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪)অসুম্না লৈগনি। লৈহৌবি মবক্তা অহুম অমগসু। মখোযঅদুদি (১) হিজম ইবাবত (১৮৯৬-১৯৫১), (২) হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬) অমসুং

(৩) অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫)। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা অহুম অসিগীসু মতিক চানা অবদান অদুম্মক লৈ। অদুমকপু মথক্তা পঞ্চখ্রিবা যুম্বীবেল মবি অসিগী মপান্না নবজাগরণগী ঈহৌ অমা শাগৎখিবনি হায়না লৌবদা লানগনি নীংদে। মখোয মবি অসিগা অকোনবগী অহুম অসিগা পূল্লগা তরেৎ অসিনা অনৌবা সাহিত্যগী অতিযাদা থোকখিবা 'সপ্তর্ষিমণ্ডল'নি হায়না লৌববসু কাযদে। হৌজিক ঐখোযনা যেংগদৌবিবদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অসি শেমগৎলকপদা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎকী কযামুক চাউবা অবদান লৈবম্বগে হাযবা অসিনি।

খৃষ্ট কুম ১৯০৭কী ওগষ্ট থাগী তাং ৮দা তাইবঙ খোঙদাবকখিবা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ নিংথেম কোলগা শম্লবকপা নুংঙাই যাইফবা ইমুং অমদগী হৌবকখিবনি। মৈন্য বাবু হাযবগা হেন্না খঙনবা মপাবুং বামলাল সিংহ মতম অদুগী পুলিস ইন্সপেক্টব অমনি। মমা ইবেম্মনা মহাবাজ সুবচন্দ্রগী মজাইবেম্মা খোমদোনম্নানি। অঙাং ওইবিবৈঙদগী অফবা ছাত্র অমা ওইনা হৌবকপা লোযননা বি এ ফাওবা পাস তৌদুনা অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংলকপা অসিনা মবম ওইদুনা অনৌ অনৌবা জ্ঞান তানশিনবদা মাঙজিল থাবা মীশক অমা ওইবকখি। তশেংবসু মহাক বুদ্ধি-লৌশিং চংখোনবা অমদি মতমগী মঙাল নীংথিজনা ফংখিবা অইবা অমনি। বি এদা সংস্কৃত বিষয লৌবকপগী ফলনা সংস্কৃত সাহিত্যবু, মরু ওইনা কালিদাসপু মশক নীংথিজনা খঙবা ঙমখি। অসিগীসু মথক্তা ইংবাজী অমদি বাঙ্গলাগী মপুং ফাবা জ্ঞান লৈখি। ইংবাজী কবি সেক্সপিযব অমদি বাঙ্গলা কবি মাইকেল মধুসুদন দত্তনচিংবা অইবা কযাগী সাহিত্যগী পোৎথোক কুপ্না পাখি অমদি নৈনখি। মমাবোল অমদি মমা লৈবাকপুসু নুংশিবা,হিন্দু সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী তুংনফম ওইবিবা সংস্কৃত লোনবুসু নুংশিবা, অন্তবজাতিগী লোল ওইবিবা ইংবাজীবুসু পামজবা লোযননা মণিপুরী সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যদা অকনবা প্রভাব পীবিবা বাঙ্গলালোনবুসু থাদোকপা ঙমদবা মবম কযা অসিদগী দবেন্দ্রজিৎকী সাহিত্যদা, লোলশিং অসিগা শাগোন্নবিবা সাহিত্য, সংস্কৃতি, অমদি সভ্যতাগী মমি তাবা হৌনশানি। খ্বাইনা খঙনববা ৱাফমনি—'কংসবধ' কাব্যদা মাইকেল মধুসুদন দত্তগী 'মেঘনাদবধ

কাব্য'গী ঈথিল চংঙি। 'মোইবাং থোইবী' ড্রামাদা কালিদাসকী 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্'গী অদুগা 'ভাগ্যচন্দ্র' ড্রামাদা সেক্সপিয়রগী 'মেকবেথ'কী প্রভাব তাই হায়বসিসু ইখঙ খঙনববা রাফমনি। ইংরাজী সোনেটকী মশক-মওংবু খোয়দাজকুবদগী মৈতৈলোন্দা ইবা ইহান হানবা সোনেট-'স্মৃতি' পুথোকখিবগী রাফমসু লৈবি।

দবেন্দ্রজিৎ অহানবদা ওঝাগী শিনফমবু যাম্না পামজবা মীশক অমা ওইবম্মী অদুবু অফা-অপূন্না থোকপা, মশাগী অনীংবা অপাম্বগী মতুংইন্না থবক তৌবা ফংজদবা, অমদি শিক্ষাগা মরী লৈনবা সবকাবগী নীতি-নিয়মদা পেন্দবা মবম খবা অসি লৈবদগী শিনফম অসি থাদোক্কুনা সাহিত্য-সেবাগী লম্বীদা নীংতম্না খোঙ থাংজিল্লকখি। ওঝা-দবেন্দ্রজিৎ সাহিত্যকাব-দবেন্দ্রজিৎ ওইবকখি। ওইবম্না যাই-মতমগী খোল্লাউ (Call of the time) তাদবা ঙম্লক্তবদগী নৎত্রগা নুংগী ওইবা কবিগী থম্মোয়না তকশিল্লকপদগী ইবগী লমদা সাধক অমগী শক্তম লৌবকখিবসু। বাঙ্গলা সাহিত্যনা যোৎলুববা মণিপুরী সাহিত্যনা নৌনা অমুক হিঙ্গৎলক্কুনা মতু-মমান খিংদোকপা ঙম্লকখিবসি চাউবা-কমল-অঙাংহল-দবেন্দ্রগী মপান্ননি হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। নবজাগবনগী ঈহৌ লাকপগা ঈবোযননা মণিপুরী শৈরেং অমদি মণিপুরী ড্রামানা যাকাযবকখিবা অমদি অনৌবা ফিজোল থোন্দুনা 'যেংজনীংবা শক্তম' ওইবকখিবা-লমযানবা অইবশিং অসিগী হোৎনজমননি।

মণিপুরী ড্রামাগী লমদা দবেন্দ্রজিৎকী দান শীংথানীংঙাইনি। ড্রামাগী লমদা অঙাংহল অমদি দবেন্দ্রজিৎনা চঙশিনখিবা খোঙজং অদু শুপ্লগী অইবা অমা ওইনদা নত্তে, কলাকাব অমা ওইনা অমদি অশীল-অবাঙ অমা ওইনসুনি। মণিপুরদা ড্রামাগী ঈহৌ শাগৎনবা হোৎনবদা মাঙজিল থানা চোংথোবকখিবা কর্মী ঙাক্তেনি অইবা অনী অসি। দবেন্দ্রজিৎ সাহিত্যকাব অমদি কলাকাব অমা ওইবদা নত্তনা সোসিয়েল এক্টিভিষ্ট অমসুনি হাযবসি মহাক্না এবিযান থিযেটবদা তম্লম্বা খুদোলশিং অদুনা তাকই। মহাক্কী খোঙ্গুল লীদুনা চৎখি, মজাইবুংঙো অহল অবাম্বম সমবেন্দ্রসু চৎলি। ঙসি মজাইবুংঙো লোকেন্দ্রসু। ইং ১৯৩২দা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালযদগী বি এ পাস তৌদুনা মণিপুরদা হেক থোবকপগা ড্রামাগী

*লমদা পুক্লীং চংবা হৌবকখি।* অদুগী *মতুংদা* ইং ১৯৩৫দা *লিংখৎখিবা এবিযান* থিযেটবদা মথং-মথং মহাক্লা হন্দোকপা *বেজিযা* অমসুং *সহাজহান লীলাশিং* অসি শান্নখি। হোল অমা লিংখৎলবসু শান্ননবা লীলা নৎত্রগা ড্রামাগী স্কৃপ্ত অমা লৈতনদি হোল চলাইবা যাদবনিনা অৱাৎপা অসি দবেন্দ্রজিৎনা অহানবদা অনুবাদকী মতেংনা অদুগা অকোনবদা ওবিজিনেল প্লে অনী ইদুনা মেনশিনখি অদুগা এবিযান থিযেটবগী সেবা তৌবকখি।

সেবাবু যাম্নমক পামজখিবা দবেন্দ্রজিৎনি। সেবাগী ৱাখলনা মাঙওইনখিদুনা মহাক তলব চাবা থবক অমত্তা তৌখিদবনি। 'নবসেবা নাবায়ণ সেবা (মীগী সেবানা ঈশ্বরগী সেবা শকই)' হাযবা মূলমন্ত্র অসিবু চেৎনা থাজখিবা অইবনি। সেবাগী মথক্তা ভক্তি হাযবা অমসু যাওবি মহাক্কী মশাদা। ভক্তিগী মক্তুবা ঈচেল্ অমনা কংসবধ কাব্যবু অমব ওইহল্লিবনি। ভাগ্যচন্দ্র লীলাসু অদু মঙাই-বৈষ্ণবকী প্রেম ভক্তিদা যুম্ফম ওইবগা ইখিবা ড্রামানি। কৃষ্ণভক্ত অমা ওইজবগসু ধর্মগী কহিদা কা হেন্না থাজবা মীশক অমদি ওইখিদে দবেন্দ্রজিৎ। ডাইনেমিক আউটলুক লৈবা মীশক্লি মহাক। বৈষ্ণব কবি অমা ওইবগী অচেৎপা পুক্লীং, অবেপ্পা ৱাখল, অৰুবা পুকচেল অমদি অৱাংবা আদর্শ দবেন্দ্র সাহিত্যগী মচং ওইবা গুণ ঙাক্তনি। চাউবা-কমলগী শৈবেংশিংদসু ভক্তি ভাবকী ঈচেল অসি খবমখৈদি অদুম্মক উবা ফংগনি। অদুম ওইনমক ভক্ত অমা ওইবগী অশেংবা থম্মোযগী অশেংবা যাৱা অদুদি দবেন্দ্রজিৎকীদতা উবা ফংগনি। অঙাংহলবুসু বৈষ্ণব কবি অমা ওইনা লৌবদা থোইদোক্লা কাযদে। মহাক্কী *খম্বা-থোইবী শৈবেং* দা প্রেম-ভক্তিগী মতাং খবদি যাওই হাযববু মপূং ফানা উৎতবনা মহাম তাদুনা তোকই। ফনমক খম্ববু 'শ্রীশ্রী খম্বা মহাপ্রভু' হাযনা শীংথাদুনসু ইবুধৌ থাংজিংগী ৱাফম হেক পল্লকপদা চমম্নবা অমদি অপাবশিংদা হেক্তা পোকহল্লি। দবেন্দ্রজিৎকা থংমু নাউমু ওইখিবা মীনকেতনগী শৈবেংদসু ভক্তিগী ঈচেল থেংনদবা নত্তে। মহাক্কী *অশৈবগী নিত্যাইপোদ* (১৯৭৬), *অশৈবগী শৈবোই* (১৯৭৭) অমদি *অশৈবগী জযভাই* হাযবা শৈবেং লাইবিক অহুম্মক ভক্তি-বসনা মপূং ওইবা ঙাক্তনি। মঙোন্দসু দবেন্দ্রজিৎতা যাওবগুম ইন্টলেকচুযেল ভিজন অমদি যাওবি। কবি অনী অসিগী মশাদা ধর্মগী অখুবা

মিৎযেং নৎত্রগা বিলিজিযস ডোগমেটিজম হাযবদু যাওদে। মখোয়না ধর্মদা যেংলিবা মিৎযেংসি হ্যুমেনিষ্ট অমগী মিৎযেংনি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা দবেন্দ্রজিৎনা তৌবম্বা মক ওইবা দান অসি প্রবন্ধ কাব্য অমা ইবম্বা, ড্রামা অমা অনী ইদুনা ফোঙলম্বা, এবিযান থিযেটরগী সেবা তৌবকপা খবা অসিদবা? নত্তে, খবা অসিগী মথক্তা মহাক অত্তেনবা শৈরেংসু ইবম্মী। মহাক্কী 'ঈবৈপাক', 'স্মৃতি' অমদি 'নহাকপু কদাযদনো' মিংথোনবা শৈরেংশিং অসি চুং-ফিবান চানা লেংলম্লবা শৈরেং ভাৰ্জোন। মসিগী মথক্তা ঈশৈ মযেক ওইনা ইবম্বা খবসু ফংই। মখোয অসিগী মনুংদা মোইবাং থোইবী অমদি ভাগ্যচন্দ্র লীলাশিংদা শকখিবা খবসু যাওবি। দবেন্দ্রজিৎকী 'ঈবৈপাক' যাম্না মমিং চৎপা শৈরেংনি। মবৈবাক নীংবগী শৈরেংশিং শীংথানবকপদা শৈরেং অসিনা অচৌবা মফম অমা কল্লি হাযবদা চংযমনবা থোক্লোই। মহাক্কী শৈরেং অসিদা যাওবিবা ওবজেক্টিব ওইবা মিৎযেংগা চাউবা, মযুবধ্বজ, মীনকেতননচিংবা কবিশিংনা ইবম্বা মবৈবাক নীংবগী শৈরেংশিংদা থেংনবিবা ওবজেক্টিব ওইবা মিৎযেংগগী মবক্তা উবা ফংলিবা খেন্নবা অসি অতৈ কবিসু নত্তে-দবেন্দ্রজিৎকী মিৎযেংনা হেন্না আশাগী মঙাল অমা উবগী রাখলগা ঈবোযননা অদুগা অতৈগীদনা রাখল অসি খবা মমি শাম্না উবা অসিনি। মণিপুর ইমাগী মতিক মগুণ শীংথাদুনা শৈরেং অসিদা কবিনা ওপটিমিষ্টিক ওইবা মিৎযেং অমা থমদুনা পঙলবা মৈতৈ মচাশিংনা ইমা নঙগী তম্পাক্তা শোযদনা চঙলৰ্কাখগনি হাযবগী ঈঙ্গিৎ পীবি। কবিনা হায

> পঙলবা নচা মযামসে।
> লৌশিং শোইনাইবা পুম্নসে।
> লাৰ্কখিনি অমুক্তং ইমাগী তম্পাক্তা।
> তৌখিনি থৌদাং ইমাগীদমক্তা।

ঙসি ঙসিমমক মৈতৈমচাশিংগী থম্মোযদা নৌহৌনা মবৈবাক মণিপুরবু নুংশিবগী রাখল পোক্কবক্লিবা লোযননা চীং-তম অনীগী মবী শাগৎপগী ঈহৌ অমা হৌবক্লিবসি দবেন্দ্রজিৎনা চহি ৬০/৭০গী মমাঙদা মঙখিবা মঙ অদু মঙফাওনববনি হাযবদা কবিগী লানগনি? ইংরাজী সোনেটকী

নমুনা লাক্কুনা ইখিবা 'স্মৃতি' শৈরেং অসিমত্তনসু দরেন্দ্রজিৎপু অরাংবা থাক্কী কবি অমনি হায়বগী পরিচয় পীরিবনি। শ্রীবীরেননদি 'ঈবৈপাক' অমসুং 'স্মৃতি' শৈরেং মচা অনী অসি 'মরুচংবা ফজবা শৈরেংনি' ফাওবা হায়। 'নহাকপু কদায়দনো' হায়বা শৈরেং অসিদসু মতম অদুগী অতৈ প্রার্থনাগী শৈরেংশিংদগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা উবা ফংই, বৈষ্ণব ধর্মগী মনুংদা লোন্না থুপ্না চেল্লিবা ভক্তিগী ঈচেল অদু ঙাক্লা ইবা ওইবগসু খবা ওবজেক্টিব ওইনা, ঐগী মীগী নাইদনা জগৎ পুম্নগী ওইনা চৎনবা যাবা থিম অমগী মশক শৈরেং অসিদা উবা ফংই। শৈরেং অসিগী অতোপ্পা মশক অমনা মিষ্টিসিজমগী মহাও খবা চেনবগুম তৌবা অসিনি। দরেন্দ্রজিৎকী শৈরেং অহুম্মক যুনিভর্সেল অপিল পীবা ঙম্বা শৈরেং ঙাক্তনি। কবি অসিগী মশাদা যুনিভর্সেল আউটলুক অমা মতম পুম্নদা শাগোন্নদুনা লৈ হায়বসি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। তশেংনমক কবি অসি থম্মোয় অমদি বুদ্ধি অনীমকপু খল মান্ননা পাদম লাকপা ঙম্বা মীওই অমনি। মসি মহাক্কী এডুকেসনেল বেকগ্রাউণ্ডনা পীবা বব অমনি হায়না লৌবা যাই। দরেন্দ্রজিৎকী শৈরেংদা রোমান্তিক টচ হায়বদুমদি যাওদে। বিনাসাঁগী মতমগী কবিশিংদা রোমার্ন্টিসিজমগী ঈহুল মবাং-কায়না যাওফম থোক্লবসু অঙাংহল অমদি দরেন্দ্রজিৎতদি যাওদবগুম তৌই। মখোয় অনীগী মিৎয়েংদি ক্লাসিকেল লিটরেচরগী মায়কৈদা হেন্না নকশিন্না থম্বা উই। মসিগী প্রমাণ হায়বরু অনীমক্লা প্রবন্ধ কাব্য ইবল্লিবা অসিনি। মখোয় অনীমক্কী কাব্যদা 'যথা ধর্ম তথা জয়' অমদি 'সত্যমেব জয়তে'গী রাংলবা আদর্শ উৎলল্লিবা অসিনসু রাফম অসি অমুক্কা হেন্না চেৎশিলহল্লি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদা দরেন্দ্রজিৎনা লৌবম্বা অতোপ্পা মরুওইবা থৌদাং অমনা জর্নেলিষ্ট অমগী শক্তমনি। অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙগী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা *মৈতৈ চনু*, *যাকায়রোল*, *ললিতমঞ্জুরী পত্রিকা* নচিংবা চেফোঙ কয়ানা লৌখিবা থৌদাং কাউবা যাবা নত্তে। হিজম ইরাবতনা *মৈতৈ চনু* সম্পাদন তৌদুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেম্নদা মতেং পাংখিবগুম দরেন্দ্রজিৎনা *লালিতমঞ্জুরী পত্রিকা* সম্পাদন তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদতা নত্তনা মণিপুরগী অর্থনীতি, সমাজনীতি, অমদি রাজনীতিগী লমদসু

মতমগী ওইবা ৱাখল কযা ফোঙদোক্তুনা সমাজ সেবাগী ঈহৌ অমা শাগৎলকখি। সমাজ অমগী চাওখৎ-খোঙথাংগা শেল-থুমগী ফীভমগা কযামুক মৰী লৈনবগে হাযবদু উৎপা মহাক্কী ৱাবেং 'লল্লোন ইতিকী ৱা' হাযবসিনা দবেন্দ্রজিৎকী সামাজিক চেতনাগী মশক তাকই। 'মতমগী ৱা' হাযনা থাবা হেডিংগী শকক্তা 'হিমালয কাগদৌবি', 'অহমদবাদতা মৈতৈ প্রজা', 'অৱাং নোংপোক ভাবতকী নীংথিজবা লৈকোলদা সনাগী থম্বাল শাৎলকপা অসিনচিংবা ৱাবেংশিং অসিনা দবেন্দ্রজিৎপু যাম্নমক মিৎযেং শানবা, বেডিকেল থিংকিং লৈবা অমদি অনৌবা মঙ্ মঙবা মীশক অমা ওইনা উহল্লি। *ললিতমঞ্জুৰী পত্রিকা* হিংহনবদা অচৌবা যৌদাং যাখিবা মীশক অমা ওইনা মশুং মমান্নবা অইবা কযাগী কলম চয়াফম পীবম্না লোযননা জর্নেলিজমগী ঈহৌ শাগৎতুনা মণিপুৰী সাহিত্য অমসুং সমাজবু চাওখৎনবা হোৎনবম্না অসি দবেন্দজিৎকী কাউঙমদ্রবা অবদান ওক্রনি।

মখা তানা অমক ঐশেংঙনা যেংগদবসি দবেন্দ্রজিৎনা থম্নীবন্নিবা ৱাবেং শৈবেং খবা অসিদা কবম্না তোপ তোপ্পা সাহিত্যগী থিম অমদি খুৎই খুৎলাম্নোক যাওবিবগে হাযবসিনি। বাৰীগী ট্রিটমেন্টতা, ৱাফোঙদোক্কী ষ্টাইলদা অমদি উৎনীংলিবা পান্দমদা দবেন্দ্রজিৎকী খবা যুনিক ওইবা মওং অমা উবা ফংই হাযবসি লৈনবদা কাংনবা ওইগনি। বাহংবু-অঙাংহলগী থোইবীগা দবেন্দ্রজিৎকী থোইবীগা অনীগী মবক্তা কবি খেন্নবা উবা ফংবগে? পেনা শকপা ওঝাশিংনা থম্নীবম্না 'ধবন' অদ কাযদনা কবি অনীমক্তা থম্নীবম্নগসু থোইবীগী চরিত্র যেকপদদি দবেন্দ্রজিৎকী থোইবীদনা হেন্না সতীত্বগী গুণ-যাওবনা চরিত্র অসি যাম্নমক ক্লাসিক ওইনা উহল্ল। বেজিওনেল আউটলুকপু তুংওইনবম্নগা নেসনেল আউটলুকলোম্মদা খবা হেন্না চংশিনবগী মশক অমা দবেন্দ্রজিৎকীদা উবা ফংই। মেইবাং থোইবী ড্রামাদা থোইবীদা চোন্নবা সতীগী গুণ অসি ভাবত চনুগী আদর্শ লৌদুনা সীতা সাবিত্রীগী পবীংদা শাগৎখিবনি। ড্রামা অসিদা অইবনা, খম্বনা কৈ ফাবনা মতুংদা হৈবোইজাম্বগী মফমদা মশেলনিপাগী মচীন্দগী হাযৰপ্লি-- "সতী মহাক্কী লাইনীং, ইবেম্মা মহাক্কী ধর্ম্মন ঐগী পাঙ্গল অসি যৌবনি। হৌজিক্তি সতীনা জয ওইবে। মাঙদা তুংদা সতীগী গুণ

শকহৌবসনু। লেংলসি ইবাই, মোইবাং নিংথৌ স্না চবন্দা কৈ কৎলুবসি'' (লাঃ ২৫২) দবেন্দ্রজিৎকী ক্লাসিক ওইবা মিৎযেং অসি ভাগ্যচন্দ্র ড্রামাদসু উবা ফংই। 'যথা ধর্ম তথা জয়'গী আদর্শ উৎতুনা লীলাগী লোইবমদাই ৪শুবা অঙ্কগী ৭শুবা শকক্তা, মোইবাং নিংথৌ খেলৈনুব্রা তেলহৈবনা মম্মাক ভাগ্যচন্দ্রগী মখুত্তা মাযথীববা মতুংদা, মহাক্কী মফমদা হায-"নঙনা ধৰ্ম্ম তৌবা ঐনা পাপ তৌবা, ধৰ্ম্মনা জয ওইবে।" (দবেন্দ্রজিৎকী মশাদা চুখ্রবা বৈষ্ণব প্রেম অমদি ভক্তিগী ব্রাখলনা নুংশিবগী প্রতিমূর্তি ওইবিবী থোইবীগী মশাদা ভাবতকী অব্রাংবা দর্শনগা চূশিন্নবা অসিগুম্বা অব্রাংবা থাক্কী সতীগী গুণ অদু হাপচিনবা ঙম্লিবনি। মসি মহাক্কী পাক চাউনা মিৎযেং অমদি কুপশিন্না খনবা ব্রাখলগী প্রমাণনি।

দবেন্দ্রজিৎকী কাব্যদা উৎলিবা ভক্তিগী মওং অসি হিন্দু বৈষ্ণব সমাজগী লাইনীং ওইবিবা ভক্তি মখল মাপল্গী যুম্ফমদা শাগৎখিবনি। 'নবধা প্রভু ভক্তি'গী ব্রাংলবা আদর্শ অমা ভাবতকী দশৰ্ণদা ঐখোযনা থেংনবি— শ্রবণম, কীৰ্ত্তনম, স্মবণম, পাদসেবনম, অৰ্চনম, বন্দনম, দাস্যম, সাখ্যাম, আত্মনিবেদনম। ভক্তি মখল মাপলগী গুণ অসিবু শীংথাদুনা অইবনা লীলাগী অবোইবা উৎপা মতাংদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মন্দিবদা লেঙশিল্লিবা যুগল মূর্তিবু দর্শন তৌজবিবা ভাগ্যচন্দ্রগী মচীন্দগী হাযহল্লি— "মাগী নাম শ্রবন তৌদুনা স্মবন তৌদুনা, বন্দন তৌদুনা, মাবু নীংলগা ঐগী ইবুংঙো ফংই। চুম্না পাদ সেবন তৌবনসু ঐগী ইবুংঙো ফংগনি। অৰ্চ্চনা তৌদুনা নিংলবসু মহাকপু ফংই। মাগী মনাইনি খল্লবসু মাবু ফংই। মকুপনি খল্লবসু মাবু ফংই। থব্রাইসি মঙোন্দা কৎথোক্লবসু মাবু ফংগনি।"(লাঃ ৮৬) বৈষ্ণব ভক্তিগী ব্রাংলবা দর্শন অসিবু দবেন্দ্রজিৎনা কযাদা মতাং চানা অমদি মবিক চুম্না মহাক্কী লীলা অসিগী পোলোইদা যাওহল্লম্লিবনো। বৈষ্ণবকী গুণ চেনবা অইবা অসিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মচীন্দগী মখা তানা অমুক হাযহল্লি— "নিংথৌ ওইবা, মণিমুক্তা, ইনাই ইশন, মিংচৎ ঐ কবিমত্তা পামজদ্রে। মাগী পাদ পদ্মদা হকচাং পূম্নমক কৎথোকচবনা, ঐগী জীবনগী চবম উদ্দেশ্যনি"(লাঃ৮৬)। উদ্দেশ্য অসি দবেন্দ্রজিৎকী মশাগী ওইফম থোক্লা? উদ্দেশ্য অসিদা যাওবি মোবেল ভেল্যুজ কযা— কৎথোকপগী, চওজবগী, নোঞ্জবগী, ত্যাগ অমদি তপস্যাগী। কৃষ্ণ ভক্তিগী মফমদা অচেৎপা

থাজবা থম্বা অসিনা আত্মসমর্পণগী লংলা লংজিল পুথোক্লুনা দবেন্দ্রজিৎকী মতমগী মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতিক-মগুণ উৎপা ভুর্মখ্রিবা অসি অইবা অসিগী অচৌবা দান অমনি হায়দবা ঙমলোই। লীলা অসিদা অইবনা নুপীগী মরমদা হায়র্হল্লে, "নুপীবু ইকায খুম্নৌ, নুপীগী মর্য্যাদা থুগাইগনু নুপীবু সম্মান তৌবগা ইমা নংশিবা মশক খঙবনি।" বৈষ্ণব লাইনীংদা দেবী উপাসনাগী মফম চাউনা লৈ। বৈষ্ণব দর্শনদা দূর্গা, সরস্বতী, লক্ষ্মীনচিংববু দেবী, মাতা, ইমা হায়না মিঙ্গৌর্নরি। হিন্দ ধর্মদা নুপীগী অশেংবা স্বরুপতি ইমানি হায়না লৌর্নবির্নি। মতাং অসিদা নীংশিংলকই মীনকেতনগী শৈরেং অমা— 'নংসে নুপী ইমানি ইমা'। শৈরেং অসিদা কবিনা শীংথাবি ঃ

"নুপী মখুজনবা নহাকপো
নশাগী নশক
নশাগী কোংলোয
ইমানি ইমা।"

থংম্নু নাউম্নু ওইরিবা কবি অনী অসিগী পুক্নিগী মিৎযেং অমদি পান্দম ওথাক মান্নর্বনি।

দবেন্দ্রজিৎনা মহাক্কী *কংসবধ* দা মাইকেল মধুসুদন দত্তগী, *মোইবাং থোইবী* দা কালিদাসকী অদুগা *ভাগ্যচন্দ্র* দনা শেক্সপিয়ারগী মতৌ থবা তমই হায়র্বাসমদি চেনবা যান্দ্রবা ফাফম অমা ওইরে। কনাগুম্বা ক্রিটিক থবনদি মসিবু পোয়র্নি হায়না লৌই। বাখল খেন্নবগী মতুংইন্না মিৎযেং খেন্নগনি। ঐগী বাখলদদি মপান লমগী সাহিত্যদগী থবা পুন্দ ভাংলুবিবা অসি দবেন্দ্রজিৎনা অনীংবা অমা যাওনা অতম্বনা তৌর্নি হায়না লৌজে। মহাক্না পামজবম্বদি সাহিত্য ইবদা নত্তে, সাহিত্য শেম্নর্নি। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা কবম কবম্বা মপান লমগী সাহিত্য লৈবাং থাব থাবগা হায়র্বাসি মহাক্কী মিৎযেংনি। মথক্তসু হায়জখ্রে দবেন্দ্রজিৎকী মিৎযেং শাক-চাউই। মহাক যাম্না দাইনেমিক ওইবা পার্সনেলিটি অমনি লোইননা ইন্টলেকচুয়েল অমসুনি। ইংরাজি কবি সেক্সপিয়ার, বঙ্গলা কবি মাইকেল মধুসুদন দত্ত, সংস্কৃত কবি (মহাকবি ফাওবা হায়নবির্বনি) কালিদাসনা শেম্না লৈনম চেন্নবা লৈবাংশিং অদুবু মপান-মউ

ফুক্কুনা থাবম্নমক ঙমদ্রবসু, মখোযদা চেল্লিবা লৈবাং লৈনম অদুদি চীংলোন মাপন্না খাজল্লবা পিক্কবা মৈতৈ সাহিত্য-লৈকোল অসিদা কবিগী পুবক্লীংলোই' পুকচেল পিকপা, মিৎযেং খুবা কবি নত্তে দবেন্দ্রজিৎ। মহাক্কি মিৎযেং শান্না উবা ঙম্বা, তুংদা কবি থোক্লগদগে খঙবা বহুদর্শী হাযবদুনি। মহাক্না ফংলুবিবা শিক্ষা অমদি মহাক্না হিংলুবিবা মতমগী পবিস্থিতিনা পৃথিবী ফাওববা কালিদাস, সেক্সপিযব অমদি মাইকেলবু কবম্না মীবাযগদৌবিবনো। অফবগী মতৌ তম্নীংদবা অফববু লৌশিন্নীংদবা মী লৈবা হৌনদে। খেলৈনুবাগী চবিত্রবু মেকবেথকী সাচ্চাদা হৈকবা কবিবু কাযবগে' লাইশ্রবীগীসু অদুমঙাই। লেডী মেকবেথ মান্দ মান্দ্রা লাইশ্রবীদু। তাইবংদা মান্নবা মান্নদবা, কল্পনাগী জগৎতা মান্নহল্লিবনি কবিনা, অইবনা। মসিনি কবিগী সৃষ্টি, কবিগী খৃৎশেম হাযবিবসি। দবেন্দ্রজিৎকী কলম্না শোকপদা লাইস্না লাইস্না ওইখিদ্রে, লেডী মেকবেথ ওইখ্রে। অদুনবু লাইস্নাগী চবিত্রনা ভাবকশিংদা অচৌবা ইম্পেক্ট অমা পীবা ঙম্লিবনি। *মোইবাং থোইবী* ড্রামাগী অহানবা অঙ্কগী অনীশুবা দৃশ্যদা উৎলিবা,থোইবী অমদি মহাক্কী মতাশিংনা লোক্তাক্তা লোং খোল্লিবুদা নাযক ওইবিবা খম্বগা থেংনহনবগী মতাংগা *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* গী অহানবা অঙ্কদা উৎলিবা শকুন্তলা অমদি মতাবোযশিংগা কম্ব মুনিগী তপোবন্দা নাযক ওইবিবা দুষান্তগা উনবগী মতাং অদুগা অনীগী মবক্তা থোং অমা শাদুনা শর্মাজিন্নহল্লিবা অসি দবেন্দ্রজিৎকী কুপ্পা যেংশিনবা মিৎযেংনি হাযবোইদ্রা' শৃংগাব বসকী অযৌবী থাক উৎপদা কালিদাসনা শীজিন্নবল্লিবা বিভাব অনুভাব অমদি ব্যভিচাবী ভাব অদুগী মপা লাক্কুনা দবেন্দ্রজিৎনা বস-নিস্পত্তিগী নমুনা অমা পুথোক্লম্লিবা অসিবু ঐখোযনা কবম্না থাগৎতনা তোক্কদগে ' মধুসুদন দত্তনা *মেঘনাদ বধ কাব্য* দা শীজিন্নবিবা অমিত্রাক্ষব ছন্দগী ফজবা অদুনা দবেন্দ্রজিৎপু শুমহৎলম্বা যাই। লোযননা উপমা, উৎপ্রেক্ষা, কপকনচিংবা অলংকাবশিংগীদা নত্তনা সমাসকী নীংথিজবা খৃৎশেম অদুনসু মহাকপু ইস্নপাযব তৌবম্বা যাই। চুম্মী, মাইকেলগী হিংচাবা-বাবনদি মী-বাবন ওইখি অদুগা দবেন্দ্রজিৎকী কংসদি মী-কংস ওইবা ঙমখিদ্রে, হিংচাবা—কংস ওইনা অদুম্মক লৈবে। অদুবু কবিগীদমক্তা কবিনা অসুম্না ইবল্লিবনো—"থাগৎখিদা কৃষ্ণনা পাম্মুইদকো কংস-ও। নংগুন্নবা

হীবসে অতাংবনি জগত্তা।'' (কংসবধ লাঃ ২১২)। মসিনা তাকপদি দবেন্দ্রজিৎকী মশাদা অফ-ফত্তা নৎত্রগা পাপ-পুন্যগী মবক্তা বেলেন্স শান্নবা ঙন্নগী মগুণ মচা অমসু যাওবি হায়বসিনি। খন্দবা ঙমলক্তে-মহাকসিবু খবা জেনবস ওইবা মীতা জাংলা। খবা একস্মোডেটিং ওইবা মীশক হায়বদুসু ওইবস্না য়াই। তশেংবসু মহাক্কী পার্সনেল ক্বালিটিশিং অসি মহাক্কী সাহিত্যদা শোযদনা মমি ঙাফম থোকই। তাবসু তাই হায়না লৌবদা লাগনি নীংদে। মধুসুদননা মিলটনগী ফজবা লৌবা, দবেন্দ্রজিৎনা মধুসুদনগী ফজবা পূবা কবিসু কাযদে। সাহিত্যদা পুথোক-পুশিন, আদান প্রদান লৈতবা যাদে। মকুওইনা যেংগদবদি অইবগী ষ্টাইল নৎত্রগা খুৎফোঙদোক অদুনি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা দবেন্দ্রজিৎকী তোপ তোপ্পা খুৎই অমা লৈ হায়বসিদা চিংননিংঙাই লৈতে।

লোইশিল্লকপদা হায়নীংলিবসি লাল মমাঙগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা দবেন্দ্রজিৎনা লৌখিবা থৌদাং যাম্না চাউই। অঙাংহল অমদি চাউবা-কমলনা খুৎমাবা ওইথ্রগসু মতুং তাবকপদা মখোযগী খুদুং ইন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অৱাৎপা মেনশিল্লকখিবা ড্রামা ইবা, ড্রামা কুপ্পা অমদি ড্রামা শীল-লাঙবা অমা ওইনা মণিপুরী ড্রামাটিক লিটরেচর চাওখৎনবা কন্না হোৎনবর্কখি। এম ডি ইউ শেমগৎলকপদা অঙাংহলনা লৌখিবা থৌদাং অদুদগী হস্নদনা দবেন্দ্রজিৎসু অরিবান থিযেটর শেমগৎ-শাগৎপদা লৌখি। মহাক্না ইবস্না ড্রামাগী লাইবিকশিংদা ড্রামাটিক আর্টকী মিৎযেংদা অশোযবা অমদি অশোনবা খবা লৈবস্না যাই হায়না লৌববসু মহাক্না শাগৎখিবা প্লোট অমদি কেরেক্টরাইজেসনগী পান্দম যাম্না মযেক শেংনা পুথোকই। মহাক্কী ওবজেক্টিব, মহাক্কী ভিজন অপারশিংগী মাঙদা তক-তক চোংথোবকই। শ্রীবীরেনগী মোত্তা— "লীলা ইবা অমা ওইনা শ্রীদবেন্দ্রজিৎকী অশোযবা খবা লৈববসু মণিপুরী সাহিত্যগী বিনাসাঁ মতমগী অবংবা থৱানমিচাকশিংগী মনুংদা অমা ওইদুনা লৈবি।" শ্রীবীরেনগী মোত অসি ঐথোযসু যাবা তাই। তশেংনমক দবেন্দ্রজিৎতি মণিপুরী নাট্য-সাহিত্যগী ইতিহাসতা কাউঙম্নবোইদবা মূর্তি অমা ওইনা লৈহৌবগদবনি। ডা প্রেমচান্দনা হায়খিবগুম 'দবেন্দ্রজিৎতা চাংয়েং তৌবদা কিদবা, হঙ্গোইবসু থোইনা লৈতবা তোঙান-তোঙানবা থৌনা অমা য়াওবি।'

চিংনদবা ঙমদে মহাক্কী থৌনা অসিবু কাল কৌবা লাইনা খঙখিদুনা মনুং মতম চাদনা মহাকপু মুনবিখিব্রা? মথৌনা লৈবা, অওনবা পান্বা, মিৎযেং শানবা, পুকচেল চাউবা, পীনহৈবা, অখাঙকনবা, থাদোকঙম্বা, সেবাগী ব্রাখল চেনবা, প্রেম অমদি ভক্তিগী গুণনা লৈতেংবা, অমদি ইন্টলেকচুযেল শীংদা চনবা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ মশাগী চহী ৩৭ শুবকপদা ইং ১৯৪৪ গী ওগষ্টকী তাং ৩১দা নোঙ্গাখি। মশাগী পুন্সি তেনগনি অদুবু মহাক্না তৌবম্বা থবক্না মহাক্কী মিংচৎকী উবোং খিল্লমগনি হাযবসি কবিনা হিংলিঙৈদা, মশাদা ফাওখিব্রা? মহাক্কী মমিং চৎলবা শৈবেং 'স্মৃতি'গী অবোইবা পবেংশিং অসিনা কবিনা মশামক্কী মশক তাকখিদব্রা? যেংসি, কবিনা কবি হাযনা ইবস্মী—

মীওইপোক্কী লাইশিংগী অফ'থৌগী মণিনে
মাঙফদ্রবা ফম্বান্দা খিল্লম্লবা উবোংনে।
বিশ্ব তাইবঙপানবনা কপ্না কপ্না লোইখিনি।
নূংদা ইবা ঐখোযনা নোক্না নোক্না লৈহৌনি।

তশেংনমক, দবেন্দ্রজিৎ মীওইপোক্কী লাইশিংগী শীংদা চনখ্রবনি। মহাক্না তৌবম্বা অফবা থবক কযাগী মহৈনা মণি ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী জগত্তা ঙসিসু ঙাল্লি। মহাক্কী মিংলেন্দি নূংদা হকপা মযেক্লুম মুৎনাইদনা লৈহৌবগনি।

# মণিপুরী অনুবাদতা ভারতকী সাহিত্য ঃ ৱারীমচা

অহানবম ওন্দা ইন্দিয়ান লিটরেচরগী কন্সেপ্ট অসি মযেক শেংনা খঙবা তাই। চাউরাকপা মিৎযেংদা ইন্দিয়ান লিটরেচর হায়বগা অপূনবা ভারতকী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতা উৎপা ভারতকী সংবিধাননা যারবা লোলশিংদা ইবা সাহিত্যবু খঙনগনি। অফাওবা টেগোরিয়ান ক্রিটিক অমদি স্কোলর সিসিরকুমার দাসনা সম্পাদন তৌরগা সাহিত্য একাদেমিনা ফোঙবা *হিষ্টরি ওফ ইন্দিয়ান লিটরেচর*গী অহানবা ভোল্যুম (১৯৯১)দা ইন্দিয়ান লিটরেচরগী অপৌবা ইতিহাস অমা পীরি। ভারতবর্ষ হায়রিবা সব-কন্টিনেন্ট অসি মল্টিরেসিয়েল অমদি মল্টিকলচরেল ওইবা সমাজ অমা ওইবনা মসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা জাতিশিংনা লোল্লিবা লোল খূদিংমক্কী মশা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা সাহিত্য অমমম লৈনরি। সাহিত্যশিং অসিদা ভারতকী ওইবা মশক অমা চাং খর খরদা ওইবরসু যাওর। ইন্দিয়ান ইথোজ, ইন্দিয়ান স্পিরিট যাওবা ভারতপৃম্বগী ওইবা সাহিত্য অসিরুনি ঐখোয়না অপূনবদা ভারতীয় সাহিত্য নৎত্রগা ইন্দিয়ান লিটরেচর হায়না খঙনরিবসি। মসিদা আর্য-লোলগী সাহিত্য যাওরে, দ্রাবিড লোলগসু তিন্নরে। লম-লমগী সাহিত্যগী ঈচেল কযানা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা অপূনবা ভারতকী সাহিত্যগী শক্তম অমা চোংথোরকপদা ভারতবাসী অমত্তনসু ঙকফম থোক্তে। শক্তম অসিদা যাওরি-ভারত জাতিগী অপূনবা ৱাখল্লোন।

ইন্দিয়ান লিটরেচরগী কন্সেপ্ট অসিনা ভারতকী জাতীয়-একতাদা চাউনা মতেং পাংগনি হায়রসি হায়মনবা থোক্লোই। ইন্দিয়ান থোট নত্রগা ভারতকী বিচার ধারা হায়রদি ৱাখল-পরিং অমগী মখাদা শেমখিবা সাহিত্য ওইবনা ভারতীয় কাব্য শাস্ত্রনা লেপ্লবা মসিগী উদ্দেশ্য মোক্ষ হায়রদু ভারতকী মক ওইবা সাহিত্য খূদিংমক্তা মশা মরোমদোম অদুমক যাওজরকই। তশেংবমক্তি

ইন্দিযন লিটবেচবগী হৌবকফমদি বেদিক লিটবেচবনি। ভাবতবর্ষদা বৃটিশ শাসন লাকপগা ঈবোযননা ইংলিশ এডুকেসন শন্দোবকপা অমদি ৱেষ্টর্ন লিটবেচবগী প্রভাব কয়া তাবকপদগী ভাবতকী সাহিত্যদা অনৌবা যাওন লাকখি। বৃটিশকী ডিভাইদ এণ্ড রুলগী পোলিসিগী মখাদা হান্না লৈজবম্বা ইন্দিযন লিটবেচবগী যুনিফাইদ ওইবা শক্তম অদু মাঙখি। মসিগী ফলনা বিজনেল লিটবেচব থোবকখি অমদি ভাবতকী জাতীয একতাদা অকাযবা লাকখি।

ভাবতনা নীংখা তম্লবা মতুংদা হান্না লৈজবম্বা অপূনবা ভাবতকী শক্তম কাযথবকপা, নেসনেলিজমগী স্পিবিটি মাঙশিল্লকপা মতমনা পুবকখিবা যাওননি হাযনীংই। হৌজিক অমুক গ্লোবেলাইজেসনগী ফলনা–'ডি ৱার্ল্ড ইজ ৱান, ৱি আব ৱান', ' নো কন্ট্রি ইজ ফোবেন, নো মেন ইজ ষ্ট্রেঞ্জ' হাযবা খোল্লাউ ল্যাক্লে। মসিনা ওইব্যা তাই ইন্দিযন লিটবেচবগী লমদসু কম্পেবেটিভ লিটবেচবগী কন্সেপ্ট অমা লাক্লুনা সাহিত্য অমগা সাহিত্য অমগগী মবক্তা থোং শাদুনা শমজিন্নবা হোৎনবক্লে। শমজিন্নবগী থবক অসি কবিনা তৌবি'? পাউখুমদা— অনুবাদ। অওইবমক অনুবাদ হাযবসিদি তোঙান তোঙানবা জাতি অনীগী সংস্কৃতিবু শম্নহল্লিবা, ফাওনহল্লিবা সাংস্কৃতিক সেতু ইংবাজীদা হাযবগা কলচবেল ব্রিজ হাযবদুনি।

হৌজিক মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাস অমা লৈবে হাযবসি ঐখোয পূম্নমক্লা খঙলবা ৱাফমনি। ভাবতকী সাহিত্যগী ঈচেল ঐখোযগী সাহিত্যদা তিল্লববনি। হিন্দী বাঙ্গলা অমদি ইংবাজীদা নৎতনা অতৈ লোলগী সাহিত্য কযা তপ্পা তপ্পা অনুবাদকী মতেংনা ঐখোযগী মণিপুবী সাহিত্যদা পুশিল্লক্লি। অসিগুম্বা ভাবতকী সাহিত্য অসিগী মরু ওইবিবা বিধা অমনি হাযনা শীংথানবিবা ৱাবীমচা হাযবসিগী শক্তম মচা অমত্তং ঐখোযগী মণিপুবী সাহিত্যদা উবা ফংলিবসিগী মবমদা খবদং নৈনজগে।

ইন্দিযান লিটবেচবদা ৱাবীমচাগী খোঙহৌ অসি খবা থেঙনা লাকখি। ঙল্লিঙৈগী মতমদা 'পঞ্চতন্ত্র', 'হিতোপদেশ', 'বেতাল' অমদি 'বিক্রমাদিত্য'গী ৱাবী কযা লৈবম্লগসু মখোয অদুনা অহানবদা ওবেল লিটবেচবগী কাঙলূপ্তা চল্লম্বা অদুগা কাইনথংদা মতমগী দাবীগী মতুংইন্না বিটন লিটবেচবদা চল্লকপা

অসিনদি নোংচুপলোমদগী পোক্ককপা শোর্ট ষ্টোবি হাযবা বিধা অদুগী মনুং চল্লি হাযনা লৌবদি যাদবনা ঐখোযনা মখোয অসিবু শুপ্নগী কথা, আখ্যান নৎত্রগা চীনবূং ৱাবী ওইনা অদুম্মক লৌনদুনা লাক্লি। ৱাবী মচানা ভাবতকী সাহিত্যদা ইহান হান্না লাকখিবসি বাংলা সাহিত্যদনি হাযনা লৌনৈ। বাঙ্গলা সাহিত্যগী উপন্যাস-সম্রাটনি হাযনা লৌনবিবা বঙ্কীমচন্দ্র চট্টোপধ্যাযগী মনাওনিপা পূর্নচন্দ্র চট্টোপধ্যাযগী ৱাবীমচা 'মধুর্মতি' হাযবসিনা বাঙ্গলা লোলগী ওইনা ইহান হানবনি হাযনা সমালোচক কযানা লৌনৈ। মযাম্বনা সম্পাদন তৌবা 'বঙ্গদর্শন' হাযবা চেফোঙ অদুদা ইং ১৮৭৩দা ফোঙখি। মসিগী মতুংদা ববীন্দ্রনাথকী খূৎতা যৌবকপদা বঙ্গলা-ৱাবীমচাগী মপূং-মবৈ ফাবা শক্তম অমা থোবকখি। মলয়ালম লোলদা ইবা ইহান হানবা ৱাবীমচানি হাযনা লৌনবিবা 'ৱাসনাবিকৃত্তি' (ডি মিচিফ ওফ হেবিট) হাযবা কুঞ্জি নাযানবনা ইবা ৱাবীমচা অমা থাগী চেফোঙ 'বিদ্যাবিনোদিনী'দা ইং ১৮৯১দা ফোঙলকখি। মবাঠী লোলদসু ৱাবীমচাগী খোঙহৌ অসি যাম্না ঙঃা লাকখি। 'মনোবঞ্জন' কৌবা মেগাজিন অমদা ইং ১৮৯৫দগী হৌনা মবাঠী লোলগী বাবীমচা কযা ফোঙবা হৌবকখি। মসিদা বাঙ্গলা লোন্দগী হন্দোকপা বাবীমচা যাওবা যাওখি। হিন্দী সাহিত্যদদি ৱাবীমচাগী বিধা অসি ইং ১৯০০গী অদুবাইদা যৌবকখি। "সবস্বতী" হাযবা চেফোঙগী অহানবা ভোল্যুমদা ফোঙখিবা কিশোবী লাল গোস্বামীনা ইবা 'ইন্দুমতী' হাযবা ৱাবীমচা অসি হিন্দী ববীমচাগী অহানবা ৱাবীনি হাযনা লৌনৈ। মসি বাংলা ৱাবীমচা 'মধুমতিগী' মতৌ তম্বনি হাযনা লৌনবসু যাওই। মদু ওইববদি হিন্দীদা বামচন্দ্র শুক্লনা ইবা 'গ্যাবত বর্ষকা সময' (চহী তবামাথোইগী মতম) হাযবসিনা হিন্দীগী অহানবা ৱাবীমচানি হাযনা লৌনবা স্কোলব কযাসু থোবকখি। অমবু ওইবে, অমবু ওইবে, হিন্দী ৱাবীমচাগী অশেংবা মপূং ফাবা শক্তম্দি প্রেমচন্দগী খূৎইদা উবা ফংখি। ৱাবী মঙানা শাবা 'সোজৱে ৱতন' হাযনা মিংথোনবা বাজনীতিগী ইহুল চঙবা মহাক্কী ৱাবীমচা অসি মতম অদুগী সবকাবনা থিংখি। প্রেমচন্দ হাযবিবা মিং অসিমক অকোনবদা পেন নেম ওইনা শীজিন্নখিবা মিংনি। মহাক্কী অশেংবা মিংদি, ধনপতবায হাযবনি। 'সোজৱে বতন'গী অইবসি মহাক্না নবাবরায হাযনা থোনখি। সবকাবনা লাইবিক অসি

থিংখিবদগী নবাব বায় হায়বা মিং অসি শীজিন্নবা য়াদদুনা মহাক্কী মতুং তাবকপা লাইবিকশিংদা প্রেমচন্দ হাযবা মিং অসি শীজিন্নখিবনি। অদুদগী মীযাম্না ধনপতবায়বু প্রেমচন্দ হায়না অদুমক খঙনখ্রে।

মণিপুরীদা হন্দোকপা ভাবতকী ৱাবীমচাশিংগী মনুংদা হিন্দী সাহিত্যগী ৱাবীমচাদগী হন্দোকপনা হৌজিক ফাওবদি মশীংদা যাম্না হেল্লি। প্রেমচন্দগী 'সপ্তসবোজ' হায়বা ৱাবীমচাগী লাইবিক অদুদগী 'থম্মাল তবেৎ' হাযনা মিংথোন্দুনা ইহান হান্না লাইমযুম ভাগবত দেব শর্ম্মনা ঙল্লিগৈগী মতমদা ইং ১৯৬০গী মমাঙদা হন্দোক্লুনা ফোঙস্রবনি। মসিনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা খোঙদাখিবা অহানবা হিন্দী ৱাবীমচাগী লাইবিকনি হাযনা লৌগনি।

'থম্মাল তবেৎ' হাযবা লাইবিক অসিগী মওংদা চিংগাংবম নিশাননা 'প্রেমচন্দগী অখন্নবা ৱাবী' (১৯৯৭), অবিবম কৃষ্ণমোহন শর্ম্মনা 'প্রেমচন্দগী খঙ্গৎলবা অঙাংগী ৱাবী' (১৯৯৯), থাঙেম্বম তোমচৌনা 'প্রেমচন্দগী অখন্নবা ৱাবীমচা খবা (২০০৪) হাযবা অনুবাদকী লাইবিকশিং অসি পুথোবকখি। লাইবিক অহুম অসিদা কম্মন ওইবা ৱাবীমচা কযা যাওবি। নিশান অমদি তোমচৌগী অনুবাদতা হন্দোকলোয অনীগী অশেংবা থম্মোয অমদি অকনবা উইল উবা ফংই। লাইবিক অহুম অসি চাংদম্নদুনা যেংবদা কৃষ্ণমোহনগীনা খবা হেন্না মপৃঙ ফানা উই। মহাক্না হন্দোকপা লাইবিক অসিদা যাওবিবা মরুওইবা ৱাবীমচা খবদি-ঈদগাহ, শল্লাবা অনীগী ৱাবী (দো বৈলোংকী কহানী), অচৌবা ইমুংগী নিংঙোল (বড়ে ঘবকী বেটী), থুমগী দাবোগা (নমককা দাবোগা)গী মিং পনবা যাই। পূম্নমক যাম্না মমিং চৎপা ৱাবীমচা ঙাক্তনি। লাইবিক অসি হিন্দীদা প্রেমচন্দগী মজাইবুংঙো অমৃত্তবাযনা অঙাংশিংগীদমক্তা ওইনা খোমজিন্দুনা পুথোকখিবনি। কৃষ্ণমোহনগী মণিপুরী অনুবাদনা অঙাং-অহল খাক্তনা মণিপুরী অপাবশিংদা প্রেমচন্দগী ৱাবী ইবগী হৈশিংবা লোযননা মহাক্না পুথোক্লিবা চবিত্র কযাগী ফজবা লাযনা খঙহনবা ঙম্মি। লাইবিক অহুম অসিগী মাঙওইননা প্রেমচন্দগী ৱাবীমচা অহুম যাওবা ঐ ইশানা হন্দোকচবা, ইং ১৯৯৪দা ফোংঙখিবা 'হিন্দী ৱাবী মচা (ঙল্লিগৈগী)' মিংথোনবা অনুবাদকী লাইবিক অসিনসু প্রেমচন্দগী কহানী-কলাগী ফজবা অদু অপাবশিংদা লাযনা খঙহনবদা ফনা যাম্না মতেং

ওইগনি খল্লি। প্রেমচন্দগী 'কফন' (মাযখুমফি/কুকুপফি), 'সজ্জনতাকা দন্দ' (পুকচেল চাওবগী দন্দি) অমদি 'সরা সেবগেহুঁ' (গেহুঁ সেব অমা পৌৱা) লাইবিক অসিদা যাওনি। অসিদা নত্রনা লাইবিক অসিদা ঙল্লিঙৈ মতমগী মমিংচৎপা হিন্দী ৱাবীমচা তবেৎ অমসু যাওবি। মখোযগী মনুংদা, জয়শংকরগী 'আকাশ দীপ' (মেরা থাউমৈ), সুদর্শনগী 'হারকী জীত' (মাযথীবগী জয), ভগবতী প্রসাদ বাজপেযীগী 'মিঠাইবালা' (মিঠাই যোনবা) শীংথানবা যাই। ৱাবীমচা অমখক্তং ইবগা ফাওখিবা চন্দ্রধর শর্মা গুলেরীগী ক্লাসিক ওইবা ৱাবীমচা 'উসনে কহা থা'গী অনুবাদ ' মহাক্না হাযরম্মী' হায়বা অসিসু লাইবিক অসিদা য়াওবি। হিন্দী ফিল্ম অমা ওইনা পুথোকখ্রবা ৱাবীমচা অসিগী মহাও মণিপুরগী ভাবোকশিংনা মতম অমদা ইম্ফালগী মকওইবা সিনেমা হোল অমা ওইরিবা ফ্রেন্দস টোকিজদা ফংবা ঙমখ্রবনি। নুংশিবা অমদি থাদোকপা (প্রেম অমদি ত্যাগ)দা যুম্ফম ওইনা ৱাবীমচা অসি হিন্দী ৱাবীমচাগী ইতিহাসতা ক্লাসিক অমা ওইনা লৌনরিবনি।

সুদর্শনগী 'হারকী জীত' যাম্না মমিং চৎপা হিন্দী ৱাবীমচানি। বাবা ভাবতী কৌবা ঈশ্বরগী নাম শোনবতনা নখৌদাং ওইজরিবা মীশক অমগী মশক মতৌ ফজত্রবা চুং থিবানা চাবা মহাক্না নুংশিনা সুলতান হাযনা কৌজবা শগোল অমবু মতৌ কবন্না খড়গ সিংহ কৌবা ডাকু অমনা মথুৎ চনগে হোৎনখিবা-চনসু চনবা ঙমখ্রবা অদুগ বাবা ভাবতীগী নাউবাং অমদগী মপুকচেল ওল্লকুনা শগোল অদু মপুগী মফমদা হন্দোকপিবকপগী যাম্না টুচিং ওইবা ৱাবীনি। মচা কাযনখ্রবা মপা অমনা মচাগী প্রেমনা নাচিং ওইদুনা লেবক কোক্সাং কযাদা কোযচৎ-চৎতুনা মিঠাই অমুক যোনা বাবা অমা যোন তৌদুনা অঙাংশিংগী মফমদা নুংশিবা উৎখিবা অমদি মঙ্গলমগী থম্মোয় জয় তৌবা ঙমখিবা যাম্না নুংশিবা অঙাংগী ৱাবীনি মিঠাইবালা।

হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা ৱাবীমচাগী লাইরিকশিংগী মনুংদা মেঘচন্দ্র হৈবাংখোংজমগী 'মগী ডন্দাবীগী খনগৎলা ৱাবীমচাশিং' (২০০৩)শীংথানবা যাই। হিন্দী নাটককার শংকর শেষকী এক ঔর দ্রোনাচার্যবু মৈতৈলোনদা অতোপ্পা দ্রোনাচার্য অমা হায়না হন্দোকপগীদমক সাহিত্য একাদেমি

ট্রান্সলেসন প্রাইজ ফংখ্রবা-হন্দোকলোয অসিনা হিন্দী রাবীমচাগী লমদা অখন্নবা ফিদা ফংদুনা লৈবিবী মন্নু ভন্দাবীগী রাবীমচা তবামাথোই খঙ্গৎতুনা যাম্না খুৎলোযনা হন্দোকপা ঙম্লে হাযনা খল্লি। অদুবু মহাক্কী অশোযবা অমদি মৈতৈলোন্দা পীবিবা রাবীমচাগী মিংথোনশিং অসি সোর্স লেঙ্গোইজদা কবি হাযনা লৈবগে হাযবসি তাক্লমদবা অসিনি। অইবী মন্নু ভন্দাবীগী মবমদসু শক্তোক রাবোল মচা অমা পীবম্বা যাবনি। মদুনা অপাবশিংনা অইবীগী মশক খঙবদা লায়না থোক্কদৌবিবনি।

হিন্দীদগী মণিপুরীদা রাবীমচা হন্দোকপা অইবশিংগী মনুংদা খাঙেম্নম ইবেতোন অমদি যুম্বাইলাংপম ব্রজমণিগী মিংসু পনবা যাই। ইবেতোননা হন্দোকপা 'শত্রংগী শাম্নবোয অমসুং অতৈ রাবীমচাশিং (২০১০) হিন্দীগী মমিং চৎপা রাবীমচা ঙাক্লনি। অদুবু মৈতৈলোন তাদনা হাযবা দোয অমা মহাক্কী অনুবাদতা ইবায লাযনা উবা ফংই। মসিনা মহাক্কী অনুবাদ কলাবু লৈখা তানা চিংথি। রাহৈ-রাতা শীজিন্নবদসু অসুক্কী মতিক অবাংবা উবা ফংই। লেযনা সেন্টেন্স পেটর্ন অমসুং ষ্ট্রকচর ঙাক্লা চৎতবগী দোষস থেংই। ব্রজমণিগী অনুবাদসু অবাংবা থাক্কীনি হাযনিংদে। খাঙেমপম ভুপেন্দ্রসু হিন্দী অনুবাদকী লমদা খবমথৈখাদি চঙশিল্লে হাযববু মথৈ যানবদি ভুমদ্রি। ভাগবত দেব শর্মানা হন্দোক্লম্মা 'সপ্ত সবোজ'গী মণিপুরী অনুবাদ মতাক্লস পাপ্পান্নে অদম লৌখৎপা যাদবমথৈ ফাউ হাযবদু তাবে।

হিন্দীদগী মণিপুরীদা অমদি মণিপুরীদগী হিন্দীদা হন্দোকপা অইবা অমা ওইনা আই এস কাংজমগী অচৌবা থিল অমা লৈ হাযবসি ত্রথোষ্কী খাদিংমক্কা খঙনববা রাফর্মনি। প্রোফেসর জবাহর 'সিংহগী' উসকা ফৈসলা তথা অন্য কহানিযাঁ হাযবা হিন্দী রাবীমচাগী লাইরিকপু মণিপুরীদা মহাক্কী খাবেপ অমসুং অতৈ রাবীমচাশিং (১৯৯৬) হাযনা হন্দোক্লগা সাহিত্য একাদেমি ট্রান্সলেসন প্রাইজ ফংখ্রবা অইবা অসিগী অনুবাদ মপং ফাউ হাযনা লৌনীংই। লাইরিক অসিদা রাবীমচা নিপাল যাওবি। লুংতাইতক্রিদদি লাইরিক অসিদসু ওরিজিনেল টাইটল পল্লমদবগী অশোযবা অদুমদি অদুমক লৈ। 'মহাক্কী খাবেপ' হাযবা টাইটল অসিগীবুদি 'উসকা ফৈসলা' হাযনা লৈরে। অতৈ তবেৎ অদুগীদি

পীবমদ্রে। হোয় মসিনা টেক্নিকেলগী ৱানি, অদুগা অনুবাদতি ফজবা অমদি অৱাংবা থাক্কী অনুবাদ ঙাক্তনি।

পঞ্জবিবা খবা অসি নত্তনা হিন্দী ৱাবীমচাগী মণিপুরী অনুবাদ পংলৈ লৈতত্রা হায়না খল্লি। লাইবিক ওইনদি ফোঙলক্লিবা খবব-কাগজ অমদি সাহত্যগী চেফোঙ কয়াদা ফোঙখ্রবা ৱাবীমচা খবদি লৈখি। মসিদা সৌগাইজম ৯৮৬ংদ্রগী মিং পনবা যাই। *পোক্লফম* খববগী সাহিত্যগী লমাযদা ফোঙখিবা মহাক্কী হিন্দী ৱাবীমচাগী অনুবাদ কযা ঐখোযনা থেংনখি। অৱাংবা থাক্কী অনুবাদক অমা ওইবা যাবগী গুণ মঙোম্দা চেল্লি। লাইবিক ওইনা ফোঙদোকহন্নীংই। মদু ওইবগদি ৱাবীমচাগী লমদা ভাবতকী সাহিত্যগী মমল যাম্না খুদোল অমা ওইগনি খল্লি।

মথংদা লৌখৎচবি-ইন্দো-ইংলিশ বাইটবশিংনা ইবা ভাবতকী ৱাবীমচাশিংগী মণিপুরী অনুবাদকী মতাং। অহানবদা ইং ২০০৩দা ফোঙখিবা বাজকুমাব মধুবীবগী *লৈগী খুদোল অমত্তং* হাযনা মিংথোনবা লাইবিক। অনাগুবদা চিবোম ইবোতোনগী *আবকে নাবাযনগী খনগংলবা ৱাবীমচা*, অহুমগুবদা চোংথাম নবেন্দ্রগী *লৌলী বোড অমসুং অতৈ ৱাবীমচাশিং*। অকোনবগী অনীমক মমিং চংলবা ইন্দো-ইংলিশ বাইটব—আব কে নবাযনগী ইংলিশতা ইবা ৱাবীমচা খবগী মণিপুরী অনুবাদনি। ফোঙবসু অনীমক ইং ২০০৮দা চহী অমত্তদা ফোঙখিবনি। ইবোতোনগী অনুবাদ পংনোপ নোপতে হাযনীংই। আব কে নবাযনগী ৱাবীগী ফজবা অমদি মহাক্কী খুৎফোঙদোক্কী তোঙান তাবা মতৌ, লোযননা পীনিংলিবা ইফেক্ট মণিপুরী অপাবশিংদা যৌহনবা ঙম্লে হাযনীংই। নবেন্দ্রগী অনুবাদসু পংনোপ নোপ্তে হাযবা যাই। আব কে নবাযানগুম্বা অফাওবা ফিক্সন বাইটব অমগী ৱাবীমচা ৩১ হন্দোকপা হাযবসি অবাযবা থবক নত্তে। অচৌবা প্রযাস অসিগীদমক নবেন্দ্রবু থাগৎতবা ঙমদে। ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা আব কে নবাযনবু শকখঙনীংবা মণিপুরী অপাবশিংগী মফমদদি মসি ববদান অমনি হাযনা লৌদবা ঙমদে। মসি নবেন্দ্রগী অচৌবা ক্রেদিটনি। সোর্স লেঙ্গুইজ ওইবিবা ইংলিশতা লৈবা টাইটলশিং টার্গেট লেঙ্গুইজগী মিংথোলগা লোযননা পীবা অসিনা তাক্পদি নবেন্দ্র অসি অনুবাদ

# হিন্দী সমালোচনা সাহিত্য

সাহিত্যগী লাইবিক অমা পাবগা মদুগী অফ-ফত্ত, অচুম-অবান শন্না হাযববদা দোষ গুণ নৈনববু সাহিত্যদা আলোচনা নৎত্রগা সমালোচনা হাযনা খঙনৈ। সাহিত্যবু পুক্সিগী ব্যাখ্যানি হাযনা লৌববদি আলোচনাবু ব্যাখ্য অদুগী ব্যাখ্যানি হাযনা লৌবা তাই। সমালোচনাগী মকওইবা পান্দমদি লাইবিক অমবু মপুংফানা নৈনবগা মদুগী অশেংবা মহাও অদু অপাবশিংদা ফংহনবা লোযননা মখোযগী মপুক্লীংবু সাহিত্যগী ঈচেলদা তাউথহনবা অসিনি। কবি নৎত্রগা অইবগী খৃৎশেম্লংদা লৈবিবা অবোন-অথুপ কযা অদু যোঙদোক্লনা অপাবশিংবু ভাব তাহনবা অমদি সাহিত্যগী অচুম্বা লোযননা কান্নবা মশক্ক খঙহনবা হাযবসি সমালোচক অমগী তৌদবা যাদ্রবা মথৌ অমনি। থৌদাং অসি অবাযবা নত্ত্রে, অকর্বনি। অইবা অমদি অপাবা অনীগী মবক্তা মহাক লেপ্পা তাবনি। মহাক্কী থবক্তি মেডিযেটব অমগী থবক্লি। অনীমক্কী মফমদা মহাক্কী অচৌবা দাযিত্ব অমা লৈ। অমবোমদা কবি নৎত্রগা অইবগী বচনা অদু থম্মোয শেংনা অমদি মিৎযেং চুম্না নৈনবা তাই অদুগা অমবোমদনা অপাবশিংগী থাজবা মাঙহন্দবা তাই। কবিগুম্না সমালোচকসু মিৎযেং শানবা অমদি কৃপশিন্না উবা ঙম্বগী গুণ চেনবা তাই। লোযননা খৃৎশেম হৈবা কলাকাব অমসু ওইবা তাই। সমাজগী চৎনবোল, শাস্ত্রগী জ্ঞান, প্রতিভা অমদি অভ্যাস কযা অসি কবি অমগী মশাদা দবকাব লৈবগুম সমালোচক অমগী মশাদসু দবকাব লৈ। মবম কযা'সি যেংলুবগা সমালোচনা অসিসু সাহিত্যগী ক্রিযেটিব ওইবা বিধা অমনি হাযনা লৌনবিবনি।

নোংপোক-নোংচুপ অনীমক্কী সাহিত্যদা সমালোচনাগী অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাক্লি। হিন্দী সাহিত্যদসু সমালোচনাগী চপ চাবা ফিদা অমা অদুমক লৈজৈ। আদিকাল, ভক্তিকাল, রীতিকাল অমদি আধুনিক কাল হাযনা তাংকক

মরী খাযদোক্লিবা হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাস অসি অওনবা শরুক্তদি সমালোচনা হাযবসি লৈবমদে। হৌজিক্কী মতমদা ঐখোযনা উবা ফংলিবা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যগী মশক মওং অসি হিন্দী গদ্য সাহিত্যগী অতৈ বিধাশিংগুম্না নোংচুপকী খুদোললি হাযনা লৌবা যাই। হিন্দী সাহিত্যদা সমালোচনাগী থবক অসি অহান্নবর্দদি কাব্যগী দোষ-গুণ লৈনবা খক্তনা ওইবম্মী। টীকা টিপ্পন্নীনচিংবসু সমালোচনাগী শরুক অমা ওইদুনা অদুম লৌনবম্মী। ভক্তি কালদা হাযবদি গোস্বামী তুলসীদাস, সূবদাস, কবীবদাস, মীবাবাইনচিংবা কবিশিংগী মতমদা এখোযনা সমালোচনা হাযবগা খঙনবগ্নদি কবিশিংনা ছন্দ নাইনা অলংকাবগী লৈখেৎ হাপ্তুনা শেম্লম্বা পদশিং অদুগী টীকা অদুবুনি। বীতিকালদা বস, অলংকাব, ছন্দ, নাযক নাযিকানচিংবগী তোঙান তোঙানবা মশক-মওং অমদি মখলশিং তাকপদগী হেল্লমদে। মতম অদুদদি মসিসু সমালোচনাগী শরুক অমনি হাযনা লৌনবম্মী। বসবাদী অমসুং অলংকাববাদী হাযনা কাঙলুপ অনী থোক্লুনা কাব্য লৈনবগী থবক তৌবম্মী। আচার্য কেশব অমদি মহাক্কী মতুংইনবা মাওইশিংনা অলংকাব লৈনবদা অদুগা চিন্তামনি, মতিবাম, দেব, বিহাবীনচিংবা বীতিকালগী কবিশিংনা বস লৈনবদা পূক্লীং লুপ্পা নত্তো কাব্যগী মপূমদা দোষগুণ লৈনবগী লমদা কযা চঙশিল্লমদে। শম্না হাযববদা মতম অসিগী হিন্দী সাহিত্যদা মপুংফানা সমালোচনাগী শরুম উবা ফংদ্র।

তবামাপনগুবা শতাব্দীদা নোংচুপকী শিক্ষানা পীবকপা শাফুগী ফল ওইনা উপন্যাস, কহানী, নাটকনচিংবা হিন্দী সাহিত্যগী বিধা কযা চাওখৎলকপগা লোযননা হিন্দী সমালোচনাসু মশাগী ফিবেপ অমা লৌবা হৌবকখি। অদুমকপু যাম্নমক মপূং ফাবা হাযবদুদি ওইখিদে। হিন্দী সাহিত্যদা 'ভাবতেন্দু যুগ' হাযনা খঙনবা মতম অসিদা ভাবতেন্দু হবিচন্দ্রগী লীচিং মখাদা বদবীনবাযন চৌধবী পেমঘন, বালকৃষ্ণ ভট্ট, শ্রী নিবাসদাস, বালমুকুন্দ গুপ্ত, প্রতিভা নাবাযন মিশ্র, গঙ্গাপ্রসাদ অগ্নিহোত্রীনচিংবা অইবা কযানা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মওং অমা শেম্নবা কন্না হোৎনবকখি। নীতি নিযম নাইনা ভাবতকী কাব্য শাস্ত্র অমদি নোংচুপকী লিটবেবি ঠিওবি কয়া তোৎশিন-যানশিন্নদুনা সমালোচনাগী অনৌবা শক্লোন অমা শেম্নবা হোৎনখি।

মখোয অসি হিন্দী সাহিত্যগী থৃৎমাবা সমালোচক ওাক্লনি। ভাবতেন্দু হবিশচন্দ্রনা *কবিবচন সুধা*, *হবিশ্চন্দ্র*, চন্দ্রিকানা *হিন্দী প্রকাস* (১৮৭৭-১৯১০) নচিংবা পত্রিকা (চেংফোঙ) কযাগী মতেংনা সমালোচনা সাহিত্যগী অচেৎপা যুম্ফম অমা থোন্নবা হোৎনখি। মহাকপু হিন্দী সমালোচনাগী অপোকপা হায়নফাওবা যঙনখি। হিন্দী সাহিত্যগী অবিবা পবম্পবা থাদোক্লুনা নোংচুপ-সাহিত্যগী সচ্চাদা হৈবগা অনৌবা সাহিত্যগী যুগ অমা শেমগে হোৎনখিবা ভাবতেন্দু হবিশচন্দ্রনি। মহাক্কী মতম অসি ইং শক ১৮৫০-১৮৮৫নি হাযনা লৌনৈ। মতম অসিদা ফোঙবা পত্র, পত্রিকাশিংদা পুস্তক সমীক্ষা হাযবদি লাইবিক নৈনবগী নৈন-ৱাবেংশিং ফোঙবদা নত্তনা আলোচনাগী মখল অহুমখক পুথোবকপা থেংনৈ। মখোয অদুদি— ১) বীতিকালগী লক্ষন গ্রন্থশিংগী পবম্পবাদা ইবা বৈজ্ঞানিক ওইবা আলোচনা। ২) অনীশুবদা ব্রজ ভাষা অমদি খড়ীবোলী গদ্যদা ইবা টীকাশিংগী মওংদা চংনবম্বা আলোচনা, ৩) ইতিহাসকী লাইবিকশিংদা কবি পবিচযগী মওংদা ইবা আলোচনা।

ভাবতেন্দু যুগতা হিন্দী সমালোচনাগী মক হুনবা হৌখ্রে হাযবগী ৱাতনি। আধুনিক আলোচনাগী মশক মওং অসিদি যুগ অসিগী মতুংদা লাকখিবনি। যুগ অসিদা ইখিবা মমিং চৎপা সমালোচনাগী লাইবিক অমা পনাবা তাববদা বদবীনাবাযন চৌধবী 'প্রেমঘন'গা শ্রী নিবাসদাসনা ইবা 'সংযোগিতা স্বযম্ববগী মপূংফাবা আলোচনা অসিনি। মসিগী মতুং তাবকপদা বালকৃষ্ণ ভট্ট অমদি বালমুকুন্দ গুপ্তনা ফনা শাংনা পবমপনা অসি কাযহন্দনা আলোচনাগী লমদা চঙশিল্লম্মী। ভট্টজীগী 'নীলদেবী', 'পবীক্ষা গুরু', 'একান্তবাসী যোগী' গী মবমদা ইবম্বা নৈন-বাবেংশিং মতম অসিগী সমালোচনা সাহিত্যগী মমল যাম্বা খুদোল ওাক্লেনি। বালমুকুন্দ গুপ্তনাস আলোচনাগী বাবেং কযা ইখি। ভাবতেন্দু যুগকী লোইশিল্লকপা দ্বিবেদী যুগনা হৌদকপা মতাংদা মহাক্কী মমিং অসি মীযাম্না শোন্নবা হৌবকখি। মতম অসিদা ইবম্বা নৈন ৱাবেংশিংদা উবা ফংলিবসি শুপ্লগী লাইবিক্কী মবমদা অমং যেং পুথোকপা থল্লেন। মহাক্নী মবমদা অমদি অইবনা ফোঙদোক্লিংলিবা বাথল অমসুং মীশিংলিবা পাউখুম্লেলগী মতাংদদি থোইদোক্না পূক্লীং চঙবগী মওং উৎদ।

ভাবতেন্দু যুগকী মতুংদা দ্বিবেডী যুগ হায়না খঙনবা মতম অসিদা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যগী অককপবা, চীংলেম্বা মশক অমা উবা ফংদ্রবসু মকওইবা আলোচনাগী কাঙলোন খবদি য়াৎপা উখি। হজাবী প্রসাদ দ্বিবেডীগী কন্টেম্পববি ওইবা লেখকশিংগী মনুংদা মিশ্রবন্ধু হায়না খঙনবা অইবা অহুম—শ্রী গনেশ মিশ্র, ডা শ্যামবিহাবী মিশ্র, শুকদেব বিহাবী মিশ্র, অদুগা পদ্মসিংহ শর্মা, কৃষ্ণবিহাবী মিশ্র, লালা ভগবানদীননা অথোইবনি। ১৯১০দা ফোঙবা মিশ্র বন্ধুগী *হিন্দী নববত্ন* হায়বা লাইবিক অসিদা হিন্দী কবি মাপলখক্কী মবমদা *তুলনাত্মক আলোচনা হায়বদি কম্পেবেটিভ ক্রিটিসিজমগী মওংদা* শীংথাবা য়াবা আলোচনাগী মশক অমা পুথোবকখি। লাইবিক অসিদা মহাক্না দেববু বিহাবীদগী ব্রাংনা থাঙ্গৎখি। মসিগী ফলনা দেবনা ব্রাংব্রা, বিহাবীনা ব্রাংব্রা হায়বগী অকনবা কলমগী লান অমা থোকখি। মসিনা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যদা তুলনাত্মক আলোচনাগী ঈচেল কনখৎহনখি। পণ্ডিত পদ্মসিংহ শর্মানা *বিহাবী সতসাই* গী মবমদা লাইবিক অমা পুথোকখি। মসিগী পাউখুমদা মশাগী বিযেক্সন ওইনা পণ্ডিত কৃষ্ণবিহাবী মিশ্রনা 'দেব ঔব বিহাবী' হায়বা লাইবিক অমা ফোঙলকখি। মসিসু কবি অনী অসিগী তোঙান তোঙানবা মিৎযেংদা চাংদম-পান্দমনদুনা ইখিবনি। দ্বিবেডী যুগকী হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যগী চাওখৎ খোঙথাংদা মকওইবা থৌদাং যাখিবা চেফোঙ অনীখক্কী মিং পনবা তাববদি 'সবস্বতী' অমদি 'নাগবী প্রচাবিনী পত্রিকা'নি। সাহিত্যগী চেফোঙ অনী অসিদা লাইবিক মশক তাকপা ব্রাবেং কয়া হাপ্পদা নত্তনা বিসার্চকা মবী নৈনবা মেথোডোলোজি কয়া পান্দুনা নৈনবা লাইবিক কয়াগী মবমদসু ইবকখি। ডা শ্যামসুন্দবদাস, বাধাকৃষ্ণদাস, অম্বিকাদত্ত ব্যাস, গংগাপ্রসাদ অগ্নিহোত্রীনচিংবা মমিং চৎপা লেখক কয়াগী ফজববা আলোচনাগী ব্রাবেং কয়া থোবকখি। চুম্নগী দোষ-গুণ নৈনবা নত্তবা আলোচনা সিদ্ধান্তগী পথাপ ঙাক্না ইবা অচঙবা লাইবিক অমত্তংগী মমিং পনবা তাবগদি গংগাপ্রসাদ অগ্নিহোত্রীগী 'সমোলোচনা' কৌবা লাইবিক অসি শীংথানীংঙাইনি।

হিন্দী সমালোচনা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা বাবু শ্যামসুন্দব দাসকী 'সাহিত্যলোচন' কৌবা লাইবিক অসিনা পীখিবা ইথিল শীংথানীংঙাইনি।

কলাগী লমদা খবমখৈদি থিজিন-হুমজিনবগী খবক তৌবে হাযবা অসিনি। অদুমকপু- 'এন অষ্ট্রোলজর্স দে' হাযবসি মৈতৈলোনদা 'মাযচৌ অমগী নোংমা' হাযনা হনবা অসিমদি ফজবা খজিত্তং ৱাংপ্রা হাযনা খন্দবা ঙমদে। অষ্ট্রোলোজবসি মৈতৈলোনদা পাঞ্জি হাযনা অদুম্মক খঙনৈ। মাযচৌ হাযত্রগদি পণ্ডিতলোমদা খবা নকশিনব্রা হাযনা চিংনদবা ঙমদে। আব কে মধুৱীবনদি মসি 'পাঞ্জিগীসু নোংমা' হাযনা হন্দোক্রস্মী। মসিনা খবা হেন্না চুনশিন্নব্রা হাযনা খল্লি।

ইন্দো-ইংলিশ বাইটব মযাম অমা লৈবিবা অসিগী ৱাবীমচা অমমমতা ওইববসু মণিপুৰীদা হন্দোকপা ঙম্লগদি ভাবতকী সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মহাও অমসু মণিপুৰী জাতিনা ফংবা ঙল্লে হাযনা লৌবা যাগদবনি। মদুমক্তি থোক্ত্রি। ইংবাজী সাহিত্যগী ষ্ট্রীমদা লৈবিবিবা সাহিত্য প্রেমীশিংনা লম অসোমদা খুৎ থাবিবক্কনি খঞে। মদুনা মণিপুৰী অনুবাদ সাহিত্যদা ইন্দিযান লিটবেচবগী প্রভাব হেন্না চাউনা তাহনবা ঙমগনি খল্লি।

মথংদা লাকচগে-বাঙ্গলা ৱাবীমচানা মণিপুৰী অনুবাদ সাহিত্যদা ফংলিবা ফিদাগী মতাং। বাঙ্গলাগী ওইর্নাদি প্রো আই আব বাবু অমদি কুমাৰী থোইবী অনী পূল্লগা পুথোকপা "ৰবীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী ৱাবীমচা" হাযবা অনুবাদকী লাইবিক অসি নংতনা অতোপ্পা অমত্তা লৈত্রিমাল্লে হাযনা খল্লি। 'ডাকঘব', 'কবুলিৱালা'নচিংবা মমিং লৈবা ৱাবীমচা কথা যাওবিবা লাইবিক অসি অনুবাদ কলাগী মিৎযেংদা যেংবদা অদুম্মক মপৃং ফাই হাযনা লৌবা যাই। অনুবাদকী লমদা খুৎলোযববা অইবা ঙাক্তনি। মথক্তসু পঞ্জখ্রে— ভাবতকী সাহিত্যদা ৱাবীমচাগী বিধা অসিনা মতিক চাবা ফিদা অমা ফংবা ঙুর্মখ্রবা অসি ৰবীন্দ্রনাথ ঠাকুবগুম্না লাইপোক অমগী মপান্ননি। মহাক্কী ৱাবী মচাশিংদা যাওবিবা হ্যুমেন টচ হাযবা মগুণ অদু মণিপুৰী অপাবশিংদা অনুবাদকী লাইবিক অসিনা অদুমক লাযনা পীবা ঙমগনি হাযনা থাজে।

লোল অমত্তগী ওইবা নংতবা, খনা পনশিল্লগা হন্দোকপা মখলগী ৱাবী মচাগী লাইবিক অমা-অনী মণিপুৰি অনুবাদ সাহিত্যদা উবা ফংলে। অমনা সাপম তোম্বগী *ভাবত সাহিত্যগী ৱাবী মচা*, অদুগা অতোপ্পা অমনা সনসম নবদ্বিপকী *যুম্বু ওল্লবা মীথুংশিং* হাযবা লাইবিক অনী অসি কণ্টেক্স অসিদা

যাম্নমক মক ওই হায়না লৌনীংই। ইং ১৯৯০দা ফোঙখিবা তোম্বগী লাইবিক অসিদা ভাবতকী লোল ১৩গী ব্রাবীমচাশিং যাওবি। মকুওইবা খবা পনবা তাববদা--অসামী অইবা শৈলেন্দ্রকুমাব ভট্টাচার্যগী 'মাযখুম অমসুং মী', গুজবাতি অইবা মনুভাই পটেলগী 'অব্রাবগী মকুপ নুংঙাইবা', মলযালম অইবা যুকেং কুমাবগী 'মহাক অমসং ঐ', পঞ্জাবী অইবা অজিতকৌবগী 'নিউ ইযাব', মবাঠী অইবা আনন্দ যাদবকী 'চেকপল', শীংথানবা যাই। ঐ ইশানসু হন্দোকখ্রবা প্রেমচন্দগী 'কফন'গী 'কু কুপ্পবা ফি' হায়বা অসিমসু যাওবি। পূম্নমক ফজবা ব্রাবীমচা ঙাক্লেনি। অদুবু 'মৈতৈলোন তাদবা' হায়বা অচৌবা দোষ অসিনা মহাক্কী হন্দোকপা ব্রাবীমচাশিং অসিবু হম্ববা থাক্তা চিংথদুনতা লৈ। অদুগীসু মথক্তা সোর্স লেঙ্গুইজদা লৈবিবা মিংথোল তাক্তবা অসিনসু অপাবশিংদা অমুক্তা হেন্না চমম্নহল্লি। ব্রাফম অসি মথক্তসু থবদি পঞ্জখ্রবনি। সনসম নবদ্বীপকী ফোঙখিবা কুইদ্রিবা *যুম্ন ওল্লবা মীথুংশিং* হায়বা বাবীমচাগী লাইবিক অসিদা পূন্না তোঙান তোঙানবা লোলগী ব্রাবীমচা ১২ যাওবি। মসিগী মনুংদা আসামী ব্রাবীমচাগী অপোকপনি হায়না লৌনবিবা লক্ষ্মীনাথ বেজবরুৱা (১৮৬৮-১৯৩৮)গী 'ভাদাবি' হায়বা ব্রাবীমচা অমা যাওবি। যাম্না তেন্না ফজবা ব্রাবীমচানি হায়নিংই। শিশুবাম কৌবা লৌমী অমগী লোযনবী ভাদাবিগী সতীত্বগী গুণ উৎপা ব্রাবীমচানি। মপুবোইবনা ফন-থীনা ওৎপি নৈবিববসু মপুবোইববু লাইনি হায়না খঞ্জবী ভাদাবিনা মপুবোইবগী মফমদা অকাযবা অমত্তা চৎখিদে। নুপী ওইবীগী অখাঙ-কনবা পুকচেল অমদি মিনুংশি চাউবা থম্মোযনা পুকচেল খাববা মপুবোইববু মহাক্না লঙজকবা পাপকী মশক খঙহনখিবগী ব্রাবীনি। গুজবাটী লোলগী ব্রাবীমচা ইবা 'ধুমকেতু', জ্ঞানপীঠ এবার্ড ফংলবা মলযালম অইবা শিবশংকব পিল্লাই (১৯১২-১৯৯৯), মমিং চৎপা জর্নেলিষ্ট অমা ওইবতা নৎতনা ফিক্সন বাইটব অমসু ওইবিবা খুশ্বন্ত সিংহ, ইন্দো-ইংলিশ বাইটব আব কে নাবাযননচিংবা অফাওবা অইবশিংগী ব্রাবীমচা ১১না শাবা লাইবিক অসি তশেংনমক মণিপুবী অনুবাদকী সাহিত্যদা ব্রাবীমচাগী মমল যাম্নবা খুদোল অমনি হায়না লৌনীংই। অসিগুম্না মখলগী লাইবিক অসি মশীং যাম্না পুথোকপা দবকাব ওইবি। লম অসিদা থব্রায় যাওনা চঙশিল্লক্লিবা নহা ওইবিবা অইবা নবদ্বীপপু

থাগৎতবা ঙমদে। মথংদা মথক্তসু পনখ্রবা বাজকুমাব মধুবীবগী 'লৈগী খুদোল অমতং' হাযবা ব্রাবীমচাগী হন্দোকপা লাইবিক অসিদা ভাবতকী লোলশিংদগী হন্দোকপা ব্রাবীমচা ১২ য়াওবি। মসিগী মনুংদা নিপালদি হিন্দী, বাংলা অমদি ইন্দো-ইংলিশকী নত্তবা অতৈ ভাবতকী লোল নিপালগী ব্রাবীনি। মখোযগী মনুংদা জ্ঞানপীথ এৱার্ড ফংলবা বীবেন্দ্রকুমাব ভট্টচার্যগী *যাকইঙম* উপন্যাসতগী *লৌথোকপা ব্রাবীমচা অমা মিংথোল অসিমক শীজিন্নদুনা* যাওবি। মসিদা নত্তনা কাশ্মীবী অইবা অত্তাব মোইউদ্দিনগী লুহোংবগী ফিজোল, মলযালম অইবা ককুব নীলকান্ত পিল্লাইগী 'চাক চযোম', ওডিযা অইবা কালিন্দীচবন পানিগ্রহীগী 'ওই অমখক' শীংথানবা যাই। ইংলিশনা লিঙ্ক লেঙ্গোইজ ওইবগা হন্দোকপা ব্রাবীমচাশিং অসি পাবগা ইন্দিযান লিটবেচবগী মশক খবদা ওইববসু খঙবা ঙমহনবা অসি মধুবীবগী অচৌবা অবদান অমনি হাযনীংই। মতাং অসিদা ভবেন্দ্র লোংজোম্বনা হন্দোকপা *এন্টোন চেখোভকী ব্রাবীমচা খবা* হাযবসিসু পনবা যাই।

মথক্তা নৈনজবিবা খবা অসি যেংলুবগা ঐগোনদা ফাওজবসি— ব্রাবীমচাগী লমদা ভাবতকী সাহিত্যনা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা পীবা প্রভাব অসি খবা শোন্না লৈবি হাযবা অসিনি। ভাবতকী সাহিত্য লৈকোন্দা শাৎলিবা ব্রাবীমচাগী লৈবাং-লৈখন কযা অসি মণিপুবী অপাবশিংদা শক খঙহনগে হাযববদি লোল খুদিংমক্কী বিপ্রজেন্টেটিভ ওইবা ব্রাবীমচা কযা খনগৎলগা মণিপুবীদা অনুবাদ তৌবা তাই। ঐখোযগী অনুবাদ সাহিত্যদা মৈথিলী, বাজস্থানী, কোংকণী, কাশ্মীবী, নেপালি, ডোগডীর্নাচংবা লোলশিংদা ইবা ব্রাবীমচা লৈতবগুম্বনি। ইন্দো-ইংলিশ বাইটবশিংগী মনুংদা কেকি দরুৱালা মমিং চৎপা ব্রাবীমচা ইবা অমনি। জ্ঞানপীথ এৱার্ড ফংলবা, সংস্কাব ইবা যু আব অনন্তমূর্তিগী কন্নড ব্রাবীমচা কযা লৈবি। ইনক নক্না লৈবিবা, সংস্কৃতিগী লমদসু অচেৎপা মবী লৈনবিবা আসাম, বেঙ্গল অমদি ওবিষাগী সাহিত্যগা ঐখোযগী মণিপুবী সাহিত্যগা হেন্না নকশিন্নবা মবী অমা থম্লবা হোৎনবা চঙলি। হিন্দীগীসু কন্টেম্পববি ওইবা ব্রাবীমচা ইবা কযা লৈবি। মখোযগী ব্রাবীমচাশিংগী মহাও তংনীংবা হৌনশানি। অপূনবা ভাবতকী শক্তম শাগৎপদা কলচবেল ইন্টিগ্রেসনগী চাউববা থৌদাং লৈ হাযবসি নৌহৌনা হাযদ্রবসু য়াববনি।

মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী ঈচেলদা তিলহন্নীংবা ভারতকী সাহিত্যগী রাবীমচা কয়ামকুম লৈরি। বাংলা কবি সুনীল গাঙ্গোপাধ্যায়সু রাবীমচা ই। সাহিত্য একাদমি রিজনেল সেন্টর কোলকতাগী সেক্রেটরি ডা রামকুমার মুখোপাধ্যায় মশামকসু মমিং চৎপা রাবীমচা ইবা মীশক অমনি। মহাক্কী রাবীমচা খরা খঙ্গৎলগা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবা কান্নগনি লোযননা মখোয় ঐখোয়গী নবত্তা নুংশিনবা, থাজনবা অমদি অমত্তা ওইবগী মরী অমা শাগৎপা ঙমহনগনি। ১৯০৪দা ফোঙখিবা শরৎচন্দ্র চেট্টর্জীগী 'মন্দির' পাইওনীবিং ওইবা রাবীমচা অমনি। রাবীমচা অসি শোযদনা পানীংগনি। মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী লৈকোন্দা মসিগী চাব অমত্তং থানীংই। অসিদা নত্তনা বিভুতিভুষন বন্দোপাধ্যায়গী মোরিফুল' (১৯৩২), তরাশংকর বন্দোপাধ্যায়গী 'রাইকমল', অসামীদগী শরৎচন্দ্র গোস্বামী, লক্ষ্মীনন্দন বোরাদচিংবা মমিংচৎপা রাবীমচা ইবশিংগী রাবী কয়া মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী লৈকোন্দা তিলহনবা ঙম্লগদি জাতীয় একতা পুবকপদা অমদি সদভাবনাগী ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি থাম্ল। তামিলগী সুব্রমন্যা ভারতী, মলয়ালমগী সি ভি রমন, গুজরাটকী সুরেশ জোশী, কোংকণীগী দামোদর ভারজো, মরাঠীগী অথিকা সরকারনচিংবা মমিংচৎপা রাবীমচা ইবা কয়া অমসু লৈরি। মখোয়বুসু ঐখোয়গী সাহিত্যদা পুশিন্নীংই। অদুবু কনানা তৌরিগনি মখোয়গী রাবীমচাশিংগী অনুবাদ? কবিগীদি লৈরোই। শোযদনা লৈগনি। যেংসি সাহিত্য শৃবিবা ঐখোয়সি কয়াম কুইনা তৃমদুনা লৈবা ঙমখিগদগে'' মণিপুরী অনুবাদতা ভারত-সাহিত্যগী রাবীমচাগী তুংগী ফীভম শোযদনা চেৎকনি হায়রগী থাজবা লৈ। মরমদি মণিপুরী সাহিত্যদা হৌজিক হৌজিকমক রাবীমচানা খ্বায়দগী পান্নবা সাহিত্যগী বিধা হায়রদু ওইরি।

ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোল কয়াদা ইরিবা রাবীমচাশিং অসিগী মণিপুরী অনুবাদনা জাতি অনীগী মরক্তা থোং অমা শাদুনা হান্না লৈরম্বা সংস্কৃতিগী খেন্নবশিং অদু খঙমিন্নদুনা অমত্তা ওইবা রাখল্লোন শাগৎপদা শোযদনা মতেং পাংগনি নীংই। মসিনা জাতীয় একতা অমদি কাঙলুপ মশেল নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী লমদা কান্নবা পাউজেল শন্দোকপা ঙমগনি হায়রগী থাজবসু লৈ।

লাইবিক অসি থোবকপদগী কাশী বিশ্ববিদ্যালয অমদি প্রযাগ বিশ্ববিদ্যালযগুম্বা ভাবতকী অবিবা অৱাংবা থাক্কী তাইবঙ মহৈকোলশিংদা হিন্দী লোল অমদি সাহিত্য নুংশিজবা ছাত্রশিংগীদমক্তদি অচৌবা মতেং অমা ওইখি। লাইবিক অসিদা নোংপোক-নোংচুপ অনীগী কাব্য-কাঙলোনগী চুংশিন্নবা শক্লোন অমা উবা ফংই। লাইবিক অসিনা আধুনিক হিন্দী সমীক্ষাগী লমদা অনৌবা ৱাখল অমদি অনৌবা মিৎযেং অমা পুবকপা ঙমখি। বীতিকালদগী চত্থবকপা সাহিত্য নৈনবগী অবিবা কাঙলোন অদু লাপ্না হুন্দোক্লম্লগা মালেমগী সাহিত্যগী খোঙচৎকা ঈবোযননা চৎপা অনৌবা কাঙলোন অমা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যদা পুশিল্লকপা ঙমখিবা অসি তশেংনমক বাবু শ্যামসুন্দব দাসকী হোৎনজমননি। মসিনা তুংদা লাক্কদবা, হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা অনৌবা মখলগী সমালোচনা অমগী যুম্ফম থোনবা হৌখি। 'সাহিত্যালোচন' ইবদা নত্তনা তুলসীদাস অমদি ভাবতেন্দু হবিশচন্দ্রগী মবমদস্ গৱেষনাত্মক ওইবা হাযবদি-বিসর্চ ওবিযেন্টেড ওইবা সমালোচনাগী ৱাবেং কযা ফোঙলকখি। পদুমলাল পুন্নালাল বক্সীনসু 'বিশ্ব সাহিত্য' মিংথোনবা লাইবিক্তা নোংচুপকী কাব্য শাস্ত্রগী চৎনবিবা পথাপ অমদি নীতি নিযম কযাদা যুম্ফম ওইবগা যুবোপকী সাহিত্য নৈনখি অমদি মসিগী মযেক লাববা মশক অমা হিন্দী প্রেমীশিংগী মফমদা লাপ্থোকখি। অপূনবা মিৎযেংদা যেংবদা মতম অসি আধুনিক হিন্দী সমালোচনাগী অহৌবা অমসুং অনৌবা আশা অমগা লোযননা মমি তম্লকপা মতাংনি।

হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যনা মপূং-মবৈ ফাবা ফিবেপ অমা লৌবা ঙম্লকখিবসি আচার্য বামচন্দ্রশুক্লগী মখূৎতনি। লম অসিদা বিভোলুসনবী ওইবা অওনবা অমা পুবকপা ঙমখিবা আচার্য অসিগী অবদান যাম্না চাউনা লৈ। মহাক্কী মিৎযেং অসি অমনা সাহিত্যগী ঈচেলদা অদুগা অমনা মমিং লৈবা বচনাশিংদা থমখি। অহানবগী মখল অসি মহাক্কী 'হিন্দী সাহিত্যকা ইতিহাস' হাযবা লাইবিক অসিদা উবা ফংই, অদুগা অনীশুবা অসিনা মকওইনা তুলসী, সুব অমদি জাযসীগী বচনাশিং নৈনবদা উবা ফংই। শুক্লজীনা মহাক্কী নৈন-ৱাবেংশিংদা বস অমদি অলংকাব শাস্ত্রগী অনৌবা মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মশক অমা পুথোকপা হৌবকখি। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না অসুম অসুম শিথবক্লবা বস অলংকাবগী

ফীভমবু মহাক্না খবমখৈদি ফগৎহনবা ঙমখি। সৈদ্ধান্তিক হাযবদি থিওবিটিকেল ওইবা কবিগুম্না অকক্নবা পথাপ অমগী মখাদা লাইবিক নৈনবগী থবক অসি ইহান হান্না শুক্লজীনা হৌদোকখিবনি। 'কবিতা ক্যা হৈ' হায়বা হিন্দী ব্রাবেং অসি ঙসি ফাওবদা হিন্দী ছাত্রশিংগী চীন্দা তোংদুনা লৈবি। 'কাব্য মেঁ বহস্যবাদ' হাযবা ব্রাবেং অসিসু মহাক্কী বিপ্রজেন্টেটিভ ওইবা সমীক্ষা শাস্ত্রগী পোখোক অমনি। মহাক্না ইহান হান্না হিন্দীদা বস-বিচাব অসি মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা হৌদোবকখি। *বস মীমাংসা* হাযবা লাইবিক অসিদা বসকী কুপ্প কুপ্পবা তত্ব কযা মতমগা চূনবা অমদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুথোক্নুনা নৈনবি।

*নোংপোক-নোংচুপ* অনীমক্কী *সাহিত্য সিদ্ধান্ত* মুন্না খঙবা আলোচক অসিনা যুবোপকী সাহিত্যগা ভাবতকী সাহিত্যগা অনীগী মবক্তা থোং অমা শাদুনা অনীগী মবী চেৎশিন্নহনখি। ভাবত্তীয সাহিত্যদা নোংপোক-নোংচুপকী বৈজ্ঞানিব ওইবা মতমগা চূনবা অনৌবা ব্রাখল, অনৌবা মিৎযেং পুশিল্লকপগা লোযনন্না হিন্দী সাহিত্যবু নোংচুপকী বিদ্বানশিংদা শকতাকপা ঙমখি। আলোচনাগী অচুম্বা নিযম-কানুন খঙবা পন্দিত অমা হাযবদু মহাক ওইবা ঙমখি। হিন্দী সাহিত্যগী অফাওবা পণ্ডিত নন্দদুলাবে বাজপেযীনা আচার্য বামচন্দ্র শুক্লগী মবমদা অসুম্না হাযখি, " হিন্দী সমীক্ষাবু শাস্ত্রীয অমদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুবকখিবা মীশক অমনা লৌখিবা অচৌবা থৌদাং অদুদি হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাসতা মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈহৌবগদবনি।" মহাক্কী মাইযোক্তা লেপ্পা আলোচক লৈখিদবদি নত্তে, অদুবু মতিক মগুণ লৈববা আচার্য অসিগী মমাঙদা উন্না নুংশা মঙালদা তুম্বগুম তুমখিবা ঙাক্তেনি।

আচার্য বামচন্দ্র শুক্লগী মতমদা ইখিবা হিন্দী সমালোচনাগী সৈদ্ধান্তিক ওইবা মকওইবা লাইবিক খবগী মনুংদা নলিনীমোহন সন্যালগী—*সমালোচনা তত্ব*, লক্ষ্মীনাবাযন সুধাংশুগী *কাব্যমেঁ অভিব্যঞ্জনাবাদ*, বাবু গুলাববাযগী *সিদ্ধান্ত ঔব অধ্যন*, বামদিন মিশ্রগী *কাব্যদর্পন* শীংথানবা যাই। নৈন কাঙলোনগী যূক্ষমদা কবিশিংগী মবমদা ইবা লাইবিক খবসু উবা ফংই। মখোযগী মনুংদা মৈথিলীশবণ গুপ্তগী *কাব্য ধাবা*, মহাকবি হবিঔধগী *প্রসাদকী নাট্যকলা* যাম্না শীংথানিংঙাই ওইবা আলোচনাগী লাইবিকনি। বামচন্দ্র শুক্লগী

তুংইনবা বিদ্বানশিংগী মবক্তা পণ্ডিত বিশ্বনাথ প্রসাদ মিশ্র, চন্দ্রাবলী পান্দেয, নন্দদুলাবে বাজপেযী, ডা বামবিলাস শর্মা, ডা জগন্নাথ প্রসাদ শর্মা, বাবু গুলাববাযনচিংবগী মিং পনবা যাই।

আচার্য বামচন্দ্র শুক্লগী মতুংদা হিন্দী সমালোচনানা লম কযাদা খুমাঙ চাওশিল্লকখি। মতম অসি ভাবতকী বিশ্ববিদ্যালয কযাদা হিন্দী বিষযদা কন্না বিসর্চ তৌনবকপা মতমনি। লাইবিক অমদা তোঙান তোঙানবা আইবশিংনা থিজিন হুমজিন্দুনা ইবা নৈন-লাইবিক কযা থোবক্লবা মতমনি। মতম অসিগী শীংথানবা যাবা হিন্দী সমালোচকশিংগী মনুংদা বামকুমাব বর্মা, ব্রজেশ্বব বর্মা, মাতাপ্রসাদ গুপ্ত, বাংগেয বাঘব, সত্যেন্দ্র, নগেন্দ্র, বামবিলাস শর্মা, নন্দদুলাবে বাজপেযীনচিংবনি। আলোচকশিংসিনা অনৌবা পদ্বত্তি অমদা লাইবিকখক্তগী আলোচনা তৌবদা নত্তনা অইবশিংগী মবমদসু বিসর্চ ওবিযেন্টেড ওইবা নৈন-লাইবিক কযা পুথোক্লবকখি। মার্ক্সিজমগী ব্রাখল্লোনদা আলোচনা তৌবগী পদ্বত্তি অমসু মতম অসিদা কন্না ফাওগৎলকখি। লম অসিদা মাঙজিন থাবা সমালোচক খবগী মিং পনবা তাববদি ডা বাম বিলাস শর্ম্মা, শিবদাস সিংহ চৌহান, অমৃত্তবায, বাংগেয বাঘব, নামব্রব সিংহ চিংথনিংঙাই ওইদে।

হিন্দী সাহিত্যদা প্রগতিবাদকী আন্দোলন (প্রোগ্রেসিভ মুবমেন্ট) লাকপদগী হিন্দী সমালোচনাগী মাইওন অসি অমুক নৌহৌনা অনৌবা খোঙথাং অমবোমদা চঙশিল্লকখি। লোযননা ছাযাবাদী কবিতাগী অনৌবা শক্লোন অমা লাকপগা লোযননা তোঙানবা মওংদা ছাযাবাদী সমালোচনা হাযবা কাঙলোন অমসু থোবকখি। হিন্দী সমালোচনানা মশাগী অচেৎপা ফিবেপ অমা থল্লা ঙমখিবসি ছাযাবাদী যুগ অসিদগীনি হাযনা লৌনৈ। যুগ অসি যৌবকপদদি সমালোচনা হাযবসি চঙদবা যাদ্রবা, লৈতবা যাদ্রবা সাহিত্যগী মচল অমনি হাযনা লৌনখি। ছাযাবাদকীদা নত্তনা বহস্যবাদকী মবমদসু অব্রাংবা থাক্কী মহৈ তল্লিবা ছাত্রশিং অমদি হিন্দী প্রেমীশিংগী মফমদা ইজম অনী অসি কবিনো হাযবদু শব্দোক্লা তাকপা তাখি। লোয়ননা ছাযাবাদকী কাব্য অমদি বহস্যবাদী ছাত্রশিংগী মমল লেপ্পা তাখি। অদুনা হিন্দী বিদ্বান কযানা লম অশোমদা অব্রাংবা থাক্কী বিসর্চ তৌবা হৌনবকখি।

বিশ্ববিদ্যলযশিংদা হিন্দী তম্বা অমদি তম্বীবগী থবক্তা ছাত্রোপয়োগী ওইবা হাযবদি ছাত্রদা কান্নগদবা মখলগী কাব্যগা মবী লৈনবা লাইবিক ইদবা যাবক্তে। হিন্দী গদ্য সাহিত্যদা উপন্যাস, ৱাবীমচা, নাটকনচিংবা বিধাশিং অসিনা চহী খৃদিংগী অসুম অসুম চাওখৎলকপনা লাইবিকশিং অসিগী মবমদা কুপ্পা সমালোচনা তৌদবা যাবক্তবা মতাং অমা লাক্লে। লাইবিকশিং অসিগী দোষগুণ নৈনবা অমদি মখোযগী মমল লেপ্পগী থবক অসি তঙাইফদনা তৌবা তাবক্লে। মসিদা সংস্কৃত কাব্য শাস্ত্রদগী মতেংদি কবিসু লৌনীংঙাই লৈখিদে। মবম অসিনা ইংবাজী লোলগী মতেংনা নোংচুপকী সাহিত্যদগী নৈনবোলগী মচাক মথুম কযা তানবা তাবক্লে। নোংচুপকী কাব্যগা মবী লৈনবা নৈন-লাইবিক খবদি কহ্নাইলাল গুপ্তনা ইবা 'চবিত্র চিত্রন' (১৯৪৩), পদ্মলাল জুন্নালাল বক্সীনা ইবা *বিশ্ব সাহিত্য* (১৯২৪) অমদি *বিশ্ব সাহিত্য বিমর্শ* (১৯২৪), সেঠ গোবিন্দ দাসনা ইবা *নাট্যকালা মীমাংসা* (১৯৩৬), পুরুষোতম লালনা ইবা *আদর্শ ঔব* (১৯৩৭), বিনোদ শংকব ব্যাসনা ইবা *কাহানী কলা* (১৯৩৬) পনবা যাই। মতম অসিদা নাকল অমদা প্রযোগবাদী আলোচনা (এক্সপবিমেন্টেল ক্রিটিসিজম)গী মওংদা পদ্মসিংহ শর্মাগী *বিহাবী সতসইগী ভূমিকা*সু মমিং চৎপা লাইবিক অমা ওইখি। ছাযাবাদী কাব্যবু খবা হেন্না সৈদ্ধান্তিক ওইনা নৈনবদা নন্দদুলাবে বাজপেযীনা লৌখিবা থৌদাংসু শীংথানীংঙাইনি। ঐতিহাসিক পদ্ধতিদা ইবা হজাবী প্রসাদ দ্বিবেদীগী *হিন্দী সাহিত্যকী ভূমিকা* হায়বা লাইবিক অসি মপাম্মোংদা যেংবদা সাহিত্যগী ইতিহাস ওইনা উবগসু মসিদা সমালোচনাগী মচাক কযা যাওবি।

ছাযাবাদকী আলোচনাগী লমদদি ডা নগেন্দ্রসু শীংথানবা য়াবা সমালোচক অমনি। ইং ১৯৩৮দা ফোঙবা *সুমিত্রা নন্দন পন্ত* কৌবা লাইবিক্তা ছায়াবাদকী কবিতাগী নুংগী ঈচেল, মসিদা উৎলিবা মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগী মবী, *সৌন্দর্য* শাস্ত্রগী অকুপ্পা নীতি নিযম কযা নৈনদুনা ছায়াবাদকী কাব্যবু অৱাংবা থাক্কী কাব্য ওইনা মীযামদা উহনবা ঙমখিবা আলোচকনি ডা. নগেন্দ্র। পোৎশক অমবু মখল মখা কযা থোক্লা যেংবা হৈনবগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মিৎয়েং অমা নগেন্দ্রজীদা যাওবি। সোসিযেল ভেল্যুজদা থাজবা থম্নগা ভেল্যুশিং অসিবু

মীওইশবগী সমাজদা চন্নফম পীবা পাম্বা অইবশিং অমদি মখোযনা ইবকপা ব্রাবেং-শৈবেং কযাদা বিজ্ঞানগী মিৎযেং অমা থম্বা হাযবসি মহাক্কী পামজবনি।

অনৌবা আলোচানাগী শক্তম অমা লাকপা হৌবকপদগী আধুনিক হিন্দী সাহিত্যদা সমালোচনাগী থাক অসি ব্রাংনা লৈবে হাযবা যাই। ডা নামব্রব সিংহনসু *আজকী হিন্দী কহানী* হাযনা মিংথোন্দুনা হিন্দী ব্রাবী মচাশিং নৈনবা হৌখি। *সফলতা ঔব সার্থকতা* হাযবা নৈন-ব্রাবেংদা মহাক্না অনৌবা মীবোলগী ব্রাবীমচা ইবশিংগী অনৌ অনৌবা থিম অমদি ষ্টাইলদা ইবা ব্রাবী মচা কযামকম নৈনখি। মসিনা *নঈ কহানীগী ঈচেলদা নহা* ওইবিবা অনৌবা অইবা কযাবু তাউহনবা ঙমখি। 'ধর্মযুগ' হাযবা মমিং চৎলবা চেফোঙ অদুনা লম অসিদা লৌখিবা থৌদাংসু যাম্নমক শীংথানীংঙাইনি।

সমকালীন আলোচনা (কন্টেম্পববি ক্রিটিসিজম) হাযবদি মতমগী ওইবা আলোচনাগী লমদা মলযজ অমদি বামেশচন্দ্র শাহ শীংথানবা যাবা হিন্দী সমালোচক ঙাক্তনি। মলযজগী *কবিতাকে সাক্ষাতকাব, তীসবে অন্বেষকী তলাশ* সু যাম্নমক মমিং চৎখি। বমেশচন্দ্র শাহদি ক্রিযেটিভ ক্রিটিসিজমগী মাযকৈদা হেন্না মায ওনশিনবা আলোচক অমা ওইনা মমিং চৎখি। মহাক্না নক্তনা বিজযমোহন সিংহ, সুবেন্দ্র চৌধবী, অশোক বাজপেযী, বিষ্ণু খাবেনচিংবা আলোচক কযামকম্না মতমগী ওইবা হিন্দী সমালোচনা সহিত্য অমা শেমগৎপদা মরুওইবা থৌদাং লৌবিখি।

বামচন্দ্র শুক্লগী তুংদা লাকপা হিন্দী সমালোচনাদা মরুওইনা উবা ফংলিবসি বামচন্দ্র শুক্লজীগী পবম্পবাবাদ ওইবা হাযবদি হান্নদগী চৎনবকপা আলোচনা পদ্ধতিগী মাযোক্তা অনৌবা খোঙথাং অমা থাংজিল্লকপদুনি। হিন্দীদা প্রগতিশীল ওইবা সমালোচনাগী ইহৌ অমা শাগৎতুনা নেসনেল কেবেক্টব অমা পীবম্বসি বাম বিলাস শর্মাননি।

হিন্দী সাহিত্যদা প্রগতিশীল আন্দোলন হৌখিবসি ইং ১৯৩৬কী অদুব্রাইদা ওইগনি। 'তাব সপ্তক' কৌবা অনৌবা কবি তবেৎনা ব্রানা হোৎনজদুনা শেমখিবা সংস্থান অসিনা অনৌবা মখলগী শৈবেং লাইবিক কয়া আলোচনা তৌদুনা মীযামদা শৈবেংগী অশেংবা মশক তাকখি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও

হেক লোইবগা অমদি ভাবতনা নীংতম্বা ফংলকপা তাঞ্জা অদুৱাইদা মার্ক্সিজমগী প্রভাবতগী পোক্লকপা প্রোগ্রেসিভ ক্রিটিকশিংনা হিন্দী সমালোচনাগী অনৌবা যাওন অমা পুবকপা ঙমখি। প্রযোগবাদ হায়না খঙনবা ইংবাজীদা হায়বগা এক্সপবিমেন্টলিজম হাযবসিগী থিওবিদা ৱাবেং শৈবেং ইবা অনৌবা কবি কযা থোবকখি। কবিশিং অসিনা ইবকপা শৈবেংগী মওং মতৌ অমদি মনুংদা যাওবিবা ভাব অমসুং কল্পনাগী ফজবা কযা অদু মতমগী যাওল মতুংইন্না হোংলক্লিবা ফীভমগা চুননা শেম্লকপনা হান্না লৈবম্না শৈবেংগী মশক মওং অদুদগী ফনা যাম্না হোংলকখি। মতাং অসিদা বার্মবিলাস শর্মাগী আলোচনানা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমগী শক্তম লৌদুনা আলোচক কযাবু হুমদুনা পুখি। বামচন্দ্র শুক্লনা ভাবতীয কাব্য শাস্ত্রগী পবম্পাবা ঙাক্লা চৎলম্নদু মহাক্লা যানীংখিদে। মহাক্লা নোংচুপকী ৱাখল পবীংদা হিন্দী সমালোচনাবু নৌহৌনা শেমদোকপা পামখি। ডাক্টব নামবব সিংহসু মতম অসিগী শক্লাইববা আলোচক অমা ওইনা চোংথোবকখি। 'নযী কবিতা' হাযনা খঙনবা অনৌবা মখলগী হিন্দী কবিতাশিংবু নোংচুপকী মিৎযেংদা নৈনবনা মহাক্কী মকওইবা থৌদাং ওইখি। হিন্দী কবিতাগী লমদদা নৎতনা গদ্যগী বিধা কযাসু প্রোগ্রেসিভ আউটলুক অমগা লোযননা খুৎ থাবা হৌবকখি। মদুগী ফলনা প্রযোগবাদগী লমদা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যনা মপুংফানা মায ওনশিনবা হৌবকখি। মতম অসিগী অতৈ মমিং চৎপা সমালোচকশিংগী মিং পনবা তাববদি শিবদান সিংহ চৌহান, অমৃতবায, বাংগেয বাঘব শীংথানবা যাই। মখোযনা ইবা সাহিত্য সমীক্ষাগী লাইবিকশিংদা ভাবত জাতিগী ওইবা অপূনবা সমালোচনাগী শক্তম অমা উবা ফংখি। মসিনা হিন্দী সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা বিধাশিংগী ফজবা অমদি মখোযগী অৱাংবা থাক অদু ভাবতকী মীযাম্না খঙনবকখি। ১৯৫৫দা সবস্বতী প্রেসতগী ভৈবব প্রসাদ গুপ্তনা সম্পাদন তৌদুনা পুথোকপা *কহানী* কৌবা পত্রিকা অসিনসু অমুক হেন্না প্রযোগবাদী বিচাব ধাবাগী মশক অদু হিন্দী সমালোচনা সহিত্যদা হেন্না মযেক লানা থোকহনখি। মসিনা বিশ্ববিদ্যালয়শিংদসু হিন্দী শোধগী থবক্তা খুমাং চাওশিনহনখি লোযননা নহা ওইবিবা বিসার্চ স্কোলবশিংনা পুথোকপা থিসিস কযা থোবকখি। 'নযী কহানী, সফলতা ঔব সার্থকতা' হাযবা নৈন-ৱাবেং অমদা গুপ্তজীনা অনৌবা মীবোলগী ৱাবীমচা

ইবশিংগী ৱাবীদা যাওবিবা থিম অমদি টেকনিক্কী মতাংদা জুদিসিযেল ক্রিটিজমগী ফজ ফজবা ৱাবেং কযা ইবকখি। মসিনা নঙ্গ কহানীগী মখৈদা নহা ওইবিবা অতৈবা কযাগী পুক্নীং চিংশিনবা লাযনা ঙম্মখি।

'ধর্মযুগ' হাযবিবা মমিং চৎলবা হিন্দীগী চেফোঙ অদুগী মতেংনসু মতম অসিদা হিন্দী কহানীবু যোকখৎখি। লোযননা ৱাবীমচা কযাগী মবমদা নৈন-ৱাবেং ফোঙদুনা অপাবশিংদা হিন্দী কহানী সাহিত্যগী ফজবা মশক অমদি কাউঙমদ্রবা মহাও কযা খঙহনবা ঙম্মখি। লম অসিদা সম্পাদক অমা ওইনা ধমবীর ভারতীনা লৌখিবা থৌদাং থাগৎনীংঙাইনি। নীংতম্লবা মতুংগী হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যদা অতৈ অতৈ বিধাশিংগা যেংনবদা বাবীমচাগী বিধা অসিনা হেন্না মপাল মউ যনা চাওখৎলকখি। মসি নোংচুপকী সমালোচনানা পীবকখিবা অকনবা প্রভাবকী ফলননি হাযনা যাই। বাবীমচা হাযবা বিধা অসিমসু নোংচুপ সাহিত্যগী খুদোলনি। উপন্যাস, নাটকনাচিংবা বিধা কযাদসু মমল যাম্লবা নৈন-লাইবিক কযা থোবকখি।

অনৌবা হিন্দী সমালোচনাগী খোঙজেল যাঙনা চেনখৎলকখি। কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনসু চৎনখি। মাক্সবাদী বিচার ধারা হাযবদি মার্ক্সিজমগী নীতি নিযমদা যুম্ফম ওইবা মার্ক্সিজম ক্রিটিসিজমনা খাঙজিল থাবা ওইখি। ঈচেল অসিগী মরুওইবা সমালোচকশিংনা মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা প্রযোগবাদী সমীক্ষা হাযবদি অনৌ অনৌবা মিৎযেংদা চাংযেং মখল কযা পুথোক্লনা সাহিত্যগী পোৎথোকশিং নৈনবগী মাযকৈদা তেন্না মায ওনশিল্লকখি। চন্দ্রাবলী সিংহ অমদি ভগবত শরন উপাধ্যাযনচিংবা সমালোচকশিংনা বুদ্ধি লৌশিংদা যুম্ফম ওইবা, ৱাখল হেন্না থাধবা মখলগী আলোচনা কযামল-মসু পুথোবকখি। মসিসু চাংযেংগী মওং অমনি। ফনমক হোৎনজৈ হাযবদু নঙাই, মখোয অসিনা রামচন্দ্র শুক্লগী মতৌগুম্না কন্টেম্পররি রাইটরশিংদা অচৌবা ইম্পেক্ট অমা পীবা ঙম্না হাযবদুদি ওইখিদে। হৌজিক্কী মতমদবুদি হিন্দী সাহিত্যদা অনৌবা মখলগী সমালোচক কযাগী মশীং ঈশিং ইচাওগুম তেনগৎলক্রি।

মথক্তা নৈনজখ্রিবা ৱাফম খবা অসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্মদি ঙসি হিন্দী সমালোচনা হাযবিবা বিধা অসিনা হিন্দী সাহিত্যগী অনৌবা খোঙচৎপু ম্নাা

খণ্ডবা অমদি হোংলক্লিবা নৈন-কাঙলোন অমদি নৈন-মিৎযেংগী মতেংনা বচনাশিংগী মমল লেপ্পা লাযনা ঙম্লে। তাংকক কয়া লান্না অসুম অসুম চেম্লবকপদগী হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যগী ঈচেল অসি ঙসিদি পল্লেপফম অমা খণ্ডনা মশাগী মশক তাকপা ঙমজবে। হিন্দী সাহিত্য জগৎনা মসিগীদমক্তা চাউথোকপা অমা পোকচবে। অনৌবা পুথোবকপা সমালোচনাগী লাইবিকশিংদা সমালোচকশিংগী ওবিজিনেল ওইবা পুক্নীং ৱাখল অমদি মিৎযেংগী মমিসু তাই অদুগা কবিগুম্বদা অতোপ্পগী মতৌ তমদুনা ইবা খুৎইসু যাওবা থেংনৈ। অদুবু পূন্না যেংবদা মখোঙ থোংনা লেপচবা ঙম্লবা মশাগী তোপ তোপ তাবা মশক মওং শেংনা লৈববা আলোচনাগী মশক অমদি উবা ফংলে হায়না লৌবদা লানগনি নীংদে।

হৌজিক্কী মতমদা হিন্দীগী অনৌ অনৌবা সমালোচক কয়া থোবক্লে। মখোযগী লেপ্পা নৈতবা হোৎনজমননা হিন্দী সাহিত্যগী অশেংবা মশকসু অপাবশিংদা খণ্ডহনবা ঙম্লে। যাম্না পাক চাউবা সাহিত্য অমা ওইখিবনা অনৌবা আলোচকশিং অসিগী মমল লেপ্পা অৰুবা অমা ওইবি। অনৌ অনৌবা মীবোল কযা থোবক্লনসু হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যদা আচার্য বমাচন্দ্র শুক্লনা লৌবম্বা থৌদাং অর্মদি মহাক্কী অবদানদি নুমিৎ থানা লৈবিমখৈদি হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাসতা কাউবা ঙমদনা লৈহৌবগনি। ফনমক ডা নগেন্দ্র অমদি নন্দদুলাবে বাজপযীনা মহাক্কী মতৌ তম্লবা হোৎনবল্লবসু মহাক্কী থাক যৌগনি হাযবসিদি হিন্দী সাহিত্যগী ছাত্র অমত্তনা যাবা ঙম্লোই। অসি হায হাযদুনসু আধুনিক হিন্দী সমালোচনা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা মথক্তসু পনখ্রবা নন্দদুলাবে বাজপযী, শান্তিপ্রিয দ্বিবেদি, নগেন্দ্র, বামকৃষ্ণ শুক্লা, বিশ্বনাথ প্রসাদ মিশ্র, ব্রজবত্নদাস, বামকুমাব বর্মা, জনার্দন মিশ্র, কৃষ্ণনন্দ গুপ্ত, গিবিজাদত্ত শুক্ল, ডা নামবব সিংহ, ডা নগেন্দ্র, বামনাথ সুমননচিংবা আধুনিক যুগকী সমালোচকশিং অসিনা হিন্দী সমালোচনা সাহিত্যদা তৌবম্বা দান কযা অদুদি কন্নানসু কাউগদবা নৈতে। তশেংনমক হিন্দী সমালোচনা সাহিত্য ভাবতকী অতৈ লোলশিংগী লৈজবিবা সমালোচনা সাহিত্যগা চাংদম্নবদা কবিগুম্বা মখলগী অনোপ্পা অমত্তা লৈত্রবনি হায়না লৌগনি।

# রবীন্দ্রনাথ টেগোরগী প্লে

**টেগোববু অহানবদা** ঐখোযনা কবি অমা ওইনা হেক্তা উই---বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথ টেগোব। ঐখোযগী মহাকবি অঙাংহলগুম্বনি, উপন্যাস ইবা, ড্রামা ইবা অদুবু মপূংদা কবি—মহাকবি অঙাংহল। *খম্ব-থোইবী শৈবেং* গী মঙালনা মহাক্কী অতৈ কাব্য বচনাশিংবু লুমশিনখিবনি। টেগোবসু ড্রামা ই, ৰাবীমচা ই, উপন্যাস ই অদুবু মহাক্কী শৈবেংশিং---মক ওইনা *গীতাঞ্জলি* গী মঙালনা ঙানমনখিবনা বচনাশিং অসি ইমম মমশিন্না উর্বনি। টেগোবগী বচনা খূদিংমক মশা মশাগী চপ চাবা মশেক মঙাল লৈজবা ঙাক্তনি। কবীন্দ্র ববীন্দ্র হাযনৈ হিন্দী সাহিত্যদা। লাইযামগী মবক্তা ইন্দ্র সোবাবেলনা নিংথৌ ওইবগুম কবিশিংগী মবক্তা ববীন্দ্রনাথনা নিংথৌ ওই হাযবগী ভাবনি। কবিত্ব শক্তি মবাং কাযনা চেনবা, কবিতাতনা মথ্বাযনি খঞবা ববীন্দ্রনাথকী ৰাখলগী ঈচেলদগী শৈবেংতমক থোক্লকউ হাযবদি কদাযদগী যাগদগে'? শৈবেংগা ঈবোযননা ৰাবেংগী ঈবোং কযা অমা ফাংনা চেনশিল্লক্লি। ঈবোং অসিদা যাওবি—ববীন্দ্রনাট্য—ববীন্দ্রনাথকী ড্রামা। জাতিগী কবি ওইবতা নত্তনা অন্তবজাতিগী কবি ওইবিবা বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথকী খূৎথাদা বাঙ্গলা নাট্য সাহিত্যনা কবি কবম্বা ফীভমদা হৌবকখিবা অমদি মদুদা মহাক্কী অবদাননা কবি ওইখিবা নৈননীংঙাইনি।

কুনশুবা শতাব্দীগী বাঙ্গলা নাট্য-সাহিত্যদা খ্বাইদগী ফাওবা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইবমগদৌবা টেগোবনি। মহাক্কী শৈবেংনা নমথদুনা থম্বিবম্বনি হায়বসিমদি মীপূম খূদিংমক্লা যানববা ৰাফমনি। অদুবু ফনা কন্না নমথদুনসু টেগোবনা বাঙ্গলা নাট্য অমদি বাঙ্গলা নাট্যশালাবু কদাযফাওবা পুখৎলম্বগে হায়বসিদি মহাক্কী লীলাশিং নৈনবগা খঙবা ঙমগনি। মহাক্কী ইহান হানবা ড্রামানি হায়না লৌনবিবা মশাগী চহী ২০দা ঙাযবিঙৈদা ইখিবা *বাল্মীকি-প্রতিভা*

(১৮৮১) হায়বিবা লীলা অসিনা ববীন্দ্রনাথকী প্রতিভা অদুম তাকচববনি। ঈশৈনা মপূং ওইবা লীলা অসিনা মহাক্কী নাট্যকলাগী য়াকাযবোল শকখিবনি। মথংদা ইং ১৮৮২ দা থোবকখি—*কালমৃগযা* (The Fatal Hunt)। ড্রামা অসি মহাক্কী অনীশুবা ওপেবানি হাযনৈ। ঈশৈগী গুণনা ষ্টেজ-প্লে অমা ওইনা যাম্না চিংখৎখি। কলকতাগী নুপী-লুপ অমনা হাযজবকপদগী ইখিবা অমদি নুপী ঙাক্তনা শান্নখিবা *মযাব খেলা* (The Play of Illusions, ১৮৮৮) সু ঈশৈ ঙাক্তনা লেংবা *লৈপবেং* (Flower Garland) অমনি হাযনা লৌনখি। ড্রামা অসিদা উৎলিবদি ক্রিটিক কৃষ্ণ কৃপালানীগী লোন্দা হাযবগা, 'ঐখোযনা নুংশিবদা নুংঙাইববু ফংনবা তান্নৈ অদুগা নুংশিবসু নুংঙাইবসু অনীমক মাঙহল্লি' হাযবা অসিনি। পেবাদোক্সিকেল ওইবা ব্রানি। টেগোবগী *প্রকৃতিব-প্রতিশোধ* (Nature's Revenge, ১৮৮৪) ঙল্লিঙৈ মতমগী শীংথানবা যাবা ড্রামা অর্মনি। টেগোবগী তুংদা ইবক্কদবা বচনা খুদিংমক্কী মশক লীলা অসিনা তাক্লবনি হাযনা অইবনা লৌজৈ। মহাক্লা হাযবম্মী, "It may be looked upon as an introduction to the whole of my future literary works " ষ্টেজদা শান্নবদা কা হেন্না মায পাকখিদ্রবসু মসিদা অচুম্বগা ফজবগা মূক্লবা অমদি ব্রাখলগা নুংশিবগা থেংগাইনবা উৎলি। চহী মঙা লৈবগা ইবকপা *বাজা-ও-বানী* (The King and the Queen, ১৮৮৯) সু নুংশিবা অমসুং থৌদাং অনীগী মূক্লবা উৎপা ড্রামানি। অফাওবা বেঙ্গলী ক্রিটিক শিশিবকুমাব ঘোষনদি লীলা অসিদা শেক্সপিযাবগী লীলাগী মমি তাই হায। মথংদা ইবকখি—*বিসর্জন* (Sacrifice, ১৮৯০)। মসিমদি টোগোবগী মহৈ যানবা লীলা অমা ওইখি। নিংথৌগী বাজপুবোহিত বঘুপতিগুম্বা ত্রেজিক হেবো অমা শেম্বদা মহৈ য়ানখি। লীলাগী থিমবুদি দেবী-পূজাদা বলি তৌবগী চৎনবী থিংবগা মবী লৈনৈ। লীলা অসিদা টেগোবগী হ্যুমেনিষ্ট অমা ওইবগী মিৎয়েং অদু মকা ফোংনা উৎথোকই। ধর্মগী অখূবা মিৎযেংবু খোঙ্গাওনদুনা, থাযনদগী চৎনবকপা ইমা কালিদা শা বলি কৎপগী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌই টেগোবনা। ড্রামা অসিমক্তি মণিপুবী ভাবোক্তা চাউনা ইমপেক্ট পীবা ঙমখ্রবনি। স্বৰ্গীয় খোমদ্রাম ধনচন্দ্রনা মণিপুবীদা হন্দোক্লগা এম দি য়ুনা শান্নখিবা লীলা অসি মায় পাকপা লীলা অমা ওইখি। ত্রিপুবা-নিংথৌ

বিক্রমানিক্যগা মহাক্কী পুবোহিত বঘুপতিগা অনীগী মবক্তা লৈবা ধর্ম-বিচাবগী মূক্লবা অমদা যূস্ফম ওইবগা মানব-সত্যগী জয উৎপা লীলানি। বঘুপতিগী অচানবা মনাই জয়সিংহনা মহাক্কী গুরুগী অপাম্বগী মাইয়োক্তা মশামক্কী থৱাযবু বলিবেদীদা কৎথোক্লুনা চূমদবা ধর্ম (অধর্ম)দা মমিৎ তাঙলবা মহাক্কী গুরুবু মমিৎ পাঙহনখিবা অমদি অচুম্বগী লম্বীদা পুবকখিবা মিনুংশিতনা থল্লবা ৱাবীনি। লীলা অসিদা টেগোব মশামক্লা অমুক্লা বঘুপতি, অদুগা অমুক্লা জয়সিংহগী শক্তম লাংখি।

বিসর্জন গী মতুংদা টেগোবগী ড্রামাগী খোঙচৎ অসি ফনা শাংনা লেপখি। চহী কযামকম লেপ্লববা মতুংদা ফোঙলকখি—*বাজা* (The King of the Dark Chamber, ১৯১০)। খবা স্পিবিচুযেল ওইবা ড্রামানি, বাংলাগী আলোচক হিবনকুমাব সন্যালনদি মসি বাংলা সাহিত্যগী অহানবা ৱাথোক থৌদোক নৈনবা ড্রামা (problem play) নি হায। 'বাজা' ফোঙবা চহী অনীগী মতুংদা থোবকখি—টেগোবগী যাম্না মমিং চৎপা ড্রামা *ডাকঘব* (The Post Office, ১৯১২) কলকতা শহবগী মশক নাইবা মীওই কযা বার্ত্তন তৌদুনা জোবাশাংকোবগী থিযেটবদা হঞ্জিন হঞ্জিন শান্নখ্রবা লীলা অসিদা টেগোবনা মীওইবগী আত্মানা শকউদবা তাইবংমপু অমগীদমক খোযবাঙজবা অদু উৎলি। মতম থাদুনা লৈববা হাযবদি শিগদৌবিবা অঙাং অমনা (অমল) মহাক্কী অনা-ফমুংদগী মিহুৎথোঙ ফাওনা যেংথোবকপদা উবিবা পুক্সিগী মখল-মচুগী দৃশ্য কযা—চীংযাদা লৈবা তাল্লবা খুঙ্গং অমদগী লাকপা দহী যোনবা নিপা, যেন্দাই থন্না লৈ হাপ্তুনা লম্বীদা চৎলিবী নুপীমচা, শঙ্খু-শঙ্খু শান্নবিবা চম্লবা অঙাং কযা, পূংজা কাংশি খীংলিবা থোঙশঙবা, নিংথৌগী চিঠি পুবা পোষ্টমেন—পুম্নমক অসিগা নুংশি-নুংশিবা, নুংঙাই-নুংঙাইবা ৱাবী কযা শানদুনা মহাক্কী ৱাখলদা থাপ্না লৈখ্রবা ৱাংমা (beyond) অমখক্কী শক্তম অদুতবু ঈথৌলাংবা উৎলি। নিংথৌগী খূৎতগী চিঠি অমা লাকখিগনি হাযবগী আশাদা তাউবিবা অমল অশি লমদম য়ৌববা মতমদা হান্না লৈবম্বা অফা-অপূন কযাদু খঙলকই। মিহুৎথোঙ ফাওনা নুমিৎ খুদিংগী যেংজবম্বা ডাকঘব অদুদগী নিংথৌ মশামক্লা চিঠি পুদুনা মঙোন্দা পীববে হাযবগী নুংঙাইবা মঙফাও অমা অশি-লৈবাক্তা থেংনখি।

শিবগী মিৎকূপ অদু অঙাং অসিগীদমক্তদি নিংথৌগা উনবগী মিৎকূপনি। য়াম্নমক সিম্বোলিকেল ওইবা প্লে অসিদা টেগোবনা উৎনীংলিবসি অমবোমদা মীওইবগী পূক্নীংনা তাম্না লৈখ্রবা প্রকৃতিগী পোৎলমশিং অমদি চীংযা-তমযা, লৌবূক-লম্ন্দাংগী চন্নবা পুন্সিবু ঈখৌলাংলকপা অদুগা অতোপ্পা অমবোমদনা মীওইবগী আত্মানা পবমাত্মাদা তিন্নীংলকপগী অপাম্বা অদুনি। জীবাত্মাগা পবমাত্মাগগী মবী উৎপা লীলা অসিদা টেগোবগী ধর্মতত্ব অমদি দর্শন শাস্ত্রগী ৱাফম য়াওবি। টেগোবনা পীনীংলিবা পাউজেলগী দূত ওইবিবা অমলবু অঙাং অমা ওইনা উৎত্রদুনা 'অঙাং-আত্মা' (child-soul) ওইনা উৎলি হায়না অফাওবা ক্রিটিক শিশিবকুমাব ঘোষনা হাযবম্বা লৈ। ডাকঘব গী মগুণ শীংথাবদুনা মহাক্না মসি ফাওবা হাযবম্মী—"Mixing simplicity with sophistication its unanalysable, unfailing appeal has made it a world-classic " লীলা অসি অমবোমদা টেগোবগী অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সিবু অমুক নৌহৌনা নীংশিংলকপনি হাযনা লৌনবসু যাওই।

ডাকঘব ইবা চহী অসিমক্তদা টেগোবগী অতোপ্পা ড্রামা অমসু থোবকখি -- *অচলায়তন* (The Immovable establishment, ১৯১২)। খবসু সেটযাবিকেল ওইবা, খবসু সিম্বোলিকেল ওইবা লীলানি। মসিগী থিম অমদি ট্রিটমেন্টকী মতাংদা চযেৎনবা খবদি লৈখি হায। চাওখৎপা যাববোইদৌবা, শুক-শুক নৈশিন্দুনা লৈবা সমাজ অমদা নীংতম্না লৈনীংবগী ৱাখল ফোঙদোকপা লীলা অমনি হাযর্বসি মচীন-মনাও অনীখক্কী (মহাপঞ্চক অমসুং পঞ্চক) মবক্তা লৈবা তাইওন্নবা লমচৎকী মতেংনা উৎলি। অমবোমদা লীলা অসি ওবথোদোক্ল ওইবা হিন্দু সমাজবু শীংনবনি হাযনা লৌনবসু যাওই। টেগোবগী লীলা-পবীং মথং মথং লাকখি—*ফাল্গুনী* (Cycle of Spring, ১৯১৬), *মুক্তধাবা* (Free Current, ১৯২২), *বক্তকববী* (Red Orleander, ১৯২৫), অহুম অসিগী মনুংদা বক্তকববী মণিপুবী ভাবকনা মহাও তংখ্রবা লীলানি। মীওই-পুন্সিগা মেছিনগা মুক্লবগী ৱাবীনি। মীওইবগী আত্মানা যোহ্নিং-ফলাং চন্দুনা ৱানা খাঙবগী কাউঙমদ্রবা দৃশ্য কয়া উৎলি লীলা অসিদা। লীলা অসিমক্তি যেংবদগীদি পাবনা হেন্না নুংঙাই হাযনা অযাম্বা

ক্রিটিকশিংনা মোং পী। তৌবগীসু মসি আইদিওলোজিবোমদা খবা হেন্না নকশিনবা মখলগী লীলানি।

*বক্তকববী* গী মথংদা ইং ১৯২৫দগী ১৯৩৩ ফাওবদা টেগোবগী ব্ৰাবেংদা ইবা লীলা কয়া থোবকখি। মসিগী মমাঙদা ইখিবা লীলা অযাম্বা শৈবেংগী মওংদা ইখিবনি। পোইটিক ড্রামা হাযবা অদুনি। তাঙ্কক অসিদা ইখিবা মকওইবা ব্ৰাবেং ড্রামা খবদি— *গৃহ প্রবেশ* (১৯২৫), *নটীব পূজা*, *চন্দালিকা*, *তাসেব দেশ*, *বসন্ত* (Spring), *শাপমোচন* (Lifting of the Curse, ১৯৩১) নি। টেগোবগী অবোইবা কমেডি *মুক্তিব উপায* (The Way of Deliverence) ইং ১৯৩৮ দা ইখিবনি। মহাক্কী পুন্সি-সন্ধ্যাদা ইখিবা ড্রামাশিং অসি মীযাম্না পংপাম পাম্নবা হাযবদু ওইখিদে। অযাম্বনা অইবগী লন্নাইগী ওইবা পুন্সিদর্শনদা যুম্ফম ওইবগা, ইখিবা ওইনা তৌই। অদুমকপু *চিত্রাঙ্গদা*, *চন্দালিকা* অমদি *শ্যামা* হাযবিবা ড্রামা অহুম অসিবুদি মীযাম্না তবাম্না ওকখিবগুম তৌই। *চিত্রাঙ্গদা* সি অহানবদদি শৈবেং ওইনা ইখিবনি, মশাগী চহী ৩১ শুবকপা মতমদা (১৮৯২)। মতুং তাবকপদা ঈশৈ, জগোই অমসুং ব্ৰাবী-ব্ৰাতায যাওনা দৃশ্য-কাব্য ওইনা উৎপা যানবা মওংদা পুথোবকখি। মসি অৱাংবা থাক্কী নৃত্যনাট্য অমনি।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা খবা অসি টেগোবগী মকওইবা ড্রামা খবগী মশক তাকচবনি। চাউবাকপা সর্ভে অমগুম্বনি। মখোয অসি নত্তবা ড্রামা মচা মচা (ড্রামা হেক কৌবদা চিংনবা) কযা লৈহৌবি। হৌজিক ঐখোযনা মখা তানা যেংগদবদি বাংলা নাট্য সাহিত্যদা টেগোবগী মফম কবিনো অমদি মহাক্কী ড্রামাটিক আর্ট কমদৌবগে হাযবা অসিনি। হান্ননসু পঞ্জখ্রে, টেগোবগী ড্রামাশিং অসি খবনা প্রকৃতিগা মবী লৈনবা, খবনা আত্মাগা পবমাত্মাগগী মবী তাকপা, খবনা মীগা মীগগী মবক্তা লৈনবা মবী উৎপা, খবনা আধ্যাত্মিক ওইবা, খবনা সিম্বোলিক ওইবা খবা অমনা অমুক এলিগোবিকেল ওইবা, মখল-মথেল কযানি। পূম্নমক্তা টেগোবগী পুন্সিগী দর্শন অমদি অদুম্মক উবা ফংই। বাংলা সাহিত্যদা বিনাঁসাগী অকনবা ঈহৌ শাগৎখিবা অইবশিংগী মনুংদা টেগোবসু অমনি। মহাক্কী মমাঙদা বাংলা সাহিত্যদা 'বঙ্কিম যুগ' হাযনা খঙনবস্না অদু

মহাক্কী মতমদা অমুক 'ববীন্দ্র যুগ' হায়না খণ্ডনখি। বাংলা নাট্য সাহিত্যদা বঙ্কিমনা অচৌবা দান তৌবা ঙমখিদে। উপন্যাসকী লমদনি মহাক্কী দানবু শীংথানবিবদি। টেগোবনা ড্রামাদা খূৎথাদ্রিঙৈগী মমাঙদা বেঙ্গলদা হান্নবা দীনবন্ধু মিত্রগী নীলদর্পন যাম্না মমিংচৎপা, মীযামদা শাফূ-পীবা ওন্বা লীলা অমা ওইনা লৈখ্রবনি। সোসিয়েল, কমেডি, এলিগোবিকেল অমদি সিম্বোলিক ওইবা লীলা নিফুগী মথক্তা ইবম্লগসু যাম্না ফোর্সফুল অমদি বিভোলুসনবি ওইবা ড্রামাটিষ্ট অমদি ওইখিদে হাযবসি মহাক্কী ক্রিটিক অযাম্বগী মোৎনি। মহাক মশানসু হাযজবম্মী "তুংগী মীবোলনা ঐহাকপু, ঐহাক্কী অযেকপা লাই, ঈশৈ অমদি ৱাবীমচানা নীংশিংবিবক্কনি"। শৈবেংগী ৱাফমদি পল্লমদ্রে। পল্লমদবগী মবমসু ক্রিটিকশিংনা খণ্ডই – শৈবেংদি মহাক্কী পুন্সিগী থৱায়নি। মহাক্কী কাব্য বচনা খূদিংমক্তা কবিতাগী মশক অসিদি মিগা হকচাংগা লোযনবগুম খাইদোক্লবা যাদনা লৈখ্রবনি। কযাদা অর্থ লৈনা হাযবমখ্রবা!

টেগোবগী ক্রিটিকশিংনা কন্না হাযবিবসি মহাক্কী ড্রামাদা মোনোটেনী হাযবদি যেংনীংদবা নৎত্রগা ইতন তনবা পোকহনবা অমা যাওবি সিনি। অতোপ্পা দোষ খবনা---লীলা অযাম্বদা অইবা মশাগী অৱাংবা দর্শননা লাকহৎখিবা, কা হেন্না সিম্বোলিকেল ওইখিদুনা নৎত্রগা এলেগোবীগী মচাক্লা নমহৎখিদুনা অপাবা নৎত্রগা অযেংবশিংদা মরু ওইনা মীচমশিংদা লৌশিনবদা ৱানা থোকহনবা, লোন্দা-পুদাদ্য, ৱাবী-ৱাতাযদা পোইটিক ওইমনখিবা লোযননা শাংমনখিবা, থিম অমত্তদা হঞ্জিন-হঞ্জিন ইবা, কেবেক্তবশিং ইমান মান্নবা, অমদি মখোযদু অশেংবা পুন্সিদা থেংনবিবা মীওই ওইদবা, অযাম্বনা দাইমেন্সন অমত্তগী শক্তম ওইনা উৎপা এক্সনদগী আইদিযানা হেনবা, আইদিযাদগীসু অমুক ফিলোসোফিনা ৱাংবা, মিষ্টিসিজমগী মচু শংজিনবা অসিনচিংবনি। মমিং চৎলবা ক্রিটিক এ এন গুপ্তনা হাযবম্বা লৈ—"Most of his plays are thesis ridden and are didactic in nature " কুপ্পি, লুই হাযবা তাকপনি। টেগোব মশামক্লসু হাযবম্মী—"My plays are plays of feeling and not plays of action " মসি দার্শনিক অমা ওইকৃবগী হৌনশানি। মহাক্কী ড্রামা অযাম্বদা থিমনা এক্সনবু নমথদুনা থম্বা থেংনৈ।

কবিগুরুদা এলেগোবিগী মনম্না হাবসু যাওই। ফাণি-জুগাইগী শককসু খবা নোপ্না থোকই। মরুওইবা চবিত্রশিং অসুক্কী মতীক সিবিযস ওইনা উৎলি। মখোয়বু উগী লাই নৎত্রগা হংলাই ওইনা উহল্লি। লীলা খবদি মেলোড্রামাটিক ওইমনখ্রদুনা ভাবককী পৃক্লীংদা থাজবগী ব্রাংমা লানবা হাযবা ব্রাখল অদু পোকহল্লি। ড্রামাদা ঈশৈগী শব্দক কা হেন্না হার্পাচনবসু ক্রিটিক অযাম্বনা হেনমনবনি হাযনা লৌই। মহাক্কী সিম্বোলিক ওইদবা লীলা খবদি তেনমনখিদুনা ড্রামাটিক-প্লে ওইনা লৌবগী মহুত্তা 'ড্রামাটিক সিন' ওইনা লৌনীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপা ক্রিটিকশিংগী মশীংসু ব্রাৎপা নত্তে। *কর্ন ও কুন্তী* খুদম অমা ওইনা লৌবা যাই। ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা টেগোবগী থাক লেপ্পদা মহাক্কী *ডাকঘব* হাযবা লীলা অসি পন্দুনা অফাওবা বেঙ্গলী স্কোলাব অমদি ক্রিটিক সুবোধচন্দ্র সেন গুপ্তনা হায—"Some of the dramas are interestingly original and the Post Office is perfect in its own way but he is not a great dramatist " স্কোলাব অসিগী মোৎতা টেগোবগী চবিত্রশিংদা হেমলেট মানবা নৎত্রগা ক্লিওপট্রা মানবা অমত্তা যাওদে যাওবা হাযবল্লিবনি। টেগোবগী প্লে অযাম্বা শান্নবদা ব্রানা থোকই, unactable ওই হাযবসি নির্মল মুখর্জি কৌবা ক্রিটিক অমনা মহাক্কী ব্রাবেং 'The Plays of Rabindranath Tagore' দা ইবি। মহাক্না মসিমসু হায—"টেগোবগী লীলা অযাম্বা শান্তিনিকেতনদা লন্নাই ষ্টেজ শাবগা শান্নখিবনি, মহাক্কী লীলা শান্নজগে হাযনা বেঙ্গলগী প্রোফেসনেল থিযেটব অমত্তনা চোংথোবকখিবা নৈতে।" তশেংবসু টেগোবনা মতম অদুদা চৎনবম্বা নোংচুপকী মতৌ তম্বা নিযম কযাদু ইনবা পামখিদে। মহাক মশাগী ব্রাখলনা শাগৎচবা ষ্টেজগী নমুনা অমা পুথোকপা মহাক্না পামখি। টেগোবদা লৈবা থিযেটবগী কনসেপ্ট অসি কবি অমগী কনসেপ্ট ওইবা মশানা তাবনি। মহাক্কী লীলাদি ষ্টেজদা শান্নববুদি ওপন এযব থিযেটবদা শান্নবনা হেন্না চুনগদবনি। লিবিকেল ওইবা মহাক্কী ড্রামাশিংদা বেঙ্গলী যাত্রাগী প্রভাব যাম্না যাওবি।

টেগোবনা ড্রামা অমদি ষ্টেজ অনীগী মবক্তা লৈনবা মবীবু কৃপ্না য়েংশিনখি। ষ্টেজদা বিযালিষ্টিক ওইবা সেটিং পীবা মহাক্না যাবমদে। মদু তৌশিন্নবনি অমদি অঙাং মানবনি হায। Modern Review (Vol 14 6,

December, 1913) গী লামায় ৫৪৩-৪৫ দা যাওবা 'ষ্টেজ' (Stage) হায়না মিংথোনবা রাবেংদা টেগোর মশামক্লা থিয়েটরগী মতাংদা হিরি—"The Theatre that we have set up in imitation of the west are too elaborate to be brought to the door of all and sundry In them the creative richness of poet and player is over-shadowed The time has come to open the treasure of our ancestors and put its riches to serve life Let them help in building our nation" ইপা ইপুনা থম্বিরম্লা অশেংবা লনগৈদগী মচাক লৌদুনা ষ্টেজ শেমগৎনীংবগী রাখল অসিদি টেগোরগী নেসনেলিজমবু মশক তাকপনি। টেগোরগী পোক্লফম কলকতাগী জোরাসাংকোদা লৈবা No 6, Dwarkanath Tagore, Street তা ইহান হান্না ষ্টেজ শেমদুনা *কালমৃগয়া* হাযবা লীলা অদু শান্নখিবগী রাবী লৈবি। শান্তিনিকেতনগী পৌষ মেলাগী যাইফববা নুমিৎতা শান্নখিবা *রাজা* হাযবা লীলাদা টেগোরনা ঠাকুরদাসকী শক্তম লাংদুনা অনৌবা মখলগী ষ্টেজ অমা শেমগৎখিবগী রাবীসু অশুতোষ ভট্টাচার্যনা ইবা 'বাঙ্গলা নাট্য সাহিত্যের ইতিহাস' দ্বিতীয খণ্ডদা মযেক লানা পল্লি।

টেগোরগী ড্রামাগী তোপতোপ্পা মশক অমনা মহাক্কী চরিত্রশিংদা নিংথৌ, রানী অমদি বাউলগী শক্তম অযাম্বা লীলাশিংদা যেকপা অসিনি। *বিসর্জন*, *রাজা ও রানী*, *মালিনী*, *রাজা*, *ডাকঘর*, *রক্ত-করবী* দা নিংথৌসু রানীসু যাওহল্লি। বাউলগী শক্তমদা 'প্রকৃতির প্রতিশোধ'গী সন্ন্যাসী, রাজা-ও-রানী'গী দেবদত্তনচিংবা পনবা যাই। 'শারদোৎসব' লীলাদা টেগোরনা চন্দ্রশেখরগী শক্তম লাংবগী মথক্তা বাউলগী শক্তমসু লাংখি। লীলা অদুবু উহৌবা পৃথিবী ফাওববা স্কোলার ইন্দোলোজিষ্ট Edward Thompson না হায়খি—"Both parts were greatly sustained but the interpretation of Baul reached a height of tragic sublimity which could hardly be endured It was almost as if Milton had acted his own Samson Agonistes" টেগোরগী ইনভোল্‌ভমেন্টশিং অসি য়েংলুবগদি মহাক্কী ড্রামাশিংদা অশোয়বা কয়া অমা যাওজবগসু বাংলা থিয়েটরগী মুভমেন্টতা মহাক্কী অচৌবা কণ্ট্রিব্যুসন অমা

লৈবক্মী হাযবসিদি খেৎতোকপা যাদ্রবা ৱাফমনি। তুংদা লাকখিবা দ্বিজেন্দ্রলাল বাযগুপ্তা মমিংচৎপা ড্রামাটিষ্ট কযানা চৎলগদবা লম্বী অদুদি মহাক্না থোনবিবগ্নে হায়বদা হাযমনবা থোক্লোই। তশেংনমক, ববীন্দ্রনাথ টেগোব বাঙ্গলা নাট্য-সাহিত্যগী লমযানবা ড্রামাটিষ্ট অমনি।

মথক্তা টেগোবগী ড্রামাশিংগী চাউবাকপা শক্তম অমা পীবগা লোযননা মহাক্কী নাট্যকলাগী দোষ-গুণ খবমখৈদি নৈনখ্রে। মসি চাউবাকপা মিৎযেংনি, অকৃপ্পদি নত্তে। পাক-চাউখ্রবা ববীন্দ্র-সাহিত্য-সাগবনি, নৈনবগী লোইবা নাইববোইদবা, কৃমথ-কৃমথবগা অসুম অসুম লূশিল্লক্কদবা, নৈব-নৈবগা অমৃত থোক্লক্কদবা। হৌজিক মখা তানা ঐখোযনা যেংগদবদি টেগোবগী ড্রামাশিং অসিনা মণিপুবী থিযেটবদা কবি প্রভাব পীখিবা লৈবগে হাযবা অসিনি। ঐখোযনা খঙই— ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শব্দক্তা মণিপুবগী লৈমাযদা ড্রামাগী খোঙ্গুল তাবা হৌখিবসি বাংলাদগী মণিপুবীদা হন্দোকপা লীলা খবগী মপাল তাংখিবনি। বাপুপাডাদা ইহান হান্না ইং ১৯০৩দা লিংখৎখিবা 'বামাসুন্দব মুখোপাধ্যায বান্ধ্যব নাট্যশালা'দা শান্নখিবা লীলা কযা অদু বাংলা ওবিজিনেলদা শান্নবা নৎত্রগা মণিপুবী অনুবাদতা শান্নখিবা ঙাক্তনি। ইং ১৯২৫গী সেপ্টেম্ববগী তাং ৩০গী নুমিদাং পূং ৮ ৩০দা ঊৎখিবা মৈতৈলোনগী ইহান হানবা ড্রামা নবসিংহ পুথোক্লবা ফাওবদা মণিপুবী থিযেটবদা বাংলা লোনদগী হন্দোকপা ড্রামা কযা শান্নখিবগী ৱাফম লৈবি। ইং ১৯৬১দা পাঙথোকখিবা টেগোব-সেন্টিনবী সেলেব্রেসনগী মতম অসিদনি ববীন্দ্রনাথকী নীংশিং-ঈহৌ অমা মণিপুবদা ল্যাকখিবসি। সেলেব্রেসন অসিগী মনুং চন্না সাহিত্য অকাদেমীনা *ববীন্দ্র নাচোম* গী ভোল্যুম অনী পুথোকখিবা, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা '*ঐখোযদা হৌজিক ববীন্দ্রনাথ*' হাযবা হীবমদা পাঙথোকখিবা সেমিনাব অমদি মদুগী মখা তাবদা লাইবিক ওইনা পুথোবকখিবা— পূম্নমক অসিনা মণিপুবদা টেগোবগী ঈহৌ অসি অমুক্কা হেন্না কনখৎহনখি। খোমদ্রাম ধনচন্দ্রনা হন্দোক্লগা এন তোম্বীনা দাইবেক্সন পীদুনা ইং ১৯৬৬তা এম দি যুদা শান্নখিবা *বির্সজন*, এম কে বিনোদিনীনা হন্দোক্লগা থম্বাল শর্ম্মানা দাইবেক্সন পীদুনা হোল অসিমক্তদা ইং ১৯৭০ দা শান্নখিবা *মুক্তধাবা*, ৰূপমহল থিযেটবনা পুথোকখিবা *বক্তকববী*, জৱাহবলাল নেহরু দান্স একাদেমীনা পুথোকখিবা *চিত্রাঙ্গদা* দান্স

ড্রামা—কয়া অসিনসু মণিপুরী সাহিত্য, লোল অমদি কলা-সংস্কৃতিগী লমদা রবীন্দ্রনাথকী ড্রামানা পীবা শাফু অদু কনশিলহনখি। ওসি পাউচেগী এদিটর কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা টেগোরগী *চিত্রাঙ্গদা* বু *বভ্রুবাহন* হায়না শেমদোক্লগা মহাক্লা লিংখৎচরা 'ওসি চিলড্রেন ক্লব'না ইং ১৯৬৪দা শান্নখিবগী রারীসু লীলা অদুদা বভ্রুবাহন শাখিবা ডা লমাবম গজেন্দ্রদগী তারা ফংই। মণিপুরী ভাবকশিংনা জিনিযস অসিবু অসুম অসুম শকখঙবা হেল্লকখি। রবীন্দ্রনাথতা নত্তনা অতৈ বেঙ্গলী ড্রামাটিষ্ট কযাগী অনুবাদনা মণিপুরী থিযেটরগী লমদা তৌখিবা অবদান ঐখোযনা খক কাউ্গোকফম থোক্কে। ইং ১৯০৮দা ইখিবা দ্বিজেন্দ্রলাল রাযগী *মেৱার পতন* অমদি *নুরজহাঁ*, মনমোহন রাযগী ইং ১৯১৪দা ইখিবা *বিজিযা*, অপরেশচন্দ্র মুখোপাধ্যাযগী ইং ১৯২৩দ ইখিবা *কর্নাজুন* নচিংবা লীলা কযা মণিপুরগী ফম্বাক লীলা ওইনা পুথোকখিবগী রারী লৈবি। ইং ১৯০৫দা এম দি যুনা শান্নখিবা *পাগলিনী* গী রারীসু মণিপুরী থিযেটরগী ইতিহাসতা বাংলাগী প্রভাবনি হায়না লৌবা যাই। অফাওবা থিযেটর পর্সনেলিটি কাক্সাইলালনা পুথোকপা রবীন্দ্রনাথকী *ডাকঘর* লীলাগী ফজরবদি কবিদা প্রমাণ তৌকনি। ইকুই কুইদনা গুরাহাটিদা পাণ্ডুথোকখিবা শো অমদা বার্ত্তন ফংদুনা ভাবক ওইকবা অফাওবা আসামিজ ফোক লোরিষ্ট প্রো বীরেন্দ্রনাথ দত্তগা হন্দক্তা অইরগা উনবা অমদা মহাক্লা হাযরকখি, "Oh Sarma wonderful play. It is a beautiful production of your Kanhailal I could not believe—his aged wife Savitri would act so successfully in the role of Amal, the chid-hero of the drama" থাগৎপা যাবা থাগৎখে প্রোফেসর অসিনা। মহাক্কী এপ্রিসিযেসন অসি তারগা ঐ পংনুংদা নুংঙাইখি। খরসি অদুক পঞ্জরগী রানি মণিপুরী লোল অমদি সাহিত্যদা বাংলানা পীবিবা ইম্পেক্টকী মতাংদা। মণিপুরী জগোইবু মালেমদা মশক তাকপিরম্বা রবীন্দ্রনাথ টেগোরবু মণিপুরী জাতিনা খক কাউগদবদি লৈত্রে। মথা তানা নৈনবগী মথৌ তারি, থিজিনবসু চঙলি, চঙশিনগদবা লম্বীসু কযা অমা লৈবি। পুম্নমক মতমনা পুরকপা ওইসনু।

# বচ্চনগী *মধুশালা* দা মিৎয়েং অমা

**বোল্লিরুদকী বিগ বি** হায়না খঙনবা সুপবস্টাব অমিতাভ বচ্চনগী অপোকপা হবিবংশবায় বচ্চন অনৌবা হিন্দী শৈবেংগী জগৎতা যুগ পুবম্বা কবি অমনি। মহাক খৃঃ কুম ১৯০৭ কী নবেম্বব তাং ২৭ তা প্রযাগ (এলাহাবাদ) তা পোকখি। মহৈগী থাক্লা কেম্ব্রিজ যুনিভর্সিটিগী ইংলিশতা পি ঐচ দিনি। এলাহাবাদ যুনিভর্সিটি অমদি বনাবস হিন্দু যুনিভর্সিটিদা ইংলিশকী ওজা ওইবল্লবা মতুংদা ইংলন্দদা চৎতুনা কেম্ব্রিজ যুনিভর্সিটিদগী দোক্টবেট দিগ্রী লৌখিবনি। মসিগী মমাঙ চহী ১১ এলাহাবাদ যুনিভর্সিটিদা ইংলিশ সবজেক্ট তম্বীবম্মী। মতম খবা আকাশবাণী এলাহাবাদতসু থবক তৌবম্মী। মতুং তাবকপদা মহাকপু ভাবত সবকাবগী ফোবেন মিনিষ্ট্রিদা হিন্দীগী ওফিসাব ওইনা মীবৈবাক্তা হিন্দী লোল অমদি সাহিত্য শন্দোকপগী ভাব পুহনখি। মতম অসিদা মহাক পৃথিবীগী মফম কয়াদা কোযবগী খুদোংচাবা ফংখি। ১৯৯৬ ইংদা বাজ্য সভাগী মেম্বব অমা ওইনা প্রসিদেন্টকী নোমিনেসন ফংখি। মথং টর্ম অমসু শাংদোকখি। অসুক ৱাংবা মহৈঘঙ্গ থাক অমদা মহাক কাবমগনি হাযবসি বচ্চনগী শৈবেংদা ঙাওজবশিংনা থাজবমগনি নীংদে। মহৈ হৈবগী মতিক ৱাখলসু ৱাংই, মিৎযেংসু শাল্লি, পূকচেলসু চাউই। থম্মোয অমদি বুদ্ধিগী খল চানা শেমত্রবা খৃৎশেম অমনা মীওইবগী মতৌ (হ্যুমেনিটি) হাযবদুগী পূজাবী ওইনা চোংথোবকই।

বচ্চননা ইবম্বা লাইবিক মশীং ৩০গী মথক্তনি। *মধুশালা* (১৯৩৫) দা নত্তনা *মধুবালা* (১৯৩৬), *নিশা নিমন্ত্রন* (১৯৩৮), *একান্ত গীত* (১৯৩৬), *আকুল অন্তব* (১৯৪৩) নচিংবা শৈবেংগী লাইবিক কয়া ইবম্মী। ওমব খৈযামগী *রুবাযত* পু মহাক্লা হিন্দীদা *উমবখযামকী রুবাইযাং* (১৯৫৯) হায়না হন্দোক্লম্মী। ৱিলিযম সেক্সপিয়াবগী *মেকবেথ* (১৯৫৭), *ওথেলো* (১৯৫৯), *কিং লিযব*

(১৯৭২) গী হিন্দী অনুবাদসু পুথোক্লম্মী। *ক্যা ভূলুং ক্যা যাদ করুং* (১৯৬৯) অমদি *নীড়কা নিমার্ণ ফিব ফিব* (১৯৭০) হায়বা পুন্সি ৱাবী (আত্মকথা) অনীখকসু ফোঙলম্মী। ১৯৬৫ ইংদা ফোঙবা *দো চট্টানেং* হায়বা শৈবেং লাইবি তা সাহিত্য অকাদেমি এৱার্দ (১৯৬৭) ফংখি। ১৯৭৬ ইংদা ভারত সরকারনা পদ্মভূষন পীদুনা ইকায় খুম্নখি। মহাক এফ্রো এসিয়ান রাইটর্স কনফরেন্সকী 'লটস', সাহিত্য বাচস্পতি, সরস্বতী সম্মাননচিংবা উপাধি কয়াসু ফংখি।

হিন্দী সাহিত্যগা শকখঙনবা মীশিংগী ৱাদি থম্নু থমখিসি। ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোল লোল্লিবা অমদি লম লমগী সাহিত্যদা থৱায় যাওজবিবা মীওইশিংগী মরক্তা হিন্দী কবি হরিবংশরায় বচ্চনগী মমিং তাদবা যাওরগ্নোই। হরিবংশরায় হায়রসিমক নীংশিংদ্রগসু বচ্চন হায়রসিমদি ভারতকী সাহিত্য প্রেমী খূদিংমক্কী মচিন্দা তোংদুনা লৈরিবনি। বচ্চনগী মধুশালা, মধুশালাগী বচ্চন অমত্তনি। কবায়ত ১৩৫ না শাবা শৈবেং লাইবিক অসিনা হিন্দী লোল খঙবা খঙদবা থিদনা পুম্নমকপু ঙাওহনখিবা তাংকক অমা হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাসতা লৈখ্রবনি। ১৯৩৩-৩৪ ইংদা ইখিবা শৈবেংশিং অসি অহানবা ওইনা ১৯৩৫ ইংদা ফোঙখি। ফোঙদ্রিঙৈদগী হৌনা মথুম-মরাং হৌহনখ্রবা বচ্চনগী মধুশাল্যানি। ফোঙদ্রিঙৈনা শেগাক ফাওখিবা লাইবিক অমা হায়বগদি মধুশালা অসিনি। মহাক্কী শৈবেংশিং অসি যামদ্রবদা কবি সম্মেলন চামঙাগী মথক্তা শরুক যাদুনা পাথোকখ্রবনি নৎত্রগা শকখ্রবনি। শৈবেংশিং অসিদা ঈশৈগী নুংশিবা সুব অমদি শুক্সৎপা ঙম্না মযাই অমা যাওবি হায়রসি সম্মেলনদা তিল্লিবা মশীং যাম্না ভাবকশিংগী খুবাক মখোলনা সাক্ষী ওইখ্রবনি। মসিমক্তা বচ্চননা হিংলিঙৈগী মতমদা লাইবিক অসিগী খূৎনম, ১৯৭১ ইং ফাওবদা মশীং ১৮ পুথোকপা ঙমখি। লাইবিক অসি ভারতকী লোল অয়াম্বদা হন্দোক্নুনা ফোঙখ্রে। ইংলিশতসু মজবী বোল্টন অমসুং রামস্বরুপ ব্যাসনা *দ হাউস ওফ ৱাইন* হায়না হন্দোক্নুনা ফোঙলকপদগী লাইবিক অসিগী মহাও পৃথিবীগী কাচিন কোয়া যৌনা শন্দোকপা ঙমখি। ইংলিশ অনুবাদকী লাইবিক অসিগী ভূমিকাসু পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা ইবিখি। মধুশালাগী পোপুলারিটিনা বচ্চনবু জাতিগী কবি অমা ওইহনবদা নত্তনা অন্তরজাতিগী কবি অমসু ওইহনখি। পৃথিবী পুম্বনা মহাক্কী

মধুশালাগী মহাও তংবা ফংখি। মণিপুরী লোলদসু শক্লাইরবা কবি ক্ষেত্রি বাজেন্দ্রবনা হন্দোক্লুনা ১৯৯৮ ইংদা পুথোকখ্রে। লোযননা অনুবাদকী লাইবিক অসিদা মহাক সাহিত্য একাদেমি ট্রান্সলেসন প্রাইজ ফংখ্রে। শক্লাইববা ড্রামাটিষ্ট সোইবমচা ইন্দ্রকুমাবনসু *যুবাংফম* হাযনা মিংথোন্দুনা ইং ২০১১ দা পুথোকখ্রে। অনুবাদ অনীমক অৱাংবা থাক্কী খৃৎশেমনি হাযনীংই।

বচ্চনগী *মধুশালা* তশেংনমক অৱাংবা থাক্কী শৈবেং লাইবিক্নি। লাইবিক অসিনা মহাক্কী মিংচৎ পুবকখিবনি। মহাকপু 'জন-কবি' হাযবদি মীযামগী কবি হাযনা খঙনখিবসু লাইবিক অসিগী মপান্ননি। *মধুশালা* না মীযামগী পূক্নীং চিংশিনবা হৌখিবসি ইং ১৯৩৩ গী দিসেম্বব থাদনি। মতম অসিদা বনাবস হিন্দু যুনিভর্সিটিগী শিবাজী হোলদা শৈবেং শৈদিন্নবগী থৌবম অমা পাঙথোকখি। থৌবম অদুগী সভাপতি যুনিভর্সিটি অসিমক্কী প্রোফেসব মনোবঞ্জন হাযবা অমনা ওইখি। বচ্চনসু শৈবেং পাগদবনি। মতম অদুগী ইনখৎলক্লিবা হিন্দীগী প্রগতিবাদী কবি নবেন্দ্র শর্মানচিংবা খবসু যাওখি। তিল্লল্লিবা ভাবকশিংনা বচ্চনগী *মধুশালা* গী শৈবেংতবু পান্নখি। বচ্চননা শক শক্লুনা পাথোকখিবা কবাযট খবনা সভাপতি ওইবিবা মনোবঞ্জনবু ঙাওহনখি। মশামকসু শৈবেংবু পামজবা মীশক অমা ওইবনা *মধুশালা* গী পদ খবা তাববা মতুংদা মহাক্লা পেবোডীগী মওংদা মশাগী শৈবেং পুথোকখি। খঙহৌদনা মচীন্দগী অসুম্না থোবকখি ঃ

লাখ পিযেং, দো লাখ পিযেং
পব কভী নহীং থকনেবালা,
অগব পিলানেকা দম হৈ তো
জাবী বখ যহ মধুশালা।

(লখা অমা থক্লসু অনীবু থক্লসু
কৈদৌঙৈ চোকথবা নৈববোইদবনি
কবিগুম্বা নৈববা যুবাংঙম্বৈ পাঙ্গলদো
লৈহল্লু অসুম্মক যুগী যুবাংফমসি।)

*মধুশালা* গী পেরোডীনি মনোরঞ্জনগী চীন্দগী থোরক্লিবা পরেং খরা অসি। বচ্চনবু মনা ওমক্লি খঞ্জবা মনোরঞ্জননা যাম্না নুংশিনা হায়খি, "ঐনা মতুং তারা কবি সম্মেলন কয়া য়াওরুবা মফম খুদিংমক্তা মীয়াম্না ঐঙোন্দা মধুশালাগী পেরোডী তাহনবিযু হায়দুনতা তক্লখি। ঐনা ইখিবা নৎত্রগা তাহনখিবা পেরোডী কয়াদু বচ্চনগী পেরোডী নৎতে, *মধুশালা* গীনি।"

প্রোফেসর মনোরঞ্জনগী বাফম অসি অচুম্বনি। বচ্চনগী *মধুশালা* অচম্বা মধুশালা নত্তে। মপান্থোংগী ঐখোয়না উবিবা যুবাংফম নৎত্রগা ভেন্দর অসিগী বা ডাক নত্তে। কবিনা মহাক্কী *মধুশালা* দা প্রতীক (সিম্বোল) কয়া শীজিন্নদুনা মীওই পুন্সিগী অথুপ্পা দর্শন কয়া পুথোক্লি। *মধুশালা* গী মশক তাক্লুনা শক্লাইনবা আলোচক ডা লনচেনবা মীতৈনা হায়, "*মধুশালা* হায়বিবা শৈরেং লাইরিকসিগী মপুং ওইবা নুংগী বাখল্লোনদি মীওইবগী পুন্সিদা যুম্ফম ওইবনি। নুং পানগী ওইবা মীওইবগী পুন্সিগী মশক, হিংবগী মওং, হিংহল্লিবা মতৌ অমদি তিংননবগী পাম্বৈ কয়া তোঙান তোঙানবা মওংদা কেবেক্টব মবিখল্লা উৎনবা হোৎনবনি।" (*মণিপদী শৈরেং নৈনবা অমসুং অতৈ বারেং খরা*, লা ১০৪)। ডা লনচেনবনা পল্লিবা পাত্র মখি অসি অতৈ কনাসু নত্তে—অহানবদা, যুবাংবী (সাকী), অনীশুবদা যু (হালা), অহুমশুবদা যু থকপা (পীনেব্বালা), মরিশুবদা যুযোনফম নৎত্রগা যুবাংফম (মধুশালা)। পাত্র মরিমক সিম্বোলিক ওইবা ঙাক্কেনি। ঐখোয়গী ঐতেংনা পুন্সিগী মশক তাকপনি। শৈরেং হায়বসি পুন্সিগী ইন্টরপ্রিটেসননি। মাসেম পৃথিবীনা যুবাংফম, কবিনা যুবাংবা/যুবাংবী, শৈরেংনা যুগী পাত্র অদুগা শৈরেংগী মহাও (রস) অদুনা যু ওইনা সিম্বোলগী মওংদা শীজিন্নবিরবনি হায়না আলোচক কয়ানা লৌনৈ। বচ্চন মশামক্কসু মধুশালাগী ভূমিকাদা অসুম্না ইখি, "শৈরেং লাইরিক অসিদা শক্লিবা ঈশৈ খুদিংমক কৃপ্পবা তন্ত্র কয়াগা শাগোন্নবা ঙাক্কেনি। থুপ্প থুপ্পবা দর্শনগী ওইবা বাফম কয়ানা শাগৎখ্রবা পদশিং অসিদা কবিনা তাক্লি—মীওইবগী পুন্সিদি মিৎকুপ্তা কায়রনি, থম্মাথক্কী লাইজনি। অরা-নুংঙাইগী কেকু লোৎপী পুন্সি অসিদা ঐখোয় আশাবাদী ওইগদবনি, মাঙদা লৈবিবা পুন্সিবু হুঞ্জেক্কদবা নত্তে, লৌশিনগদবনি। হিংবা তারবদি অহিংবা অমগুম হিংবা তাই, অশিবা অমগুম

মহাক্কী করায়াটশিংবু ইংলিশতা ফিটজবাগুনা হন্দোক্লুনা ফোঙই অমসুং মসিবু পৃথিবী শীনবা থুংনা মীযাম্না লৈনৈ অমদি পানৈ। 'চাও থকউ অমদি নুংঙাইয়ু' হায়বা চার্বাককী দর্শনগা হায়বপ মান্নবা ওমব খৈযামগী করাযটশিং বচ্চন মশামক্না হন্দোক্লম্মী হায়বসি মথক্তসু পঞ্জখ্রে। মহাক্কী *মধুশালা* দা করায়াটশিং অসিগী মমি খবমথৈ শোযদনা তাফম থোকই। (হালাবাদী কবি অনী অসিগী শৈবেং চাংদম্নদুনা যেংবা কান্নগনি।) কবিদি প্রজাপতিনি। মহাক্কী কল্পনানা কাব্যগী জগৎ অমা শেম্লিবনি। ঈশ্বরগী খুৎশেম খুদিংদা কবিনা নুংশিথোইবীগী পূক্রীং হুনীংঙাই ওইববা 'সাকী' গী মশক উই। *মধুশালা* দা 'মধু' হাযবিবা ৱাহৈ অসিবু যাম্না অর্থ লৈনা শীজিন্নবম্মিবসি কবিনা ঈশ্বরবু নুংশিজবনি, মহাক্কী খুৎশেমবু পেঞ্জবগী অমদি মহাক্কী লীলাদা ঙাওজনীংবগী খুদমনি। শৈবেং লাইবিক্কী অহৌবা পদ অসিমক্তদা কবিনা মহাক্না নুংশিজবিবা যু (মধু) অসিবু তাইবং মপু মহাক্কী খুযাদা কৎচবি ঃ

*মৃত্ত ভাৱোংকে অংগুরকী আজ বনা লাযা হালা*
প্রিযতম, অপনেহী হাথোংসে আজ পিলাউংগা প্যালা
পহলে ভোগ লগা লূং তেবা ফিব
প্রসাদ জগ পাযেগা
সবসে পহলে তেবা স্বাগত কবতী মেবী মধুশলা[১]

ক্ষেত্রী বাজেশ্বরগী অনুবাদতা—

লৈনম চুববা মঙলান কযাগী অঙ্গুবনা শুংবা যু
পুজবক্লে ঙসি নুংশি নঙগী নকাদা,
পাম্মুবা' পীথক্লগে ঙসিদি ইখুৎমক্না
ইল্লগেনে চীনবানদা লিক্লিগী পাত্রসে।
পীথক্লগে নুংশিথোইবা নঙতবু হান্না
তংজসনু মহাও তাইবঙনা কোন্না,
অহানবা ওইনা নহাকপু ওকচবি তবাম্না
ঐগী যুবাংফম মধুশালানা।

অৱা- অনানা থল্লবা মীওইবগী পুন্সি অসিদা মীগা মীগা অমুকসু মূক্লবি

থেংগাযনবি, হাৎনবি, শুনবি। পুন্সিবু ঐখোযনা কবিগী অসুক ৱানা লেনগদৌবিবনো? কবিগী ঐখোয পূক্নীং নৌথগনি কবিগী তোন্না হিংগনি ' বিধি ব্রহ্মামক্না ফংঙমদ্রবা মীওইবগী মপোকপু ঐখোযনা কবিগী অসুক তবাই তবাই লৌগদগে? পুন্সিবু ভাবতা, ৱাখলদা নুংঙাইনা লৌবা ঙম্লবদি ঐখোয কবিগী মধুশালাগী মনুংঙাই অদু ফংবা ঙম্লোইদগে ' অদুনা কবিনা হায -

শোন্দুনা চৎলু লেপ্তুনা যু য়ু
হাউববা মযাই কল্লবা যুগী ঈবিক
খুত্তা পাযববনি খয়া থকযনা তাজবা
কল্পনাগী নীংথিববা পাত্র
চৎলুনে নুংঙাই মঙলান্দা তাউদুনা
যুবাংবী সাকীবালাগী বাখন্দা লপ্তুনা
হে লল্পী চৎপা
চৎখৎলু মাঙদা
যৌবানদা লাপ্তুনে যুবাংবম।

ধর্মগী অখুবা মিৎযেংনা যেংবা মীওইশিংগী থম্মোযদু মযাই কাবনা যুনা কবম্না খুদুম চনবা ঙম্নগে হাযবগী মতাংদা কবিনা শক্রি ঃ

খেন্নবা ধর্ম কযাগী লাইবক পুম্না চাকতনখি ভুম্না
থম্মোযনুংদগী চৎখৎলকপা মাগী কল্লবা মৈবনা,
মন্দির মসজিদ, কনাগী গীর্জা থুগাযখি ভুম্না
নেশা পান্নবা যু ঙাদবো মতাক অদুতনা,
মিৎযেং খুববা ইমাম, পুরিত পণ্ডিতশিংগী
ওইদ-নমথাক লাংদগী নানথোকচবা ঙমখিবা
লাইমিং লৌখিদবা ইস্প্রোক্রবা মাবু
তবাম্না ওক্লি যুবাংযমনা ঐগী। (১৭)

মীওইবগী পূক্নীং হাযবসিসু অঙকপনি। পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই হাযবসি পূক্নীংগী মখা পোল্লি। নুংঙাইবা হৈবনা নুংঙাই, বাজগনবা মীনা ৱাই। বচ্চননা

হাযবি--মীওইবনা পুক্লীংবু লৈতাববা, ব্রাখলনবু নুংঙাইববা—লম খুদিংদা নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি। মহাক্না অসিমসু হাযবি—মীওইবনা খুদোংথিবদগী কিগদবা নত্তে, মসিগা থৌনা লৈনা মাযোক্লগদবনি। মসিগীদমক্তা মযাই কাববা যুগী মহাও তংবা দবকাব ওই। কবিনা হায ঃ

তেল্লবা মিৎকুপ খবগী মীওই মপোক্কী
কাযগল্লবা লৈবাক্কী পাত্রসিদা
ঈমায চোন্না হাপ্লিবন্লে শকউদবা অমনা
অখাবা, অথুম্বা—অনীমক্কী যু। (৭৩)

মধুশালাগী ঈশৈনা কবি বচ্চননা ভাবতকী মীযামদা কৎথোকপগী, মশাগী ওইজবা থাদোকপগী লৈবাক্কীদমক্তা খনবগী ব্রাখল পোকহল্লি। লন্নাইগী ওইবা ব্রাখলদগী লাপথোক্তুনা মীযামগী ওইবা ব্রাখলদা অপাবশিংগী পুক্লীং চিংশিল্লি। ভাবতকী নীংতম আন্দোলন্দা শাফু পীখিবা বচ্চনগী শৈবেংনি। নীংতম্বগী মঙ মঙজবিবা কযাগী মফমদা বলিবেদীনি, পূজা কৎফমনি বচ্চনগী মধুশালা। মধুশালা অসি অতৈ কবিসু নত্তে, চীংশাং নাপোম কযানা অংগুব পবেংগুম কোককী লৈতেং ওইবিবা, তুবেল কযানা লিক্লাং পবেং ওইনা ইমা মাগী মঙকশমদা থোল্লিবা ভাবতকী শেংলবা লমদম অসিনি। কবিনা শক্লি—

অঙ্গুবগী উবীগুম শন্দোক্লিবা হিমালয চীংশাং নাপোমদগী
চেম্বক্লি লিক্লাইগুম লংলবা উন মহীগী যু,
তথক তথকপা তুবেলনা যুবাংবী কনাগী মতৌ তমদুনা
পুবক্লি ঈথক ঈপোম্লববা ঈচেলগী পাত্রদা হাপ্তুনা
চেম্বক্লি লূববা লাইজনা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
তোর্ব্বানগী তনৌববা পাম্বোম অনীদগী লেপ্তুনা
মদুতবু থকচবগা পেন্না ঈথক-ঈপোম হৌবিবা
অশংবা লৌবুক—লম্মাংসে ভাবত লৈমগী যুবাংফমনি শেংলবা।

ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা কবিনি বচ্চন। মহাক মীওইবগী লাইবকপু থাজবা মীনি। বিধিগী বিধানবু মহাক্না খক কক্তে। *মধুশালা* গী ৭০শুবা রুব্রায়টতা কবিনা হাযবি ঃ

লাইবক্তা তম্লকপা ঈবিক খবসিদনি
থকচবা ফংগদবা পুক্সিদা
লাইবক্তা তম্লম্না পাত্রসিদনি শৃপ্লগী
চুপচবা ফংগদবসু মপোকসিদা,
হেন্না ফংনীংবগী লাঙতক্লবরসু থম্মোয
ফংলবোইনে ঐগীনি তম্লম্বা' সিদগী হেন্না
লাইবক্তা থেংনৌ তম্লম্বনা
থেংনবনি যুবাংফমসে ঙসিগী।

কবি বচ্চনদি হ্যমেনিষ্ট অমনি। ধর্মগী ভেদা-ভেদী (খেন্নবা) চঙদবা, সিক্যুলবিজমগী ব্রাখল চেনবা বচ্চননা হাযবম্মী ঃ

অনী থোক্লিবসে হিন্দু মুসলমান
অমত্তনি মখোযগী যুগী পাত্রদি
অমর্ত্তনি মখোযগী যুথকফম
অমত্তনি মখোযগী যু থকফম
অমত্তনি মবানিগী যুগী মহাওসু
লৈমিন্নবম্বনি পূন্না পোকমিন্নবা মচীন মনাওগুম
চৎনদ্রিঙৈ মাগী মাগী মান্নদবা লাইশঙশিংদা
মথৌ শঙলি যেংথীনবরু মন্দিব মসজিদ অনীনা
নুংশিবগী লীপুন্না পুনশিনর্বিবি যুবাংফম্না চেৎনা। (৫০)

তশেংনমক বচ্চনগী ধর্মদি মানব ধর্মনি, মীবু মী ওইনা খনবনি। মহাক তৌশিন্নবা হৈতে মহাক্কী পুকচেলদি অশেংবা পুকচেলনি। ব্রাখলসু মক্লবা ব্রাখলনি। মঙোন্দা চেল্লিবা ধর্মগী পুকচেলদি অচুম্বগী পুকচেলনি। মশামক ব্রাববসু নুংঙাইবগী মাযথোং উৎলিবা মীওই কযাবু উকবগা মহাক নুংঙাইজে। মহাকপু অব্রাবা তাহল্লম্বা মীওইবগী যাইফনবা মহাক খল্লি। কবিনা হায ঃ

ঈথৌলাংহল্লগা ঐবু ওৎপিবম্না যু
নুংঙাইনা লৈযুকো নগাক্তি
নতুং ইন্নহল্লগা ঐবু অব্রাবা পীর্থবম্না পাত্র

যাইফবা ওইযুকো যাইফবী
শাপ তৌখিবা লৈতে কৈদৌনুংদা
অশেংবা যু থকপা কনানা,
ঐবু অৱাবা ঈপাক্রা থাদবিবম্না নহাক্তি
নুংঙাইনা পাল্লুকো যুবাংফম। (১০৩)

নুংঙাইবিবা অমনা বচ্চন মশামক্তি যু থক্তে। মহাক কায়স্থ শাগৈদা পোকপনি। যু থকপা থিংই। কুষ্ঠী থুংই হায়না লৌনৈ। থক্লবদি শাগৈ-জাৎ তাগদৌবিবনি। নোংমা সমালোচক অমনা মঙোন্দা নঙনা নহাবোল খুদিংমকপু যুগী মযাইদা ঙাওহল্লে হায়না শীংনবা অমগা লোয়ননা ইবকখি। মদুদা মহাক্না খুমখি, "ঐগী মধুশালাদা অসিগুম্বা ৱাফম যাওবা তাবগদি মদুগী প্রভাব ঐ ইশাদা হায়না তাফম থোকপনি। মধুশালা ইবগা অমদি পাবগা ঐঙোন্দা থক্লীংবা শুকপোক পোক্তে। পোক্লিবা মখোযগী মশাদা অশোনবা শোযদনা লৈফম থোকই। ঐগী মধুশালাগী অশোনবদি নত্তে।" কবিনা মীযামদা যুগী মহাওদি যেন্নবা হোৎনৈ অদুগা পীথক্লেদি থক খনখিদে। আকাশবাণী লখনৌদগী ১৯৪১ ইংদা শন্দোকখিবা ৱাবী ৱাতাযগী থৌবম অমদসু মহাক্না হাযখি, "ঐগী মধুশালাগী মবমদা মীযামগী পৃক্লীংদা লাঙতক্লবা অমা ফাওবিবসি কোকহন্নবা ঙসিদি ঐ অহানবা ওইনা মীযামগী মাঙদা থমজবিবসিনি। *মধুশালা* ইবা মতম ফাওবা অমদি মদুগী মতুং চহী মঙা ঐনা মফম কযাদা চৎতুনা ঐগী মধুশালা তাহনবা মতম অদু ফাওবদি ঐ যুগী মথিক অমত্তা তংখিবা লৈতে। মসিগী মচু কমদৌই হাযবা ফাওবা খঙখিদে। কনা গুম্বনা যু লিক্লি পাযদুনা থকপসু উখিদে।" যাম্না নুংঙাইবা থৌদোক অমগা লৈবি। ইন্দোবদা অখিল ভারতীয় হিন্দী সাহিত্য সম্মেলনগী চহীগী অধিবেশনদা গান্ধীজীনা সভাপতি ওইখি। মদুদা বচ্চনসু মধুশালাগী শৈরেং পাথোকপা তাখি। মী খবনা মধুশালাসি শুপ্পগী যুবু শীংথাবা শৈরেংনি হাযনা পাউথোকপিখি। বচ্চনদি গান্ধীজীগুম্বা মীওই অমগী মমাঙদা শৈরেং পাগনি হাযবগী হবাওজবি। মহাক্না যাম্না চম্না সিম্বোলিক ওইবা কৱাযট অমা পাথোবকখি। কৱাযট অদুদি অসিনি ঃ

মযুম মবান্দগী থোবক্লে যু থকপদো

যু থকফম তান্না চৎকে খন্দুনা
ককঙাওনবে কবম্বা মাযগৈ পাংসিগে
পল্লেপফম খঙদ পম্লুংফমসু উদ,
লমতাকপা মখোযনা তাকপিবকই
তোঙান তোঙানবা লম্বী
তাকচগে ঐদি লম্বীদু অসুম্না—
চৎনীংবা লম্বীদা চৎলসু থেংনগনি শোযদনা
যুবাংফমদো নহাক্কী। (৬)

শৈবেং অসি তাবগা গান্ধীজীনা হাযবকখি, "মসিদা যুগী ব্রাদি কৈসু যাওদেনা।" বচ্চনগী মাযথোংদা হবাওবগী মম্মি তাখি। ডা ললিতা অবোড়া, ডা জীবন প্রকাশ জোশীনচিংবা হিন্দী আলোচকশিংনসু নুংগী ওইবা অর্থ চেনবা, পুন্সিগী কাচিন কোযা যৌনা লৈবিবা অথূপ্পা কযাবু সিম্বোলিক ওইনা পুথোক্লিবা অৱাংবা থাক্কী বচনা অমনি হাযবম্লবনি।

*মধুশালা* তশেংনমক যুগী শৈবেং নত্তে। মধুনি, যুগী মহাওগী শৈবেংনি, বস পোকহনবা শৈবেংনি। শৈবেং অসি কবিগী থম্মোযদগী নীংখা তম্না, কনাগীসু থৌইনশিন যাওদনা, অকিবা অমত্তসু লৈতনা মশা মবোমদোম থোকচবকপা ৱাখলগী ঈচেলনি। অচম্বা লোন্দা, অচম্বা শৈলীদা পূক্লীংগী অশেংবা ঈহুল ফোঙদোকপনি। মতমগী নহাবোলশিংদা অনৌবা যুগকী অনৌবা ৱাখল পীবা, পুন্সিগী অশেংবা মশক খঙহনবা, পুন্সিদা নুংঙাই যাইফনা হিংনবগী লম্বী তাকপা, সত্যম, শিবম, সুন্দরমগী পাউজেল শন্দোকপা বচ্চনগী মধুশালা তশেংনমক হিন্দী কবিতাগী মমল যাম্লবা লন অমনি। বচ্চন মশামক্না মধুশালাগী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইবি ঃ

"ঙসিদি যু পুবক্লি যু, মসিবু থক্লগা তুংদা লাক্লদবা অকিবনা কিদুনা চেনগদবা অদুগা হৌখ্রবা মতমগী অৱা অনা কযাবুস কাউহনগদবা। মসিবু থক্লবদা মান অপমানগী ৱা চঙদ্রে, নাপলগী ৱাখলসু লৃপখ্রে। পুন্সিগী অবাবা, নুংঙাইতবা, অচাকপা, খুদোংথিবা কবিমত্তা খল্লুবা লৈত্রে, পুন্নমক কাউথোক্লে। অৱাবনি, তঙাইফদনা থকপা তাবিবা পুন্সিগী যু অসি ওম্মোক্লসু থাখ্রেদা' যু

অসিনা য়ু অমদুগী ময়াই চমহনগনি। পুক্নিদা অৱাবা পীবিবা মীওইবগী ঈহল কয়াবু অকাউবগী ঈবোন্নুংদা তিলহনগনি . শোল্লবা মীওইবগী লায়না খূদিংমকপু ফহনবা ঙম্বা হিদাকনি ঐগী *মধুশালা*।"

বচ্চনগী মিৎযেংদদি তাইবংপাল অসি মধুশালানি, য়ুবাংফমনি। ভগবান কৃষ্ণমকসু য়ুবাংবনি। কবিনা হায,

লাক্লে বাঁশী খোংবা, য়ুবাংবা কনাগী শক্তম লৌ
সুব তবেৎকী মিববা পাত্র পাযদুনা
পাথোবক্লে অমৃতগুম থুল্লবা
সঙ্গীতগী খোযথুন্নবা য়ু,
জগৎকী মবুংঙো মহাকসু মাগা শোক্ল-শম্নকুবদা
ফংখিবদাই মিংথোল—'জগোই হৈবা নটবব'
শুদ্ধাৎযাই পুবা সুবগী য়ুবাংফম অসিনা। (৪০)

বচ্চনগী *মধুশালা* নৈনবগী লোইবা নাইবোই। নৈব-নৈবগা অমৃত থোকই হাযবগুম মহাক্কী শৈবেংদা মপান নাইদ্রবা অমৃতগী ঈবিক চেল্লি। পাবগী লোইবা লৈতবা, তাবগী চোকথবা নাইদবা মধুশালাগী পবেৎশিংনি। মধুশালা তাকুবদা ঙাওদবা মী লৈতে। শৈবেং লাইবিক অসিগী মগুণ ফোঙদোক্লুনা ডা লনচেনবনা অসুম্না ইবি, "তশেংনমক মধুশালা মিসটিসিজমগী মবোক কাববা শৈবেংগী লাইবিকনি। ধৰ্ম্মগী অখাবা কেপসুল পীজবা নত্তে। অমৃত পীথকপনি। নুংঙাইববা মযাই অমদা মীওইববু হিংহন্নবা হোৎনবনি।"

*মধুশালা*গী লোল চম্মী। লক্ষনা, ব্যঞ্জনা মবাং কাযনা শীজিন্নে। শব্দ শক্তিগী ফজবা খূৎশেম উবা ফংই। ছন্দ অলংকাবগী মতাং চানা হাপ্পা লৈচন য়াওবি। পদ খূদিংমক লিবিকেল ওই। গীতি-তত্বগী মচাক মথুম মবাং কায়না য়াওই। শৈশকপা যাবা শৈবেং ওইখিবনসু মীযাম্না পান্না শৈবেং-লাইবিক হাযবদু ওইখি, কবি বচ্চনবুনা মীয়ামগী কবি— জন-কবি।

# মণিপুরী শৈরেংদা নোংজুথা

ভারতকী কাব্যগী ঈচেলদা মহৌশা লাইবেপ্পীগী অচৌবা মফম অমা লৈ হাযবসি সাহিত্যবু নুংশিজবা মীপূম খূদিংমক্লা থঙনববা ব্লাফমনি। সংস্কৃত সাহিত্যদা 'ষদ ঋতু' (ঋতু তরুক) অমদি 'বাবহমাসা (থা ১২) বর্ণন হাযবা প্রকৃতিগী শক্তম যেক্কুনা শীংথাবগী চৎনবী অমা লৈ। চহী অমগী মনুংদা লৈবিবা ঋতু তরুক নৎত্রগা থা তবানিথোই অসিদা হোংলক্লিবা মহৌশা কৌবী লাইবেপ্পীগী মশক-মওং য়েকপা লোযননা মখোয অদুনা তাইবং মীওইবগী মশাদা পীবিবা ঈথিল নৎত্রগা শাফূ উৎপা অসি মহাকাব্য অমগীদমক্তদি চঙদবা যাদ্রবা মচাক অমা ওইনা লৈখ্রবনি। শম্না হাযববদা মীওইবগী খোঙচৎকা ঋতুশিংগী খোঙচৎকা অনীগী মবক্তা থানবা যাদ্রবা মবী অমা লৈবি হাযবসি ভাবতকী লিববা সাহিত্যদা ফোঙদোক্কুনা লৈখ্রবনি। আদি কবি বাল্মিকীদগী হৌবগা ব্যাসদেব, কালিদাস, ভবভূতি, মাঘনচিংবা মহাকবিশিংগী লীক্রমদা ভাবতকী মহাকাব্য খূদিংমক মপূংদা নৎত্রগসু মচেৎতা প্রকৃতিগী অহোংবা নাইবা শক্তমবু কবি কল্পনাগী মতেংনা য়েক্কুনা শাগৎখিবনি।

কয়াদি ফজখ্রে মহৌশা লাইবেপ্পীগী শক্তমসে। য়েংখি-যেংখিবদা পূক্লীং হূবা ঙাক্তনি। নুমিৎ, থা, থব্রানমিচাক্কী ফজবা, উপাল-ব্লাপাল, উচেক-ব্লায়া, লৌবুক-লমহাঙ, চীংয়া-তমযা, পাৎ-খোংদা নত্তনা পাইবিবা লৈচীল, অমঙবা নোং, শীৎলিবা নুংশিৎ, সমুদ্রগী ঈথক-ইপোম, ফজবগী পূজাবী ওইবিবা কবিগী মিৎয়েংদা ফজদুনতা লৈববা প্রকৃতিগী পোৎলম ঙাক্তনি। ভাবততা ঋতু তরুক শীংথানবি। নোংজুথা, কালেনথা, যেন্নীংথা, নাকেম্থা, নিংথমথা, অশীৎ-অব্রাম্থা। ঋতু তরুক অসিগী মনুংদা যেন্নীংথাবু ঐখোয়না ঋতুবাজ (কবিগুম্বদনা ঋতুবানী) হায়না শীংথানদুনা খ্বাইদগী অথোইবা ঋতুনি হায়বা

তাক্লি। কোকিলগী থুম্নবা খোঞ্জেলনা বসন্তগী মপাউ পুদুনা লাকপগী বর্ণনা ভাবতকী সাহিত্যদা মবাঙ কায়না উবা ফংলি। য়েন্নীংথানা লাকপদা হৈপাল-লৈপাল, উপাল-রাপাল পৃম্বদা অনৌবা মযোল চোংলকপগা লোয়ননা অশংবা ফিজোল থোল্লকপা, উচেক-রায়া কয়ানা অরাংবা পামেলথক্তা ফমদুনা মপুগী মগুণ শক্লকপা পৃম্নমকসিগা ঈবোয়ননা তাইবং মীওইবগী পূক্লীং রাখলদসু অহোংবা লাকপা কবিশিংনা তত্তনা শীংথানবিবা দৃশ্যনি। বসন্ত লাকপগী হবাও তয়াম্বদা নিংথম খতুনা ফাওবা মশাগী অশাওবা খবমখৈ থাদোকই হায়না লৌনবিবনি। ইংলিশ কবি শেলীনা হাযবম্বা 'ইফ ব্রিন্টব কম্স কেন স্প্রিং বি ফাব বিহাইন্দ' হায়বা পবেংদু নীংশিংলকই। কয়াসু শাদবা কয়াসু ঈংদবা মতম অসিনা মীপৃম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা অনৌবা আশাগী মযোল চোংহল্লিবনি। ইনুংদা নুংঙাইবা, ইতপ্তা তপ্পা, ইচীক্তা চীকপা, ইফদ ফজবা বসন্তগী মতমনি। যৌবনগী থোঙদা খোঙদাবক্লিবা শাবী-শানৌ কয়ানা রানা ঙাইজবকপা খতুনি বসন্ত। শবৎ খতুসু অদুমঙায়। কনানা কাউবা ঙমগনি শবৎকী মেঙলবা থাবলবু? কনানা কাউগনি নিংথমথাগী মৃতসঞ্জীবনীগুম্বা নুংশা মঙালবু? কুম্বী-কালেন খাক্তে, প্রকৃতিদি প্রকৃতিনি, ঈশ্বরগী খুৎশেমনি। ফজবে ফজনা অদুম ফজবা, থীবে থীনা অদুম শুমহৎপা, মীওইবগী পুন্সিগা তৎন থানবা যাদ্রবা মহৌশা লাইবেন্মীনি। কবিগীদি মকপনি। মহাক্কী পূক্লীংগী ফীভম মতুংইন্না প্রকৃতিগী শক্লোন হোংলিবনি। কালিদাসকী অহানবা বচনা 'খতু সংহাব' দা যেক্লিবা খতু তকক্কী খুৎয়েক অদুদি হায়নীংঙাই লৈতনা ফজখ্রবা মপা লৈত্রবা, বর্ণনা অমনি। মহাকবি অসিগী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দসু শৃংগাব বসকী অয়ৌবী থাক উৎপদা কণ্ব মুণিগী তপোবন অমদি মসিগী অকোযবদা লৈবিবা প্রকৃতিগী নীংথিজববা শক্লোননা লৌবিবা থৌদাং অদু যেংবিয়ু।

খতুশিংগী মনুংদা অমুক ইথা থাজদনা কবিশিংনা পামজনা শৈথাবিবসি নোংজুথানি। ইঙা থানা লাকপদা নোংজু-ঈশৈগী নুংশিবা সুব কবিশিংগী শৈবোলদগী তাবা ফংই। মহাকবি কালিদাসকী *মেঘদূত* তা নোংজুথাগী ফজবা শক্তম য়েকপা উবা ফংই। শাববা ওলাংথাগী মৈশাদা খাঙঙমদ্রবা থরায় পানবা জীব কয়ানা, মকওইনা নুংশি ঈখৌলাংলবা শাবী-শানৌশিংনা কুমগী নোংবু

উবদা কয়াদা হবাও-তয়ামজবা, কয়াদা পূক্লীং ময়োল চোংজবা—মসিদি থম্মোয়পানবশিংতনা খঙগনি। কালিদাসকী *বিক্রমোবশী* নাটককী কায়নমৈশা লাংলবা নায়ক নিংথৌ পুরুববানা খাক-লাউবিবা নোংবু চৈবগী বাফমসু লৈবি।

বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী *গীতাঞ্জলি* দসু নোংজু-খুতগী মতাংদা শৈথাবা পদ কয়ামকম উবা ফংই। নোংজু পাম্বানা লাকপদা কুমগী নোংহৌনা তাইবং মীওইবগী মশাদা পীবকপা শাফূ নৎত্রগা ইবায-ইনিন, কাব্যগী মহাও তংলবা থম্মোয়পানবা মীপূম খূদিংমক্লা খঙনববা বাফমনি। শাবী শানৌ কয়াগী থম্মোয়বুনা খবা হেন্না মথুম-মবাং হৌহল্লিবা ইঙাগী নোংনি। নোংজুগী লাইজ-ঈরিকনা মালেম পৃথিবীদা মশক উংলকপা মতমদা ববি ঠাকুবগী থম্মোয়দা ফাওবকপা ঈহুল অমা মহাক্কী 'কুমগী নোংহৌ' হায়না মিংথোনবা শৈবেংদা অসুম্না ফোঙদোক্লি ·

ঙসিদি ঐহাক্কী জগোই শাবি থম্মোযসে বাহোংগী মতৌগুম্না।
গুকং গুকং মখোলনা অমংবা নোংনা খোংলি অতিয়া শীল্লুংনা

..

*মকাবান্নবা কদম্ব কুঞ্জদা ঙসিদি থম্মোযসে শাৎকাইবে*
মিংফমদা ঐহাক্কী ঈংলবা নোংগী শংবান্নববা কাজল তৈবেনে।

(লা. ৯১, *ববীন্দ্র নাচোম*, ভোল্যুম ১)

নোংজু খতুগী নীংথিজববা দৃশ্য অমসু কবিনা মখাগী অসুম্না য়েক্লি

মেঘেব পবে মেঘ জমেসে
আঁধাব কবে আসে—
আমাব কেন বসিয়ে বাখ
এক দ্বাবেব পাশে।

কবিনা মহাক্কী নুংশিথোইবগী মফমদা বাকৎচবনি, ওইনজবনি। মহাক্লা হায়বি :

নৈচীলগী মথক্তা নৈচীল, মবোল মবোল
অমম্বগী মপৈ মপৈ
অসিগুম্বা ফীভমদা ঐবু কবিগী ফমহল্লি ইদোম

নঙগী থোঙ্গাল ময়াদা নঙবু ঙাইবদা।

কালিদাসকী *মেঘদূত* তি লৈচীলগী পাউজেলনি, নোংজু-খুতগী শৈশক্লি; প্রণয়-সঙ্গীতনি। মশানৌ কায়নববা যক্ষগী থম্মোয়দা নোংনা কবম্বা ইথিলবু পীবিবা। মসিদা কালিদাসকী কবিত্ব-শক্তিবু খঙবা অপাবশিংগী মফমদা অনৌবা ৱাফম অমা ওইদ্রবনি। কালিদাসনা নোংজু-খতুগী ইঙেন থা অসিবু 'কায়নবগী মৈচাক মৈহুম থা' হায়না শীংথাবা *মেঘদূত* তা উবা ফংই। মহাকবিনা মানবীকবণ অলংকাব (পার্সোনিফিকেসন) শীজিন্নদুনা লৈচীল (নোং) দা পাউজেল্লি :

অচাকপগী ঈংনফম ওইবিবা লৈচীল,
কুবেবগী শাপতগী কায়নববা ঐগী
ইপাউবু পুদুনা নুংশিকাদা য়ৌক,
চৎপিয়ু যক্ষনিংথৌ কুবেবগী কোনুংদা।

(*মেঘদূত*, লা ২, পদ ৭)

কায়ন-মৈশা লাংলবা যক্ষনা লৈচীলবু কবি ওইনা উবগে হাযবদু কালিদাসনা অসুম্না শীংথাবম্মী :

আষাড়স্য প্রথম দিবসে মেঘমাশ্লিষ্টসানু
বপ্রক্রীড়া পবিণটগজ প্রেক্ষণীযম্ দদর্শ

নোংমা ইঙা থাগী থাজিন্দা,
ফজবা শামুনা নাক য়েৎ অনীদা
ময়ানা হাইনা হুম্না শান্নবগুম,
উবম্মী লৈচীল অমা চীংদোল পক্লবা।

(*মেঘদূত*, ২শুবা পদ)

প্রকৃতিগী ফজবা শক্তম যেকপগী মওংদা তবাশুবা পদদা লৈচীলগী মবমদা থাবিবা শৈথা অসিসু কয়াদা ফজব্রবা!

মন্দ মন্দ নুদতি পবনশ্চানুকুলো যথা ত্বাং
বামশ্চায়ম নদতি মধুম্ চাতকস্তে সগন্ধঃ।

(লিবি লিবি হুম্বা মালঙবনা
নঙবু তপ্না তপ্না থৌবি,
নশানৌ নোংইন শকহেনবীসু
নুংশিনা শৈশক্লি ওই ওইননা।

মতৌ অসুম্না ভাবতকী কাব্যগী ঈচেলদা নোংজু থাবু শৈথাবা শৈরেং কয়া লেপ্তুনা চেন্থবকপা থেংনৈ। মক ওইনা সংস্কৃত সাহিত্যদদি অসিগুম্বা বর্ণন অসি মবাং কায়না লৈখ্রবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী লমদদি নোংজুথাগী শৈশক-শৈবোল অদুক হাক্লা মবাং কায়বা হাযবদুদি ওইদ্রি। অদুমকপু অঙনবা মতমদগী হৌনা মৈতৈ জাতিগী পুন্সিগা নোংজুথাগা লৈনবকপা মরী অদুমদি তংনথ্যানবা য়াদবা মরী অমা ওইনা অদুম্মক লৈবকই। মহৌশাগী নীংথিজবা শক্তম কয়ানা লৈতেংলবা সনা লৈপাক মণিপুরনি। চীংনা কোয়না পনশাবা, চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা লমদম অসি প্রকৃতিগী শান্নবুংনি, হবাওমথোই কাফমনি। পোক্লফম লমদমগী ফজববু শীংথাদুনা মৈতৈ কবি চিংঙাখম ময়ুরধ্বজনা শকখি

নীংথিজববী নুজাগী
ঙক্কা শিবা লৈতেংগী
সনা লিকফাং মবক্তা
অমত্তা থানবা মণিগুম
নীংথিবা মফম লৈবিদা।
মালেম লৈকোন্নুংসিদা
প্রকৃতিগী শান্নফম
ফজবগী হৌনফম
নীংথিবগী তৃংনমফম।

(পোক্লফম লমদম)

অশেংবনি মফম অসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীগা অনীগী মবক্তা তংন থানবা য়াদ্রবা মরী অমা য়েলহৌঙৈদগী লৈবক্লিবনি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। মণিপুরী হায়বা জাতি অসি চীংগীবু

ওইবো, তমগীবু ওইবো য়াম্না চম্না হিংবা জাতি অমনি। মীতৌ তমদবা, মীপোৎ-মীবল ৱায়দবা মশাগী লৈজবা খবনা পেম্থোকপা ওস্না মীওই কাওলূপ অমা ওইনা হৌবকখিবনি হায়বসি মীপূম তিংনা য়ানববা ৱাফমনি। হৌজিক হৌজিক মপানলমদগী শীৎলকপা নুংশিৎকী শাফু কয়ানা মণিপুরীশিংগী পুন্সিদা অওনবা অমদি অহোংবা কয়া লাকখ্রবসু মরূদদি মণিপুরী জাতিগী তোঙানবা শক্তোন অমা লেঙদনা লৈবিবনি। চহী লিশিং অনীগী মমাঙদগী মশাগী লোল অমদি ময়েক লৈজবরুবা অমদি খাগী (চিনা), তখেল (ত্রিপুরা), তেখাউ (আসাম) নচিংবা নিংথৌপানবা লৈবাক কয়াবু মায়থীবা পীদুনা পান্নকখ্রবা মণিপুরগী নিংথৌবোলগী শাংলবা ইতিহাস অমসু লৈখ্রবনি। অসিগুম্বা লাইনা থাবা লৈপাক্লি হায়না খন্নবিবা লমদম অসিদা মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীগী শক্তমদি য়াম্নমক পুক্লীং হুনীংঙাইহনি। কবি চাউবনা কবি হায়না শক্লম্মী :

> ইনুংশোবা তৈবক্লে
> চীংখৈ ফীদুপ হুল্লক্লে
>   কাক্কী লাম্বাউ শীল্লনি।
> নুমিদাংবাইগী কান্দুদা
> তময়া কোবী চেনবদা
>   পুক্লীংগী তোর্বান থক্তুদা
> ৱাখলগী আসন থাদুনা
> ঈথক ইবৈ খূদিংদা
>   পলেমগী ফজবা য়েংজহৌ।
> থাবন্না ইপোম হৌববা
> শংবান্নবা অহীংদা
>   ইমাগী নীংথিবা য়েংজহৌ।
> পোশ্বী য়েংই ৱাত্তেদো
> চেক্লা য়েংই নোপ্তেদো
>   কবিনা ৱাৎপা হৌনদে।
>     (মৈতৈ কবি)

অশেংবনি, মণিপুর সনা লৈপাকসি অশৈবশিংগী পোক্লফমনি। ঋতু তকককী মনুংদা য়েন্নীংথা, নোংজুথা শবংথা—ঋতু অহুম অসিদা উবা ফংলিবা প্রকৃতিগী অহোংবা শক্তম কয়া য়েক্লুনা শৈথাবা শৈবেং কয়া লৈক্লে। বর্ষা ঋতু হায়বগসু খণ্ডনবিবা নোংজুপাম্বা অসিগী মবমদা ইবা শৈবেং য়াম্নমক মবাঙ কায়দ্রগসু খবমখৈদি লৈ হায়বসি হায়দবা ওল্লোই। মণিপুরী শৈবেংগী অঙনবা মতমদা সুর-ছন্দ অমদি তালগা লোয়ননা হৌজিক্কী মীবোলনা শক্লবিবা নোংলাউ ঈশৈ অসিদা য়াওবিবা অশৈবগী ভাব অমদি কল্পনা অমদি মদু ফোঙদোকপদা শীজিন্নবিবা অবিবা মৈতৈলোন অসি কয়াদা ফজম্রবা! খুদম অমত্তং য়েংসি ·

নোং ও চুথবো
লাংজিং মত্তোল থুমহৎলো
পাশোয় নুবাবী তাউথবো
উনম পাখং খুঞ্জবো
... . .
কৌবা কৌনু নোংও
লোইজি লোইয়া নোংও
ইবেং ঈখম নোংও
থাংজি কোযবেন নোংও
.. .
লাইজা ঈথাবী নঙ থাবিবকও
লাইজা ঈখাইবা নঙ খাইথবিবকও।

'শংলৈতোননা নোংমাইজিংদা নোংমাংখা থাবা' মিংথোনবা অবিবা শৈবেংদসু নোংজু থাগী মশক উংলি। শংলৈতোনগী মখুৎমক্লা হুনবা মদ্ধ অদুনা পোকখায়দুনা ময়োল চোংলক্লবদা মহাক্লা ঈশিংবু নীংশিংলক্লুনা নোংলীক খবতা ওইবৰসু খিকপিনবা অতিয়াগী মফমদা হায়জে। মদুদা খণ্ডহৌদনা অকনবা নোংজু অমা লাকখি অমদি নোংমাংখা পাম্বী হৌবকখি হায়বগী ৱাবী ঐখোয়না তাবি।

হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা নোংজুথাবু শীংথাবসি আলম্বনগী মওংদা তৌদদুনা হায়বদি নোংজুথাগী মতমদা ওইবক্লিবা প্রকৃতিগী শক্তম য়েকপগী

মহুত্তা উদ্দীপনগী মওংদা হায়বদি প্রকৃতিগী শক্তমনা কনাগুম্বা অমদা পীবা ঈথিলগী মবমদা শীংথাবনা নম্মী। ভাবতকী সাহিত্যদা ঐখোয়না থেংনবিবসি নোংজুথানা লাকপদা কায়নমৈশা লাংলবা শাবী শানৌ কযাগী থম্মোয়দা অমওবা নোংনা পীবকপা অৱাবগী ঈথিল, ৱাহোংনা জগোই শাবা উকবগা প্রেমী প্রেমিকাশিংগী নুংদা নুংশি ঈখৌ লাংলকপা, মসিনা উদ্দীপনগী ৱানি, য়াকায়হনবনি। তাইবং মীওইবগী পুক্নীংদা প্রকৃতিনা কদায় ফাওবা ঈথিল অমদি ঈনোং পীবা ওম্বগে হায়বদু তাকপনি। অসি নত্তবা আলম্বনগী মওংদা প্রকৃতিগী মশাগী শক্তম উৎপা শৈবেং কয়া অমসু লৈখ্রে। নোংজুথানা লাকপদা ইঙাগী নোংনা অতিয়া ফূইনা হৌবকপা, হঙোইনা খোঙবান লুক্লাংদা অমদি পাৎপাম্দা গো গো খোংলকপা, কৌজেং-হাবৌ কযানা লাইজ-ঈপাল লাংবা ওইনা অহীংগী অচীকপা থুগাইদুনা নোংজু-ঈশৈ শল্লকপা, নোঙৌবী কৌবী চেল্লানা অতিয়া তম্না য়েংদুনা লাইজ ঈশিংবু ঈখৌ লাংলকপা কংলুববা মালেম পৃথিবী অসি অমৃত লাইজনা মালহৌনহল্লকপা—পুম্নমক অসি নোংজু পাম্বাগী মতমদা উৎলকপা মহৌশা লাইবেশ্বীগী নীংথিজববা শক্তম ঙাক্তনি। কুমগী নোং লাকপদা হবাওদবা কনা য়াওবগে? লৌবাং শূবিবা লৌমীশিংগী মফমদদি অনৌবা চহীগী অনৌবা আশা পুবকপা নোংনি। নোংজু পাম্বাগী প্রকৃতিগী ওইবা ফজঋবা শক্তম কয়া অসি ঐখোযগী মণিপুৰী সাহিত্যদা খবা ৱাৎনা উবা ফংলে। অদুম ওইনমক অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ, সঞ্জেম্বম নদিযাচান্দ, বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎ, খ্বাইবাকপম আনন্দিনী দেবী, শিজগুরুমযূম নীলবীব শাস্ত্রী, লাইশ্রম সমবেন্দ্রনচিংবা কবি খবনদি নোংজুপাম্বাবু নীংশিংদুনা শৈবেং মতেক অমমমদা ওইববসু ইবম্বগী খূদম ফংই। দবেন্দ্রজিৎকী 'নহাকপু কদাযদনো' কৌবা শৈবেংদা ঋতু তক্কমকপু শীংথাবা উবা ফংই। ঋতুশিং অসিনা য়ুম্ফম ওইবগা কবিনা মপাল নাইদ্রবা তাইবং মপূবু থিবগী খোঙজং অমদা চঙশিল্লি। শৈবেং অসিদা কবিনা যেক্লিবা নোংজুথাগী নুমিদাংৱাইবম অমগী দৃশ্য য়েংসি :

নোংজুথাগী নুংথিলদা<br>
অতিয়া মকোই থন্না কূংন শূক্র পাইদুনা<br>
তবং মালং কুপখিবা নোংদোন লাইজ মপৈনা

মালেম অসি তমদুনা খেক্ল ঙংনা চুদুনা
নঙগী যাথং পুদুনা পাপগী মহৈ চামথোকপা
নহাকপু কদাযদনো।

('শৈবেং অখনবা', লা ৩৮)

কবি সঞ্জেম্বম নদিযাচান্দনা ইঙা-ইঙেনদা হৌবকপা নোংগী খোঞ্জেলবু ঈশ্বর কৌবদা শীজিন্নৈ। প্রকৃতি অমদি পুরুষ অনীগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অদুবু উৎতুনা মহাক্না 'থিবা' হাযবা শৈবেং অদুদা অসুম্না ফোঙদোক্লি .

ইঙা থাগী নোংলেন্না
খোংনা লাউনা কৌবদা
চীঙ্গোয নপাউ তমদবা
চেংলৌ নশক উৎতবা
কদায়দা লৈ নহাকপু।

শৈবেং মতেক অসিদা কবিনা ফোঙদোক্লিবসি তাইবং মপুগী শক্তম মহাক্কী খুৎশেমদা উবা ফংই হাযবা অসিনি। ব্রহ্মগা প্রকৃতিগা অমত্তনি, মখোয অনীগী মবক্তা কবিসু খেন্নবা লৈতে হাযবগী দার্শনিক ওইবা মিৎযেং অমা মহাক্কী শৈবেং অসিদা উবা ফংলি।

নীলবীর শাস্ত্রীগী 'নোংজুগী অহিং' শীংথানবা যাবা শৈবেং অমনি। কবি নদিযাচান্দগী মিৎযেং অসিমক মহাক্কী শৈবেং অসিদসু উবা ফংই। নোংজুথাগী অহিং অমদা কবিনা ঈশ্বরবু থিবা মযূমদগী থোবকই। মতম অদুদা নোংনা ফুদিৎ ফুনা চুবি। মাযকৈ মবিমক্তা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তনি। কবিনা আশাগী মৈবা পুদুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লি। লম্বীদা খুদোংথীবা কযা থেংনৈ অদুবু পূম্নমক্কা মাযোক্নদুনা মমৈথংদা পঙ্খুং তান্না যৌই। অদুবু মফম অদু যৌবা মতমদদি ঈশ্বরগী মন্দির অদু থোঙ লোনখিবন্নে। কবিনা নীংহন্নবদি তৌখিদে। হনগে হাযবগী ব্লাখল তৌদনা মফম অদুদা অদুম লেঙদনা লৈবগে হাযনা ব্লাশকই। নোংজুগী অহিং অসিনা কবিগী থম্মোযবু কদায যৌনা কাইহৌহনবগে হাযবদু যেংসি :

ঙসি নোংজুগী অমম্বা অহিংসিদা
লাকচবি ইবুংঙো নঙগী মাযকৈদা

মল্লে অতিয়া মল্লে পৃথিবী
চুবি লেপ্তুনা অফুইবা নোংজু
থাংলি খোঙথাং নঙগী মায়কৈদা।
থিংগুমদ্রবা আশাগী মৈবা পায়দুনা।

মসি জীবনা ব্রহ্মবু থিবগী খোঙচংনি। আত্মানা পবমাত্মাগী মফমদা চঙজবগী খোঙথাংনি। ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি অমদি শ্রদ্ধা লৈজবা কবি অসিনা মহাক্কী 'থিজবা' কৌবা শৈবেংদসু তাইবংমপুবু থিবগী খোঙচত্তা মপু মাগী খুৎশেম ওইবিবা প্রকৃতিবু নীংশিংলি .

লমদম কৈদা লৈবগে
শকখঙদবা নহাকপু
পম্বুংফমসু খঙদনা
চৎলি নঙগী লম্বীদা
মালংনা ঐবু কৌবম্মী
থাজনা নপাউ তন্নম্মী
লৈবাংনা নঙবু য়েংহৌই
পোম্বীনা নগুণ শকহৌই।

মখা তানা অমুক নোংজুপাম্বাবু নীংশিংদুনা ভক্ত কবি অসিনা তাইবং শেম্বা মপুগা মহাক্কী খুৎশেমগগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অদু উৎলি ·

কুমগী নোংখোং অহানবা
মানি নঙগী নপাউনি
তাইবং মালং নখুৎশেম
নঙগী শান্তি পাউজেলনি।
(মণিপুবী শৈবেং, লা. ১৬৪-৬৫)

বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনসু নোংজুপাম্বাগা মবী লৈনবা শৈবেং অমা অনীদি ইবম্মী। মহাক্কী 'অনৌবা কুমগী কুমদমখোল' হায়বসি য়াম্না মমিং চৎপা শৈবেং অমনি। শৈবেং অসিদা কবিগী বিভোলুসনবী ওইবা ব্রাখল-মিৎয়েং উবা ফংই। শজিবু থাদা অনৌবা চহী হৌবগা লোয়ননা কুমগী নোং লাকপা হৌবা,

ইঙা-ইঙেন চঙলকপদা নোংজুথা ওইবগী হৌনবা অকনবা নোং চুদুনা চাক্লবা মালেম পৃথিবীদা শান্তিগী ঈবা খীকপিবা লোযননা অবি-অনৌ অনীমক অমত্তা ওইনা তিন্নখিগনি হায়না কল্পনা তৌবা, তশেংনমক কবিগী ফজবা ৱাখলনি। মসিদা তিন্নবগী, চুংশিন্নবগী অমদি অপূনবগী ৱাখল্লোন অমা যাওবি। কয়াদা নীংথিজনা কবিনা ফোঙদোক্লিবা ·

অনৌবগী কুমদমখোনসিদা খীংদোকখিবোই অবিবা,
অনৌবা তিন্ননা অমুক নৌমিন্নখিনি।
অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হনুবা হনুবী তাউথখিবোই
অনৌবা অমৃত থক্তুনা পাখং লৈশাবী ওইখিনি নৌনা
লৈপুন্নখিনি।

অশেংবমক্লি, অনৌবা কুমগী কুমদমখোলনা মীওইবগী নাকোংদা যৈবববদা নোংথাংনা জগোই শাবকপা, বজ্রনা লাউনা ঙংলকপা, ইঙাগী নোংনা অমুবা লৈচীলগী দোলাই তোংদুনা পাইবকপা, কুসুমলৈ, কোম্বীবৈ, মালহৈ, হৈবীনচিংবা হৈবাং-লৈবাং কযানা মকা ফন্না মশা মশা-মশাগী শক্তম উৎলকপা, শাবী-শানৌ কযানা নুংশি-নুংওনগী ঈথক-ঈবাংদা তাউবকপা অসিনচিংবা অহোংবা কযা ঋতু অসিদা উবা ফংলকই।

কবি নীলকান্তনসু মহাক্কী মমিং চৎলবা শৈবেং 'চৎলসিনে কদাযদনো ইবানি' দা কাযববা থম্মোযগী পাউদম পীবদুনা অমংবা নোংনা কবিগী মশাদা পীবকপা ঈথিলবু শীংথাবি ·

কবিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা
থম্মোযদা খাঙঙমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা
তাবিবোই নহাক্তি উবিবোই
ঐহাক্কী সুব যাওদ্রবা ঈশৈ ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা
থাদোকপা ঙমদ্রবা

(মণিপুরী শৈবেং, লা· ১০৭)

লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী 'ইঙাগী নোং' নোংজু-ঋতুগা মরী লৈনবা মমিং চৎপা শৈবেংনি। শৈবেং অসিদা কবিনা নোংজুগী অহিং অমগী দৃশ্য উৎপগা

লোয়ননা নোংজু অসিনা মতৌ কবম্মা ইনাকখুনবা লপ্লোন-ইতিক তৌবা মহাজন অমগী অৱাংবা আশাদা চৈথেং পীবগে হায়বদু উৎলি। লায়ববগী পনখৈদা হিংলিবা তোল্ল-তাববা মীশক অমগী অৱাবগা লৈত-লায়ব কয়াগী ঈ চৃপ্লিবা শেঙ্গাও পায়বা মহাজন অমগী অৱাবগা অনীগী মবক্তা থোং শাদুনা ইঙাগী নোংগী তৌবা ওন্বা শক্তি অদু উৎলি। ইঙাগী নোংনা লাকপদা ইনাকখুনবা ধনঞ্জয়না হেন্না শেন্দোং হেন্না ফংলনি হাযবগী ভাবনা দলান শাখিবা অদুবু ঈশিং চাউবক্কুনা মহাক্কী গুদাম কায়খিবা অদু নোংজুথা লাক্লগা অতাঙবা মমলদা য়োন্নবা পৈদুনা থমখিবা হৱাই-চেঙহৱাইনচিংবা মাল-চাং কয়া অকনবা ঈশিংগী ঈচেলদা তাউথদুনা মাঙখিবা মদুদা নত্তনা মহাক্লা লাই খুকম্বদা শীজিন্নবা ধুপ কল্পী ফাওবা তাউথবদা য়াওখিবা ফীভম অমা শৈবেং অসিদা কবেম্মবগী মিৎয়েং অমগা লোযননা উৎলি। শৈবেংগী অহৌবমক্তদা কবিনা ইঙাগী নোংনা খাক্লা লাউনা চুবকপদু শৈথাবি ·

> খাক্লা লাউনা শল্লক্লে ঈঙাগী নোং চুবক্লে।
> আ  অনৌবা নোংগী কুচু মানবা শ্যাম,
> খাক্লা খাক্লা লাউথবক্লে।
> হে ভগবান, হে ভগবান,
> হৈথবক্লে সহবগী টিনগী দ্রমগী যূমথক্তা,
> ঈঙাগী নোং—
> লৈবক খোংবান থুন্নক্লে,
> লম্পাক লমজাও থল্লক্লে।
> হঙোই খোংলক্লে
> হৈথবক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
> লেপ্পা লৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

শৈবেংগী অবোইবদা কবিনা ইঙাগী নোংনা পুবকপা অমাঙ-অতা কয়া অদু য়াম্না চন্বা লোন্দা অসুম্না ফোঙদোক্লি :

> তাউথবক্লে বোবা বোবা ময়োম ময়োম
> তাউথবক্লে লাইববগী ফদী ফবা

তাউথবক্লে মতৃম মতৃম অমোংপা অমাংবা
মহাজনগী ধুপকী কন্বীসু মদুগী মবক্তা
লেপ্পা লৈতনা হৈথবক্লি অমুক্কসু
লেপ্পা লৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

ইঙাগী নোং সেতায়াবিকেল ওইবা শৈরেংনি। মবুক ফংত্রবা শেন্দোং তানবা মহাজনশিংগী মমিৎ পাঙহনবা ঙন্বা শাফ্ কল্লবা কবিগী নুংদগী থোবকপা খোল্লাউ অমগী মশক্তি। ইঙাগী নোংবু অমবোমদা বব ওইনা লৌবা, অমবোমদা অমুক শাপ ওইনা লৌবা কবিগী মিৎয়েং অসিদা সমাজগী য়েক্লবা ওইবিবা মীওইশিংবু কবেল্লবগী ৱা য়াওবি। মসিদা কবি অসিগী প্রোগ্রেসিভ আওটলুককী মমি তাই।

খ্বাইবাকপম আনন্দীগী 'মহৌশাগী নুংশি মপাউ' হায়বা শৈরেংগী লাইবিক্তা নোংজু-ঋতুবু আলম্বনগী মওংদা য়েকপা ফজববা দৃশ্য কয়া উবা ফংই। খূদম অমতং য়েংসি .

ইঙা থাদি থানুংশি
লাক্লে ঈশিং ঙাইবী-থা
ঈথৌ লাংবা কোকহনবী ।

অইবী অসিনা ইঙাগী নোংবু ৱাবৌজে। কবিগুন্দা মসিবু নুংশি হৈতবীনি, কবিগুন্বদনা মিহৌ চাউবীনি হায। মহাক্কী কায়ববা থম্মোয়দা অঈংবা নুংশি ঈবা খিকপিদুনা মহাকপু থৌজানবিবো হাযজে ·

ঈঙাগী নোংও হাংলো
কাইহৌবিবনু ঐবু
নুংশি খঙদবা পূকচেল উৎপিবোনে ঐঙোন্দা।

মতৌ অসুম্না মণিপুরী শৈরেংদা মবাঙ কায়না হায়বমক য়াদ্রগসু খবগী মখৈদি য়াম্না নীংথিজনা ঐখোযগী কবি খবনা নোংজু ঋতুগী মবমদা শীংথাদুনা থম্বিবল্লিবা অসি মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তদি লাইবক ফবনি হাযনা লৌবা তাই। ঐখোয়না খঙই—ঋতু তকক্কী মনুংদা য়েন্নীংথা (বসন্ত)না অথোইবা থা ওইজবগসু 'কায়না মৈশা লাংলবা মতমদতা মীওইবগী থম্মোয়-বীনাদা নুংশিবগী সুব

থোবকই' হায়বা ব্রাফমদুমদি থা অসিনা চুমহনবা ওল্লোই। বসবাজনি হায়না লৌনবিবা শৃংগাব বসকী বিপ্রলম্ভ শৃংগাবগা নোংজু খতুগা অনীগী মবক্তা থানবা য়াদ্রবা মবী অমা লৈ হায়বসিমদি সহৃদয় পাঠকশিংনা ইখঙ খঙনববা ঙাক্তনি। 'ইমা'গী সাধনাদা লৃপ্লবা কবি মীনকেতনগী থম্মোয় লকাদা ফাওবা নোংজু ঈবিক্কী নীংশিং মমি ফাওবকখি। মসিনা ইহনখি মহাকপু প্রেমকাব্য; শকখি নুংশিনা প্রনয়সঙ্গীত, নীংশিলকখি চান্ন-থোইবীবু। ঈথিল অসি কবিনা পুবকখি? নোংজুথানা সুপ্লগী নোংজু খতুনা। 'কপকনুকো নুংশি নঙ ঐগী পোলোই খোঙফম উ' হায়বা শৈবেংদা কয়াদা চম্না কযাদা থম্মোয শেংনা পাউদল্লিবা মহাক্কী প্রেমিকাগী মফমদা, প্রেম-সঙ্গীত শকপা অশৈবা অসিনা।

লাকখি নোংজু কযা'মা—নুংশি নঙনা ঐবু কল,
পাম্মু নঙবু ঐনা কল, চোংমিন্নখি অনীমক—
ইশা ইশা কাউনখি, নঙসু ঐসু অনীমক,
নুংশি নঙনা ঐগী খল ব্রানা ঐনা নঙগী খল!
(অশৈবগী শৈবোই)

কুম খৃদিং নোংজুথানা লাকপদা মণিপুবী অশৈবশিংগী থম্মোযদা শান্তিগী ঈবা খীকপা ওইসনু লোযননা নোংজু-শৈবেং কযাসু মণিপুবী শৈবেংগী ঈচেলদা তাউথবকপা ওইসনু।

# অনুবাদ কলাদা মিৎয়েং অমা

লুবদগী লুবা কলানি অনুবাদ। অনুবাদ কবিনো? ইশম শন্না, লোল অমদগী অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপবু অনুবাদ হায়না খঙনৈ। অতোপ্পা ব্রাহৈদা হাযবগা, লোল অমদা ফোঙদোক্লিবা ব্রাখলবু ঙমজবা মওংদা লায়না অমদি চূননা অতোপ্পা লোন্দা ওন্থোকপা, অনুবাদনি। মোৎ অসি হিন্দী লোলগী মশক নাইবা বিদ্ধান অমনি হায়না লৌনবিবা ডা· ভোলানাথ তিব্রাবীনা পীবম্বনি। অনুবাদ হাযবসি কলা অমনি। বিজ্ঞান অমনি হায়না লৌবা যাবগী মবমসু লৈতবা নত্তে। হিন্দীগী অফাওবা আলোচক ডা নগেন্দ্রনদি মসিবু কলা ওইনসু লৌই, বিজ্ঞান ওইনসু লৌই। অনুবাদতা অনুবাদককী সৃজনশীল-শক্তি (ক্রিযেটিভিটি) গী মফম চাউনা লৈ। অনুবাদক মশামক ক্রিযেটিভ বাইটব অমা ওইদবা যাদে হাযবদি লৈতে অদুম ওইনমক মঙোন্দা কলাকাব অমা ওইবগী নৎত্রগা মতৌ তমদুনা শেম-শাবা হৈবগী গুণ অদুদি চেনবা তাই। অনুবাদকনা মহাক্না হন্দোক্লিবা লাইবিক অদুগী মতেংনা অপাবশিংদা কলাগী মহাও পীবা ঙমদ্রবদি অনুবাদ অদু ফজবা মখলগী অনুবাদ ওইবোই। লৈঙাক-শাসনগী, লল্লোন ইতিক্কী, আইন-কানুনগী নৎত্রগা অতৈ হীবম অমগী হন্দোকপগী মতাংদদি কলাগী মিৎযেং চঙদবা যাই। মসিদদি ডিক্সনাবীদা পীবিবা অর্থ (অভিধার্থ) অদুগী মতেংনা শেল্লগা চৎনহনবসু যাই। খুদম ওইনা ইংলিশকী 'জজ' হায়বা ব্রাহৈ অসি য়েৎনবা লৈতনা হিন্দীদা বিচাবপতি নৎত্রগা ন্যায়াধীশ মৈতৈলোন্দনা ব্রাযেলমপু হায়না হন্দোকপদা কনানসু আপত্তি তৌগদবা লৈতে। ইশম শন্না 'জজ' হায়না হন্দোক্লগসু চৎনবী অমা ওইনা দোষ লৈতবা অনুবাদনি হায়না লৌগনি। মসিদা হন্দোক্লিবা মী অদুগী মশাগী ওইবা শেমশাবা হৈবগী আর্টিষ্টিক ওইবা গুণ অদু থোইদোক্লা দবকাব ওইদে।

অনুবাদপু কলা অমনি হায়না লৌনবিবগী ব্রাফমদি সাহিত্যগী মতাংদনি। সাহিত্য হায়বসি কলা অমনি—কাব্যকলা। মসিদা কবিগী কল্পনা চঙই, খুৎশেম চঙই। ফজনা শেন্না লোলগী লৈতেংনা অপাববু শুমহৎহন্দবা য়াদে। কবি নৎত্রগা অইবগী কলাকৌশল (আর্টিষ্টিক টেলেন্ট) অমা ঈবোয়নদবা শুকয়ামক য়াদে। মশাদা পীথোবকপা হায়বা অমা চঙই। শেন্নু শাকবা যাবা নত্তে। 'পোইট্স আর বোর্ন এন্ড নোট মেদ' হায়নবিবনি। কাব্যগী বস হায়বা অমসু লৈবি। পাবদা পুক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওবা, হন্না হন্না পানীংবগী ঈখৌলাংবা পোকপা, পাবিবমখৈ পেন্দবা অসিনচিংবা কয়া অসি অপাবগী মশাদা ফাওহল্লবতদা শৈবেংসু ওইসনু, ব্রাবেংসু ওইসনু অব্রাংবা থাক্কী সাহিত্যনি হায়না লৌনগদৌবিবনি। কলা হায়ববু কবিনো? মীনা শেন্না ফজবা—মেন মেদ ব্যুটি। অনুবাদ কলাদা সোর্স লেংগুএজদা লৈবিবা লাইবিক অদুবুদি সাহিত্যগী পোৎথোক অমা ওইবে হায়বসিদা চিংননীংঙাই লৈত্রে। অইবনা উচল চানা শেন্নকবা কলাগী খুৎশেম অমনি হায়না লৌবসি। পৃথিবী ফাওববা মমিং চৎপা লাইবিক অমনি হায়নসু লৌবসি। অসিগুম্বা অব্রাংবা থাক্কী লাইবিক অমা অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা তাবদা অনুবাদক ওইবিবা অইবা মহাক অদুনা কাউবোইদবসি সোর্স লেংগুএজদা লৈবম্বা অইবগী ব্রাখল অমদি লোলগী ফজবা অদু য়াবিবমখৈ মাঙহন্দনবা হোৎনবা তাই। লোল অমদগী লোল অমদা ওন্থোকপদা হান্নগী মশাগী লৈজবম্বা ফজবা অদু খবমখৈদি শোযদনা মাঙখিগনি। লোল অনী অদুবু লোল্লিবা তোঙান তোঙানবা জাতি অনী অদুগী তোঙান তোঙানবা মশাগী ওইবা নাৎকী চৎনবী, ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ, প্রমাণ-পাম্বে, চাকচা-যুথক, আচাব-ব্যবহাব কযা লৈবি। মখোয অদু মমূৎ তানা খঙদ্রবদি মহৈ যানবা অনুবাদক অমা ওইবদা অব্রাবগী মশক ওইগনি লোযননা খুদোংথীবসু নংগনি। অনুবাদতা চপ চানা ব্রাহৈগী অর্থ হন্দোকপতনা যাদে হায়বসি মীপুম তিংনা খঙনববা ব্রাফমনি। ব্রাহৈ অদুনা পীবিবা অর্থ, অমুক অর্থ অদুগী মনুংদা ফুমদুনা লৈবিবা ভাব, ভাব অদুগী ঈঙ্গিৎ—পূমমক অসি মুন্না খঙলগা সোর্স লেংগুএজগী মশক মওং অদু থুগাইবক্কদৌবিবনি। লোল অমগী সংস্কৃতিগা অতোপ্পা লোল অমগী সংস্কৃতিগা খেন্নবা হায়বসি হৌনশানি। মসি লোলশিং অদুবু লোল্লিবা

জাতি অনী অদুগী সংস্কৃতি খেন্নবননি। খেন্নবিবা অনী অসিগী মবক্তা থোং অমা শাদুনা শমজিন্নহনবগী থবক অসি—অনুবাদ কলা অসিনা তৌবিবনি। মবম অসিদগী অনুবাদপু 'সাংস্কৃতিক সেতু (কলচবেল ব্রিদ্জ) হায়না কৌনবিবনি। সংস্কৃতি অমগা সংস্কৃতি অমগা অনীগী মবক্তা লৈবিবা মান্নদবা কয়া অদু খণ্ডমিন্নদুনা অমত্তা ওইবগী ৱাখল্লোন শাগৎপা, মান্নদবদা মান্নবা উৎপা, তোখাই তোখাইবা ফীভমদা অপূনবগী শক্তম পুবক্লবা হোৎনবা কয়াদা অনুবাদ কলানা অচৌবা মতেং পীদুনা লাক্লি অমদি পীদুনা লৈখিগনি হায়বসি চেনবা য়াদ্রবা ৱাফমনি। 'পৃথিবীসি অমত্তনি, ঐখোযসু অমত্তনি' হায়বগী খোল্লাউ অমা অনুবাদকী কলাকাবশিংগী কলম মচীন্দগী তাবা ফংবিগনি। অনুবাদকী কান্নবসিদি হায়নীংঙাই লৈতবনি। মসিনা জাতি অমগা জাতি অমগা শকখঙনহল্লিবনি, নুংশিনহল্লিবনি অমদি অপূনবগী শক্তম শাগৎলিবনি। জাতি অমনা জাতি অমগী সংস্কৃতি মশক খঙবসু, অনুবাদকী মতেংনা ঙমহল্লি। জাতীয় একতা (নেসনেল ইন্টিগ্রেসন) গী লমদদি মসিগী কান্নবসি হায়নীংঙাই লৈতে। ভাবতকুম্না জাতি মখল যাম্না লৈবা, লোল যাম্না ঙাঙবা, সমাজগী চৎনবী যাম্না লৈবাক অমদদি সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা অনুবাদনা লৌবিবা থৌদাং অসি ওম্হোক্লা মমল যামম্রে। মসি কাঙলূপ মশেল পূন্না শান্তি লৈনা হিংমিন্নবগী অচৌবা খূৎলায় অমনি।

অনুবাদকী দবকাব অসি খঙবদগী ভাবত সবকাবনা সেন্ট্রেল ইন্সটিট্যুট ওফ ইন্দিয়ান লেংগুএজ, মহীশুবগী মখাদা 'নেসনেল ট্রান্সলেসন মিসন' লিংখৎতুনা অনুবাদকী ওইবা তোঙান তোঙানবা প্রোজেক্ট কয়া পায়খৎলক্লি। লোল অমগা লোল অমগগী মবক্তা অমনা অমগী মফমদা পীথোক-পীশিন (আদান-প্রদান) তৌনবগী খুদোংচাবা কয়া ফংহল্লি। অনুবাদ কলাগা মবী লৈনবা থবক-থৌবম কয়াসু পাযখৎলি। ভাবতকী সংবিধাননা মশক খঙলবা লোলশিংদগী ভাবতকী লোল অতৈদবু ওইববসু নৎত্রগা পৃথিবীগী লোল কয়াদবু ওইববসু সাহিত্যগী লাইবিক কয়া হন্দোকহনবগী মথক্তা চাওখৎপা ৱাৎলিবা লোলশিং হেন্না চাওখৎহন্নবগীদমক্তসু প্রোজেক্ট কযা কয়া পায়খৎলি। সেমিনাব, ৱার্কশোপনচিংবা কয়াসু বাজ্য বাজ্যগী থাক্তা পাযখৎলি। শম্না হায়ববদা অনুবাদ

কলাগী কান্নববু মীয়ামদা হেন্না খঙহন্নবগীদমক্তা অচৌবা শেনফম কয়া কাইথোক্লি। মসিদা সাহিত্যবু নুংশিবা ঐখোয়না তৃমিন্না লৈথোকফম থোক্কে। *নেসনেল ট্রান্সলেসন মিসননা পায়খৎলকপা থবক খৃদিংমক্তা ঐখোয়না পূকচেল* শেংনা অমদি থরায় য়াওনা মতেং পীবা তাই। অনুবাদ কলাগী লমদা খোঙ থাংজিনবা হৌকববা মীপূম খৃদিংমক্লা মিসন অসিবু শৌগৎপা চঙই। লোয়ননা ভারত-জাতিগী অপূনবা স্বার্থদনি হাযবগী রাখলদা ইশা ইশাগী অঙন্না অবদান পীবা তাই অমদি অনুবাদকী লাইবিক কয়া পুথোকপা তাই। লুবিবদি ফজবা মখলগী অনুবাদ লাইবিক পুথোকপা অসিনি। হন্দোক্লবা লাইবিক খৃদিংমক মহে য়াল্লবা অনুবাদনি হাযনা লৌবদি অবানবা ওইগনি।

অনুবাদকী থবক অসি গ্লোবেলাইজেসনগী যুগ অসিদা য়াম্লমক মক ওইবা থৌবাং অমা ওইবে হাযবসি মীপূম খৃদিংমক্লা তপ্না তপ্না খঙনবক্লি। পাক চাউথ্রবা পৃথিবী অসিবু অপীকপা খুঙ্গং অমা ওইনা লৌনবক্লিবসি 'নো মেন ইজ ষ্ট্রেঞ্জ, নো কন্ট্রি ইজ ফোবেন' হাযবনি। মসিগী অর্থদি মীগা মীগা, লমগা লমগা অনী অসি যাম্না নকশিন্নবক্লে হাযবনি। 'দ ব্রার্ল্ড ইজ ব্রান ব্রি আব ব্রান'। পৃথিবীদি অমত্তনি, মফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মীওইবা খৃদিংমকসু অমত্তনি হাযবগী যাম্না রাংথ্রবা দর্শন অমা মসিদা য়াওবিবনি। পৃথিবী অসিদা থোক্লিবা থৌদোক-রাথোক কয়াগী ঈ-পাউ খঙগে নৎত্রগা খঙহনগে হাযববদি হন্দোকপগী থবক অসি নত্তনা কবি পান্নেদি লৈবি? পৃথিবীগী রাদি থম্নু থমখিসি। ঐখোয়গী ভারতকী মনুংদা ফাওবা লোল অমগা লোল অমগা নৎত্রগা জাতি অমগা জাতি অমগা অনীগী মরক্তা ফাওদোক্লবা রাংপগী মমি অমদি অদুম্মক তাদুনা লৈবি। খৃদম ওইনা হায়ববদা মণিপুবগা আসাম নৎত্রগা বেঙ্গলগা যাম্না নক্লবা মরী অমা থায়নঙৈদগী হৌনা লৈনবক্লি। মথায় থায়নগী রাবুদি নত্তে। মৃন্নোন্নবা আসামগী সংস্কৃতিগা ঐখোয় মণিপুবীগী সংস্কৃতিগা য়াম্না নকশিন্নে, বেঙ্গলগীনা অমুক হেন্না নকশিন্নে। মসি গৌড়ীয়া বৈষ্ণব ধর্মগী প্রভাবনি হায়গদ্রা নৎত্রগা বৃটিশ শাসনগী থৌশীলননি হায়গদ্রা মদুদি খঙজদ্রে। মণিপুবী জাতিগা বেঙ্গলী জাতিগা য়াম্না নক্লবা মরী অমা লৈনবম্মী অদুগা হৌজিকসু লৈবি হায়বদা লানগনি নীংদে। জাতি অনী অসিগী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি খঙমিন্নবা হায়বসি জাতিগী

অপূনবা শক্তম শাগৎপদা খবমখৈদি শোয়দনা মতেং ওইনগদৌবিবনি।

বাংলা সাহিত্যগী মক ওইবা মচল কয়া ঐখোযগী লোন্দা হন্দোক্লুনা লৈবে। বঙ্কিমচন্দ্র, শবৎচন্দ্র অমদি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুববু মশক খণ্ডদবা অমদি মখোয়গী ব্রাবেং-শৈবং পাদবা মণিপুবী মচা লৈবু লৈশিল্লক্কবে। মণিপুবী সমাজদা বাংলা সমাজগী প্রভাব অমা লৈবম্বনা ঐখোয়দা মখোযগী মমল য়াম্লবা সাহিত্যগী লৈচলশিং অসিগী মমি তাবিবনি। ঐখোয়গীদি কদায়? ঐখোয়গী মণিপুবী সাহিত্য অসি মখোযদা খণ্ডহনবা ঙম্লববা? আসামী অমা নৎত্রগা বেঙ্গলী অমনা ঐখোয়গী ফুঙ্গাব্রাবীগী লাইবিক অমা পাম্মী হায়বকপদা খুদক্তা পীবা ব্রানা থোক্লি। ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা সাহিত্যগী পূক্কে অমা লৈজবি হায়বসিদি ঐখোয় খুদিংমক খণ্ডই অদুবু কনানা অনুবাদকী মতেংনা ঐখোয়গী লাইবিক খবদা ওইববসু মখোযদা খণ্ডহনফম থোকই হাযবসি খনবগে? মতাং অসিদনি অনুবাদকী দবকাব লাক্লিবা, মতিকচাবা হন্দোক্লোয নৎত্রগা অনুবাদক কযা শেমগৎপা তাবক্লিবা।

অনুবাদসি ইংলিশ, হিন্দী, বেঙ্গলীনচিংবা লোলশিংদগী মণিপুবীদা তৌবদি খববু লাযনা থোক্লি। মণিপুবীদগী অতোপ্পা লোনশিংদা তৌবা অসিনি লুবিবদি। টার্গেট লেংগুএজ অমদা মাষ্টব তৌবা ঙাক্তনা মহৈ য়াল্লবা অনুবাদক অমা ওইগনি হায়বগী ব্রা লৈতে। পান্দম লোল অদু হৈবগী মথক্তা লোল অদু শীজিন্নবগী মওং, লোল অদুদা লৈবিবা প্রমাণ-পাম্থে, লোল অদুগা শাগোন্নবিবা, মদুবু ঙাঙলিবা মীওই-কাঙলূপকী চৎন-লোনচৎ মমূৎ তানা খণ্ডদবা যাদ্রি। নৎত্রগদি অনুবাদ অদু কৈদৌঙৈদসু মপৃং ফাবা অনুবাদ ওইবা যাবোই।

মহৈ যানবা অনুবাদক অমা ওইগে হাযববদি সোর্স লেংগুএজ অমদি টার্গেট লেংগুএজ অনীমক্কী মপৃ ওইবা হাযবদি অনীমক মমূৎ তানা খঙবা চঙই হায়বসি হঞ্জিন হঞ্জিন পল্লুবগী কান্নবা লৈতে। অনুবাদতা মশাগী পীথোকচবকপা শেম শাবা হৈবগী গুণ (ক্রিযেটিভিটি) অমা চঙই হাযবা ব্রাফম অসি মথক্তা পঙ্খ্রে। অনুবাদসি তশেংবমক কলা অমনি। কলা হাযবসিদি মতৌ তম্বনি। আর্ট ইজ ইমিটেসন। এবিষ্টোটল অমদি দান্টেগী মোৎতসু, কলাগী হৌবকফমসি মীওইবগী মতৌ তম্নীংবগী ঈহল অসিনি হায। মতৌসি কনাগী অমদি কনাদগী

তম্মী হাযনা হংলগদি পাউখুমদা— প্রকৃতিদগী। মহৌশা কৌবী লাইবেঙ্গীনা তাইবং মীওইবদা পীবা ঈথিলনি মতৌ তন্না হায়বসি। কলাগা ফজবগা মবী লৈনৈ। কলাগী পোৎথোক খৃদিংমক্তা ফজবগী মমি তাগনি। কলাকাব খৃদিংমক ফজবগী পূজাবী ওইগনি। মহাক্কী খৃৎশেমদা সত্যম, শিবম, সুন্দবমগী ফিদম য়াওগনি। অনুবাদপু কলা অমা ওইনা লৌনবিবনিনা মসিদসু ফজবগী গুণ অদুদি শোয়দনা য়াওবা তাই। ৱাফম অসি সাহিত্যগী অনুবাদকী মতাংদনি।

লাইবিক অমা হন্দোকপা মতমদা লোন অনীগী মপূ ওইবা হায়বসিনা তোঙান্না থল্লগা, হন্দোকদৌবিবা লাইবিক অদুবু ইবিবা মীশক অদুগী নুংগী ভাব (ইন্নব আইদিয়া) খঙবা অমসু তঙায়ফদবা ওইবি। মবম অসিনা অনুবাদক অমনা অইবা অদুগী পুক্সিগী দর্শন খঙবা তাই। অইবগী পুক্সিগী দর্শন খঙবদা নত্তনা লাইবিক অদুদা অইবনা পীবা পাম্লিবা পাউজেল লোযননা মহাক্কী খৃৎই-খৃৎলাম্বোকসু মুন্না খঙবা তাই। অনুবাদক অমগী থৌদাংসি অনীনি। অমনা সমালোচক অমগী থৌদাং অতোপ্পা অমনা ক্রিযেটিভ বাইটব অমগী থৌদাং। অনীমক্তা মহাক্কী মিৎযেং থম্বা দবকাব ওই। মবম অসিনা অনুবাদকী থবকসি তবাই তবাই লৌবা য়াদে। ওবিজিনেল টেক্সতা লৈবম্বা ফজবা গুণ কযা অদু অনুবাদতা খবমখৈ মাঙখ্রবসু অনুবাদক অদুগী কৃপ্না য়েংবা মিৎযেংগা লোয়ননা শেন্নকপা অনৌবা খৃৎশেম অদুনা ফনা যাম্না অমাঙবদু কৃপখৎপা য়াই। তৌবতদি অইবা অদুগী নুংগী ওইবা ৱাখলগী পবিং অদুদি কায়হনবা যাদে। অইবগী ৱাখলগী ঈচেলগা লোলগী খোঙচৎকা লৈনবিবা মবী অদু হন্দোক্লিবা লোল অদুদসু কায়হন্দনা থম্বা তাই। মসি সাধনা মখল অমনি; অৱাবনি, অকব্বনি। লাইবিক অমখক্কী অনুবাদ তোঙানবা মীওই অনী-অহুম্না তৌবকপা মতমদা মাম্নব্রিবসি মবম অসিদগীনি। খৃদম ওইনা ৱবীন্দ্রনাথ ঠাকুৱগী পৃথিবী ফাওববা গীতাঞ্জলি অসি মৈতৈলোন্দা মীওই অহুম্না হন্দোকখ্রে। অদুবু লোলগী খৃৎশেমদদা নত্তনা ৱাখলগী পবিং শাগৎপদসু মখোযগী মবক্তা চাউনা খেন্নবা লৈ। অনুবাদ মান্দবা মতাং কযাসু য়াওদবা নত্তে। মীওই অহুম অসি অমনা অশাংবম মীনকেতন, অমনা সিনাম কৃষ্ণমোহন অদুগা অমনা কোন্থৌজম তোম্বীনি। বিশ্বকবিগী পুক্সি-দর্শন কৃপ্না খঙবা অমদি মশামকসু অৱাংবা থাক্কী

কবি অমা ওইবনা মীনকেতনগী অনুবাদনা খবা মশক থোকপা হেল্লি। মহাক্কী অনুবাদনা বাংলা লোল খঙদবা মণিপুরী অপাবা অমদা কাব্যগী মহাও হায়বদি বস অদু ইরায় লায়না য়েনবা ঙম্মী। মসি মীনকেতনগী কবি অমা ওইবগী পীথোবকপা গুণ (কাব্যপ্রতিভা) অমদি খুৎশেম হৈবগী মতিক মযাই (সৃজনশীল শক্তি) অদুননি। অদুম্নদি ওইবগা মহাক্কী মৈতৈলোন অসি অসুক্কী মতিক লুখিদুনা সাধারণ ওইবা অপাবশিংগী মফমদদি লৌশিনবদা খবা ব্রানা থোক্লি। অদুমকপু ফজদবদি নত্তে। লোলশেম হৈবগী অঙকপা জাদু অমা মহাক্কী মশাদা ইচেন্তা চেন্নদুনা লৈ। মসি দোষ নত্তে, গুণনি। মতাং অসিদনি অনুবাদ কলানা অনুবাদ-শিল্পগী মওং লৌবক্লিবসি। শেম শাবনা (ক্রাফ্‌টসমেনশিপ) হেন্না মক ওইবিবা শিল্পকলাদা কলাকারগী মশাগী ওইবা পীথোবকপা গুণ অমদি অদুম্মক উই। পোৎশক অমবু কৃপ্না য়েংশিনবা ঙম্বা, শাদোবকপদা, তৌথোবকপদা চপ চানা হেক্তা মালহনবা ঙম্বা, পোৎশক অদু উকবগা অউবশিংগী থম্মোযদা তীং লাউনা পালহনবা ঙম্বা, লোয়নননা মিৎ কৃপ্তুবমখৈ যেংদুনা লৈহনবা ঙম্বগী অঙকপা জাদু অমা শিল্পকলাবু শিনফম অমা ওইনা লৌবিবা কলাকারশিংগী মশাদা যাওবি। অসিগুম্বা কলাকার অমগী মগুণ চেনবা অনুবাদক অমনা হন্দোকপা সাহিত্যগী লৈচল অদুদি শোযদনমক অরাংবা থাক্কী সাহিত্যগী লৈচল হায়বদু ওইগদৌরিবনি। 'ইট ইজ ভেরী কোল্ড টু দে' হায়বসি মণিপুরীদা 'ঙসিসি যাম্না ঈংখ্রে' হায়না হনবদা কবিসু লান্দে। অদুবু 'ঙসিদি ঈংবনা থক থক নীকই' নৎত্রগা 'ঙসিদি উন তাই' হায়বা ব্রাহম্মোক অনী অসিনা খবা সাহিত্যিক ওইবা হেনগনি। মসিদা হকচাং নীকপগী নৎত্রগা উন তাবগী ইমেজরী অমা য়াওবা থেংনবি। ইমেজরী অসি শীজিন্নবনা ব্রাফোঙদোক অসি হেন্না মশক নাইহল্লে লোয়নননা অনুবাদক অদুগী খুৎশেমগী হৈশিংবসু উবা ফংলে। 'মাই দিয়ার সন' গী অর্থ 'ঐগী নুংশিববা ইচা' হায়না হনবদসু কবিসু কায়বা লৈতে। অদুবু, সাহিত্যিক ওইবা মওংদা, হনবা তাবগদি– 'ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা', 'ইমাগী নিংথেম', 'ইমাগী মনিমতুম', 'ইমাগী ফিজিগী লন', 'ইমাগী মিৎক্কী মণি'. অসুম্না হনগনি। মসিনা তাবদসু নুংঙাইবে অদুগা ময়েক লাববা ইমেজরী কয়াসু পীরে লোয়নননা মৈতৈলোনগী ফজবা মশক-মওং অমসু উবা ফংলে। শব্দগী

মাধুর্য অমদি অর্থগী ব্যঞ্জনা যাওদ্রগদি ফনমক 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম' (শব্দগা অর্থগা পূল্লগা কাব্য ওই) হায়দুনসু অশেংবা কাব্য হায়বদুদি ওইবোইদৌবি। অনুবাদ হায়বসি সাহিত্যগী পোৎথোক অমনি। সাহিত্যগী অনুবাদকা শব্দাবলীগী অনুবাদকা অনীগী মবক্তা খেন্নবা শোয়দনা লৈফম থোকই। ওফিসকী ব্রাবোল নৎত্রগা চেবোল, আইন-কানুন, লম্লোন-ইতিক, লৈঙাক-শাসন, তম্ন-লাইবিকনচিংবগী অনুবাদপু ঐখোয়না কলাগী শীংদা চন্দ্রগসু ইংলিশকী টেক্সতা, যাওবা 'গ্রীন চিল্লী'বু 'অশংবা মোবোক' নৎত্রগা 'গুদ মোর্নিং' বু 'অফবা অয়ূক' হাযনা হন্দোক্লবদি সাহিত্যগী অনুবাদ নত্তে হায়দুনসু অশেংবা অমদি অচুম্বা অনুবাদ ওইবদি যাবোইদৌবি। ইংলিশতা 'গ্রীন চিল্লি' হায়না চৎনবগসু মৈতৈলোন্দদি 'অশংবা মোবোক' কী মহুত্তা 'মোবোক অতেকপা' হায়না চৎনবি। চৎনবী অসি খণ্ডবদুনি অনুবাদ কলাদা অকব্বা অমা ওইবিবসি। চৎনবীনিনা 'গ্রীন ফিল্ড'গী অর্থদা 'অশংবা লৌবুক' হাযনা অদুম্মক হনবা য়াহল্লি। মসিনা তাকপদি টার্গেট লেংগুএজদা 'কবি হায়নৈ', 'কবি হায়বগা খণ্ডনৈ', 'কবি ওইনা শীজিন্নৈ' হাযবনচিংবা ব্রাফম কয়াসি খণ্ডদবা যাদে। 'নেহরু ব্রাজ বোর্ন ব্রিথ এ সিলভব স্পূন ইন হিজ মাওথ' হায়বা ব্রাহৈপবেং অসি মৈতৈলোন্দা 'নেহরু মচীন্দা লুপাগী চামচ অমা য়াওনা পোক্লম্মী' হাযনা হল্লবদি সর্বনাশ তাবে। হনফম থোকপদি–'নেহরু নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমদা পোক্লম্মী' হাযবসিনি। 'ইট ইজ বেইনিং কেট্‌স এন্দ দোগ্‌স' কী অর্থ 'নোং চুবদা হূই হৌদোং যাওবে' হাযনা হনখি হায়বগী ব্রাফম অমা মীয়াম্না ঙাঙনবা তাখি। হন্দোকপগী থবক অসি প্রমাণ-পাম্মৈ, পাউবৌনচিংবগী মতাংদদি অমুক্তা হেন্না লুপ্প্রে। 'ওল হিজ এফোর্ট্‌স এন্দেদ ইন স্মোক' কী অর্থ 'মহাক্কী হোৎনজবা পূম্বা অবেম্বদা তাপ্রে' হায়না হনগনি। 'টু এন্দ ইন স্মোক' হায়বসি ইদিয়ম অমনি। মসিগী অর্থ মৈখূদা লোইবা হায়বা নত্তে, অবেম্বদা তাবা হায়বনি। 'এ দ্রোপ ইন দি ওসীন' হায়বসি মৈতৈলোন্দা 'সমুদ্রদা মবীক অমা' হায়না হনবগী মহুত্তা 'লোক্তাক্তা থুমহি থাদবা' হায়না হনগনি। ঐখোয়গী লোনগী শীজিন্নফম অদু য়েংলগা হনবগী মওংনি। হিন্দীদগী খূদম অমত্তং য়েংসি। 'জৈসা দেশ বৈসা বেশ' হায়বসি হিন্দীগী পাউবৌ অমনি।

অর্থদি– লম লমগী মতুংইন্না ফিজোল শেৎপা হায়বনি। অদুবু মণিপুরী জাতিদদি মসি শীজিন্নদে। ঐখোয়গী পাউবৌদা 'লৈবক অমা শৈশক অমা' হায়না মশাগী অদুম লৈজে। নুংদা চেল্লিবা অর্থগী মান্নবা য়েংলগা হনবনি। ইংলিশকী 'হুইল ইন বোম দু এজ দ বোমান্স দু' হায়বগী অর্থগসু মান্নে। 'ব্লেক শীপ' পু 'অমুবা য়াউ' হায়না শব্দার্থ তৌবদি য়াবা হাযবদি শব্দশক্তিগী অভিধাগী অর্থদদি চুম্না অদুবু 'গোপাল ইজ এ ব্লেক শীপ ইন হিজ ফেমিলি' হায়বগদি 'গোপাল মহাক্কী ইমুং মনুংদা শাগৈগী মৈতাল অশিবনি' হায়না হনগদবা। মসি 'ব্লেক শীপ'কী ব্যঞ্জনা শক্তিদা যূম্ফম ওইবনি।

অনুবাদ হায়বসি সাহিত্যগী লমদা ওইবগদি কয়াদা লুখ্রবনো! অনুবাদতা ঐখোয়না তৌবিবসি হকচাং অমদা লৈবা থবায় অদু লৌথোক্লগা অতোপ্পা হকচাং অমদা হাপচিনবগুম্বনি। অনুবাদতা হাযনীংলিবা ব্রা অদু অতোপ্পা লোন অমদা ফোঙদোকপদা অদুক হাক্লা লুবা নত্তে। লুবিবদি লোল অদুগী খৃৎফোঙদোক অমদি খৃৎহায অদুনি। অব্বা অসিনা মবম ওইদুনা কনানা অনুবাদপু মীনম্বনি, অমদি তৌশিন্নবনি হায, কনানা ওইথোক্তবনি হায। অসুম্না অনুবাদ কলাবু ওইথোক্তবা, ওইথোক্লগসু লায়দবা কলা অমনি হাযনা লৌবদা কনানসু আপত্তি তৌনদ্রিবা অসিনি। ব্রাবেংগী অনুবাদতগী শৈবেংগী অনুবাদনা অমুক হেন্না লুই হায়বসিমদি অয়াম্বনা খঙনববনি। শৈবেংদি অনুবাদ তৌবা য়াদে হায়বা মোৎ কয়া অমসু লৈবিবনি। শৈবেংদা তৌনবিবসি রুপান্তবনি, ট্রান্সক্রিয়েসননি। রুপান্তব তৌবা য়াদ্রবা শৈবেং অদুদি শৈবেং ওইদ্রে। মসিদা কলাগী মশক অমদি মহাও য়াওদ্রে। মশাদা কবিত্ব শক্তি লৈতবা অনুবাদক অমনা তৌবা অনুবাদ কয়া মবেক মহাও থোক্কনি নীংদে। হরিবংশরায় বচ্চনগী মধুশালা গী মণিপুরীদা তৌবা ক্ষেত্রী বাজেশ্বরগী অনুবাদপু মীয়াম্না ফজে হায়না লৌনৈ। মূল গ্রন্থ (ওরিজিনেল টেক্স) গী মশানা ফজজবদুগা অনুবাদককী কবি ওইবগী গুণ অদুগা অনী অদু চূশিন্নখিদুনা ফজবা অনুবাদ ওইখ্রিবনি। মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মীনকেতননা তৌবা অনুবাদকা নিঙোম্বম ইবোবীনা তৌবা অনুবাদকা খেন্নবিবসু মবম অসিদগীনি। মীনকেতননা সিদ্ধ লৈববা কবি অমা ওইখিবনা মহাক্কী অনুবাদতা কাব্য-সৌন্দর্য অমা অদুম্মক উবা ফংই। মসি হৌনশানি।

তাবদসু ওদ্মোক্না নুংঙাইগ্রবা; ছন্দ-অলংকাবগী খোঙচৎ অমদি খোঙথাংদা। লুনা অর্থ লৈবা ৱাহৈগী নাচেম শেন্নদা, শব্দ-শক্তিগী ব্যঞ্জনাবৃত্তিদা মীনকেতনগী পাণ্ডিত্য অমা মহাক্কী অনুবাদশিংদা উবা ফংলিবসি মহাক্কী লোন শেন্না হৈবগী গুণ অদুননি। অনুবাদ কলাগী মশক মুন্না খঙবা অইবনি মীনকেতন। রূপান্তবগী মতেংনা মূলগ্রন্থগী ভাবকী ফজবা ঙাকপদা নত্তনা লোলগী ফজবসু মপোপ কায়হন্দনা থন্না ঙন্না অনুবাদক অসিগী কাব্য-প্রতিভা অমদি সৃজনশীল শক্তি তশেংনমক থাগৎনীংঙাইনি।

# মণিপুরী অনুবাদ-সাহিত্যগী ইতিহাস

মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী চাউবাকপা ইতিহাস অমা খৃদোল তমজদ্রিঙৈগী মমাঙদা অনুবাদ কলাগী মবমদা ৱাহৈ অমা অনীদং পঞ্জবমগে। লুবদগী লুবা আর্ট অমনি অনুবাদ কলা। অনুবাদ সাহিত্য তবাই তবাইবা সাহিত্য নত্তে। জাতি নৎত্রগা লোন অমগী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী চুংশিন্নবা শক্তমগা ঈবোয়ননা চৎপা, ৱাখল অমদি থম্মোয় অনী চুংশিন্নবা শেমখ্রবা অনুবাদ সাহিত্যবু তবাই তবাই লৌবা লানগনি।

কুমজিন্দা শাৎপা লৈবাংগা
কুম্মেদা পানবা হৈবাংগা
পুন্না উনীংবা ফাওববা
স্বর্গ মর্ত্ত্য অনীবু
খান্নাং যেংনীংবা লৈববা
ফংগনি শকুন্তলাদা।

(মণিপুবী অনুবাদ . মীনকেতন)

মহাকবি কালিদাসকী জগৎ ফাওববা *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* পাকববা মতুংদা জর্মন কবি গেটেগী থম্মোযদগী থোবকপা নুংশি মপাউখোল অসি কালিদাসকী মূল গ্রন্থনা থোকহনখিবা নত্তে, ইংলিশ কবি ৱিলিয়ম জোন্সনগী অনুবাদনা পীবা খোম্থোকনি। অনুবাদ অসিগীসু অমুক অনুবাদ ওইনা শ্রীমীনকেতনগী থম্মোয়গী পাউদম অসিদসু মহাকবি অনীমক্কী কাব্য প্রতিভাগী মঙাল অদু মশানা অদুম্মক উবা ফংজববনি। মসিনি অনুবাদ সাহিত্যগী অবদান। নোংচুপলোমদগী শক্লকপা মহাকবি শেক্সপিযবগী ঈশৈনা নোংপোক লমদমগী থম্মোয় শুমহৎপা ঙল্লল্লিবসিবু অনুবাদ সাহিত্যগী মতেংননি। অনুবাদকী

মতেংনা ৰবীন্দ্ৰনাথনা বিশ্বকবিগী খুভম য়োৌবা ঙমখি। মহাক্কী *গীতাঞ্জলি* গী মশামক্তা ইংলিশ অনুবাদকী মতেংদগী বাংলা খণ্ডদবা পৃথিবীগী সাহিত্যকাৰশিংনা শৈৰেং লাইবিক অসিগী মহাও তংবা ঙমখি। ঙসি ঐখোয়না লিও-টোলষ্টোয়, মাক্সিম গোৰ্কী, বঙ্কিমচন্দ্ৰ, শৰৎচন্দ্ৰ, প্ৰেমচন্দনচিংবগী মমিংতা ওইৰবসু তাবা ফংবা ঙন্নিবা অসি অনুবাদ সাহিত্যগী মপান্ননি। তশেংবমক তোঙান তোঙানবা লমগী তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মবক্তা থোং অমা শাদুনা অইৰশিংগী পূক্লীং, ৱাখল অমদি মিংয়েং চিংশিনবা ঙমহল্লিবা অসি অনুবাদ সাহিত্যগী মপান্ননি। মসিনা সাহিত্য অমগা সাহিত্য অমগা অনীগী মবক্তা পীথোক পীশিন তৌনবগী খুদোংচাবা অমা পোকহল্লি। অনুবাদ সাহিত্যগী মতেংনা কম্পৰেটিভ লিটৰেচৰগী ঈহৌ কনখৎহল্লি। সাহিত্যগী লমদতা নত্তনা জাতি অমগা জাতি অমগা নুংশিনহনবদা মসিনা ওখাক তেংবাংই। শম্না হায়বৰদা অনুবাদ সাহিত্য অসি জাতীয় একতাগী শাদোং অমনি। মসি জাতি অমগা জাতি অমগগী 'সংস্কৃতি-সেতু' নি।

অনুবাদ কদায়বু কৌই? 'অনু' হাযবগী অর্থদি 'তুংগী' অদুগী সংস্কৃতগী 'বদ' ধাতুদগী শেম্লকপা 'বাদ' হাযবগী অর্থনা 'হাযবা' নৎত্ৰগা 'ৱাঙাঙ'— 'তুংদা হায়বা'। মসিনি অনুবাদকী শব্দগী ওইবা অর্থ। কবিগুম্বা লোল অমদগী অতোপ্পা লোল অমদা ৱাহৈগী নৎত্ৰগা ৱাখলগী অর্থ হন্দোকপবু চাউবাক্লা ঐখোয়না অনুবাদ হায়না খঙনৈ। অর্থ অসি হন্দোকপা মতমদা লোল অমদা ফোঙদোক্লিবা অইবগী ৱাখলশিং অদু নক্লা মান্নবা (নীযব ইকিভেলেন্ট) ৱাহৈ থিবগা অতোপ্পা লোল অমদা ফোঙদোকপা চৎনৈ। লোল অমদা লৈবা ৱাহৈগী চপচাবা অর্থ অদু অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপদা শীজিন্নদবা য়াদে হায়বা লৈতে। ইংলিশকী 'গ্ৰীন চিল্লি' গী অর্থ মৈতৈলোনদা 'অশংবা মোৰোক' হাযনা হনবা ল্যানগনি। ঐখোয়গী লোলগী চৎনবীদা 'অতেকপা মোৰোক' নৎত্ৰগা 'মোৰোক অতেকপা' হায়না লৈবনিনা গ্ৰীন গী অর্থ অদু অশংবা হায়না হনবদা অনুবাদ ওইদে। ইংলিশকী 'গুদ মোর্নিং' গী অর্থসু 'অফবা অয়ুক' হায়না হনবা খক ওইথোক্লোই। 'গুদ মোর্নিং' হায়না অদুম্মক থম্বা তাই। নৎত্ৰগনা 'খুৰুমজবি', 'কৌজবি' হায়বনচিংবা মৈতৈলোনগী সেলুটেশনশিং অসি

শীজিন্নবা য়াই। অনুবাদ তৌবা মতমদা লোল নীমক অদুবু লোল্লিবা তোঙান তোঙানবা মীওই কাঙলূপশিং অদুগী সংস্কৃতি খঙবদা নত্তনা লোলশিংগী মশাগী ওইবা মবোল নাইনা লৈবা শীজিন্নফম অদু খঙদবা য়াদে। উর্দু অমদি মৈতৈলোনদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ 'মেজ' হায়বসিগা ইংলিশকী 'টেবল' হায়বসিগা অনীগী অর্থ চাউবাকপা মিৎয়েংদদি মান্ননা উবা যাই অদুবু পোৎশকসু অমত্তা ওইবা যাই অদুবু শীজিন্নফম যেংলুববদি মখোয়গী ব্যুৎপত্তিদা খেন্নবগুম অর্থদসু খেন্ননা উগনি। ৱাহৈ অমগী অর্থ অসি শীজিন্নফম মতুংইন্না তোঙান তোঙান তাবকপা ঙক্লীংঙাই ওইদে। অঙ্ক নৎত্রগা ভুগোলগী লমদা শীজিন্নবিবা 'টেবল' হায়বা ৱাহৈ অসিনা পীবিবা অর্থ 'মেজ' হায়বা ৱাহৈ অসিনা পীবা ওইথোক্তে। ইংলিশকী 'বাইস'কী অর্থ মৈতৈলোনদা 'চেঙ' নৎত্রগা 'চাক' হায়না হনবা চৎনৈ। ফৌ হায়নদি খক হন্দে। অদুবু 'বাইস ইজ গ্রোন ইন মণিপুব' হায়বসি মৈতৈলোনদা অনুবাদ তৌবা তাববদি 'মণিপুবদা চেঙ নৎত্রগা চাক হৌই' হায়না হনবা যাদে, 'ফৌ হৌই' হায়না হনগনি। অঙৌবা শম (পোক) বু 'হ্বাইট হেয়ব' হায়না হনবা যাবোই। 'গ্রে হেযব' হায়না হনগনি। 'গ্রে হেযব' হায়বসিগী অমুক মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা মতমদসু 'উৎমানবা শম' হায়না হন্দোকপা যাদে। 'গ্রে' অমদি 'হেযব' হায়বিবা ৱাহৈ অনীমক্কী অর্থ হন্দোকপদা মৈতৈলোনদা খঙনবিবা নৎত্রগা চৎবিবা 'পোক' হায়বসি শীজিন্নবা তাবকই। মসিনা তাকপদি অনুবাদ তৌবা মতমদা চুম্নগী ৱাহৈগী দিক্সনাবিনা পীবা অর্থ অদুতনসু য়াদ্রি। লোল অদুগী চৎনবী অদু যেংবা তাবকই। 'ট্রান্সলেসন ইক্বিভেলেন্ট' অমদি 'গ্রামাটিকেল ইক্বিভেলেন্ট' থিবা ৱানা থোকপা মতমদা 'নীযব ইক্বিভেলেন্ট' থিবগা হন্দোকপা তাবকই। সংস্কৃত নৎত্রগা হিন্দীগী 'প্রাতঃকাল' নৎত্রগা 'উষা কাল' গী অর্থ মৈতৈলোনদা 'অঙনবা অয়ুক' হায়না হন্দোকপা কবিসু কাযদে অদুবু কবিগুম্বা সাহিত্যগী হৈবা ৱাবেং-শৈবেং অমদদি 'চীংখৈ ফিদুপ হুল্লকপা মতম' নৎত্রগা ক্বাক্বা লানবাউ চেল্লকপা মতম' হায়না হন্দোকপনা ফজবা অনুবাদ ওইগনি। 'ব্লেক মার্কেট' কী অর্থ হিন্দীদা 'কালা বাজাব' হায়না হন্দোকই, অদুবু মৈতৈলোনদদি 'অমুবা কৈথেল' হায়দে 'কালা বাজাব' নৎত্রগা 'হূবান কৈথেল' হায়। কালা বাজাব হায়নসু লোন অনীমক অসিদা অদুম শীজিন্নৈ। তৌবতবু মসি

কায়নথংদা শীজিন্নবকখিবা ৱাহৈনি।

লোল অমগী মশাগী লৈজবিবা প্রমাণ পাম্বে অমদি ৱাহৈ চবুলশিং অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপা অবায়বা ওইদে। 'এ ড্রোপ ইন দ ওসীন' হায়বা ইংলিশ পাউরৌ অসি হিন্দীদা হনবা তাববদি 'উটকে মুঁহমে জীবা' হায়না অদুগা মৈতৈলোনদনা 'লোক্তাক্তা থুমহী থাদবা' হায়না হল্লি। ৱাহম্বোক অসি শব্দগী অর্থ য়েংলগা শীবা নত্তে। ফোঙদোক্লিবা ভাব অদু য়েংলগা শীবনি। হায়বদি নুংগী অর্থ অদু য়েংলগা হন্দোকপনি। 'এস য়ু সো, সো শেল য়ু রীপ'কী অনুবাদ 'নণ্ডনা হুল্লগা নণ্ডনা খাওগনি' হায়না তৌববদি অণ্ডাওবা তাগনি। 'নণ্ডনা তৌবনা নণ্ডনা ফংই' নৎত্রগসু 'ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা' হায়বনা অচুম্বা অনুবাদনি। 'এ বেদ কার্পেন্টব ক্ৱাবেল্স রিথ হিজ টুল্স' হাযবসি 'জগোই শাবা হৈত্রগা শুমাণ্ডদা তায়নৈ' হায়না হনবনা ফজবোইদ্রা?

হিন্দীদসু অদুমণ্ডায় 'সুনহলা মৌকা' (গোল্ডন চান্স) গী অর্থ 'সনাগী তাঞ্জা' হায়না হনবা লানগনি। 'মমল য়াম্লবা তাঞ্জা' নৎত্রগা 'তাণ্ডলবা মিংকূপ' হায়না হল্লগদি মৈতৈলোন তাবে। 'চিড়িয়া খব' গী অর্থবু 'উচেক য়ুম' হায়না হনগদ্রা? ইশম শম্মা 'শায়োকশণ্ড' হায়না খণ্ডনবি। 'বেটী' হাযবা ৱাহৈ অসিগী অর্থ 'ইচানুপী' হায়না হল্লি। অদুবু 'বেটী, তূ আ গযী?' হায়বা ৱাহৈ পবেং অসিগী অনুবাদ তৌবা তাববদি 'ইচানুপী, নণ্ড লাক্লব্রা?' হায়বগী মহুত্তা 'ইবেম্মা, নণ্ড লাকএদনা?' হায়বনা ফজগনি। 'মেবা লাড়লা বেটা' (মাই দীয়র সন) গী অনুবাদ মৈতৈলোনদা 'ঐগী নুংশিবা ইচানুপা' হায়না তৌবা চুম্লোই। 'ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা' নৎত্রগা 'ইমাগী নিংথেম' হায়না হল্লবদি লোল অদু কয়ামুক ফজবগে হাযবদু খণ্ডবা ণ্ডম্মী। মসিনা তাকপদি অনুবাদ তৌবদা টার্গেট লেংগ্বেজ অদু মমূৎ তানা খণ্ডদবা য়াদে। মবম অসিনা অনুবাদ সাহিত্যদা মায়পাক্লবা অইবশিং অসি অয়াম্বনা ক্রীএটিভ ৱাইটব ওইহল্লি। মণিপুরী সাহিত্যদা খুৎ থাদ্রিবা অইবা অমনা অতোপ্পা লোল অমদগী মণিপুরী লোলদা অনুবাদ তৌবা ৱানা থোক্কনি।

মথক্তা অনুবাদ কলাগী ৱাফম খবা শম্লপ্পা নৈনগ্রবা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা অনুবাদকী ইচেল করম্বা মতমদগী কবম্মা লাকখি অমদি হৌজিক

ফাওবদা মসি কবন্না ফীভমদা লৈবি হায়বদু চাউবাক্লা নৈনদুনা মসিগী 'ইতিহাস' হায়গদ্রা 'শক্তম' হায়গদ্রা অমা পুথোকপা তাই। মহারাজ গবীবনিবাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী বাজদববাবগী শক্লাইবা পণ্ডিত অমা ওইবন্না—অঙোম গোপীনা বাংলা কবি কীর্তিবাসকী *বামায়ণ* অমদি গঙ্গাদাস সেনগী *মহাভাবত* পু মৈতৈলোল অবিবদা হন্দোক্লম্মী হায়বগী বাফম লৈবি। মসিদগী মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী মক হুনবা হৌখি হায়নসু লৌনবি। অদুবু এল অশোককুমাবনা ইবা *বাম নোঙ্গাবা* হায়বা বাবেং অদু পাকবগদি বাফম অসি খবগা কূপথনা নৈনহন্নীংলি। বাবেং অসিগী মতুংইন্নদি কীর্তিবাস বামায়ণগী তাংকক তবেৎ হায়বদি আদিকাণ্ড, অযোধ্যা কাণ্ড, অবণ্য কাণ্ড, কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড, সুন্দব কাণ্ড, লংকা কাণ্ড অমসুং উত্তব কাণ্ড—ক্ষেমা সিংহ তবেৎ শেলুংবা কৌবা নিংথৌগী অচানবা ফম্নাইবা অমনা লুচিংদুনা শ্যামানন্দ নোংয়াই খুমহেন্বা, মুকন্দবাম খোইম্না, লক্ষীনাবায়ণ ইবোইবা, বামচবণ নোংথোনবা অমদি লক্ষীনাবায়ণ শাইখুবনা বাংলাদগী মৈতৈলোনদা লেংথোকখিবনি হায়বি। সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা অবায়বা থবক নত্তে। অককুবা মতম লেপ্পসু লুদবা নত্তে। পণ্ডিত অমনা অদু হায়বম্মী, পণ্ডিত অমনা অদা হায়বম্মী হায়বা ঙাক্লসু য়াদে। তোঙান তোঙানবা পণ্ডিতশিংগী তোঙান তোঙানবা মোৎ লৈবা হৌনশানি। মোৎশিং অদু চাংদম্নদুনা কন্না থিজিন-হুমজিনবা অমা চঙই। মকওইনা অবিবা মতমগী হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাসতা আদিকালগী কবি চন্দববদাইগী মতম লেপ্পদা চয়েৎনবা অদুম্মক লৈবি। ইংলিশকী অহানবা এপিকনি হায়না লৌনবিবা এংগ্লো সেক্সন পোইট্রিগী *বিবোল্ফ* ফাওবদা ইতিহাসকী মিৎয়েংদা অখণ্ড-অহৈ কয়ানা তোঙান তোঙানবা মোৎ পীনবিবনি। অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মতাংদবুদি অসিগুম্না খেন্নবা অসি পংলৈ লৈফম থোক্তবনি। নুঙ্গাংবম গোবিন্দদাসনসু 'অষ্টকাল' হায়বা লাইবিক অদুগী অনুবাদ তৌবম্মী। শক ১৭৮১ দা নবানন্দ যুববাজনা বামকৃষ্ণ দাসকী 'বিবাট পর্ব্ব'দগী 'বিবাট শাথুপলোন' হায়বা অনুবাদকী লাইবিক অমসু পুথোক্লম্মী। মসিগী তুংদা লোংজম পবশুবামনসু গঙ্গাদাস সেনগী মহাভাবতকী 'অশ্বমেধ যজ্ঞ'গী অনুবাদ 'লাংগোই শগোল থাবা' পুথোক্লম্মী। মতৌ অসুম্না মণিপুবী সাহিত্যগী ময়ায় চনবা যুগতা মণিপুবী

অনুবাদ সাহিত্যগী চাউবাকপা মশক মওং খবদি উবা ফংগ্রে। মণিপুবদা বামান্দী ধর্ম্ম শন্দোবকপগা ঈবোয়ননা বামকাব্যগী ঈচেল অমা অনুবাদ সাহিত্যগী মতেংনা চঙলকপা হৌখি।

মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাস শেমগৎলকপদা বেদ উপনিষদনচিংবা সংস্কৃতকী মকুওইবা লাইবিক কয়াগী মণিপুবী অনুবাদনা লৌবিবা থৌদাং কাউবা য়াদে। লম অসিদা পণ্ডিতবাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যাবত্নগী মিংদি নুমিৎ থানা ঙান্দুনা লৈবিবমখৈদি মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাসতা ঙান্দুনা লৈহৌবগদবনি। পণ্ডিত অসিনা হন্দোক্লম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি শ্রীমদভাগবত গীতা, শ্রীগীতগোবিন্দ, শ্রীবাসপণচাধ্যায়, শ্রীশ্রী গোপালশহস্রনাম অসিনচিংবনি। তশেংনা হায়ববদি পণ্ডিত অসিনা শোক্লমদবা লম অমত্তা লৈবমদবনি। অতৈ শীংথাবা য়াবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা অবিবম ব্রজবিহাবী শর্ম্মা, অবিবম গোকুল শাস্ত্রী, হিদংময়ুম নুতনচন্দ্র শর্ম্মা শাস্ত্রী, ভগীবথ সিংহ শাস্ত্রী, কালাচান্দ শাস্ত্রী, লৌবেম্বম ইবোয়াইমা, তোংব্রম গৌবমণিনচিংবা মিং পনবা যাই। মহাভাবত, বামায়ণ, স্মৃতি, পুবাণ, কাব্য অমদি ভাগবদ গীতানচিংবা ধর্ম্মগ্রন্থ কয়াগী অনুবাদ হায়বিবা পণ্ডিতশিং অসিগী অচৌবা দান ঙাক্তনি। কালাচান্দ শাস্ত্রীগী *মণিপুবী মহাভাবত*, ব্রজগোপাল শর্ম্মগী *মণিপুবী ভাগবদ*, নুতনচন্দ্র শর্ম্মগী *বাল্মীকি বামায়ণ* মতম চঙনা পুথোবকপা মমল যাম্বা অনুবাদকী পোৎথোক ঙাক্তনি। ব্রজবিহাবী শর্ম্মনা সংস্কৃতকী নাটক কয়া মৈতৈলোনদা পুথোকপিদুনা ইহান হান্না মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা নাট্য কলাগী খূদোল তম্বা হৌখি। কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* অমদি *মালবিকাগ্নিমিত্র*, শুদ্রককী *মৃচ্ছকটিকম* মহাক্কী শীংথানবা য়াবা খূদোল ঙাক্তনি। শ্রী বাসুদেব শর্ম্মনসু *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* গী মণিপুবী অনুবাদ পুথোক্লুনা থম্বিবল্লে। মতম অসিগী অতৈ সংস্কৃত নাটককী অনুবাদশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি গোকুল শাস্ত্রীনা পুথোকপা ভবভূতিগী *উত্তববামচবিতম* অমদি শ্রীহর্ষগী *বত্নাবলী*, লৌবেম্বম ইবোয়াইমনা পুথোকপা ভাসকী *স্বপ্নবাসবদত্তম*, *প্রতিমা নাটকম* অমদি *প্রতিজ্ঞা যৌগনধবাযনম* নি। কাব্যগী লমদসু কালিদাসকী *মেঘদুত* অমদি *বঘুবংশ* নচিংবা মমিং চৎলবা

প্রবন্ধকাব্য কয়াগী অনুবাদ লৈবে। খুমন্থেম গৌবকিশ্বৰগী লৈচিন-দুতী য়াম্নমক মহৈ য়াল্লবা অনুবাদনি হায়নীংই। সংস্কৃত অমদি মণিপুবী *লোল* অনীমক্কী য়ানশিল্লবা, চুং-ফীবাল চাববা মাধুর্য চেনবা মশক অমা অনুবাদ অসিদা উবা ফংই। বঘুবংশ মহাকাব্যগী অনুবাদ অহুম শুবে। ব্রজবিহাবী শর্ম্মগী অমা, লৌবেম্বম ইবোযাইমগী অমা অদুগা অতোপ্পা অদুনা কালাচান্দ শাস্ত্রীগী। অহুম্মক শীংথানবা যাবা ঙাক্তনি। ভক্ত কবি জয়দেবগী *গীতগোবিন্দ* সু সংস্কৃততগী মণিপুবীদা পণ্ডিত কালাচান্দ শাস্ত্রীনা হন্দোকপিবম্লে। শ্রীখুমন্থেম মধুমঙ্গলনা তৌবিবম্বা গীতগোবিন্দগী অনুবাদ লাইবিক মচা অমসু থেংনবা উবে। তৌবগীদি মসি খঙ্গৎপা শৈবেং খবদগীনি। পণ্ডিতবাজ অতোম্বাপুনা টিকাগা কোন্ননা পুথোকপা *গীতগোবিন্দম* গী অনুবাদসু থোইদোক্লা শীংথানীংঙাইনি।

পৃথিবীগী সাহিত্যদা সংস্কৃত কাব্য শাস্ত্রগী তাঙলবা গ্রন্থ কযানা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা থল্লি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। নোংচুপকী সাহিতাদা প্লেটোগী *বিপব্লিক* অমদি এবিষ্টোটলগী *পোইটিক্স* না লৌবিবা থৌদাং অদু নোংপোক্কী সাহিত্যদা ভবত মুণিগী *নাট্যশাস্ত্র*, আচার্য বিশ্বনাথকী *সাহিত্য-দর্পণ*, আচার্য মম্মতকী *কাব্য-প্রকাশ* নচিংবা লাইবিকশিংনা লৌবিবনি। সংস্কৃত কাব্য শাস্ত্রগী মমল যাম্নবা লাইবিক খবগী মণিপ ুবী অনুবাদ লৈবম্বা অসি মণিপুবী সাহিত্যগীদমক্তদি যাম্না লাইবক ফবনি হায়নীংই। হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংগী মনুংদা শীংথানবা যাবদি গোকুল শাস্ত্রীগী *সাহিত্য মিংশেল* (বস অমদি অলংকাবগী তোঙান তোঙানবা শকক), গুৰুঅবিবম সুবচান্দ শৰ্ম্মগী *নাট্য শাস্ত্র* অমদি *অভিনয় দর্পণ* নি। মণিপুবী ভক্তি সাহিত্যগী ইতিহাস থিগৎপদা সংস্কৃত অমদি বাংলাদগী হন্দোকপা, ভক্তিবসনা থল্লবা লাইবিক কযামকম খুদম ওইনা শ্রী রূপ গোস্বামীগী *ভক্তি বসামৃত সিন্ধু* গী ভগীবথ সিংহনা তৌবা অনুবাদ, শ্রীকৃষ্ণদাস কবিবাজ গোস্বামীনা *লেংবা শ্রীশ্রীচৈতন্যচবিতামৃত* গী তোংব্রম গৌবমনি সিংহনা তৌবা অনুবাদ, শ্রীনবোত্তম দাস ঠাকুবগী *প্রার্থনা* গী শ্রীহাওবম কুলবিধুনা তৌবা অনুবাদ অমদি বৈষ্ণব পদাবলীগী *শায়োন শৈখন* মিংথোনবা শ্রীবাজকুমাব শীতলজীৎ সিংহগী অনুবাদ মণিপুবী সাহিত্যদা

হৌবকখিবা ভক্তি আন্দোলনয়া পুবকপা শীংথানবা য়াবা পোৎথোক ঙাক্তনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তগী মপান শাৎ মহৈ য়ানবা হৌদ্রবা ভক্তিগী ঈহৌ অসিনা চুড়াচান্দ মহাবাজগী মতমদা মপূং ফানা শাংকায়দুনা মণিপুরী সাহিত্যদা ভক্তি সাহিত্যগী মপূংফাবা ফিবেপ অমা থম্না ঙমখি। ফিবেশ অসিদা অনুবাদ সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌখি।

মণিপুবী সাহিত্যগী ময়ায়চনবা যুগতগী হৌনা বাংলা লোল অমদি সাহিত্যনা মৈতৈশিংগী থম্মোয় খুদুম চনবা হৌদ্রবনি। মৈতৈগী হান্না লৈজবম্না পূয়া কয়াবু মৈ থাদোকহন্দুনা হিন্দুগী পুবাণ, স্মৃতিগ্রন্থনচিংবা কয়া অনুবাদকী মতেংনা মণিপুবী সমাজদা মশক তাকপা হৌখিবনি। ১৯শুবা শতাব্দীগী অবোইবা শকক্তা মণিপুবী সাহিত্যদা নবজাগবণগী ঈহৌ লাকপা হৌখিবদগী হান্না লৈবম্না সংস্কৃত অমদি বাংলাগী অকনবা প্রভাব অদু অসুম অসুম তপ্না তপ্না মাঙশিল্লকখি। ইংলিশ শিক্ষাগী ফলনা মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিজবা মীওইশিংদা অনৌবা বাখল অমা লাকপা হৌবকখি। মণিপুবী সাহিত্যগী আধুনিক যুগতা চাউবা, কমল, দবেন্দ্রজিৎনচিংবনা বাংলা সাহিত্যদগী মণিপুবীদা বাখলগী মখেদি অনুবাদ তৌবা হৌবে অদুবু বাখল অমদি লোল অনীমক্কী অপূনবা অনুবাদকী শক্তমদি নবদ্বীপচন্দ্রগী *মেঘনাদ তুবা কাব্য* অসিনি। বাংলাগী ফাওববা কবি মাইকেল মধুসুদন দত্তগী *মেঘনাদ বধ কাব্য* গী মণিপুবী অনুবাদ অসি লম খুদিংমক্তা মহৈ য়াল্লবা অনুবাদ অমনি হায়না শীংথানবি। মাইকেলনা অমিত্রাক্ষব ছন্দদা পুথোক্লম্না ফজবা অদু নবদ্বীপচন্দ্রনা পযাব ছন্দদা কায়হন্দনা অদুমক থম্বগী হৈশিংবা উৎলি। নবদ্বীপচন্দ্রগী অনুবাদ অসি কবি মশাগী ওইবা লোল শেম্বগী হৈশিংবা উবা ফংই। শব্দানুবাদকী মওং নত্তনা অর্থানুবাদকী মওংনি। ডা: বাসিগী মোত্তসু—"*মেঘনাদ বধ কাব্য* গী মণিপুবীদা ওহোবক্লিবা শক্তম অসিদা চুম্না অনুবাদ লোল অমদা ওহোকপা হায়বগী মহুত্তা ট্রান্সক্রিয়েসন হায়বদি নৌহৌননাঅমুক কবিগী মতিক ময়াইনা পুথোক্লবা কলা খুৎশেম অমনি হায়বনা হেন্না চুমগদবা মাল্লি।" (কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল, লামায় ৩৭-৩৮)

মাইকেলগী *মেঘনাদ কাব্য* গী মণিপুবী অনুবাদ হৌজিকফাওবদা অহমদি লৈবে। নবদ্বীপচন্দ্রদা নত্তনা নিঙোম্বম ইবোবীনসু কাব্য অসিগী

মপূংফাবা অনুবাদ থম্বিবন্নে। মীনকেতন্না তৌবিরম্বা অনুবাদতি মপূংফাবা নত্তে, শুপ্পুতগী তবেৎশুবা সর্গ অদুখক্তগীনি। মীনকেতনগী অনুবাদ অসি ভাবানুবাদকী ময়েক লাববা খুদম অমনি। বাংলাগী ফাওববা উপন্যাসকাব অমদি শবৎচন্দ্রগী লাইবিক কয়া মৈতৈলোনদা পুথোবকখিবা অসিসু মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী ইতিহাসতা অনৌবা তাংকক অমনি। ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শকক্তা চোংথোবকখিবা মবৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মৈতৈগী অইবা খবনা লম অসিদা খুৎমাবগী থৌদাং লৌবিখি। মীওইশিং অদুগী মনুংদা ৰাহেংবম বীবমণি, হাওবম ইবুংঙোয়াইমা, মুতুম কোইবেং অমদি অয়েকপম শ্যামসুন্দবগী মিং পনবা য়াই। ৰাহেংবম বীবমণিনা হন্দোকপা শবৎচন্দ্রগী উপন্যাসশিংগী মনুংদা *চন্দ্রনাথ*, *বিন্দুগী মচানিপা*, *পবিনীতা* অমদি *বিপ্রদাস*কী অনুবাদ শীংথাবা য়াই। অইবা খবা অসি বাংলা সাহিত্যবু মুন্না শকখঙবা মীশক ঙাক্তনি। অয়েকপম শ্যামসুন্দবনা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা তৌবম্বা দানদি শীংথাদুনা লোইবা ঙমগদবা নত্তে। বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসতা মহাক্না শোকখিদববু লৈবন্নোই হায়না খল্লি। মহাক্কী অনুবাদ কলানা ঐখোয়দা ব ঙ্কিমবু মশক তাকখিবদা নত্তনা মহাক্কী উপন্যাস কলাগী মহাউ অদু লায়না তংবা ঙমহনখি। *কৃষ্ণকান্তগী উইল*, *দুর্গেশনন্দিনী*, *বিষবৃক্ষ*, *কপালকুন্দলা*, *চন্দ্রশেখব*গী অনুবাদ থোইদোক হেন্দোক্না শীংথানবা য়াববা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী মচল ঙাক্তনি। শবৎচন্দ্রগী অফাওবা উপন্যাস *দেবদাস*কী অনুবাদসু মহাক্না তৌবম্মী। তশেংনমক মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যগী অতিয়াদা শ্যাসুন্দবদি অবংবা নুমিৎকুম ঙান্দুনা লৈহৌবগদবনি। বঙ্কিমগী *কপালকুন্দলা* লাম্লোকপগীদমক মুতুম কোইবেং মমিং চৎলি। মহাক্কী অনুবাদ অসি মতম কুইনা বি এগী থাক্তা তম্ন-লাইবিক ওইনা লৈখি। শবৎ-সাহিত্যবু মণিপুবী সাহিত্যগী লৈকোলদা পুশিল্লকপদা সুবচান্দ শর্ম্মাগী দানসু শীংথানদবা ঙমদে। মহাক্না হন্দোকপা *শ্রীকান্ত*গী অনুবাদপু ঐখোয়না করম্না কাউবা ঙমগনি। শ্যামসুন্দবনা বঙ্কিম সাহিত্যবু মপূম ওইনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী শঙলেন্দা খিন্দুনা থম্বগুম নৌনা ফাওগৎলকপা মৈতৈ অইবা অমনা শরৎ-সাহিত্যবু শঙলেন অসিগী কাচিন অমদা মফম চানা পৈন্দুনা থম্বিয়ন্নে। অইবা অসি অতৈ কনাসু নত্তে—শ্রী এল রঘুমণি শর্ম্মনি।

অনুবাদকী লমদা নীংহন্নবা লৈত্রবা অইবা অসিনা বাংলাদেশকী অইবী তসলীমা নসবীনগী পৃথিবী ফাওব্রবা উপন্যাস *লজ্জা* ফাওবা বাংলাদগী মণিপুবীদা হন্দোক্লুনা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা অনৌবা ঈনোৎ পীব্রবনি। মমিং চংলবী অইবী মহাশ্বেতানা ইবা *অবান্যেব অধিকাব* দগী মহাক্না মণিপুবীদা হন্দোকপা *উমংগী হক* হায়বসিসু সাহিত্য অকাদেমীনা ফোঙদুনা পুথোকখ্রবনি। বীবেন্দ্রকুমাব ভট্টাচার্যগী সাহিত্য অকাদেমী মনা ফংখ্রবা অসামী উপন্যাস *যাকইঙম* গী মিংথোল অসিমক্তদা হন্দোকপা মণিপুবী অনুবাদ বঘুমনি শর্ম্মগী শীংথানবা যাবা খূদোল অমনি। মহাক্কী অনুবাদকী লাইবিক্কী মশীং অসি নিফুগী মথক্তা লৈখ্রবনি। বাংলা উপন্যাস সাহিত্যবু শক্তাকপশিংগী মনুংদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী অনুবাদপুসু কাউবা ঙম্লোই। সাহিত্য অকাদমীনা ফোঙবা ববীন্দ্রনাথকী *গোবা* অমদি সুভাস মুখোপাধ্যাযগী *লৈবাং শাংলবসু শাংত্রবসু* কুঞ্জমোহনগী শীংথানবা যাবা অনুবাদকী লাইবিক ওক্তনি। *গোবা* হন্দোকপগীদমক্তা ২০০৪ গী সাহিত্য অকাদেমী ট্রান্সলেসন প্রাইজ ফংখ্রবা কুঞ্জমোহননি। অসিদা নত্তনা তরুনকুমাব ভাদুবীগী *সন্ধ্যা দীপেব শিখা* দগী *সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈবি* সু মহাক্না হন্দোকখ্রবনি।

ভাবতকী সাহিত্য অকাদেমীনা *ববীন্দ্র নাচোম* গী অহানবা অমদি অনীশুবা শরুক ফোঙদোক্লুনা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী শৈবেং ব্রাবেং অমদি নাটক কযাগী অনুবাদকী মশক খবা শক ১৯৭১ দা পুথোকপিখি। মদুনা মণিপুবী সাহিত্যবু হেন্না ইনাক খুলহনবদা অচৌবা মতেং ওইহল্লবনি হাযবদ' হাযমনবা থোক্রোই। *ববীন্দ্রনাথকী ব্রাবীমচা খবা* কৌবা অনুবাদকী লাইবিক অমসু ১৯৮৮ দা ডা আই আব বাবু অমদি কুমাবী থোইবীনা পুথোকপিবল্লে। লাইবিক অসিসু অইবা অমদি অইবীগী অচৌবা খূদোল অমনি হাযদবা ঙমদে। নোবেল প্রাইজ পীদুনা ইকাযখুম্নখ্রবা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী *গীতাঞ্জলি* গী মণিপুবী অনুবাদ অহুমনসু সাহিত্য অসি নোপত্রবনি হাযবদা তাক্লি। অমনা সিনাম কৃষ্ণমোহনগীনি অদুগা অতোপ্পা অমনা মীনকেতনগী অদুগা অহুমশুবনা কে তোম্বগীনি (১৯৮৮)। মীনকেতনগী অনুবাদ অসিদি বিশ্বকবি মশামক্না তৌবম্বা ইংলিশ অনুবাদতগীনি। মসি 'রুপান্তব' গী মওংদা পুথোক্রম্বনি।

মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা ঈতিল্লববা সাহিত্যশিংগী মবক্তা হিন্দী

সাহিত্যগীসু অচৌবা খূদোল লৈবি। 'হিন্দী উপন্যাস সম্রাট' হায়না খঙনবা মুন্সি প্রেমচন্দগী *গোদান*, *গবন*, *নির্মলা*, *সেবাসদন* নচিংবগী মণিপুরী অনুবাদ চিঙ্গাংবম নিশাননা পুথোক্লুনা লৈবে। ভগবতীচবন বর্মাগী *চিত্রলেখা* গী অনুবাদসু লেখক অসিনা পুথোকখ্রে। প্রেমচন্দগী ৱাবীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইবিক অমসু অইবা অসিনা খূদোল তমখ্রে। হিন্দীদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যবু য়োকখৎলিবা মীওইশিংগী মনুংদা অবিবম কৃষ্ণমোহন, অবিবম কুমাব, এলাংবম দীনমণি, আই এস কাংজম, সাপম তোম্বা, সিজগুরুমযুম ব্রজেশ্বব, মেঘচন্দ্র হৈবাংখোংজম, কোনসম বিনোদ বিহাবী, য়াইমা শর্ম্মা, খাঙেম্বম তোমচৌ, সৌগাইজম নবচন্দ্র, কে ঐচ ইবেতোন দেবীনচিংবগী মিং পনবা যাই। জৈনেন্দ্রকুমাবগী উপন্যাস *ত্যগপত্র* গী *থাদোকচে* অমদি মোহন বাকেশকী নাটক *আষাডকা এক দিন* গী *ঈওাগী নোংমা* মিংথোন্দুনা দীনমণিনা হন্দোকখ্রে। সাহিত্য অকাদেমিনা মনা পীখ্রবা উর্দু অইবা বাজেন্দ্রসিংহ বেদীগী *এক-চাদব মৈলীসী* দগী মৈতৈলোনদা *ফিমন খুনবা* হায়না হন্দোক্লুনা ফোঙখ্রবা অনুবাদকী লাইবিক অসিনা কৃষ্ণমোহন শর্ম্মগী মশক অহানবা ওইনা তাকখ্রবনি। মথংদা মহাক্না পুথোবকখি—হিন্দী অইবী শিবানী 'কিশনুলী'গী অনুবাদ। অনুবাদ অসিদা সাহিত্য অকাদেমিগী ট্রান্সলেশন প্রাইজসু পীখ্রবনি। কৃষ্ণমোহন অমদি কুমাব মমিং লৈববা হিন্দীগী বেদিও নাটক কয়া মণিপুরীদা হন্দোকখ্রবা অনুবাদক ঙাক্তনি। কুমাব শর্ম্মনা *হিন্দী ৱাবীমচা* মিংথোনবা অনুবাদকী লাইবক অমা ইং ১৯৯৪ দা পুথোকখ্রে। ধর্মবীব ভাবতীগী *সূববজকা সাতৱাঁ ঘোড়া* হাযবা উপন্যাসকী *নুমিৎকী তবেৎশুবা শগোল* (২০০১) হায়বমসু পুথোক্লুনা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ (২০০৩) ফংবা ঙমখ্রে। মহাক্না হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা বেদিও নাটক কয়াগী মনুংদা শীংথানবা যাবদি মোহন কাকেশকী *আধে অধুবে*, গিবীশ কনার্ডকী *তুঘলক* নি। নাটককী লমদা শীংথানবা যাবা ডা দীনমণিগী অনুবাদ খবসু লৈহৌবি। ধর্মবীব ভাবতীগী পৃথিবী ফাববা লীলা *অন্ধযুগ* গী অনুবাদ *অমম্বা যুগ* দীনমণিনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা তম্লম্বা অচৌবা খূদোল অমনি। গিবীশ কর্নাডকী *হয়ৱদন* সু মহাক্না মণিপুরীদা *কোক শগোল* হায়দুনা হন্দোকখ্রে।

মসিগীদমক ইং ১৯৯৫ দা মহাকপু সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ ফংবা ঙমখ্রবনি। ভাবতকী সাহিত্যশিংদগী খনগৎলবা ৱাবীমচা খবগী অনুবাদ তৌদুনা ডা সাপম তোম্বনসু ৱাবীমচাগী লাইবিক অমা মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা খুদোক তমব্রে। লম অসিদা শীংথাদবা ঙমদবা মণিপুবী অনুবাদ অমসু লৈহৌবে। মহাক অদুদি ডা আই এস কাংজমনি। মহাক্না প্রোফেসব জব্বাহব সিংহগী *উসকা ফৈসলা তথা অন্যা কহানিয়াঁ* হায়বা হিন্দীগী ৱাবীমচাগী লাইবিক অদুগী *মহাক্কী ৱাবেপ অমসুং অতৈ ৱাবীমচাশিং* হায়না মিংথোনবা অনুবাদ পুথোকখ্রবনি। মসিদা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ (১৯৯৮) সু ফংখ্রবনি। হিন্দীদগী মণিপুবীদা হন্দোকপশিংগী মনুংদা ডা লনচেনবা মীতৈগীসু অচৌবা অবদান লৈতবা নত্তে। হন্দোকপা মখল মখা কয়াগী লাইবিক মথং মথং পুথোক্লবক্তি। *পনবা য়াবদি শঙ্কব শেষকী নাটক এক ঔব দ্রোনাচার্য* দগী মেঘচন্দ্র হৈবাংখোংজমনা হন্দোকপা *অতোপ্পা দ্রোনাচার্য অমা* (১৯৯৯), কুশৱাহা কান্তগী *নির্মোহী* হায়বা উপন্যাসতগী খাঙেম্বম তোমচৌনা হন্দোকপা *নুংশি হৈতবী থম্মোয়,* কোন্সম বিনোদবিহাবীগী *দুর্গাদাস* (প্রেমচন্দগীদগী), অনন্ত গেপাল শাৱবেগী *নিশাগীত* তগী ইবেতোননা হন্দোকপা *অহিংগী ঈশৈ,* কমলেশ্বৱগী মমিং চৎলবা উপন্যাস *কালী আন্ধী* দগী সিজগুরুময়ুম ব্রজেশ্বৱনা হন্দোকপা *অমথীবা নোংলৈ,* বিষ্ণুপ্রভাকবগী *নবপ্রভাত* তগী কর্ত্তা সনানা হন্দোকপা *অনৌবা অয়ুক* (২০০৩), য়াইমা শর্মানা বৃন্দাবন লাল বর্মাগী *মৃগনয়নী* দগী হন্দোকপা মিংথোল অসিমক্কী উপন্যাস, নবচন্দ্রনা বামকুমাব বর্মাগী *সিন্দুবগী হোলী* দগী হন্দোকপা *সিন্দুবগী হোলী* অমদি *বৎসবাজ উদয়ন* দগী হন্দোকপা *বৎসনিংথৌ উদয়ন* নচিংবনি। *অতোপ্পা দ্রোনাচার্য* হাযবিবা লাইবিক অসিদা ইং ২০০২ গী সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ ফাওবা পীখ্রবনি।

মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্য মশক তাকপদা ইংলিশ সাহিত্যগী খুদোলসু শীংথাদবা ঙমদে। শেক্সপিয়াবগী *লীলা* অয়াম্বা জি সি তোংব্রানা হন্দোক্লুনা থম্বিবন্নে। ইবসেনগী *এ দোল্‌স হাওস* সু মণিপুবীদা মহাক্না হন্দোকপিবন্নে। ডা আই আব বাবুকীসু লম অসিদা অচৌবা দান অমা লৈববনি। সোফোক্লিসকী *অন্টিগোনে* গী অনুবাদ অমদি শেক্সপিয়াবগী *জুলিয়স সিজব* গী অনুবাদতা নত্তনা আব কে

নাবায়ণগী *দ গাইদ* কী *লমজিংবা* (২০০৩), অরুন জোসিগী *দ ষ্ট্রেঞ্জ কেস ওফ বিল্লী বিশ্বাস কী বিল্লী বিশ্বাসকী অঙকপা কেস* (২০০৩), মহাক্কী কাউঙম্নবোইদবা খূদোল ঙাক্তনি। *দ গাইদ* হন্দোকপগীদমক্তা, লৈখিদ্রবা মতুংদা পীবা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ (২০০৫) আই আব বাবুনা ফংখ্রবনি। ইংলিশতগী মমিপুবীদা হন্দোকপশিংগী মনুংদা মাইবম ইবোচৌগী মিংসু পনবা য়াই। শ্রীমতী বীনা পেন্টলগী *লিঙ্ক ইন দ ব্রোকন চেন* দগী হন্দোবকপা *তৎলবা যোংহ্লিংলক্তা শমজিন্নবা* (১৯৯৭), শ্রীমতী ইন্দিবা অনন্ত কৃষ্ণনগী *বিপলস ইন দ বিভব* দগী হন্দোকপা *তুবেলদুগী ঈথক ইপোম* (২০০০) অনুবাদক অসিগী শীংথানবা যাববা খূদোল অমনি। জোন গ্রেগী *দ বোর্দন লিজন* হায়বা উপন্যাসকী *ঙমখৈ লাম্মী তেঙ্গোল* (১৯৯৮) হায়বা অনুবাদ অসিসু মহাক্কী শীংথানবা যাবা খূদোল অমনি। অইবা অসিগী অনুবাদ কলাদা থব্রায় য়াওজবগী পবিচয অমা লাইবিকশিং অসিনা পীবি। মীনকেতননা পুথোকপিবম্বা শেক্সপিযাবগী *দ বেপ ওফ লুক্রেসি* গী অনুবাদ *লুক্রেসী ফন্নানবা_* হায়দুনা মৈতৈলোনদা লৈবে। মীনকেতনগী অনুবাদ অসি মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্যদা মাইলষ্টোন অমনি হাযবা লৌবা ফাওবা যাই। ইংলিশ কবি টি এস এলিযটকী *দ ৱাষ্ট লেন্দ* গী মণিপুবী অনুবাদ লোংজম জযচন্দ্রনা পুথোকপিখ্রে। শেক্সপিযাবগী *ওথেলো* (১৯৬৪) গী চোংথাম সমবেন্দ্রনা তৌবম্বা অনুবাদসু শীংথাবা যাই।

ইংলিশ লোনদগী মণিপুবীদা হন্দোকপগী থবক অসিদা যাম্নমক মাযপুনখিবা অইবা অমদি বাজকুমাব মণিনি। হেমিংৱেগী ফাওববা উপন্যাস *দ ওল্ড মেন এন্দ দ সি* গী *হনুবা অমসুং সমুদ্র* (১৯৯১) হন্দোকখ্রবা মতুংদা বাজকুমাব অসিনা ওক্টাভিও পাজগী শৈবেংশিংদা য়ূম্ফম ওইবা *কাযববা ঈশিং পুন* (১৯৯৫) কৌবা অনুবাদকী লাইবিক অমসু পুথোকখ্রে। সংস্কৃত কবি জয়দেবগী *গীতগোবিন্দম* গী অনুবাদসু ইংলিশতগী মৈতৈলোনদা হন্দোক্তুনা ফোঙখ্রে। লোযননা মবাঠীগী ফাওববা অইবা ইবাবতি কাবৱেগী *যুগান্ত* গী অনুবাদসু পুথোকখ্রে। মসিগীদমক ইং ২০০১ দা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ ফংবা ঙমখি। মহাক্কী হোমবগী *ওদিসী* গী অনুবাদ তশেংনমক অচৌবা প্রয়াস অমনি। ইংলিশতগী মণিপুবীদা হন্দাক্তুনা শক্তাকপা ঙমখ্রবা

অনুবাদকশিংগী মনুংদা এলাংবম সোনামণি, হিজম গুণনচিংবগী মিংসু পনবা য়াই। সোনামণিগী *বঙ্কীমচন্দ্রগী কৃষ্ণচরিত* (২০০০) অমদি *চন্দীদাস* (১৯৯৩), গুণগী ডাক্টব সুকুমাব সেনগী *হিষ্টবি ওফ বেঙ্গলি লিটবেচব* দগী হন্দোকপা *বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস* শীংথানবা য়াবা অনুবাদকী পোৎথোক ঙাক্তনি। গুণদি সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ (১৯৯৩) ফাওবা ফংলবনি। অনী অসিদা নত্তনা লৈহৌবি অতে হন্দোক্লোয় কয়ামসু। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি এল বীবেন্দ্রকুমাব শর্ম্মা, এল দামোদব, ভবেন্দ্র লোংজম, বিজয় ইবেংবম, বাজকুমাবী স্বর্নলতা, বি এস বাজকুমাব, এস ভানুমতি, এস বিবমঙ্গলনি। বীবেন্দ্রকুমাবগী *দাক্টব ফোটস*, দামোদবগী *সখাবাম বাইন্দব* (বিজয় তেন্দুলকবগী), ভানুমতিগী *খুনুশিংগী লাঞ্জেল* (বঙ্কিন বোন্দগী *এ ফ্লাইট ওফ পিজন্স* তগী), বিজয় অমদি ভবেন্দ্রগী ওমব খাযামগী *রুবাইযাট* অবাংবা থাক্কী অনুবাদ ঙাক্তনি। ভানুমতি মহাক্কী অনুবাদ অসিদা ইং ২০০৭ কী ওইনা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ ফংখ্রে। বি এস বাজকুমাবনা ইংলিশতগী হন্দাকপা শিশিবকুমাব বোসকী *নেতাজী সুবাভচন্দ্র বোস* কীদমক্তা মহাকসু ইং ২০০৬ কী ওইনা মনা অসি ফংলবনি। বাজকুমাবগী হন্দোক্লবা লাইবিক অনী অমসু লৈবি। মখোয অদুদি—বৈকোম মুহম্মদ বশীবগী *পত্তুম্মাগী হামেগু* (২০০৭) অমদি *গোপীনাথ মোহন্তিগী দাদীবুধা* (২০০৫) নি।

মণিপুবী অনুবাদ সাহিত্য মপূং ফাবে হায়বদি যাদ্রি। উপন্যাস, ৱাবীমচা, নাটক, কাব্যনচিংবা মখল কযা শুবেদি হাযববু মশীং য়ামদ্রি। সংস্কৃত, বাংলা, হিন্দী অমদি ইংলিশতগী নৎত্রগা ভাবতকী মক ওইবা লোন কযাদগী ঈহৌ লাকহল্লীংলি। সাহিত্য অকাদেমিনা ট্রান্সলেশন প্রাইজনচিংবা পীদুনা সাহিত্য চাওখৎনবা লৌখৎলকপা থৌবাং অসিনা অসোমদা অচৌবা উৎসাহ অমদি ওইববনি। যাম্না থুনা ভাবতকী অতে সাহিত্য লৈকোলদগী লৈবাং মখল মথেল শুনা ঐখোযগী সাহিত্যদা তিল্লবগনি হায়বগী থাজবা লৈ। ভাবত অমত্তনি হায়বগী নুংশিবা সুব অমা মসিনা শোযদনা থোকহল্লবগনি। মণিপুবী লোলবু ভাবত সংবিধানগী নিপালশুবা সিদ্যুলদা চনখ্রবা মতুংদা সাহিত্য অসিবু চাওখৎনবা সবকাবগী থৌশিল থৌবাং কয়া শোযদনা লৈফম থোকই। মসিগী

খুদোংচাবা লৌদুনা মবী লৈনবা বিভাগনা মণিপুরী অহৈবশিংদা অনুবাদ তৌনবগী থৌইনশিন পীনবা হোৎনবা চুল্লবনি। কবিগুরুনা লোল অমগী সাহিত্য চাওখৎলে হায়বসি লোল অদুদা অতৈ লোলদগী হন্দোকপা সাহিত্যগী লাইবিক কয়া লৈববতদা খঙবা ঙমগনি। হৌজিক লৈবিবা ফিভম অসি য়েংলুবগদি মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী তুংগী আশা চাউনা লৈবি। মসিগী ঈচেল অসি য়াঙবা য়াই, তপ্পা য়াই, লেপ্তি লেপ্পোই। অকবা অমত্তংবু সাহিত্য অসিগী থাক (মমল) লেপ্পা অসিনি। মতম ঙাইবা তাই।

# সাহিত্যদা ক্রিটিসিজম

**পোৎ খৃদিংমকপু** চাং যেংবা অমদি মদুদা যাওবিবা অফ-ফত্ত খন্দোকপগী হৈনবী অসি তাইবং মীওই খৃদিংমক্তা লৈবা ঙাক্তেনি। থরাযনা তাবা কবিগুম্বা পোৎশক অমা উকবগা মদুনা অউবগী পুক্লীংবু শুমহৎপা হাযবসি হৌনশানি। কবি কবম্বা গুণনা অযেংবগী পুক্লীংবু শুমহৎলিবনো হাযবদুসু খঙনীংবা নৎত্রগা থিদোক্লীংবা তাইবংগী লীচৎনি। অসি হায হাযদুনসু উকবা পোৎ খৃদিংমক্তা তাইবং মীওইবগী পুক্লীংবু শোযদনা শুমহৎকনি হাযবদি লৈতে। উনীংদবা, যেংনীংদবা পোৎশক কযা অমসু লৈতবা নত্তে। মখোযনা অউবগী পুক্লীংবুদি লাযনা চিংশিনবা ঙম্ফম থোক্তে। কবি মবমগীদমক অউবগী পুক্লীংনা পোৎশক অদুদগী থক্তোবক্লিবনো হাযবসিসু থিদোকফম থোকই, থিনীংবগী বাখলসু অদুম্মক পোক্লক্তবা নত্তে। অসুম্না শৈবেং-রাবেং, উপন্যাস, ড্রামানচিংবা সাহিত্যগী পোৎথোক কযা পাকবগা মদুগী কবম্বা শক্তিনা অপাবগী পুক্লীংবু চিংশিল্লিবা নৎত্রগা কবম্বা অশোনবা মশক অমনা পাবিবা মহাক অদুগী পুক্লীংবু চিংথোক্লিবা হাযবসি নৈনফম থোকপনি। অদুবু লুবির্বদি অপাবনি হাযনা লৈবিবা মীওই অযাম্বদি চুম্নদগী অইবা অদুগী রাখলগী ঈচেলদা তাউকবা, মহাক্তা যেক্লিবা চবিত্রশিংদা মীওই পুক্তিগী তোঙান তোঙানবা শক্তম উকবা নৎত্রগা অইবনা শাগৎলিবা কল্পনাগী তাইবং অদুদা ঙাইহাক ঙাওকবা অসিদগী হেন্দোকপা ঙমদে। মবমদি মখোযদা পোৎশক অমবু কুপশিন্না যেংশিনবা ঙম্বগী শক্তি অদু লৈতে। অসিনা মবম ওইদুনা লাইবিক অমগী অশেংবা মগুণশিং অদু খঙবদা রানা অমদি লুনা থোকই। অরাবা অসি কনানা কোকহল্লি? ক্রিটিকশিং নৎত্রগা আলোচকশিংনা কোকহল্লি।

সাহিত্যগী লাইবিক অমা পাবগা মদুগী অফ-ফত্ত, অচুম-অবান, শম্না হাযববদা—দোষ-গুণ নৈনববুনি ক্রিটিসিজম হাযবিবসি। অচুম্বা মিংযেংদা

ক্রিটিসিজম হায়বগা কনাগুম্বা মী অমগী নৎত্রগা পোৎশক অমগী দোষ পুথোকপা হায়বদি অবাল-অহুই থিবা অদুতবু খঙনবম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি ব্রাফম অসি য়ানবক্তবে। অশোয়বা পুথোকপগী মথক্তা কলাকাব অমগী খুৎশেম অদুগী অচুম্বা মশক তাক্তুনা মদুবু মনুং মপান নাইদনা, অমদি *লৌথুপ-লৌকোই* লৈত্তনা নৈনবা অদুনি হৌজিক্কী মতমদা সমালোচনা হাযবিবসি। সাহিত্য হাযবসি মীওই-পুন্সিগী মশক তাকপনি, পুন্সিবু শুগাইনা নৈনবনি। ব্রিলিযম হেনবী হডসননা মহাক্কী *এন ইন্ট্রোদক্সন টু দ ষ্টদি ওফ লিটবেচব* হায়বা লাইবিক্তা ইবম্মী, ' Literature is the interpretation of life through imagination and feelings " পৃক্লীংগী ঈহুল অমদি কল্পনাগী মতেংনা পুন্সিগী মশক নৌহৌনা তাকপবু সাহিত্য কৌই হাযবসি মহাক্কী ব্রাখলনি। ইংলিশ কবি মেথিয়ু আর্নোল্ডনসু শৈবেংবু পুন্সিগী আলোচনানি, পুন্সি নৈনবনি হাযনা হাযবম্মী (Poetry is at bottom a criticism of life) শম্না হাযববদা পুন্সিগা সাহিত্যগা অনীগী মবক্তা থানবা যাদ্রবা মবী অমা লৈ। সমাজনা সাহিত্যগী মচাক হুল্লি, সাহিত্য শেম্মী। অমবোমদা অমুক সাহিত্যনা সমাজবু শেমদোকপদা নৎত্রগা শেংদোকপদা মতেং পাংই। মফম অসিদা সমাজ হাযবিবসি তাইবং মীওইবগী পুন্সিবুনি। সাহিত্যবু পুন্সিগী ব্যাখ্যানি হাযনবিবসি সাহিত্যনা পুন্সিগী মশক তাকই হাযবনি। সাহিত্যবু পুন্সিগী ব্যাখ্যানি হাযনা লৌবা তাববদি ক্রিটিসিজমবু ব্যাখ্যা অদুগী ব্যাখ্যানি হাযনা লৌবা তাই। ক্রিটিসিজমগী মকওইবা উদ্দেশ্যদি লাইবিক অমবু মপূংফানা নৈনবগা মদুগী অশেংবা মহাও অদু অপাবশিংদা ফংহনবা লোয়ননা মখোযগী পৃক্লীংবু সাহিত্যগী ঈচেলদা তাউথহনবা অসিনি। অইবগী খুৎশেমনুংদা লৈবিবা অবোন-অথুপ কয়া অদু চিংথোক্লগা 'সিনা 'সিনি হায়দুনা অপাবশিংবু ভাব তাহনবা হায়বসি ক্রিটিক অমগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি।

ক্রিটিক অমগী থৌদাংসি লাযনা লৌবা চুমদে। মহাক্তি অইবা অমদি অপাবা অনীগী মবক্তা লেপ্পা তাবনি, থোং ওইনা অনীমকপু শমজিন্নহনবা তাবনি। অমবোমদা অইবগী বচনা নৎত্রগা লাইবিক অদু মথম্মোয শেংনা, লৌথুপ লৌকোই লৈতনা অমদি কবিগুম্বা মখলগী বাইয়স অমত্তা লৈতন্ন

নৈনবা তাই। অদুগা অতোপ্পা অমবোমদনা অপাবশিংগী থাজবসু মাঙহন্দবা তাই। মেদিয়েটব অমগী থৌদাংনি মহাক্না লৌগদৌরিবসি। তশেংনা হায়ববদা ক্রিটিক অমা হায়বসি অপাবশিংগী বিগ্রজেন্টেটিভ অমসু ওইবা তাবনি। অইবা অমগী মশাদা য়াওবিবা শান্না উবা ঙন্নগী শক্তি (far sightedness) অমদি শেমগৎ শাগৎপগী হৈশিংবা (creativity) হিন্দীদা হায়বগনা সৃজনশীল শক্তি হায়বদু ক্রিটিক অমগী মশাদসু লৈবা তাই। মহাক অসি উগনবা হায়বদু ওইবগা লোয়ননা শেমশাবা হৈবা মীশক হায়বদুসু ওইগদবনি। সমাজগী চৎনবোল, শাস্ত্রগী জ্ঞান, প্রতিভা অমদি অভ্যাস কয়া অসি অইবা অমগী মশাদা দবকাব লৈবগুম ক্রিটিক অমগী মশাদসু ঈচেনতা চেন্নফম থোকপনি। মসি পূম্নমক য়েংলুবগা ক্রিটিসিজম হায়বসি সাহিত্যগী বিধা অমনি হায়না ফাওবা লৌনবক্লবনি। ক্রিটিসিজমদি তশেংনমক সাহিত্যগী লমতাকপা অমদি লমজিংবনি। সাহিত্য অমগী অশেংবা মহাও অদু অপাবশিংদা য়েনবদা ক্রিটিক অমগী অচৌবা থৌদাং লৈ।

ক্রিটিসিজম হায়বা ৱাহৈ অসি গ্রীককী ৱাহৈ criticos তগী লৌথোবকপনি। মসিগী অর্থদি নৈনবা হায়বনি। নৈনবসিদা ঐখোয়না খঙগদবদি মসিদা বিজ্ঞানগী ওইবা অচুম্বা (scientific truth) পুথোক্লদবা নত্তে। মসিদি গুপ্নগী 'ওইথোকপা যাবা অচুম্বা' (probable truth) অদুখক্তা থিগদবনি অমদি পুথোক্লদবনি। ক্রিটিসিজমবু হিন্দীদা আলোচনাসু হায, সমালোচনাসু হায়। সমালোচনা হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃতকী 'লুচ' ধাতুদগী শেম্লকপনি। মসিগী অর্থদি য়েংবা, নৈনবা হাযবনি। মান্নবা মিৎযেংদা য়েংববুনি-- সমালোচনা হায়বিবসি। থাগৎনীংবা লৈবে, আকাশ যৌনা থাগৎতবা, থাদনীংবা লৈবে, পাতাল য়ৌনা থাদ্দবা। সমালোচক অমনা মহাক্না নৈনগদৌবিবা লাইবিক অদুগী আলোচ্য বিষয় হায়বদি নৈনগদৌবিবা হীবম, ইংলিশতা হায়বগনা 'সবজেক্ট মেট্রব ওফ ক্রিটিসিজম' অদু মুন্না খঙবা তাই। লোয়ননা দাইজেষ্ট তৌবা তাই। মঙোন্দা মিনুংশি অমসুং থৌজালগী পূকচেল চেনবা তাই। মহাক মীচঙ মীখাই নাইদবা তাই। বাইয়স অমদি প্রিজুদাইসতগীদি মহাক লাপ্না লৈবা তাই। ঐখোয়না খঙগদবদি ক্রিটিক অমগা লৈনগদৌবিবা মবী

অসি অইবগা নত্তে; অইবা অদুগী খূৎই নৎত্রগা লাইবিক অদুগনি। অইবা অদু ক্রিটিককী য়েক্লবা ওইবসু য়াই, মরুপ ওইবসু য়াই। অদুবু মহাক্না অইবা অদুদা থমগদৌবিবা মিৎয়েং অদুদি য়েক্লবা অমা ওইনসু নত্তে, মরুপ অমা ওইনসু নত্তে। মহাক্কী হায়ববু, শুপ্নগী অইবগী *ব্রাখলগী ঈচেল* অদুতনি য়েংগদবা। ঈচেল অদুদা মহাকসু তাউথগদবনি, ঈচেল অদুদা মহাকসু লুপকদবনি। তাউথবিঙৈ মবক অসিদা কবিবুনা লোকহৌবা য়াবা, কবিবুনা হুঙ্গেক্নম্বা য়াবা হায়বদু মহাক্কী বুদ্ধি অমদি থম্মোযনা তাবগা যাৎতুনা শেমখ্রবা ব্রায়েল বিচাব অমগী মখাদা, অপাবশিংগী মাঙদা থমগদবনি। থবক অসিদা মহাক্কী লোল, *মহাক্কী ষ্টাইল অমদি মহাক্কী প্রজেন্টেসনগীসু একাওন্টেবিলিটি লৈহনগদবনি।* কলাগী মিৎয়েংদা ক্রিটিকসু কলাকাব অমনি। মঙোন্দসু ক্রিয়েটিভিটি অমা চঙঙি। মহাক্কী কলাকৌশল হাযবদি ক্রাফ্‌টমেনশিপ য়েংলগা মহাক্না ইবিবা ক্রিটিসিজমগী লাইবিক অদুগী থাক লেপকদৌবিবনি। মহাক্কী খূৎহায়, মহাক্কী ব্রাফোঙদোক অমদি মহাক্কী খূৎই যাম্নমক মরু ওইবনি। হায়নীংই হাযদুনসু পংহায় হাযবা য়াদে। মীওইবগী ব্রাঙাঙ হাযবসিদি যাম্না লুখ্রবা ব্রানি। ব্রাঙাঙ হৈতবনা অবানবা শকই হাযনবিবনি। মীগী যূমদা চাকচাবদা য়ূম্বুনা হাউত্রববা হায়না হংবদা হাউত্রবসু হাউতে হাযরুবা যাবা নত্তে, হাউই হাউই হায়না অদুম খুম্বা তাবনি। ডা কমলগী *মাধবী* গী আলোচনাদা উবিবৈবু শানি হাযকবগী ব্রাথোক মণিপুরী সাহিত্যদা লৈখ্রবনি।

ক্রিটিক হাযবসি স্কোলাবনি, পণ্ডিতনি। অইবসু স্কোলাবনি অদুবু খেন্নবিবদি ক্রিটিক অমদনা বিসর্চ স্কোলাব অমা ওইবগী গুণ চঙঙি। কূপ্না য়েংশিনবা, থিজিন হূমজিনবা মবী-মখোঙ শেংনা তাকপা মহাক খঙদ-হৈতবা য়াদে। হায়নবা লৈ— পণ্ডিততনা পণ্ডিতকী গুণ খঙই। "বিদ্বানেব বিজানাতি বিদ্বজ্জন পবিশ্রমম্।" অপাবা ঐখোয় অযাম্বদদি অসিগুম্বা পণ্ডিত ওইবগী গুণ অসি খবা তাঙনা থোকই। লাইবিক অমা পাবগা লাইবিক অদুগী মবমদা লুথনা *খনবা ওম্বগী শক্তি অসিগুম্বা অপাবশিংদা যাওদে। মখোয়না পাবিবদুদি চুম্না পূক্নীং* নুংঙাইনবগী পাবনি। ব্রাবী লাইবিক্তা কনাগুম্বা চবিত্র অমা থেংনরুবগসু চবিত্র অদুগী মপাম্ভোংগী শক্তম অদুতনি মখোযনা উবিবা, মহাক্কী নুংদা কবি লৈবি

হায়বদুদি মখোয়না খক য়েংশিল্লুদে; য়েংশিনবসু ঙমদে। মীওইবগী নুংগী লান হায়বা অমা লৈবি। ইংলিশতা মসিবু ইন্নব কনফ্লিক্ট হায়না খঙনৈ। ভাবতকী লোন্দা হায়বগনা আন্তবিক সংঘর্ষ। মসিবু খঙনবা হোৎনবা অবায়বা নত্তে। অদুবু অফবা ক্রিটিক অমনা পাত্র অদুগী নুংদা চঙশিন্দুনা মহাক্কী চবিত্রগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন কয়া পুথোবকপা মতমদা মদু খঙদুনা ঐগুল্লা অপাবা অমগী পূক্লীংগী মবেপসু খবমখৈদি লুথনা লৈবগুম উবকই। কবিগী কল্পনানা শাগৎপা চুমথাং মচুগী ফজবা অদু লোকপা হৈবা ক্রিটিক অমনা লোক্লগা মহাক্কী পেঞ্জবদু থম্মোয় শেংনা অচল্লা লোন্দা ফোঙদোকপা ঙল্লগদি অপাবা মীচম অমসু ফজবগী লোয়িন ওইবা লায়না অদুম্মক ঙমই। মবম অসিনা ক্রিটিক অমগী মথৌদি অপাবশিংগী মতেং পাংবনি হায়না লৌনবিবনি। হায়নবা লৈ–A critic is the ordinary reader's philosopher and guide তশেংবমক্লি, মহাক্তি অপাবশিংগী চৈঙাক্লি, ফেসিলিটেটবনি। অপাবশিংবু মহাক্লা লমজিংবিগদৌবিবনি, জ্ঞান তাহনগদৌবিবনি, মখোয়গী পূক্লীংগী অমম্ববু ঙালহনবিগদৌবিবনি।

অফবা ক্রিটিক অমা হায়বসি মীয়ামগী স্বার্থদা ইবা মীশক ওইগদবনি। মঙোন্দা নেগেটিব আউটলূক লৈবা যাদে, পর্সনেল প্রিজুদাইসসু থাদোকপা তাই। মিংয়েং খূবা, মীচঙ-মীখায নাইবগী ব্রা অমা চন্নদ্রে। কলাগী মগুণ অদুতা যেংবা তাবে। অচুম্বা থিবা অমদি অশেংবা মমল লেপ্পা হায়বসিনা মহাক্কী লাইনীং ওইবা তাবে। অইবনা শাগৎচবল্লা সাহিত্য-মন্দিব অদু মহাক্লা নৌহৌনা অমুক শেমজিন্দুনা অপাবশিংগী মিৎয়েংদা হেন্না ফজনা উহনবা হাযবসি ক্রিটিক অমগী অচৌবা খুদোলনি। তশেংনমক ক্রিটিক হায়বসি ক্রিয়েটব অমনি। অইবা অমদি অপাবগী মবক্তা লেপ্লিবা মেদিয়েটব হায়বদু মহাক্লি।

লোল খূদিংমক্কী সাহিত্যদা হান্নবা ক্রিটিসিজমগী শকক অসি খবা শোৎথনা লৈবল্লগসু হৌজিক্তি তপ্পা তপ্পা মসিগী কান্নবা খঙনবক্তুনা পণ্ডিতকী গুণ চেনবা সাহিত্যকাব কয়ামকম চোংথোবক্তুনা লম অসোমদা মায় ওনশিন্নবা হৌবক্লে। মৈতৈলোনগী নুতিগী ফোঙবা পাউচে কয়াগী লামায়দসু সাহিত্যগী ক্রিটিক কয়া থোবক্লে। মসিগা লোয়ননা মণিপুবী সমালোচনা সাহিত্যগী ইতিহাস অমা শাগৎপগী ব্রাফমসু পন্নবক্লে। মণিপুবী সাহিত্যগীদমক্তদি লাইবক থীবনি

হায়গদ্রা সমালোচনাগী ঈচেল অসি খবা তপ্না উবি। লাইবিক মশীং থীবদা শূং থেকপা য়াবি। ফোঙলবা লাইবিক ওইনা অশাংবম মীনকেতনগী *মৈতৈ উপন্যাস* (১৯৫০), এলাংবম নীলকান্তগী *অচাইবা লৈ* (১৯৫৭) অমসুং *মতমগী ৱাখল* (১৯৭৩), ডা আই আব বাবুগী *কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল*, ডা এলাংবম দীনমণিগী *মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকাব* (১৯৬৬), *খ্বাইবাকপম চাউবা* (১৯৭২), *ডা কমল* (১৯৭৬), *ডা কমল - পুন্সি অমসুং সাহিত্য* (১৯৮২), *অঙাংহল : সাহিত্য, সমাজ অমসুং সংস্কৃতি* (১৯৯২), ডা. নোংমাইথেম তোম্বীগী *মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মিৎযেং অমা* (১৯৮৫), *মণিপুরী সাহিত্যগী ৱাবেং খবা* (১৯৯৪), শ্রী বীবেনগী *মণিপুরী সাহিত্যদা ৱাখল্লোন খবা* (২০০৯), লৈমপোকপম দামোদবগী *সাহিত্য অমসুং থিযেটব* (২০১০), ডা পোলেম নবচন্দ্রগী *সাহিত্যগী মহৌশা অমসুং অতৈ ৱাবেং* (২০০০), লোংজম জযচন্দ্রগী *মণিপুরী সাহিত্য* (২০০৯), ডা নহাকপম অরুনাগী *কুমশুবা চহীচাগী মণিপুরী উপন্যাস নৈনবা* (১৯৯১) অমসুং *নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙপান* (২০০১), ডা লনচেনবা মীতৈগী *মণিপুরী শৈবেং নৈনবা অমসুং অতৈ ৱাবেং খবা* (১৯৯৮), অমসুং *মণিপুরী শৈবেংগী হৌবকফম অমসুং মসিগী মশক* (২০০৫) শীংথানবা যাবা মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী লাইবিক ঙাক্তনি। ৱাবেংজবিবগী *সাহিত্যদা বস অমসুং অতৈ নৈন-ৱাবেং খবা* হায়বা লাইবিক অসিসু বিধা অসিগী মনুং চল্লি হাযনা লৌবা তাই। মখোয অসি নত্তবা অখন্নবা ক্রিটিক কযা অমসু লৈবি। লাইবিক ওইনা পুথোক্লগাসু পাউচে কযাদা অমদি মণিপুরী জর্নেলশিংদা মীযাম্না তোযনা থেংনখ্রবা ডা *লমাবম গোজেন্দ্রগী* ড্রামা নৈনবা ৱাবেং কযা ঐখোযনা তত্তনা উবা ফংলি। মখোয অদু *পূনশিল্লগা লাইবিক* অমা ওইনা পুথোকপদা থিযেটব ক্রিটিক অসিগী অচৌবা খূদোল অমা ওইবগদবনি। নহা ওইবিবা অইবশিংগী মনুংদা আব জে মীতৈগী সমালোচনাগী লমদা যেংলিবা মিৎযেং, ইবিবা খূৎই অমদি খূৎলাম্হোক যাম্লমক থৌই অমদি সিবিয়স ওই হায়নীংই। ডা শবতচন্দ্র লোঙজোম্বসু লমজেল অসিদা কন্না চেনখৎলক্লি। ডা বোয়বালা, ডা ৱাহেংবম কুমাবী চনুনচিংবী নহা ওইবিবী সমালোচক কয়া অমসু মায পাক্লা লম অসোমদা চঙশিল্লক্লি।

হৌজিকমক্কী ওইনদি মণিপুরী সাহিত্যদা ক্রিটিসিজমগী লাইবিক অসি মশীং য়ামদ্রি হায়না লৌবা তাই। ইনীংঙগসু ইবা য়াদবা, হায়নীংলগসু হায়বা য়াদবা অকবা ফীভম অমা ক্রিটিক খুদিংমক্কা মায়োক্কবি হায়বা তাই। অপীকপা সমাজ ওইবনা অমনা তৌবা অমনা খঙই, অমনা ঙাঙবা অমনা তায়। খবব-কাগজ পাদ্রবসু মীনা ঙাঙবা তাদ্রবসু কনানা কবি তৌবিবগে কনানা কনানো হায়বসিদি সাহিত্য শৃবিবা মী খুদিংমক মশা মশানা অদুম খঙবা ঙাক্কনি। থাগৎলগদি হবাওবা থাগৎত্রগদি ৱাবৌবা মীওইবগী হৌনশানিনা হিংলিবা অইবশিংগী লাইবিক নৈনবা অসি খবা লুবপ থোক্কনি খন্দুনা অয়াম্বনা খূৎ ইথা থানদে, ইনীং ইনীং ইবা ঙম্নদে। অশোয়ববু শোয়বে হায়বদা হবাওগদবা অইবা তাঙই। থাগৎলগা হবাওগদবা মীগী মশীংদি কবিদা হায়কনি। অদুবু ক্রিটিসিজমদদি ঐগী মীগী খাযবা যাদবা, অচুম অচুম্বদুতা হায়বা তাবা অমদি অমাঙ-অতোং থিদবা তাবা মবম খবা অসিগী যাকা য়েংদুনা কবিগুম্বা মখলগী বাইঅস অমত্তা লৈতনা হায়নীংবদু দোঙ দোঙ হাযদোকপা তাই।

মতাং অসিদা হায়নীংলিবসি ক্রিটিক অমগী শিনফমসি মীনা কয়া পাম্নফম থোক্কত্রা অসিনি। ঙল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা লোল কযা কয়াগী অফাওবা ক্রিটিক কযা লৈখ্রে অদুবু কনাগুম্বা অমত্তবু সাহিত্য-সমাজনা অৱাংবা ফিদা পীদুনা ইকাযখুম্নবিখিবা নৎত্রগা মনা মথুম পীখিবগী ৱাদি খক তাখিদ্রি। 'ক্রিটিক-এৱার্ড' হায়দুনা খবদি লৈবম্বা য়াই অদুবু অৱাংবা থাক্কীদি ওইদ্রি। লৈতসনু মনা, অৱাংবা থাক্কীসু ওইদসনু অদুবু ক্রিটিকতি লৈতবা য়াদে।। মহাক্কীদি সৃষ্টিনি সংহাব নত্তে। মহাক্কী মিৎযেংদি শেমগৎপনি, থুগাইবা নত্তে। মহাক্কী থবক্তি চাইখাইবা নত্তে, খোমজিনবনি; ফৎত্রে হায়দুনা লংথোক্কদবা নত্তে, লৌশিল্লগা শেমদোক্কদবনি, শাদোক্কদবনি, অফবা ওইহনগদবনি। ফজবনা কবি, অথিবনা কবি, অচুম্বনা কদায়, অবানবনা কদায়— হায়বদু শেংনা শেংনা উৎথোক্কনা সাহিত্যগী বিচাব তৌবিবা, অৱাংবা তাংবলদা ফল্লিবা ৱায়েন-মপূ অমগা প্যংখক্লি মহাক্তি। কবিগী ঐখোয়না মহাকপু ইকায়খুম্নবোইদৌবিবা?

হান্ননা হায়খ্রবগুম ক্রিটিক হাযবসিদি অপাবশিংগী মকপনি, লমজিং

লমতাকপনি। অপাবা অমগী পূক্লীং ব্রাখলবু য়াকায়হন্দুনা নৈনবিবা লাইবিক অদুগী মায়কৈদা চিংশিনবা লোয়ননা মহাক্কী থম্মোয়দা লাগুতক্লবা, খগুনীংবা অমদি নুংঙাইবা পোকহনবা হায়বসি ক্রিটিক অমগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। মহাক্তি মতম নৈবা খিবিক্তা অইবা অমদি অপাবগী মবক্তা থোং ওইনা লৈগদবনি। অইবা অমগী ব্রাখল-মিৎযেং, খূৎই-খূৎলাম্ভোক খগুনবা হোৎনবদা অপাবা অমনা থেংনবিবা অব্রাবা অমদি অকবা কযা অদু লাযথোকহনবদা ক্রিটিক অমনা চাউনা মতেং পাংই হায়বসি মথক্তসু পঞ্জশ্রে। কান্নববা থবক অসি পাগুথোক্লবগীদমক্তা মগুোন্দা চগুই অথোইবা গুণ কযা— মিনুংশি খগুবা, থম্মোয পানবা, পূকচেল শেংবা, থৌনা ফবা, অচুম্বা চৎপা, পূকচেল লেপ্পা, পূক্লীং অনী লোগুদবা, সাহিত্যগী জ্ঞান মপূংফানা লৈবা, মীচগু-মীখায নাইদবা অসিনচিংবা। তশেংনমক সাহিত্যদা ক্রিটিসিজমগী মফম চাউনা লৈ। মসিদা ক্রিটিক অমনা লৌবিবা থৌদাং যাম্নমক শীংথানীংঙাইনি। ক্রিটিকেল লিটবেচববু ঐখোযনা কৈদৌনুংদসু মীবাযফম থোক্তে।



শ্রী অরিবম কুমার শর্মা, মার্চ ১২, ১৯৪১ দা বাংখৈ নিংথেম পট্টু মখোঙদা পোকই। ট্রৈইংক ট্রৈইংকুণ্ডা বাংখৈ খঙ্গলাখোংদা লৈরে। গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী বি এ (হিন্দী, ওনর্স), কলকতা য়ুনিভর্সিটিগী এম এ (হিন্দী) নি। এদুকেশন দাইরেক্টরেটতগী এদিশনেল দিরেক্টর ওইনা থবক্কী লোইখাই। মসিগী মমাংদা মণিপুর সরকারগী কোলেজ অহুমদা মণিপুরী দিপার্টমেন্টকী হেদ ওইনা থৌ পুরম্মী। মরক্তা চহী মরি (১৯৯১-৯৪) দেপুটেসনদা এন এস এস সেলগী স্টেট লাইএসন ওফিসর ওইনা সেক্রেটারিয়েটতা লৈরম্মী। জবাহরলাল নেহরু সেন্টর ওফ পি জি ষ্টাডিজ অমদি মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদসু পার্ট টাইম ওইনা থবক তৌরম্মী।

অইবগী ফোঙ্গুবা লাইরিকশিংদি— ১. *করিবু ইশিংগে কবিতা* (শৈরেং), ২. *হিন্দী রাবীমচা* (হন্দোকপা), ৩. *নুমিৎকী তরেংগুবা শগোল* (নোভেল, হন্দোকপা), ৪. *সাহিত্যদা রস অমসুং অতৈ নৈন-রারেং খরা* (ক্রিটিসিজম), ৫. *শরৎচন্দ্র* (ক্রিটিসিজম, হন্দোকপা), ৬. *ভারতনা মতৌ করম্না নীংখা তম্না ফংখিবা* (অঙ্গাংগী রারেং, হন্দোকপা) নি। অইবা অসিনা হৌজিক ফাওবদা আকাশবাণী ইম্ফালগীদমক্তা পুম্না রেদিও লীলা ২১ হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা শাম্লে। মণিপুরীদগী হিন্দীদসু রেদিও লীলা তরুক হন্দোক্লুনা ভারত পুম্বগী ওইনা ষ্টেশন খুদিংমক্কী শন্দোকলে। হিন্দী পাড় এন্নিবা অমদি রাগ্গাভুবা অমা ওইনা মতম শাংনা রেদিওগা শম্নরম্মী।

অইহাক অসি মণিপুরগী সাহিত্যগী লুপ কয়াগা লোয়নরকই। কলচরেল ফোরম মণিপুরগী টার্ম অহুম জেনরেল সেক্রেটারি ওইনা অদুগা টার্ম অমনা প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুরকই। রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী হৌজিক হৌজিক প্রসিদেন্ট ওইরি।

অইবগী হন্দোকপা হিন্দী নোভেল *নুমিৎকী তরেংগুবা শগোল* দা সাহিত্য একাদেমি ট্রান্সলেশন প্রাইজ (২০০৩) ফংলে।

শ্রী মশেল নুংশি-চায়না হিংমিন্নবা অমদি মানব ধর্মগী মন্ত্রবু থাজবা অইবা অমসু ওইরি।





₹ 150 (Paperback)
₹ 180 (Hard cover)